Oja Chingakham Pishak
Written by Kangujam Modhumangol Singh

অহানবা খুৎনম : সেপ্টেম্বর ২০১৩

মখুম গ্ৰাফিক :

ফোঙদবা : চিংঙাখম জ্যোতিন্দ্র সিংহ
য়াইস্কুল জন্মস্থান, ইম্ফাল



কপি মশিং : ৫০০

মমল : লুপা ৫০০/-

নম্ফম : ইবোয়াইমা প্রিন্টবর্স, মোইবাংখোম লোক্রাওবুং।

# কচ্চবা



পুন্সী অবোইবা পুৎফমদা
নতগী ওইজবা কনা 'মদা
হায়নীংবদু হায়বমদা
পুকামেন পাউমেন্নবমদা
নহাম ভূমিন চৎখ্রবী
ঈং-উপাচরবী ইমা, নফমদা
'ওজা চিংঙাখম পিশাক'
নাইবিক অসি কচ্চাবং।।

# ৱাহৈ খরদং

মণিপুরগী ওজাশিংগী মরক্তা, মক ওইনা মণিপুরদা লোংচুপলোমগী শিক্ষা শন্দোকপা অমদি শন্দোক্লিবা শিক্ষা অদুগী ফিভম খরা খরা ফংগৎলকপা ইকুই কুইদ্রিবৈগী মতমদা লৈবাক্তা মশক খঙবা, মমীংদা তাবদা লৈবাক মীয়াম্না হেক্তা শক শোয়বগা লোয়ননা, মশুংগী শীংথানবা ওজাশিং লৈ। মদুগুম্না, মীয়াম্না শীংথানবা ওজাশিং অদুগী মরক্তা, লৈখিদ্রবা ওজা 'চিংঙাখম পিশকসু অমনি। ওজা অসিগী মশুন্দি, ওজা অমা ওইবগী গুণ অদু হাক্তা নত্তে। ওজা অমা ওইবত্তা নত্তনা অতৈ শক্তোন কয়াযুকসু লৈ। 'ওজা' হায়রসিনা মাগী পুক্নিংগী মক ওইবা শিনফম ওইখিবা মরম্না মীয়াম্না মাদু 'ওজা চিংঙাখম পিশক' হায়রগনা' হেক্না খঙই। অদুবু ওজা ওইবগী গুণ অসিগী মথক্তা, অতোপ্পা গুণ কয়াযুকসু লৈ। ঙসিদৈ অমদি থেংথরক্লবা মতমদা লৈখিবা রাজনীতিগী গুণ অসিমসু মীয়াম্না কাউবা ঙম্লরোইদবা গুণনি। ঙসিদৈ মতমদদি, ওজা ওইনা ওইনা মীখল থেংনখি, মায় পাকখি। এসেমব্লিদা অফবা ওরেটর ওইখি। অদুবু রাজনীতি অদুদা মহাক পেন্থোকপা ঙমখিদে। লৈবাকপু লেমগৎ শাগৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌখৎকদবা মক-চঙবা মহৈরোয় পুথোক্লীংখি। রাখলোন অসিনা মাঙদা থমদুনা, অফবা মহৈরোয় পুথোকখি, মদুদা মহাক মায় পাকখি। খরা থেংথরক্লবা, ওজাগী শিনফম থাদোকপগী মতম য়ৌশিল্লক্লবা মতমদদি, মহাক ওজা ওইবগী শিনফম অদু থাদোকখি, অদুগা নহা ওইরিবদৈ মতমদা চঙশিল্লুবা রাজনীতিগী খোঙথাং অদুদা চঙশিনখি। মদুসু, খোঙথাং কায়রবা রাজনীতিগী খোঙচৎ অদুদি নংখিদে, মীখল থেংনবা অমদি মায় পাকপা হায়রবা অদুনা রাজনীতিগী মক ওইবা পান্দমনি খনবদু মঙোন্দা লৈখিদে, অদুনা মীখল ফাওবা থেংনখিদে। নহা ওইরিবদৈদা মীখল থেংনখিবগী

খোঙথাং অদুদগীসু হেনবা, অতোপ্পা শক্লোনগী মওং অমদা চঙশিনখি। অদুবু মহাক বাজনীতিদগী পোথাখিবদি নত্তে। মীয়ামগী দবকাব লৈবশিং পুখৎনবা হোৎনখি, মদুগীদমক পাটি অমগী প্রসিডেন্ট ফাওবা ওইখি। পুন্সিগী অবোইবা তাঙ্কক ফাওবা বাজনীতিগা চৈবোইনখি।

ঙন্নিত্তৈগী মতমদা সাহিত্যগা শন্নবকপনা, পুন্সিগী নুমিদাংবাই ওইবক্লবা মতমদা, মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকি প্রসিদেন্ট ওইখি। ওজানা পবিষদকি প্রসিদেন্ট ওইখিবা অসিনা, মহাক্না সাহিত্যগীদমক হোৎনজখিবা কন্না অদু সাহিত্যবু নুংশিবা মণিপুবী মীয়াম্নসু খাই হায়বনি। ওজাগী সাহিত্যগী লাইবিকশিংগী মগুণদি সাহিত্যবু নৈনবশিংনা চপ চানা খঙবা ঙমগনি। সাহিত্যবু নুংশিবশিংনা সাহিত্যগী মগুণ অমদি মমল খঙই। হন্দক্কি ফোঙলিবা লাইবিক অসিদদি ওজাগী সাহিত্যগী লাইবিকশিংগী মতাংদা নৈনজদ্রে। নৈনবসু ইতিক নত্তে। সাহিত্যগীদমক্তি, সাহিত্যবু মশক মুন্না খঙবা মীওইশিংগীদমক থন্মনা খ্বাইদগী অফবা ওইগনি হায়বা অসি ঐগী থাজজবনি।

ওজাগী পুন্সিদা নৈখিবা শক্লোন অহুম হায়বদি, ওজা ওইবগী শিনফম, বাজনীতি অমসুং সাহিত্য হায়বসিগী মতাংদা শম্পৎনা পঙ্খ্রে। শিনফম অহুমসিগী মনুংদা শিনফম অমখক্তংদা মায় পাকপদা, মীওই অদু সমাজনা ইকায়খুম্নবা মীওই অদুম ওইববনি। অদুবু ওজাদি শিনফম অহুম্মক্তা মায় পাক্লিবনি।

মহাক্না ওজা ওইবগী শিনফমদগী পোথাবক্লবা মতুংদা মতম্ম' পীবকপদগী বাজনীতিদা চঙশিনখিবনি। অদুবু বাজনীতিদা চঙসিন্দ্রিঙৈগী হেক মমাঙদা ওজাদা নৈখিবা থোইদোক হেন্দোকপা অশেংবা বাখল্লোন্দি, মণিপুব মীয়ামগী শেল-থুমগী ফিভম ঙন্নমখৈ ফগৎহন্নবা হোৎনবা, মদুগীদমক মীয়ামগী বাখল চিংশিন্নবা হোৎনবা হায়বা অসিসু অমনি। মদুগুন্বা বাখল্লোন অদুনা মাঙদা থন্নগা, ওজানা লমজিংদুনা "মণিপুব ষ্টেট ইকোনোমিক কাউন্সিল" লিংখৎখি। হায়বিবা কাউন্সিল অসি লিংখৎপদা, ওজানা নীংথিজনা পামজবা বাখল্লোন ১ (মাপল) খক থমখি। বাখল্লোনশিং

অদুদি — (১) ইবমগী মক-মবাং, মহৈ-মবোং, ফি-বোন, শেংপা-চাবনা ইজাতিবু সেবা তৌবনি। (২) মপুঙ ফাবা 'ইকোনমিক সট অপ' (I conomic shut up) হায়বদি মপান্দা শেল চংথোকহন্দবতনা মণিপুর কনগনি। (৩) ইজাতিগী শিন্নশিং লৌগংহন্দুনা য়োকখংকদবনি। (৪) 'লম পোংথাহন্দবা' হায়বদি মতম পুম্নমক্তা লম মচেং অমত্তা লেম্না নৈহন্দবা হায়বা অদু কাউনবোইদবনি। (৫) পোংশিংগী মমল হেন্না শীবোইদৌবনি। (৬) নৈতেংগী ওইবা, শীজিন্নদ্রবসু য়াবা ঐখোয়গী লমদা ফংদবা পোং-চৈ পুম্নমক য়াবিবমখৈ শীজিন্নবোইদবনি। (৭) ঙা য়োকপা য়াবা মফম খুদিংমক্তা ঙা য়োক্লগদবনি। (৮) লিংজেল মান্নগদবনি, অমগা অমগা মত্তেং পাংনগদবনি। (৯) আর্থিক  অবস্থাদা মণিপুরনা লমথুংদবীদা পুথুবিবা অসিদগী কন্নবা হোৎনবদা অচৌবা শকক য়াবিগদবা অসি নহাবোম্নি। হায়বিবা রাফম মাপল অসি পাঙথোক্লবা হোৎনবগী পান্দমদা ইকোনোমিক কাউন্সিল অসি লিংখৎখিবনি। পান্দমশিং অসিগীদমক ওজানা থবক নীংথিনা লৌখৎপনা মতম অদুদা অকনবা ঊহৌ কয়া নৈত্রবনি। পুম্নমক অসি মায় পাকহন্নবগীদমক মহাক্কী অবোইবা পুন্সি অদু কৎত্রবনি। অদুমকপু মীখল থেংনবগী রাখলোন্দি মঙোন্দা নৈখিদ্রে। মীখল থেংনদ্রবসু, মীওইবগী পুন্সিদি রাজনীতিনি হায়বা অসি মহাক্কি রাখল্লোননি। মীখল থেংনদবা রাজনীতিগী খোঙথাং অমদা মহাক চঙশিনখি। মসিমক মহাক্কি পুন্সিগী আদর্শ অমনি।

অইবা পুম্নমক সাহিত্যনি হায়বসি পুম্নমক্তা যানববা রাফমনি। ওজাগী সাহিত্যগী হীবমসিদসু নৈনবা মীশক হান্নমা নৈখিবগী মথক্তা মখা তানা নৈনবা মীওই কয়া থোক্লকখিগনি। মতাং অসিদা মণিপুরগী শাংথানববা কবি চাউবনা হায়বস্না রাহৈ খবা তত্তনা নীংশিংলকই। মহাক্না ইবস্মী:

> '"ইবা হায়বা অসিদি ঐখোয়গী ইথা লোনবা নত্তে। সাহিত্যগী
> চাওখৎপা হায়বা অসি মথা য়াম্মী। কাব্য - গদ্য, পদ্য, ঐতিহাসিক,
> সমাজিক, নাটক, উপন্যাস, অসিনচিংবা, অসিগী মরক্তা খরদি
> খোকউবা থৌখোক্তী থৌইনশিন্না, য়ামনা পাবা মীনা অপাম্বগী
> তকশিনবনা পুখোকপা ওমী। তৌইওবসু কবানচিংবা খরদি লাইনা

**পীরকপা প্রতিভা নত্তনা খোকপা য়াম্বসু য়াওরি। তৌহৌরকসুং কনাদা প্রতিভা অদু লৈবগে, কনাদা লৈতবগে হায়বা কনানা খঙগনি। নারক্তা শাংপা লৈরাংনা নম্বিনবা লৈতনা অরেম্বপা কেনবত্তম, দিল্লাইদা লোংপা মনিনা খত্তবিনবা লৈতনা অরেম্বপা মান্তবত্তম, মতীক মগুণ য়াওনা পোক্লকপা মী কয়াসু মপাগী মশক খঙদনা অমসুং মীনা খঙবিদনা শিখিপনি হায়বসু লাপ্প হায়নিংঙাই লৈতে। মপাদা লৈরিবা গুণ অদু পাবনা অমসুং মপাগী কান্নবা য়াথঙ্গা মতমগী অয়াংপনা থৌদোংদুনা ফোংদোক্তদবনি।"**

**মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ পত্রিকা, নবেঃ ১৯৩৭**

ওজা পিশককী সাহিত্যগী পোথোকশিং অসিদি সাহিত্যবু নৈনর্বাশিংগী খুৎতা লৈবে হায়বসি ঐহাক্না থাজজবা য়াফর্মনি।

পীক্রবা লাইবিক অসিদা য়ানা হোৎনজদুনা ইর্জবিবা খরা অসি ঐহাক্না থেংনজবা অমদি খোমজিন তাশিন্দুনা হোৎনজবা খরনি। ওজাগী পুন্সি অসি য়াম্না শাগুঙি। অদুনা য়াফম কয়ামুকসু লৈবমখিগনি। পূম্নমক লোইনা তাশিন-খোমজিনবা ইতীক নচদে, হোৎনবদা ফংলকখিবা খরা অদুতং পুথোকচবনি। অরাং-অপা পূম্নমক অদুদি তুংগীদমক থমজবে।

কাংঙুজম মধুমঙ্গল সিংহ
তাং ১৩।৩।২০১৩ ইং

# লাইরিকসিগী মরমদা খরদং

ঐখোয়না মতম কুইনা খঙদনা লৈবম্বা, য়াম্মদি দবকাব ওইত্রবা অহোংবা কয়া মতমনা পুদুনা লাকত্রবা লমদমসিগী ইতিহাসকী অচৌবা তাঙ্কক অমবু মীয়াম মমাঙদা লাইবিক ওইনা ইথোত্তুনা পুথোকপিবকপশিংবু ডন্না হন্না থাগৎনফম, হন্না হন্না তৌবিমল খঙবা উৎফম থোকই খুনাই অসিনা।

ৱাফম অসি ফোঙদোকচাববা অসিমক ঐগী মকপ মতম অমগী 'প্রজাতন্ত্র' পাউ-চেগী শরুাইববা এডিটব শ্রীকাত্তুজম মধুমঙ্গল সিংহনা ইবা "ওজা চিংঙাখম পিশক" হায়বা পুন্সি ৱাবীগী লাইবিক অসি পাকবদগীনি। লাইবিক অসি ঐ হন্না হন্না পাবগী খুদোংচাবসু ফংজবে। নুংঙাই, পেন্নি থাগৎচনিংই।

ওজা পিশক ঐগীসু ওজানি, ক্লাস ফাইভতগী সি সি হাইস্কুলদা ইং ১৯৪৭ তগী হৌনা ১৯৫৩, মেট্রিক থাবা ফাওবা তম্লকই। মেট্রিক থাবমদাই ওজাগীদা লাইবিক ঔবাইদুনা পবীক্ষাগী হোৎনদুনা লৈ, খঙদ-খঙদবা কয়া অমা ভাকপি। অদুবু পার্সোনেলিতিদি অঙকপনি, মনাক চঙবা কি, অদুবু কিনা কিনা অদুম মচঙই, তঙাইফদনা।

ওজা পিশককী, অঙাংশিংবু লাইবিক নীংথিজনা হৈহন্নীংবা, স্কুলগী থৌবম-থৌদাং চেকশিন্না পুবা, মতম চানা কাবকপা, য়ুমদা কৃম্বদসু ইকোন কোনগনবা, স্কুলদা ঙাইহাক্তা পোত্থাদনা মীৎশিং-নাশিংদুনা লৈবা মতৌ খবদুদি ছাত্র ওইনা ঐখোয় খঙলকই। মহাক্কী, হেড মাষ্টবগী কাদা অথাবা বাংলা লাইবিক ময়াম লৈবম্বদুসু থেংনরকই, চপ্রাসি তামঙ্গী চৌকিদাব খুরা চাউবা, অমমম্লা অখন্নবা শকওই শক্তম ঙাক্তনি। মোইবাংখোমদা, শ্যামাসখি স্কুল শাদ্রিঙৈ, অপাকপা লম্পাক-লমজাউ ওইবিঙৈ, খোংনাং

অচৌবা হৌবিগে নোংমা পার্টিগী মীটিং অমা তৌবদুদা ওজা শিশকপু উখি - ফৈজোম শেংলি, - নিংথম থানি ওভব কোট অমুবা অমা লীংলি। ঐনা খনখি - কবিগীনো ঐখোয়গী ওজা শিশক্লা সিদা য়াওবম্মিসিবো মতাংদু ঐ সি সি হায়জনুলদা তম্লি। ওজাদি ঐখোয়গী পাবুং অহলনচিংবগা য়াম্না চান্নবা তিন্নৈ। কাংনচিংবা কত্তুনা কাং-পালি পুবকাসু য়াওখি। ঐবুসু লাইবিক নীংথিজনা ঔবাইয়ু, খবব তোয়না পাউ কা হায়বিবম্মী। অসিগুম্বা খবতনি খণ্ডজহৌবা। অদুবু মধুমঙ্গলগী, ওজা শিশককী পুন্সি রাবীগী লাইবিক 'ওজা চিংঙাখম শিশক' হায়বা অসি পাকবগদি, ওজা শিশক কনানো, কবম্না মখলগী মীওইনো, মহাক্লা কবি কবি তৌবম্মী, কবি খল্লম্মী হায়বনচিংবদু ময়েক শেংনা খঙলবে, উববে। মীংমাঙদা ফন-ফন চোংথোবক্লে।

ওজা শিশক, মণিপুরগী ইতিহাসকী য়াম্না মক ওইবা তাঙ্কক অমদা পোকখিবা, নোংচুপলমগী লাইবিক-লাইশুগী মঙাল য়াম্না কন্না ফংদ্রিঙৈ, — বিএ, এম এ খুংথেক্কুনা মশীং থাবদা তবা শুদ্রিঙৈ, নিংথৌগী অমদি বৃটিশকী শুপ্পম শাসন মখাদা, হিংবগী মমল য়াওদনা হিংলিঙৈ, লায়ব-চুদংনবগী মৈশা লাংলবসু বাজনা পোংলুম্না খাঙবা রাবিঙৈ, অমাং-অশেংগী চৈবাক-চৈথেং কল্লিঙৈ মতমদা পোকখিবা লুচিংবশিংগী মবক্তা মঙান নাইখিবা অমনি। মহাক্তি নহাবোলবু লাইবিক-লাইশু হৈহন্নীংখা, লৈবাক্কী অশেংবা লমজিংবা ওইনা শেমগৎনীংবা, বাজনীতিবু য়াম্না পামজবা, অদুম্নদি ওইবগা বাজনীতি তৌদুনা মিংচৎ অমদি শেল থুমদা বাও পাদবা মীওই অমদি ওইনিংখিদবা, অশেংবা মবৈবাক নুংশিজবা নুপা অমনি হায়বসি পুন্সি রাবী অসি পাকবগা খঙবা ঙমই। নহাবোলশিংবু লাইবিক হৈহন্নীংবনা পামজপ্রবা বাজনীতিগী সংস্থা থাদোক্লগা ওজা ওইনা লৈহৌবা, মণিপুরী সাহিত্য চাওখৎনবা লাইবিক-লাইশু ইদুনা ফোঙদোকলম্না, লৈবাক চাওখৎহনগে হায়ববদি লমদম অসিগী মীওইশিংগী শেল-থুমগী ফিভম ফংহন্দবা য়াদে হায়বগী বাফমদা মাগী বাখল্লোনবু পাউগী চেনচিংবদা তঙনা ফোঙদোক্লম্না লাইবিক অসিদগী ঐখোয়না ময়েক শেংনা উবা ফংজবে। ওজাদি ঙাইহাক্তা নীংঙাইদনা লৈথোকপা ঙমদবা মীত্তানি।

সবকাবগী থৌশিল-থৌবাংদা উবকপা অশোয়বশিং মতম অদুগী পাউ-চেশিংদা ইদুনা হেক্তা ফোঙই। ওজাগী মীৎয়েং থৌই, রাখল থৌই, পুক্রিং হকচাং লৈবাক্কীদমক্তা কৎথোকই, মণিপুরগী শিক্ষা শন্দোক্রবা স্কুল, কলেজনচিংবা লিংখৎনবা হোৎনবদা অরা-অনা থিখিদে হায়বনচিংবা রাকম কয়া অমা মধুমঙ্গল সিংহনা ইবিবিবা লাইরিক অসিদগী নীংথিনা খঙজবে।

ওজা পিশক মশাগী ওইজবা থিখিদে, মদুদবু পুক্রিং চঙলম্নবা, য়াম্না ভন্না লাইবিক হৈখিবশিংগী মবক্তা অমনি, সবকাবগী কর্ম্মচাবী ওইদুনা য়াইতোং-খমতোংবা মী ওইবম্না যাবনি। মবৈবাকপু চাওখৎহন্নীংবমক্তনা সবকাবগী, লৈভাকপশিংগী অশোয়বা য়েংদুনা ইবা, লাউবমক্তনা মতাকপু মতম পুম্নমক্তা লৈভাকপশিংগী এম্যোক্তদা লৈ হায়দুনা অহল ওইবক্রবদা জেলদা কয়াবক চডদুনা, মাগী লোয়নবী ফাওবা অবোইবা মীকুপ্তা উনখিদ্রিবদুনি

ওজা চিংভাখম পিশকপু কনানো কবিনো মশক শেংনা তাকশিবিবা মকুপ কাংভুজম মধুমঙ্গল সিংহবু হন্না হন্না থাগৎচবি। য়াম্না মমল লৈম্রবা চে-চাং ময়াম, অবাপ অবাম্না মফমদা চডুনা মরী লৈনবা মীওইশিং উনবিদুনা রাবী রাখোঙ কয়া ফংনবা হোৎনবিবা পুম্নমক অসি অবায়বা থবক অমক্তা নত্তে, শেল চঙই, পুক্রিং-রাখল চঙই, মতম চঙই, হকচাং চঙই। পুম্নমক অসি ভুংওইনবিবগা, ঐখোয় অয়াম্বনা খঙহৌ-তাহৌদ্রবা, মবৈবাকপু মথরায়দগী হেন্না নুংশিজখিবা ইতিহাসকী য়াম্না মকওইবা তাঙ্কক অমদা পোকখিবা মীওই অমখক্কী রাবী ইথোকপিদুনা হৌজিক্কী অমদি ভুংদা লাক্কদৌবিবা মীবোলদা শিন্নবিবমগদৌরিবা অসি মমল নাইদ্রবা অবদাননি। ওজানা চিববা মতম অমদা পোকখিবা, অওনবা, মীয়ামগী ওইনা সমাজ অমা ওইনবা হোৎনবদা থৌদাং চাউনা য়াখিবা মীওইশিংগীসু অসিগুম্বা পুন্সি রাবীশিং পুথোকপিবক্ত বদি লৈবাক্কী তাঙলবা মবল অমা খুৎশিন্নবিবম্বগা চপ মান্নগনি। মখোয়শিং অসিগী কথোকপা রাখল্লোন্না লমজিংবীদুনা ভুংগী নহাবোলবু লৈবাক্কী য়াইফ-থৌদাং পাঙনবা হোৎনবদা উৎসাহ পীবিগনি।

লাইবিকসিবু ইবিরিবা শ্রীকাংঙুজম মধুমঙ্গল সিংহ অমদি পুথোকপিবিবা ওজা পিশক্কী মচা ইবুংঙো শ্রীচিংঙাখম জ্যোতিন্দ্র সিংহবু অমদি ইমুং মনুংবু ঐহাক্না ঙমখৈ লৈতনা থাগৎপা ফোঙদোকচবি। মখোয়গী কথোকপগী থৌনা অসি নৎলমদ্রবদি লৈবাক্কী অশেংবা লুচিংবা অমা ঙসি মশক-মমীং খঙদনা অমম্বদা তিন্নগদৌবিবনি।

ঈশ্বরনা মখোয়গী য়াইফবা, মঙ্গল ওইবা পীনবিসনু।

ইম্ফাল
মার্চ ২৩।৩।২০১৩

বি জয়ন্তকুমার শর্ম্মা
ব্রহ্মপুর নহাবম।

# অফোঙবগী মায়কৈদগী

ঐখোয়বু পোকপিবম্বা, য়োক-থাক্কুনা মী ওইনবা হোৎনবিবম্বা লৈবাক্তা ওজা শিশক হায়বগা খঙনবীখিবা বাবানা লৈখিদবদা ঐহাক ইশামক থোইনা হেন্না লৌশিং তাববা হয়বদুমক ওইখিদে। কনানা কনানো কবি তৌবম্মী থোইদোক্তা খঙজিল-উশিল্লুদবা চহী মতাং হায়বদু ওইদুনা লৈবকখিবনি, চহী মতম অসুক কুইববসি। অদুবু মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা বাবাগী চহী চাম্মা শুবকপগী মপোক কুমওন পাঙথোকপগী থৌরাং পায়খৎলকপদা ঐখোয় ইচীল ইনাও ময়ামসু থৌরম অদুদা শকক য়াবা ফংজখি।

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী চৎনরী মতুং ইন্না, কনাগুম্বা মীওই অমনা পরিষদকী প্রসিডেন্ট ওইবল্লবা, মহাক্কী চহী ১০০ শুবকপগী কুমওন অসি পীকপা, চাওবা থিদনা হেক হেক পাঙথোকই। অদুনা, সেন্টিনারী সেলেব্রেসন অমা মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন হোলদা পরিষদ অমদি ইমুংগী মীওইশিং অনীনা খুৎশল্লদুনা পাঙথোকমিন্নখি। মদুদা ঐখোয়গী ইপা ইবুংঙো স্বৰ্গীয় চিংঙাখম শিশক কবম্বা মীওইনো, মহাক্তা লৈবাক প্রজাগীদমক্তা কবি তৌবম্মী হায়বনচিংবদু অখং-অহৈ শ্বাই-খিবিক্তা ঙাংবী শকপিদুনা নীংশিং চেফোঙনচিংবদা ইবিদুনা বাবাগী মবমদা খঙমদবা, তাবমদবা কয়া তাবা ফংজখি, অদুগা ময়ামনসু তাকপিবকখি, "বাবাগী পুন্সি রাবীগী লাইবিক অমত্তং ফোঙবা ফৈ, মহাক্কী পুন্সিদি থবক ঙাক্তনি, মীওইবগী সেবাগীদমক্তা হিংলম্বনি।" অদুবু লাইবিক ফোঙবগী রাখল, মদুগী হৈ-শিংবা ঐখোয় ইচীল-ইনাওশিংগী ওইনদি তামত্রবা রাফম অমনি। কবি তৌসিংগে খল্লুবদা, কাইনথংদা, বাবাগী থবক থৌবমশিংদা থত্রায় য়াম্না য়াওবিখিবা বাবাবুসু মুন্না খঙবীবা, প্রজাতন্ত্রগী এডিটর ওইবীরম্বা তামো শ্রীকাংজুজম মধুমঙ্গল সিংহদা কাঙথোকচকম্বদগী তামোনা য়াবিদুনা

বাবাগী পুন্সি বাবীগী লাইবিক "ওজা চিংঙাখম পিশক" হায়বসি ইবিদুনা ঙসিদি ময়ামগী মমাঙদা ফোঙদোকচবা ফংজবে। তামো মধুমঙ্গলনা থৌদাং চাউনা য়াবিবদগী লাইবিক অসি ওইবনি, ঐখোয়দি কবিসু খঙজদে। মহাক্না চেন্নু, চৎলু, লৌরু, উনক হায়বা অদুতনি পাঙজদ্রবা ঐনা পাঙথোকচখিবা। লাইবিক অসিবু তাইবং মঙাল উহনবীবিবদি শ্রীমধুমঙ্গল সিংহনি। ঐদি লাইবিক অসি চুম্না ফোঙজবতনি অদুনা তামোবু ঙমখৈ নৈতনা থাগৎচবি, পুন্সিসিগী শিংবা ঙম্লবোইদবা লমন তোনশিল্লবে হায়না লৌজবি।

লাইবিক অসি ডিটিপি তৌবিবৈঙদা বানান্নচিংবা অশোয় অঙাম য়েংশিনবীনবা, প্রণব বিদিং তৌবীনবা হায়জবকদা হবাও হবাও য়াবিবকখিবা, ঐখোয়গী ইমুংগী অতোপ্পা ওইনা লৌজদ্রবা, অঙ্গ্রবি জয়ন্তকুমার শর্মাবুসু থাগৎচবি। অনকপা অবাঙ্গদা লৈবিবিবা, হংজকবদা অসি অসান তাকপিবকখিবা, অইবা চে চাংনাচিংবসু পীবিবকখিবা লমদমসিগী অহল লমন পুম্নমকপুসু ঐহাক্না ঙমখৈ নৈতনা থাগৎচবি তৌবীমল খঙবা উৎচবি।

অরোইবদা, লমদম অসিগী নহা অহল মীওই খুদিংনা লাইবিক অসিবু পাবিদুনা, নৈনবিদুনা অচুম অবান তাকপিবক্নুনা মহৎংগী খুৎনামদা চুমথোকচনবগী খুদোংচাবা পীনবীয়ু হায়দুনা খ্বাই মীয়ামগী মফমদা হন্না হন্না নোম্নুকচবি, খুকমজবি।

ইম্ফাল
২৮ মে, ২০১৩ ইং

চিংঙাখম জ্যোতিন্দ্র সিংহ
য়াইস্কুল জনম্নান,
ইম্ফাল।

# থাগৎচবা

লাইবিক অসি ইনবা হোৎনবদা ঐবু মতেং পাংবীখিবা মী খবা লৈখি। মখোয়গী মনুংদা ওজা চিংঙাখম শিশক সিংহগী মচা নুপা চিংঙাখম জ্যোতিন্দ্র সিংহনা ঐবু য়াম্না চাউনা মতেং পাংবীখি, লাইবিক ফোঙবগী এককম্না অদুসু ঐগী কোক্তগী থাঙদবীখি। মসিগীদমক মহাকপু পুন্সি চুম্না কাউজবোই। মসিগী মথক্তা, ওজাগা য়াম্না নকশিননা অফবা মবী লৈনবম্না মীওই কয়ামুকসু লৈখি। ব্রহ্মপুব নহাবমদগী বি জয়ন্তকুমাব শর্ম্মা, কৈথেলমন্দগী শবাংথেম বীবচন্দ্র সিংহ, ঐহাক্না কাওবা ঙমজববোইদৌবা মীওইশিংগী মবক্তো লৈদুনা ঐবু হীমাই চুম্নীবম্না মীওইশিংনি। ওজাগী মচানুপী অহল মনোবামা দেবী অমদি মচানুপা অহল মনোবঞ্জন সিংহনা পীবিবখিবা মতেং যম্মা চাউই। মখোয়গী মতেং ফংলমদ্রবদি লাইবিক অসি ইবা ঙম্লমদবসু য়াই। লাইবিকসি ইনবা হোৎনজবদা ঐবু মতেং পাংবীবতা নত্তনা পুক্নিং থৌগৎশিংখিবা মীওই কয়ামুক লৈখি। মখোয়গী মনুংদা নুংলেপম শ্যামকুমাই, দি আই পি আবগী জোইন্ট ডাইবেক্টব ওইবীবম্না এ বালকৃষ্ণ শর্ম্মাচিংবাশিংবু পুন্সিগী কাওবা ঙমলোই। লাইবিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা দি টি পি তৌবীবগী অবা শোৎলুম লৌবীখিবা কাকৈথেল লাইশ্রম লৈকাইদা লৈবা ঙাঙোম সান্তোশ কী চাউদবা লমন তোনশিঙ্কবর্বান। লাইবিকসি ইনবা হোৎনবদা ঐবু মতেং পাংবীখিবা পুম্নমকপুসু অদুক্কা হন্না থাগৎচবা ফোঙজবি।

অইবা

# অহানবা শরুক

## মণিপুরগী য়াম্না মরু ওইরবা তাঙ্লা অমদা চিংঙাখম পিশক পোক্লকপা অমসুং মহৈ তন্নকপনচিংবা

ইং ১৮৯১ বৃটিশনা মণিপুরগী শাসনগী থবক পায়শিনবা হৌখিবদগী লমদমসিগী লৈঙাকলোন্দসু অহোংবা কয়া লৈখ্রে। হান্না নিংথৌ পাল্লিডুঙে মওমদা 'লালুপ' হায়না চৎনবম্না অদু মুথৎডুনা, মণিপুর সরকারগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইনা থবক পুবিবা মেজর মেক্সরেলনা লালুপকী মহৎতা লৌ অমসুং ইংখোলগী খাজনা থীহনবগী থবকসি হৌদোকখি। লালুপকী চৎনবী মুথৎখিবসি ইং ১৮৯২ গী এপ্রিল লোইশিল্লকপদনি। মণিপুরদা নিংথৌ পাল্লিডুঙে মওমদা নিংথৌনা মীনাই থম্বগী চৎনবী লৈরম্মী। মীনাইশিং অদুনা নিংথৌগী লৌ উবগী থবক্লচিংবা তৌহনবগী চৎনবী লৈরম্মী। অদুবু মসিগুম্বা চৎনবী অসি চুমদবনি হায়না মেজর মেক্সরেলনা হায়খি। মেজর মেক্সরেলনা হায়খিবা অদুদগী মতেক অমগুং নীংশিংবা য়াই

> The English nation has spent millions of pounds in suppressing and attempting to abolish slavery and throughout their Imperial Majesty's dominions slavery is strictly prohibited I was surprised to find that in Manipur slavery was so common that parents are known to sell their children, and these children when of age marry and their children again become the property of the owners of the parents From this date all these slaves are

released From this date also the sale of minors is prohibitted, and no women can be sold to work for another against her wish "

*(Nupi Lan P 26)*

মীনাই থম্বগী চৎনবী মুথৎখিবা অসিসু ইং ১৮৯২ গী এপ্রিল থা লোইশিন্নকপদনি। মণিপুরগী প্রজাশিংগী, মক ওইনা নহাবোলশিংগী য়াইফনবগী থবক নীংথিনা তৌবন্নবা ওজা পিশক্না পোক্কদবা চহী ১৬ লোমতা ঙাইববা তাঞ্জা অমদা লমদমসিদা মীনাই থম্বগী চৎনবী মুথৎলম্বা অসিনা মহাক্কী পুন্সিদা লৌখৎলন্নিবা থবকময়াম অসি লৌখৎপা ঙমহন্নবগী থৌনা অদু খঙবা ঙম্মসু ওইবম্বা য়াই। বৃটিশনা মণিপুরগী শাসনগী থবক পায়শিনখিবা অসিগী অমাঙ-অতোং লৈফম থোকই। তোংজবনি হায়না খনবশিংগী মনুংদা মণিপুরদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা পবীং শন্দোকপা হৌবম্বা অসিমদি তঙাইফদনা য়াওবে। মসিগা ইবোইননা, লৈবাক শাসনগী থবক্তা, প্রজাগী মীহুৎনা লৈবাক শাসন তৌহনগদবনি হায়না বৃটিশকী মতমদগী খোং থাংজিনবা হৌবন্নিবা অসিমসুনি হায়না শোয়দনা হায়নগনি।

মণিপুরগী রাখল খনবা মীয়ামগী মবক্তা নোংচুপলোমগী শিক্ষা পবীংদা মহৈ তম্বা তঙাইফদবনি হায়না খনবা হৌবকপা মতম ইং ১৯০৫গী ওক্তোবর ৬ তা চিংঙাখম পিশক পোকখি। মহাক পোকপগী নুমিৎ থা অসি মাগী জন্ম কোষ্টিদগী খঙবা ঙম্মনি (*এনেক্সর ১*)। বৃটিশনা মণিপুরদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা পবীং অসি শন্দোক্লন্নগসু মণিপুর অসি *বৃটিশকী মখা পোল্লে হায়বা রাখল প্রজাশিংদা ফাওবগা লোয়নননা বৃটিশনা* পায়খৎপা থবক কয়াদা প্রজাশিংনা য়ানিংখিদবা কয়াসু লৈখি। মদুনা মরম ওইবদুনা ওজা পিশকনা মালেমদা খোঙদাবক্কদবা চহী অমা রাৎলিঙৈ, ইং ১৯০৪ দা মণিপুর ইতিহাসতা মমীং লৈববা ইং ১৯০৪ গী অহানবা *নুপীলান হায়বদু থোকখি। মদুগুম্বা তাঞ্জা অমদা পোকখিবা ওজা পিশককী*

মতাংদা নৈননিংঙাই ওইবা বাফম কয়া লৈগনি। অদুবু পীক্রবা লাইবিক অসিনা পৌনা থিজিন্নবা হোৎনজবিবদি মহাক্কী বাজনীতি অমসুং শিক্ষাগী মতাংদনি। মহাক্না নহা ওইবিঙৈদা শান্ন- খোংনবা অমদি অহলগী মতম ওইবক্রবা ফাওবদা মণিপুবী সাহিত্যদা খোঙ থাংজিন্নবা কয়া অসিসু কুপ্না য়েংশিনবা য়াবা ঙাক্তনি। অদুবু মহাক্কী বাজনীতি অমদি শিক্ষাগী হীবমদনা হেন্না শৃক্লিং চঙনা য়েংজবি। বাফমশিং অসি য়েংজবগা লোয়ননা পিশককী পাবী-পুবীগী মতাংদসু বাফম খবা থমজবি।

## পারী-পুরী

ওজা পিশক সিংহ ইং ১৯০৫ গী ওক্তোবব ৬তা ইম্ফালগী য়াইস্কুল চিংঙাখম লৈকায়দা পোকখি অপোকপা পণ্ডৌ চিংঙাখম শীতল সিংহগী মচানুপা অতোনবনি। অপোকপীগী মমীংনা লক্ষ্মী দেবী কৌই। ওজা পিশকনা লুহোংদুনা লৌবিবা নুপী অসিনা, মণিপুব ইতিহাসদা য়াম্না মশক নাইবা মীশক অমা ওইনা, মহাবাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা লৈবম্বা *জেনবেল বলবাম সৌগাইজাম্বা হায়বা অদুগী মশুনুপীনি। জেনবেল* বলবামগী মচানুপা অহুম হায়বদি ভূবন, ইবোহল, ইবোচৌবা হায়বা অসিগী খ্বাইগী অতোনবা ইবোচৌবা হায়বা অসিগী মচা ৯ পোকপগী মনুংদা ৮ শুবা মচানুপী ইবেতোন (ইবেতোম্বী) হায়বা অসি লুহোংদুনা লৌখি। ইবেতোম্বীগী মপাবুং ইবোচৌবা হায়বা অসি বৃটিশনা মণিপুবদা হেক পানবা মতমদগী লিংখৎখিবা মণিপুব দববাব হায়বদুগী মেম্বব ওইদুনা লাকখি। ইবেতোম্বীগী মবুংশিংগী মবক্তা খ্বাইগী অহল ওইবিবা সৌগাইজম সমবেন্দ্র হায়বসি মণিপুবগী ইহান হানবা বি এ নি। মহাক্না বি.এ. পাস তৌদুনা থোবকপদা মহাবাজ চূড়াচান্দ সিংহনা কোইবেঙ্গৈ প্লেন তাফমদা বেন্দ পাটি থাদুনা ওকহল্লুই হায়বা মীশক অদুনি। দববাব মেম্বব ইবোচৌবগী মচা ৯ অসি সমবেন্দ্রনা খ্বাইগী অহল ওইবগা থংন-থংননা নুপা-নুপী ৯ খক পোকখিবনি। নুপীদা খ্বাইগী অহল ওইবীদুগী

মমীং অমুবী দেবী কৌই। মহাক্না ময়ুম পান্নুবা নুপা অদুগী মমীংসু অকোইজম অমুবী সিংহ হায়দুনা, মণিপুরদা এদুকেসনগী ঈহৌ লাকপা মতমদা য়াম্না মমীং চংখিবা মীশক্তি। ইবোচৌবা সিংহগী মচাশিং অদুগী মিং মথং মথং ওইনা - সমরেন্দ্র, অমুবী, ইবোয়াইমা, শুমতি, ইবোতোম্বা, বীনোকুমারী (অবাম্বম হাও সাহেবকী লোয়নবী), বীরেন সিংহ (সি সি স্কুলগী ওজা ওইরম্বা), ইবেতোম্বী অমদি ধীরেন সিংহ অসিনি।

**মহৈ-তম্নকপা**

মণিপুরগী মীওইশিংনা নোংচুপলোমগী শিক্ষা পবীং অসিদ' মহৈ তম্নক্নবগী স্কুল লিংখৎলকপগী রাফমসি শাংলবা রাবী পবীং অমা লৈহ্রে। অদুবু খবা শম্নপ্না পনবদি মতাং চায় হায়বা যাই।

মণিপুরদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা পবীংদা মীয়ামদা মহৈ মশিং তম্না ফংহন্নবা হোৎনবকপা অসি মণিপুরদা বৃটিশকী পোলিটিকেল এজেন্টশিংগী ওফিস হাংদোবক্লবা মতুংদা মথং মথং হোৎনবকপনা সাব জেমস জোনষ্টোন্না কন্না হোৎনদুনা জোনষ্টোন স্কুল হাংদোবকপা অসিদগীনি হায়না লৌনবে। অদুনা হৌজিক ফাওবদা ফংনরিবা শিক্ষা পবীং অসি সাব জেমস জোনষ্টোন্না ইং ১৮৮৫ দগী হৌদোক্লম্না পবীং অদুগী মখা চত্থবকপনি। ওজা পিশক্না পোক্লকপা অসি সাব জেমস জোনষ্টোননা মাগী স্কুল অদু লিংখৎখিবা চহী ২০গী মতুংদনি। হায়রিবা চহী ২০ অসিগী মনুংদা জোনষ্টোন স্কুল অসিনা নীংথিনা হাংদোক্লুনা থবক হৌখিবদি ইং ১৮৯২গী জুন ১দগীনি। মথং চহী ইং ১৮৯৩গী মার্চ ৩১দা শুপ্নতগী মহৈরোই ১১৩ খক্তমক শুখি। সবকাবনা ফিবেপ অমগা লোয়ননা লিংখৎলকপা স্কুলনীনা মতম অদুদা স্কুলসিনা সবকাবদগী মতেং খবদি ফংবা হৌবে।

মতম অদুদা মণিপুরগা মপানগা শম্নবা য়াম্না মকওইবা লম্বী অসি তোংজৈ মবীল হায়না খঙনবা কাছাব লম্বী অসিনা ওইরম্মী। অদুবু কাছাব



য়াইহূনদা লৈবা সৌগাইজম ইবোচৌবগী য়ুপুনবা ফোটো।

লম্বীসিগী খুদোংচাদবা কয়া য়েংলবা মতুংদা বৃটিশ সরকারে অদুনা ইম্ফাল কোহিমা লম্বী শেমগৎপদনা হেন্না পূক্রিং চঙলম্মী। অদুনা লম্বী অসি শেমগৎনবগী মীৎয়েংদা অঙাংশিংগী মহৈ তমহন্নবগী স্কুল অসি শেকমাই অমদি মাওদা, জোনস্টোন স্কুলগী হেক মতুংদা লিংখৎখি। অদুবু ইং ১৮৯৫ য়ৌবকপদদি ইম্ফাল শহরগা খরা নকশিন্নবা পেটিগ্র (শিংজমৈ মথক থোকচোম লৈকাই), তেবা অমদি ফোইজিংদা এল পি স্কুলশিং লিংখৎখ্রে। জোনস্টোন স্কুলনা মিদল ইংলিশ স্কুলগী থাক য়ৌখ্রে। ওজা চিংঙাখম পিশক্রা পোক্লকপা মতম অদুরাইদদি তম্পাক্তা এল পি স্কুল ৫১, চীংদনা এল পি স্কুল ৮ লোম লৈবক্রে। ওজা পিশক অসি অঙাং ওইরিঙৈদা পেটিগ্র লায়ার প্রাইমারী স্কুলদা, খরা চাউখৎলক্লগনা মোইরাংখোম অপ্পর প্রাইমরী স্কুলদা, মদুগী মতুংদনা জোনস্টোন হায় ইংলিশ স্কুলদা মহৈ তম্লর্কখি। স্কুল অসিদগী, কলিকতা য়ুনিভর্সিটিগী মখাদা ইং ১৯২৬ কী মার্চ থাদা মেট্রিকুলেসন পরীক্ষা পাস তৌবকখি (*এনেক্সর* ২)। মতুংদা ইং ১৯২৮ দা সিলেটকী মুরারিচান্দ কলেজদগী ইন্টরমেদিয়েট (*এনেক্সর* ৩) অমদি ইং ১৯৩০ দনা গৌহাটিগী কটন কলেজদগী বি এ পাস তৌবকখি। বি এ পাস তৌববা মতুংদা মতম খরা মহৈ তম্বা লেপ্লুবগা কলিকতা য়ুনিভর্সিটিদগী এম এ পাস তৌবকখি। মহাক্না এম এ পাস তৌবকপগী চহী অমদি থা অদু চপচানা খঙবা ঙমদ্রে। অদুমকপু ইং ১৯৩৪গী মে মতুংদা ওইবা য়াই হায়না মহাক্না নকশিন্নবা মীওইশিংনা হায়।

পিশকন্না বি এ পাস তৌবগা ময়ুমদা লৈববা মতুংদা এম এ তমথবগী রাখল অসি পাক লৈবমদে। বি এ পাস তৌবা অসিনা স্থাইদগী রাংলবা মহৈ অদু ফংলে হায়বগী রাখল তৌদুনা লৈবগুম তৌবম্মী হায়না মহাক্না নক্লবা মীওইশিংনা ফোঙদোকই। অদুনা মহাক, মহারাজগী কোনুংদা চত্তুনা মফমদুদা শান্ন-খোংনবগী থবক য়াওদুনা মতম লেনখি। মদুমনা মতম খরা লেন্নবা তুংদা, মহাক্কী ময়ুমগী মীওইশিংনা কন্না হায়বদগী

মহাক ঢাকাদা এম এ ফিলোজোফি তম্লুই। অদুবু অহানবা চহী লোইববা তুংদা এম এ লোইশিন্নবা অমুক চঙলুদ্রে। মদুগী মহুত্তা সি সি হায় স্কুলদা ওজা ওইনা থবক তৌদুনা লৈবে। মতমদুদা স্কুলদুগী হেদ মাষ্টর অসি বেঙ্গলী অমনা ওইবম্মী। বেঙ্গলী অদুনা মহাক "বি এদ" (বেচলর ওফ এদুকেসন) তম্বা চৎচগে শেলগী মতেং পীবিয়ু হায়না স্কুলগী মেনেজিং কমিটিদা দরখাস্ত থাখি। মেনেজিং কমিটিনা মঙোন্দা থাগী তলব খরা হেনগৎনবগী রাবেপ লৌখি। কমিটিগী রাবেপ অদুগী পাউ তাকবদগী ওজা শিশকসু এম এ পরীক্ষা থাদোক্লগে হায়না পুক্নিংদা চপয়ুংনা লেপখিবদগী প্রাইভেট ওইনা হোৎনদুনা পরীক্ষা অদু ঢাকাগী মহুত্তা কালিকতা য়ুনিভর্সিটিদা প্রাইভেট ওইনা থাখি অমদি এম এ পাস তৌখি। মহাক এম এ পাস তৌবে হায়বগী টেলিগ্রাম অদু ওজা শিশককী লোয়নবী ইবেতোম্বী লুহোংবগী মঙানি চাক্লৌবা নুমিৎ অদুমক্তদা থাবকপনি হায়না ওজানা মাগী মচাশিংদা পাউদম্লম্মী হায়বগী রাবী লৈ।

## ওজা শিশককী মচাশিং

ওজা শিশককী মপাবুং শীতলনা অহানবা লৌবা নুপী অদুগী মমীং শীজতোন কৌই। মচানুপী ইবেমশিশক কৌবী অমা পোক্লবা তুংদা নোঙ্গাখি। হায়বিবী শীজতোন হায়বসি, মতম অদুদা কোনুংদা 'শঙলাকপা' হায়বা ফম অদুদা থবক তৌবা ফম্মাইবা অমগী মচানি। অদুনা মীয়াম্না শীজতোনবু 'শঙলাকপগী মচানুপী শীজতোন' হায়বগনা হেন্না খঙনৈ। শীজতোন্না লৈখিদ্রবা মতুংদা ওজাগী মপাবুং শীতলনা খুমনলম্বম নীংঙোল লক্ষ্মী দেবীগা লোয়ননা অমুক য়ুম পানমিন্নদুনা কুপ্লবিধু অমসুং শিশক পোকখি। অঙাং ওইবিবৈঙদগী হৌনা মখোয় মচীল-মনাও য়াম্না নুংশিনবকখি। অঙাং ওইবিবৈঙদগী ওজা শিশক লাইবিক্তা মথবায় য়াম্না য়াউবকখি, বৃত্তি ফাওবা ফংলকখি (*এনেক্সর-৪*)। অঙাং ওইবিবৈঙদা মপাবুং গুন্না নোঙ্গাখিবনা লৈত-লায়ববনা মবম ওইদুনা ওজাগী মমা ইবেম্মা লক্ষ্মীনা মবক মবক্তা লাইবিক তম্বা তোক্লো হায়দুনা হেক-

হেক ভাংবদা ওজানা ঐদি লাইবিক আ-য়ৌনা তমথখিনি হায়দুনা নিংঙাই ভৌববদা ময়াম্বা কুল্লবিধুনা ইনাওনবু লাইবিক অসুক য়াম্না তম্লিংঙদবু তমজসনু, ঐহাক্না নৈত-লায়বগী ভাব পুম্নমক পুগনি হায়দুনা কাববাব (লম্লোনবগী থবক) ভৌখি। মবমদুনা ওজানা লাইবিক তম্বা লোইদুনা ওজা ওইনা থবক ভৌবক্কবা মতমদা থাগী ফংলকপা পৈশা পুম্বা ময়াম্বদা পীশিল্লি। ময়াম্বা কুল্লবিধুসু য়াম্না ঙন্না মশাগী চহি ৪০ (নিফু) শুবকপদা মচা অনী হায়বদি মচানুপী প্রমোদা দেবী অমসুং মচানুপা সুধনা সিংহ অমদি মহাক্কী লোয়নবী মৈপাকসনা দেবী হুন্দোকলম্লগা সংসাব থাদোকখি। ওজা পিশকনা ময়াম্বা কুল্লবিধুগী মচাশিংবু মহাক্না হেক পোকচবা মচাশিংগা কবিগুম্বদা খেন্নবা হায়বা অদু অমত্তা থমদনা মহাক্কী মবোয়বা মীৎকুপ ফাওবা কোনবীখি হায়।

ওজা পিশকনা জেনবেল সৌগাইজাম্বা বলবামগী মশু নুপী ইবেতোম্বীবু লুহোংদুনা লৌববা ভুংদা পুম্না মচা ১০ পোকখি।

ওজা পিশককী মচাশিংগী মমীং মথংশিংনা ·

১। মনোবমা দেবী

২। মনোবঞ্জন সিংহ

৩। ইন্দিবা (চহী ঙন্না লৈখিদ্রে)

৪। উমাশশি দেবী (লৈখিদ্রে)

৫। জয়কুমাব সিংহ (লৈখিদ্রে)

৬। উষাবানী (লৈখিদ্রে)

৭। সুনীতিবালা দেবী

৮। জ্যোতিন্দ্রা সিংহ

৯। দেবীকাবানী

১০। কিবনকুমাব সিংহ

## পিশক অমসুং সাহিত্য

চিংঙাখম পিশক সিংহগী পুন্সি নৈনবকপা মতমদা তোঙান তোঙানবা হীবমদা নৈননিংঙাই ওই। পিশক অমসুং মহাক্কী মণিপুরী সাহিত্য হায়বা অসিতনসু য়াম্না মচা খায়না নৈনদুনা নীংথিজবা লাইরিক অমা পুথোকপা য়াবিবনি। অদুবু পুথোকচবিবা লাইরিক অসিনা হোৎনজবিবদি পিশকনা মণিপুরগী শিক্ষাদা হোৎনজবম্বা অমদি লৌবম্বা থৌদাং অদুগা ইবোয়মনা মহাক্না মণিপুরগী রাজনীতিদা লৌবম্বা থৌদাং হায়বা অসিদা হেন্না পুক্নিং চিংশিল্লবি। অদুমক্তা মহাক্কী সাহিত্যগী মতাংদা য়াম্না খরা থম্লবদি হোৎনজদে।

ওজা পিশককী লাইরিকশিংদা মিং পারেদবা অসি 'মন্টে ক্রাইষ্টোগী কাউন্ট', 'ভারতকী সাধকশিং' 'ডি ওডিসি' 'ডি ইলিয়াত' 'রামকৃষ্ণগী বাণী', 'সতী তুলসী', 'কারাগার' হায়বশিং অসি পনবা যাই। মহাক্না সি সি হায় স্কুলগী হেড মাষ্টর ওইরিঙৈ মতমদা, ইং ১৯৫৫ দা ফোঙদোকখিবা "তরুণ সাহিত্য অহানবা" অমদি "অনৌবা য়ুগকী অনৌবা লময়ানবশিং" হায়বা অসি মতম অদুগী মহৈরোয়শিংগী তঙ্গবা লাইরিক ওইনা ফোঙদোকখিবনি। অদুবু লাইরিক অদু মণিপুরী সাহিত্যগী মচা অমনা হায়না শীংথানে। লাইরিক অদুগী 'রাহৌদোক' কী মমাঙদা 'ইবা' হায়বা শৈরেং অমা অইবনা হাপ্লি। শৈরেং অসিমক মালেমদা পোক্লিবা মী ওইবনা হেক পোক্লকপদগী মচা ওইবা - ওইবীশিংবু কয়াদা নুংশিনা ভৌবকপগে হায়বা অদু ফোঙদোকপা শৈরেংনি। শৈরেংগী মতাং অমদা ইবি -

পুন্সি' শৈহৌদা মালেম নৈদা তাবগা
খঙনবিহন্খি বিশ্ব-সংসারগা ঐগা।
ফংজরম্মী ঈশ্বরগী অহানবা দান
ইমাগী নুংশিবা অথোইবা দান
জীব'পুরগী মপোক্তা॥

নীংশিংবা য়াবা শৈবেং খবা ইবল্লবসু শৈবেংগী লাইবিক্তি ফোঙলম্বা থেংনদে। অদুমকপু ড্রামা অমদি বাবেংনচিংবদি মীতৈলোন্দা হন্দোক্লগা নীংথিনা ফোঙখি। মহাক্কী 'ভাবতকি সাধকশিং' হায়বা বাবেং কয়ানা পুনশিনবা লাইবিক অদুগী বাহৌদোক্তা "বাহৈ খবদং" হায়না পল্লদুনা কবিগী লাইবিক অদু ইবিবনো (অর্থ চল্লিবনো) হায়বগী মতাংদা অসুম্না পল্লি :

> "মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা মখল-মথেল হাপ্লবা হোৎনজবতনি। মতুংদা থরগা ফোংবা ঙম্লবদি ইথরাই অসি পেঙ্কগনি। ঈশ্বরগী থৌজাল্লি।"

ওজা পিশকনা মণিপুরী সাহিত্যগীদমক খোঙ থাংজিল্লবা অসি ড্রামা অমদি বাবেং শৈবেংদতা নত্তে। রাধী মচাসু যাম্না পামজবনি হায়বসি নত্রক্রা, রাধী মচাদি নত্তে হায়বগা রাধী মচা ওইনা ইবম্বা "কাউনখিগদ্রা? হায়দুনা, মৈতৈগী অচম্বা হবাও-তয়াম-মেরা-কাংজৈ" হায়না মমাং থোন্নবা, খোকখিবা থৌনোক অমদা যুম্ফম ওইবা রাধী মচা অমা ইবনি। মইতম্সু ইবম্বা থাদে। তাৎপর্যবদা রাধী মচা অসি ইং ২০০৯গী ওক্তোবর ৬ত ওজাগী চহী ১০০ শুবা মপোক কুমওনগী থৌরমগা মরী লৈনবা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ফোঙখিবা চিংডাবম পিশক সিংহগী নীংশিং চেফোঙদা ফোঙখি।

ওজা মশামক্লা ইবম্বা (ওজা মশামক্লা রাধী মচা নত্তে হায়বম্লবসু রাধী মচাগী শক্লোনদি নৌবিবা) রাধী মচা অদু অমুক হন্না পুখোকচাবঃ

> ইশাগী পুন্সিগা ম্নেৎশিন-ম্নেৎশিনবা থোকখিবা অথাম্বা হৌড্রবা পুন্সিগী রাফম কয়াবু কোক্তা নৌনা পুশিল্লকুনা বাখলগী শগুপ শায়বা অসি, করিসু কান্নদবা তাব শক্তিনা তুং-হন্না চেৎবা ওইরবসু, অতনবা পুন্সি মরেল্লি হায়না লৌনবা য়াওরবসু, কান্নবা-কান্নদবা, অতোং-অমাঙতগী হিসাবতদা নম্বুনা পুন্সি লেন্নদবনা, য়াম্না

নুংঙাই, দোষ লৈতে। চহী য়াম্থে, ছন্দুগী মমাঙদা মীতৈগী শাংলবা পুন্সি মরেল অমগী শরুক অমা ওইবনা কাম্নবসু য়াই।

য়াদী মচা নত্তে। ইতিহাস নত্তেঃ ইতিহাসকী মচাক অমদি ওইবা য়াই। কাউঙমম্রবা লম্লাইগী পুন্সিগী থৌদোক মচা অমগী য়ানি। লম্লাইগী য়াকমগী মশক অসিদা মৈতৈ অপুম্বগী শাংগ্রবা পুন্সিগী মচেৎ অমা উগনি। মদুতনসু ওইবা য়াই কাম্নবগী শরুক, শক্তম অসিবু অপাম্নবা উবা ফংলম্রোইদবা মীয়োনশিং অদুগা।

মেরা থানি। মেরা থা চুপ্পা লৈকায়গা লৈকায়গা, খুল অমগা অমগা শীংনদুনা মণিপুর তম্পাক শীনবা থুংনা শগোল-কাঙজৈ শামে। মসিবু 'মেরা-কাঙজৈ' কৌনৈ।

পাবুংনা (কৌ-তদুনা লৈরিবী ইমাদা) লক্ষী, হয়েংদি কাঙজৈ শাম্নবা তারি, সৌগাইজম লৈকায়গা ঐখোয়গী চীংঙাখম লৈকায়গনি।

ইমা - মাই পাবুংসু য়াওগদৌরিব্রা ?

পাবুং - লৈকায়না য়াওদবা য়াদে হায়রি, য়াওবা তারি।

ইমা - লাঙবমথৈ লাঙলগা পাঙ্গল অমা ফাওবা চনবা ঙমদদুনা তোঙ্গনিকো।

পাবুং - শায়নি হায়দুনা শায়রগা পাঙ্গল অমা ফাওবা চনবা ঙমদবা হৌনদে। মখোয়না ঐখোয়দগী পঙলিং লিংবা নত্তে। ঐখোয়গীসু ঘনা হৈয়-হৈয়বা মী য়াওরি। ঐদি ঐখোয়নদুম হেয়া লিংত্রা হায়না খল্লি।

ইমা - (খজিক্তং নোক্লগা) মদু নত্তেহে। ঐনা হায়রিবদি মাই-পাবুংবুনে।

পাবুং হৌজিক তাব তারে। কৌ খল্লিবী পলেমদা হাইকেৎ য়েংলি। পলেমসু মমার খজিক্তং

লৈশিন্দুনা মীৎকা মীৎকা চাশীজরি। মরোন-খোক্তবা মীনোক্না থম্মোয় পেজা নোকমিজরি। অনী অর্থ মুন্না খঙনরে। পলেম্মা নৌনা হাপচিন্নকপা থৌনাদগী হয়েংসি মথবায় খুবাক্তা হাপ্না শান্নগে খনজ্রে। পলেমগী মনীঃ থুঃহন্নবনি।

ইমা      লৈ পরেঃ কয়া লেংজু হায়বগে ' হয়েং পাঞ্জল অমা ফাওবা চনবা ঙমদদুনা ইকায় ইকায় চন্নক্তদবগী শরুকপুদি লোজ্না অমা অনীদঃ পুগে।

পাবুঃ -  খঙদে, খঙদে খরদি লেংজু। চোপ্পা য়াদে পাঞ্জল খরদি ঐসু চনবা ঙমফেনা।

ইমা মথবায় হন্নাওজে। ইমুঃ পুন্নমক মথুম মবাং থৌবে। ইমানা হয়েংসি নংনরোই হায়দুনা ঙা চাক, পানা কা লৈনবা মোইরাংখোম কৈথেল কাদ্রে। পাবুঃনা শগোল শঙদা (তাকয়েনগী ভিক্টোই) শক্তীক হুনবা চঙ্ক্রে। ঐখোয় ইচীল ইনাও অনীনা শগোল টিকজবীনবা, মখোঙ শেংলোক্লবা উশিং হোন্নি। য়োংকী শিংগ্রেং অমনে, নাক্লনা শাবা ব্রস কুম্বা অমনে পায়দুনা শগোলশিং ঙক নান্নি, মখোঙ মন্নী অদু অমমম থাক্সুনা থাজংল-থাদন্না তৌরি। বোন্না মচেৎ অমনসু ময়াংলে দা হজং হম্মা ইন্দুনা পঙক্তা তন্নি। শগোল অনী অদুনা খুমাঙ খোংল-খোংলদুনা থৌনা থৌনা খোংলি। হন্নাওদুনা তৌন্নিমান্নে।

ইমুঃ অসিদা হন্নাওনন্নিবা অসি মী মথল অহল্লি। মন্নমদি অমত্তা ভিন্নদে। ইমাগীনা, হয়েং পাবুঃনা পাঞ্জল চন্নপা কাঙজৈবুঃদা

খোঙ্গকচৌরিবা নোক-খেবা, হয়াও-তয়াফমী কুপ্নৈ অদু ভাবনা লামদুনা পাবুংগীনা হয়েং পাঙল খরা চল্লবদি মদুদা পোক্কদবা চাউখোকচবগী য়াখল, অদুগা ঐখোয় ইচীল-ইনাওগীনা কাউজে লোইরগা কাঙজেবুংদগী য়ুম ফাওবা শগোল তোংদুনা পাবুংনা চিংদুনা পুবিরকপা, মদুদা নুঙাইজবা অসিনি।

নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরে, মত্রি-শাস্ত্রি তৌরি। *ইমা হৌজক্তুনা মচীল-মমা শেংলগা রেম্দায় মচা* অমা পায়দুনা মপান থোকস্রে। পাবুংনা নুংশা খীজদুনা-'কদায়দনো থোকস্রিবা অদুবু, অমমসিদা ' ইমানা - 'মীনা হানখিনি, লৈ খিহৌদবা য়াদে' হায়না খুমজে। ঙনমনবা অদুদা পাবুং অসি নুংশা-খীজদুনা ইমাবু লেপ্পিনবা পুম্না চৎমিন্নস্রে। ঙাইহাক লৈরগা অঙোৎ, মালিকা, শংখ্রে, সনারৈ - অতৈ করি করিনো ফনা য়াম্না হেক্লুনা হনমিন্নরক্রে। ইমানা লৈকায়গী লৈশাবী, মৌ খরা লৈ লেংবিনবা, পানা তঙ্গীনবা লেকচরুরে। লৈ-লেংলিবশিং অসিগা ফাগী তৌনদুনা পঙনোক্তা নোকই। পাবুংসু খজিক খজিক য়াওশিল্লি।

লৈশাবী অমনা - ইশ্লোইবেম্মনদি পঙলাঙতা-লাঙই, পঙহাওতা হয়াওজৈ, হোয়েন খুড়া ইবুংঙোনা পাঙল অমত্তা চস্ত্রবদি কমদৌবা ?

পাবুং - চনবা-ঙমম্ববদি লৈ-পরেংশিং অদু নখোয় নখোয়গী নুংশিনবশিং অদুদা হকচনবা হন্নখিরকনি।

লৈশাবী অমনা - 'হৈমা, ঐখোয়গীদি লৈজদেরে।'

পাবুং - 'অদু ওইরগনা হোয়েন নুংদাং সনামহি কাচিন্দা ঐখোয়তা হকুজবা তারেদনা।'

নোকখিবনা ইমুং অসি পোকথাম্নগদৌরে, ইমানা চাকথুমদা, পাবুংনা ওমাঙদা শগোল সেবা তৌনা-তৌনা, লৈ-লেংবী, লৈশাবী, মৌশিংনা মাজোলদা রা-রা-রা। মাজোলদনা খিৎ হেল্লি। থম্মোয় পোন্নবদি হেন্নদে। ঐখোয় ইচীল-ইনাও অনীদনি নোক্তবা। অদুবু লৌনগনবা লায়নাদৌনা নুঙাইবগী শরুক থরদি থম্মোয়দা অদুম মকাওই।

চাবা-থকপা লোইরে। মাজোন্দা নীংথিবা ফময়ম ফক অমা, মথক্তা ফিজৌ মচা অমা। ফক ময়াদা তাঙদা পানা খিল্লি অহুম মদুগী মমাঙদা ধুপ-থাংমৈ অমসুং দীশিং থল্লা হাপ্পা খুজাই অমা তাঙ মথক্তা। ফক অদুদা পাবুং ফম্রে। ফিজৌ ওাক্তা শেংলি।, কোয়েৎ কৈয়েৎ য়েংলি। খিলি অমা লৌদুনা চারে। হ্বর য়েংদুনা লৈরি। মতম অসিদা লৈকায় পূম্নমক নিময়ক্রে, "লোইরব্রা, লোইরব্রা ?"

শাবল হাপ্পা শগোল অমা, হাণ্ডবা অমা, পাবুংগা ইরি-ইতা থোকপা পাখং অমগনা শগোল অনী অদু অময়ম চিংদুনা থোকম্রে। ইমানা লৈ পরেং, পানাশিংদু কবোগী হোয়াই অমদা হাপ্পগা ফিজৌ অমনা পুনশিল্লে। মপান-নাইবা ফনেক শেংলি, অজৌবা ইন্নফি অমা মকোক খুমদুনা ইল্লি।

মতম অদুগী মৌ পূম্নমক চথোকপদা, লৈবাক তিনবদা মকোক খুম্মরম্মী। নিপানা চন্দন য়াম্না ফজনা থিনবা, হাপা য়াম্না থাবা তাম্নবগুম তৌনরম্মী। কনা কনাগুম্বনা থবাক অমসুং শাম্বোমদা খিল্লিবা, হাপা থাম্নিবা, মচুগী চন্দন কাপ্লিবা অদু উহম্নীংবদগী ফুন্নিৎ লীৎপা তৌদনা কৈজোম শেংলগা, "দীশিং মনম নম্বা" হায়নবা উরেয়োমনা শঙবা থুদৈ অমা লেংবাম্বা য়াম্নগা পঙকোয় কোয়নরম্মী। অসুম্না চন্দন য়াম্না থিল্লগা লৈবাক মচা তাবা, অচৌ-অশাংগী তাবতাসু লৈনরবগুম তৌই। ধর্ম কম্না থাজবদগী অসুম্না তৌনবমক্তি নত্তমাল্লে।

যৌজিক নুমিৎমুংবা মতুং পুং অমরোম তারে। মপান কাঙজৈবুঙগী নোংচুপ থংবা শরুক অরাম্বা অসি মীতনা চোয়ে। মনীং লম্পাক অসিদনা শগোলগী শগোল ঙাক্তা ঙাম্নরে।

নিপা অহল্লমন পুম্নমক ফিজৌ ঙাক্তা শেৎ ইল্লি, কোইয়েৎ শলাই য়েৎলি। নুপী মাম্না অহল ওইরবী অমসুং লুম্রাবীনা পুজৌ ফনেক, অতৈনা মপান নাইবা ফনেক শেৎলি। নুপীনা ফুরিৎ লীৎপা চৎনম্রি।

লৈকায় অনীগী মীশিং অসি কয়া য়েৎশিন্নদনা তোঙান তোঙান ফম্নে। মাগী মাগী মীচঙ হায়বা অদুগী য়াথল ইরৈ লৈনবঙম তৌই। তৌবগীদি লৈকায় অনী হায়জবতনি, ইনক-নকুবা মুম থংনবা মীওই ঙাক্তনি, নুংশিনা কৌনৈ, ফাগি-ফরাং তৌনৈ, নোকমিম্নৈ, পানা লায়দুনা চামিম্নৈ। শায়বা হৌম্রবা মতমদা মীচঙগী য়াথলগী মথা পোম্নরকপনি। অদুবু করিগুম্বদা য়েংথিনবগী য়াফমদি কোক্তগী থাপ্না, মাম্না থাপ্না।

কাঙজৈ হৌরসি হায়নরক্নে। কাঙজৈরোই পুম্নমক হনজ্রেকমদা চঙনম্রে। লুহোংবগী বর-কন্যা শেম্নবা নিপানা শেৎপা ফিজেৎ অদুমক শেৎপা, অহল ওইরপ তৌবা নিপা অমনা গুন্ তৈবা য়ারুগী কাঙক্রম অমা বাংনা লংথক্তুনা হনজ্রে হনম্রে।

কাঙজৈ হৌম্রে, মী খুদিংমক মথম্নায় খুবাক্তা হাপ্তুনা শামম্রে। মীচং অমমমদা কাঙজৈরোয় তরেৎ, তরেৎনি। ফৈনা মুংনা য়েবা কয়া কম্না, খুদোং চাবা লৌনবা তপ্না য়েবা, কম্না য়েবা কম্না অমা। অথাম্নদা য়েখিবা কাঙক্রম তম্না তিথক্তুনা শগোল যৌজিম্নরি, অতোপ্পা অনী অহম অমনা শোয়রগা চিথহৌবা কাঙক্রম য়েননবা, কাননবা তুং ওইরপ যৌজিম্নবসু কোজায়নি।

কাঙজৈবুং অসি খোজেল, খোজেনা পুমনিন নিনশ্রে। নুপীশিংসু লাউ-খোংবা অসিদা শকক কয়া য়াবি। নিঙ্গিবা লাউনরিবা য়াহৈশিং অদুদি - 'ইস নুংঙাইখিদ্রেদা, খজিত্তদা:' 'হাই, তব্বা অসি পাঙদে হাই, মতুং-মনাও কাঙজৈ য়াওহনগনু অমা শিন্দোকউ, মখিন শান্দে।' 'আই আই চাউবা অসি শগোম্মগী তান্ত্রেনহে। করম তৌদুনা তাগ্রিবনো ? আই, শোক্তি শোক্তমাম্নে, হৌগৎখ্রে।' 'চাউবনা কাঙক্রম য়ৈগে তৌবদা তোমচৌনা তুংদগী হাইবৌ তৌমায়ে।' 'হে, হে, থৌজিক কানগী নহাবোলশিং অসি ওদ্দোক্না হৈখিদ্রেদকো, হাইবৌ তৌবিবা নিপা অদুগী মথুক্তম তেক্লুনা তোকচগদবু' অসিনচিংবা য়ায়ামসিনা পুমনিম্নি।

শায়বা পুঙথাযমূক ফাবক্লে। শাক্কন চয়বা ঙম্মখিদ্রে। ক্রক ক্রক য়েংননা শায়বনি। অসুক কুইববা মতুংদা পাবুংনা কাঙক্রম অদু চেন্দুনা পুবগা খবা থাপ্লম্মদগী কয়া অমুক্তং য়ৈবদা শাক্কনফম লায়া পাইদুনা চৎখ্রে। খবনা লাউনবক্লে 'ফজৈদা ফজৈদা !'' কনা অমনা 'কনানা চনবনো, কনানা চনবনো ?' অতোপ্পা খবনা 'চীঙাখম ইবোতোম্মনি, ইবোতোম্মনি।'

ঐখোয়গী ইমা ঙ্ক ঙ্ক নৈদুনা ফম্ফম লেঙই। মীয়ামনা মঙোন্দা য়েংশিন্নবক্লে। ইমা মমায় ঙাঙশিল্লি। মিয়নসু শোয়দনা ভিং ভিং চোংলমগনি।

কাঙজৈরোই পূম্মক হনত্রেকম তায়া চঙশিন্নবক্লে, পাবুংনা খাইদগী মাঙদা, অত্তেনা থা-মচেৎ শানা কোয়শিল্লি। কাঙজৈ অদু মথক-মখা ওদ্দোক্লুনা য়েৎথংবা মরেংদা ঙাবি, মথুৎ ওইনা চুক্রি, - পাবুং অসি লান জয় তৌদুনা হয়কপা জেনরেলগী বাখল পোকপগুম তৌই। নাপল কানা উই।

মীয়াম্বা, ইমারোমদা ওনশিন্দুনা, - 'ইবেম্মা, কৈদৌরি, হৌপৎলো, হৌপৎলো।'

ইমানা কোক খুম্রিবা ইমক্তি অদু মাঙলোমদা খরা চিংথরগা লৈ পরেং, পানা হাম্না হোরাই অদু পায়খত্নুনা হৌপৎলক্লে। লৈকায়গী খরা অহল ওইবী নুপী অমনা ইমাগী মখুত্তগী হোরাই অদু লৌরগা মখোয় অনী পূম্না থোকমিন্নরক্লে। খুদক অদুদা মীয়াম্বা - ''মী অতৈ মাওবা মাদে, মতোমক্তা থাদোক্কদবনি'' হায়না লাউনরক্লে। নুপী অদুনা ইমাদা হোরাই অদু পীরগা নোক্ক-নোক্কদুনা মফমদা হঙ্ক্রিন্দুনা ফমখ্রে। ইমা মতোমক্তা পাবুংনা লৈরিবা মফম অদু তাম্না তপ্না, তপ্না, লুক্কক্লনা চঙশিন্নক্লে। তম্না পাবুংগী ওই ওইরপ্না শগোল মনাক্তা লেপ্লুরে। হোরাই অদু লৈবাক্তা থগ্নগা লৈ-পরেং অনী লৌখৎলে অদুদগী পাবুংদা হঙ্গৎনা য়েংঙ্কবা, পাবুংনা শগোল-চূক্লি অদু কম্না শেম্নদুনা মথক্তগী মকোক নোঙ্খ্রকপদা ইমানা লৈ-পরেং অনী অদু পূম্না পাবুংগী ঙকশমদা নীংথিনা হকচরে। অদুদগী পাবুংনা পরেং অমা মঙক্তগী লৌথোক্লগা ইমাদা হম্না হকপিরে। তুংলোমদা খজিক্তা হন্দোক্লগা খুক্ক-খুদক কুন্দুনা ইমানা পাবুংদা খুক্কমজরে। লৈ হক্কবা হেক লোইবদগী নোকখ্রিবা, খেখ্রিবা, লাঙখ্রিবা অসি করি হায়না শিংথানি, করম্বা য়েক্কনি। ইমানা লৈহকপা ঙমজনবা পাবুংনা শগোল মথক্তগী নোঙ্খিবা অদুবু নিপানা নুপীদা হাম্না খুক্কখ্রে হায়দুনা রা-রা, অদুগা নুপী থরনা 'ফজৈদা-ফজৈদা' কাঙজৈবুঙ অসি অমুক্তোইবা ফুম নোমখ্রে, পুম্মিমি। অদুদগী পানা হাম্না হোরাই অদু ইমানা থাজৎচরকপদা মীয়াম্বা - 'য়াদে, মদু য়াদে, য়াদা ইনগদবনি' হায়না লাউনরক্লে। ইমা গত্তি লৈত্রদুনা পানা খুদপ অমত্তং পায়খৎচরগা পাবুংগী ময়াদা ইনখ্রে। অদুদগী মীয়াম্বা - 'নিপানসু ইনগদবনি' হায়না লাউনরক্লবদা পাবুংনা ইজিং

তৌদুনা খুদপ অমা ইমানা পাবুংদা লানখৎল্লে। অমা মপু ইমাদা ইনবিরে। মতাং অসিদা কাঙজেবুং অসিদা লাঙখিবা, নিনখিবা, হয়াওনখিবা, নোকখিবা অসি মপুং ফানা কনম্না য়েকপগী মতীক নংল্লে। ঙমখৈ-লৈইনা ফাজিনবা য়াদবা মীওইবগী ভাবশক্তিদা শিন্নজরগে।

থৌদোক অসি পাঙ্গন চম্বা খুদিংগী থোক্লিবনি। নুপী থিদবা, নংত্রগা পাম্রা ওইবশিংগী করি-করম তৌবা নীংশিংল্লে।

য়াফম অমনা, কাঙজৈ শান্নবা অসিদা পোৎ লাগৈ। কাঙজৈরোইশিংগী মকপ মপাং, মরী মতা, থোইদোক্লা নুপী মপামগী মীশিংনা পোৎ লাল্লি। ঠৈ-লৈ, কখোক, পানা-অসিনি। লাল্লক্লিবা অথেনপোৎশিং অসি কাঙজৈরোইশিংগী নুপীশিংগী মমাঙদা থেম্দুনা থম্মৈ। সঙ্গ ফবা, মরী-মতা খুৎ কনবগী ভাব পোক্লে, চাউথোকচনৈ। পোৎ পুম্মক লোইনা য়েন্থোক্লুনা চাম্নিন থকমিম্মৈ। মীচং হায়বা নাইনদে। পোৎ অমত্তা মুমদা হল্লনদে।

নুমিৎনা নোংচুপ-চীংদোন্দা তপ-নপ্লকপা, মিনা খ্বাইদগী হেন্না শাংদোক্লকপা মতম অসিদা কাঙজৈ লোইশিন্নেৎ নোকপদি, হয়াওনবদি লোইদে। নুমিৎ কয়ানি কোন্দুনা ফাওবা নোকখিগদৌরিবনি। কনা কনাগুম্বা ভাবশক্তি হেনবা ভাবক খরদদি পুক্নি কোম্নমা নোক্লবগী, হয়াওজনবগী মচাক অদুম মওইনগনি। মী পুম্মক কাঙলুপ কাঙলুপ মমুম পাংনরক্লে। শগোল মথক্তা পাবুংনা থাজংশিদুনা ইয়াম্বনা মাঙদা ঐনা মাগী মখাংদা কোম্দুনা তোংলে। পাবুংনা শগোল চুক্লি শায়রদুনা ইমাগা করি করিনো য়ারী শার-শারদুনা চিংদুনা ঐখোয়সু মুমলোমদা হল্লক্লে। ঐখোয়গী ইমুং-মী মখল অহমগী নীংজবা চপচানা থুংখি।

য়ুমদা লৈ লেংখিবী, পানা তপখিবী লৈশাবী মৌ খরা ইরাঙ হেক লাঙলদুনা লৈরম্মী, হায়রকই "খুড়া ইবুংঙো, ইন্দোনইবেম্মসি, মায়খোং মকা য়ায়া শায়া উই, পাঙল য়ায়া চন্নবা তাই। পাঙনবু কয়া চন্নকপগে খুড়াইবুংঙো ?" পাবুংনা - "ঐদি খঙদে, নন্দোম্মা হংবু।" মৌ অমনা - "মাগী মাগী নুপীনা পাঙন থাবোইরে ? ইন্দোইবেম্মা, কয়া চন্নকই ? ইমানা - "অঙাওবীসিদি, মদুবু ঐনা খঙব্রো ?" অদুদগীদি করি করিনো পংহায় হায়নদুনা অচম্বা মখল-মথেল কয়াগী ফাগীনি। য়ুমদসু নোকপগী লোইবা-থম্বা নাইদে।

মসিনি চহী হুম্ফুরোমগী মমাঙগী মণিপুরগী হরাউ-তয়ামগী শকফম মচেৎ অমা। য়ুম খুদিংদা শগোল কয়া লোইনরম্মী হায়বা অসিনা মৈতৈনা শগোলদা কয়া হৈরম্বগে হায়বদু প্রমাণ চঙদনা তাক্লবনি। অদুগা শগোলগী মচু-মমেন, মরাং-মবাক্কী মতুং ইন্না থায়দোক্কনা মমীং খোনবদা পৃথিবীগী লোন পুন্নমক্তগী মণিপুরী লোয়া ইনাক খুনবা ইহেন হেনবনি। মসিনা মথক্কী য়াফম হায়বদি মৈতৈনা শগোল অসি অতৈ অতৈ পুন্নমক্তগী হেন্না শীজিন্নবগী প্রমাণ অদুম ওইরি।

মণিপুবগী কলচব অমসুং ইতিহাসকী মশক মচেৎ অমা উৎলিবা ওজা পিশককী ব্লাবী মচা অসি কবম্বা মতমদা ইবম্বগে হায়বগী মতম অদু চেফোঙদুদা উৎলমদ্রে। অদুমকপু থৌদোক অদু মহাক্লা অঙাং ওইবিঙৈ মতমদা থোকখিবনি হায়বা অসিমদি তাক্লে। অতোপ্পা ব্লাফম অমনা, থৌদোক অদু "চহী হুম্ফুবোমগী মমাঙগী মণিপুবগী হবাও-তয়ামগী শকফম মচেৎ অমা" হায়বিবনীনা মহাক মশাগী চহী ৬০ হেল্লবা মতমদা ব্লাবীমচা অদু ইবা ওইবম্বসু য়াই।

ওজা পিশককী ওজা ওইবগী শিনফম অসিগী মথক্তা মহাক্লা মণিপুবী সাহিত্যদা পূক্লিং থিংজিল্লি হায়বা অসি মহাক্লা অর্থ হন্দোক্কনা

ফোঙলম্বা লাইবিকশিং অদুদগী নীংথিনা খঙবা ঙম্মী। ইং ১৯৬৮ দা ফোঙখিবা 'ভারতকী সাধকশিং' হায়বা লাইবিক অদু বাংলা লোন্দগী হন্দোক্লগা ফোঙলম্বা লাইবিকশিংগী মনুংদা অমনি। মণিপুরী সাহিত্তাদা মমীং নীংথিনা লৈববা নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহনা ওজা পিশককী মবমদা ইখিবা য়াফম খব লৌখৎচবি :

> ভাবতকী সাধকশিং হায়বা মণিপুরী অনুবাদ অসি বাংলা সংস্কৃত য়াহৈ য়াম্না য়াম্নবসু সাহিত্যগী ফজবা লৈশি লৈথোন য়াওবা খুৎফোঙদোক অদুদি ঐখোয়না উবা ফংই, মসিগা লোয়ননা অনুবাদক মশাগী ওইবা স্টাইল অমসু। মসিগী খুদম অমত্তঃ লৌখৎচরি - "য়ারানসীগী অতিয়াগী মকোয়দা অয়ুকী চিংখৈহনবগী অহানবা মঙাল অদু হন্দোরকপদা মঙায়রি। বিশ্বনাথকী মন্দিরদা মঙ্গল আরতি কৎকদবা ঙাইহাক মঙায়রে। পুং শেল, মোইবুংগী খোঞ্জেলনা লৈরক খুঙ্গক পুম্নমক নিঙ্গরল্লে। শিবশম্ভো-হর-হর মহাদেব হায়বা খোঙ্গোক্লা য়ায়কৈ পুম্নমক পুমনিল নিঙ্গক্লি।" (*ভাবতকী সাধকশিং, লা:১*)

মথক্কী য়াফমশিংসি ওজা পিশককী চহী ১০০ শুবগী মপোক কুমওনগী নীংশিং চেফোঙ অমা ইং ২০০৯ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ফোঙখিবা অদুদা কুঞ্জমোহন সিংহনা ইখিবা "চীংঙাখম পিশক নীংশিং মিৎকুপ খবা অমদি মহাক্কী সাহিত্য" হায়বা য়াবেং অদুদা ফোঙদোকখিবনি। পিশককী মশাদা সাহিত্যগী গুণ নীংথিনা চেল্লে, অদুবু মহাক মশাগী সাহিত্যগী পোৎথোক্তি ফোঙদোক্লমদবনা, মহাক্কী সাহিত্য অসি অনুবাদ সাহিত্যনি হায়না শ্রীকুঞ্জমোহন সিংহনা হায়খি। পিশককী সাহিত্যগী মবমদা কুঞ্জমোহননা অসুম্না ইখি.

> "মশাদা সাহিত্যগী গুণ ফজনা চেল্লবসু লাইরিক ওইনা ইদুনা মহাক্কী প্রতিভা অদু ওজা পিশক্না থোইনা ফোঙদোক্লমদে। লৈনম চেনবী লৈয়াংনা মপুং ফানা

শাংকাম্বরমদনা কেনথিবগুম মহাক্কী প্রতিভাসু মপূং ফানা শাংকাম্বরমদনা কেনখি। কোয়চাই চাইদুনা লৈবা য়াবেং (প্রবন্ধ) খল্লা নত্তনা মহাক্কী সাহিত্য কীর্ত্তিদি মপূংদা অনুবাদনি - অনুবাদ সাহিত্যনি।''

*(নীংশিং চেকোউ, লাঃ ৭)*

ওজা পিশকনা অনুবাদ সাহিত্যদা পূক্লিং নীংথিজনা চঙবা অসিগুম্না য়াবেং ইবদসু মহাক্কী সাহিত্যগী প্রতিভা অদু নীংথিনা মমি তাই। মহাক্কী মমীং চৎলবা য়াবেংশিং - 'সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতি', 'সমাজ অমসুং সংস্কৃতি' হায়বর্নাচিংবা অসিগী মথক্তা অতে কয়াসু ইবশ্মী। মহাক্কী খুৎই অয়াম্বা অবাংবা য়াখল ফোঙদোকপগা ইবোয়ননা সাহিত্যগী ঈচেলসু লেপ্তুনা চেনশিল্লি। মণিপুরদা শিক্ষাগী হীবমদা নৌনা ঈচেল কল্লা চেল্লকপা তাঙ্গা অমদা মহৈ তমখৎলক্লিবশিংগী টেক্স বুক ওইনবা ইবদ্বা 'তকন সাহিত্য অহানবা' হায়বা লাইবিক অদুদা ইবল্লিবশিং অদু টেক্স বুক অমা ওইহন্নবগী অচম্বা খুৎই অদু নহে। সাহিত্যগী ঈচেলগা ইবোয়ননা ফোঙদোকপা মফোঙদোক অদুনা 'তকন সাহিত্য'গী থাক হেল্লা য়াংখৎহল্লি, অবাংবা থাক্তা চিংখৎহল্লি। অদুবু লাইবক থীবদি ঐখোয়না মদুদা চঙশিল্লবা অমসুং য়েংবা ঙম্মদবা অদুনি। লাইবিক অদুদা য়াওবিবা য়াবেং 'নুপী' হায়বদুদগী মতেক অমত্তং লৌখৎচবি -

> ''অচুম্বা, ফজবা, নুংশিবা, - নুপীগী মশাদা অমুক্তদা পূল্লা ফংই, পুক্লিগী নুংঙাইবা আশা, অমদি হৌখ্রবগী স্মৃতি কয়ানা - 'নুপী' হায়বা য়াহৈ অসিগী মনুংদা ফুমদুনা লৈরি, খঙহৌদনা ভাবরাজাবু স্বর্গগী থাক্তা পুখৎলি। মহাক্কী অখাং-কনবা, খৌজাল, অথোংপা, অয়েঙবা লীচৎ - পুম্নমক্কা মাঙখ্রবা অমরাপুরবু ভাইবংগী য়ুম্বানবগী খাংপোক্তা পুরক্লি''। *(লাঃ ৩১)*

য়াহৈ পবেং অনীসিদা ফোঙদোক্লিবা য়াখলগী ফিদা অদু য়েংদবা য়াবোই, কাউথোকপসু ঙম্রোই। লাইবিক অদুগী 'নহাবোল' হায়বা য়াবেং

অদুদা ইবন্সিবা পূক্লিংগী রাখল, রাহৈগী মফোঙদোক পূম্নমক অদু চুঙ ফিবাল চাববা সাহিত্যগী থাক অদুনি। নহাবোলবু জাতিগী অথোইবা ললনি হায়বন্সিবশিংগী মতাংদা ওজা শিশকনা রাবেং অদুদা ইবি -

"নহারোলবু জাতিগী অথোইবা ললনি হায়নরিবসি অতে করিগীসু নত্তে, নহারোলনা থিংবা রান্নবা অকনবা ভাব-রাজ্যদা তাউদুনা নুংঙাইরবা মঙ মঙদুনা, আশাগী দীপান্তা তাউদুনা চৎলিঙৈ মতমদা পূন্সিগী অরা-অনা, অকি অথংগী রাখন্না কর্ম্মক্ষেত্রদা চোংশিল্লকপা মতমদা মথোয়বু থিংবা ঙমদে, অদুনা চাওখৎপা পাম্বা তাইবংদা নহাবোলগী অরাংবা মফম লৈরিবনি।"

নহাবোলগা অহল্লোনগা খেন্নবগী মতাংদা রাবেং অদুদা ইবম্না রাখম খবসু য়েংবা য়াই। রাবেং অদুদগী মতেক অমা লৌখৎচরি -

"পূন্সিদা তত্তনা খুদি থীরবা অমসুং অরা-অনা মশীং নাইদনা থেংনববা অহল্লোননি। তত্তনা গুনবা সংসারদা মথোয়না মমীৎকী মমাঙদা থোকস্তবা অশি অনাতবু তত্তনা উরি, নীংশিংই, অসুম্না রাখত্তনা নমহত্তুনা মথোয়গী ভাবরাজ্য অদু মরাই চায়থরকপনা থবক্তা খুৎ থাবা মথোয়না থোইদোক্তা নীংজিং-মাঙজিংনৈ। অশিবনা কৌবা অদু মথোয়গী মনাকোংনা তত্তনা ভাবঙম কৌরি, অদুনা পূন্সিদা হৈনিংবা রাংলি। পূন্সিগী লানফমদি থবক্তী লানফম্নি। অদুনা থবক্তা প্রোক প্রোক চাকশিনবা রাংলবা অহল্লোনগী কর্ম্মক্ষেত্র ওইরবা সংসার ক্ষেত্রদা অরাংবা মফম লৈবা য়ারোই অদুগা অমরোমদা, হকচাংগী পাক্সল জর জর হেল্লৎপগা কোন্নবা মিৎ, নাকোংনচিংবা ইন্দ্রি পূম্নমক লাক্ত-ক্কান য়াদবমখৈ কনখৎপা মতম ভাবরাজ্যনা অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎনা তেরা মফোল পূবঙম নহারোলবু পূদুনা চৎলিঙৈ মতমদা, নহারোয়া অতিয়াদা পাইনিংই, সমুদ্রদা লুপ্নিংই, হিমালয়গী মকোন কাবীংই। অশি-অনাগী রাখল মথোয়দা চঙদে,

মপাজলনা মখোয়গী লক্ননি। থবক্তা মদুগী মহয়নি। অদুননি সংসার ক্ষেত্রদা মখোয়না খ্বাইদগী অৱাংবা মফম কনশিল্লিবা।"

*(লা: ১,২)*

ওজা পিশকনা, সি সি হায় স্কুল অমদি মণিপুর কলেজ অনীমক্তা ওজা ওইমিন্নখিবা ওজা সনসম কুঞ্জবিহারী সিংহনা হায়খিবা ৱাফম খরা লৈ। ৱাফমশিং অদুদগী খরদং লৌখৎচরি।

> "মণিপুরী সাহিত্যগী লমদদি ওজাসু (ওজা পিশক) লময়ানবা অমনি। অঙনবা মতমগী লাইরিক-লাইৎ হৈবা মীশক্তীনা ওজাদসু বাংলা সাহিত্যগী অকনবা ইথিল চঙখি। ওজানা হেড মাষ্টর ওইরম্বা স্কুলদুদা রবীন্দ্রর চনাবলিগী ভোল্যুমশিংতনা থনবা লাইরিক উপু অমা ওজাগী কাদা থেম্দুনা থম্বা ঐহাক উখি। মণিপুরীদা ইবা ওজাগী ৱারেং কয়া লৈরি।"
>
> (নীংশিং চেক্লোঙ, ২০০৯, লা: ৬৫)

ওজা কুঞ্জবিহারী সিংহ অসি সি সি হায় স্কুলদা লাইরিক তম্লকপগা লোয়ননা স্কুল অসিদসু মতম খরা ওজা ওইরম্মী। মতুংদা মণিপুর কলেজদা চহী ১০ রোম ওজা ওইরম্মী। কলেজসিগী প্রিন্সিপালসু ওইরম্মী। ওজা অসি য়াম্না পীক্লিবৈদগীনা কলেজগী ওজা ওইরিবৈ মতম ফাওবদা ওজা পিশককী মগুণ নীংথিজনা খঙলকপা মরম্না মহাক্না শীংথাখিবা ওজাগী মগুণ খরসু অসুম্না ইরি

> "ভারতবর্ষগী নীংতম আন্দোলনা কনখৎলকপা মতম, মণিপুর য়াওনা লৈবাক শীনবা থুংনা গনতন্ত্রগী ৱাথল্লোন শন্দোরকপা মতমদা লাইরিক - লাইৎ মতীক চানা হৈরবা মীশক অমা ওইরুবনা মতমদুগী রাজনীতিগী ঈরৌ অমদি মণিপুরদা ওইরিবা ফিভম মমুৎ তানা লৈনবা, পীকল্লবা অমদি মীশিং য়ামজখিল্লবা ষ্টেট অসিগী তুংদা ওইহৌগদবা মরামরকী থল্লুবদা য়াম্না নুংনাংজখিবা মীশক্তি ওজাসি।"

ওজা পিশকনা মণিপুর কলেজগী প্রিন্সিপাল ওইবিগী মতমদা থোকখিবা থৌদোক অমগী মতাংদা প্রো. এল সদানন্দ সিংহ, বিতয়ার্দ প্রিন্সিপালনা ওজাগী নীংশিং চেফোঙ, ২০০৯ দা রাফম খবা ইখি। রাফমশিং অদু নীংশিংবা য়াইঃ

> "নোংমা ছাত্র-ছাত্রী ময়াম ক্লাস তৌরিঙৈদা কলেজগী কম্পাউন্দ মনুংদা ছাত্র অনী নিঙাই শাংদাজরকপদগী খুৎ থোক্করকখি। থৌদোক্কুদা প্রিন্সিপাল ওজা পিশকনা লৌখিবা থৌদাং অদু উহৌবা, তাহৌবশিংনা থোইদোক্লা ঙক্লখি। ওজানা ফুনরিবা ছাত্র অনীগী মরক্তা চঙশিল্লগা 'নখোয় অনীনা ইপাবু ফুরো' হায়না লাউখি। খৎনরিবা অনীদু হায়ফম তৌফম খঙদনা তিঙক-তিঙক য়েংদুনা লৈখি। ওজানা মখোয় অনীগী মখুৎ নামা পায়রগা মাগী কাদা পুশিনখি। করি হায়নরবনো খঙদে, ঙহাক লৈরগা খৎনখিবা ছাত্র অনীদু মখুৎ শম্নরগা নোক নোক্কুনা থোরকখি। মখোয় অনীগী মতৌদু উবদা ময়ামদু ঙক্লখি। ওজা পিশকনা ইং ১৯৬৯ দা থবক্তগী পোথাখিবা নুমিৎতুগী কায়না থৌরমদা খৎনখিবা ছাত্র অনীদু নোং খোংবগুম কপখিবদু হৌজিক ফাওবা কাউদ্রি। থৌদোক মচা অসিনা, ওজা পিশকনা মহাক্কী ছাত্রশিংগা করম্না লোয়নখিবা, ওজা অমা ওইবগী গুণশিং অদু ঙসিগী ওজাশিংদা কয়া য়াম্না য়াওরবগে হায়বসি হংবা য়াবা রাকং ওইরক্লি।"

ওজা পিশকনা তম্বীবম্না ছাত্র অমা ওইখিবা, কোংবদা লৈবা লোংজম ওজা রাজেন্দ্রনা হায়খিবা রাফম অমদা, ওজা পিশক অসি তুংদা থোবকপা য়াবা কয়াবু উবা ঙম্না মীশক অমনি। জাৎ-বিজাৎ খায়দবা হায়বসি মাগী পুন্সিগী হোংবা লৈখিদবা রাখল্লোম্নি। 'থম্মোয় শেংবা' হায়বা অসিনসু মাগী পুন্সিবু হেন্না মমল য়ামহনখি। ●

# অনীশুবা শরুক

## মণিপুরদা রাজনীতিগী (দেমোক্রেসিগী) ঈচেল চঙশিন্নকপা অমসুং চিংঙাখম পিশক

ওজা পিশক পোক্লকপা মতম অদুবাইদদি মণিপুরদা মেট্রিক পাস তৌবা মীওই লৈত্রি অমদি এম ই স্কুল অমা লৈবগা লোয়ননা এল পি স্কুল মশীং ৬০ বোমদ মবৈবি। মহাক পোকখিবা চহী অদুমক্তদা এম ই ওইবন্না জোনস্তোন স্কুল অসি ক্লাস অমা হাপচিন্দুনা হায়স্কুলগী থাংজা হাইগৎলকপনা ইং ১৯১০ য়ৌবকপদদি মেট্রিক পাস তৌবা মীওই লৈবক্রে। মতুংদা ইং ১৯১৫ য়ৌবকপদদি মেট্রিক পাস তৌবা মীওই মশীং হেনগৎলকপা, মদুগীসু মথক্তা লৈবাক্কী অমদি খুন্নাইগী রাখল খনবা মীওইশিং চোংথোবকপনা অনৌবা ফিভম অমদা মণিপুরনা চঙলকপা হৌখি। ইং ১৯১০ অসিবাইসিদা মণিপুরগী লাকখিবা শকওং অমনা, মেট্রিক পাস তৌবা মীওইশিং থোবকপগা লোয়ননা লাইবিক্রচিংবা চে-চাংশিং নম্বা য়াবা প্রিন্টিং প্রেসসু লৈবা হৌবক্রে। অসুম্না হান্না লৈবমদবা, লৈবা হৌবকপা থৌওং কয়া অসিদগী ইং ১৯১৫, ওজা পিশকনা চহী ১০/১১ বোম শুবকপা অদুবাইদদি, মতম অদুগী মীয়ামগী রাখল খনবা মীওইশিং মক ওইনা লাইবিক-লাইশু হৈবা মীওইশিংনা পুনশিন্নদুনা 'মিত্র সমিতি' হায়বা সংস্থান অমা লিংখৎলি, অদুগা সংস্থানগী মেম্বরশিংনা চৎনগদবা নিয়মশিং শেমদোক্লুনা ফোঙবগী থবক্তা, মতম অদুগী সমাজদা লৈবা মীওইশিংনা তৌনবা, ফত্তবা থবক কয়া অদু চুমথোকসি হায়না মত পীদুনা ফোঙদোকপা রাফম কয়াসু ইদুনা ফোঙলি। মেম্বর অমনা ইদুনা ফোঙখিবা রাফম অদুগী মতাংদা অতোপ্পা মেম্বর অমনা অমুক মশাগী মত পীদুনা ইবগা

ফোঙদোবকপসু য়াওবি। পুম্নমক অদু পাকবগা অমদি মওংশিংদুগী মবীদা রাখল খম্বুকবগা 'মিত্র সমিতি' অসি চেফোঙ অমনি হায়না লৌবসু য়াই। সমিতি অসিগী মেম্বর ওইবিবা মীওইশিংগী মবক্তা মণিপুর দরবারগী মেম্বর ওইখিবা লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহনচিংবা শরুক্তাইবরা মীওইশিং যাওবি। মদুগীসু মথক্তা ওজা পিশক্লা নৈরম্বা চিংঙাখম নৈকাযদা নৈবা নৈমপোকপম হেমচন্দ্র সিংহ কৌবা মী ওই অমসু যাওবি।

চুরুপ থকপা ফত্তে, মসি থাদোকপনা খ্বাইগী কাংগনি হায়না লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহলনা ইবকপা ৱারেং অমগী পাউখুম পীরদুনা নৈমপোকপম হেমচন্দ্র সিংহ, চিংঙাখম নৈকাযনা ইবগা ফোংহনবা ৱাহৈমগী শরুক মতেক অমা লৌখৎলি ঃ

> ''সমিতি অসিগী নিয়মাবলীদি অহানবদা অরু-অরুবা থবক্তা খংকক ককপদি কয়া পামজদে। অসুম খরা খরা পায়শিনবনা ফগত্রা হায়না নীংজৈ..... নহান অমুকী রবিবারগী মিটিংদা (মরিশুবা অধিবেশন্দা) শ্রীযুক্ত লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহলনা চুরুট থকপগী মরমদা হায়খিবা অদু য়াম্না ফজবা থবক্তি। চুরুট থক্লগা করিসু কান্নবা নত্তে। তৌইগুম্বসুং হৌজিক্কী মতম অসিদা মণিপুরদা চুরুট হাইবসি কয়াদা পাম্না ব্যবহার তৌনজবা, মসি অসুপ ফৎত্রবা থবক্তা কয়াদা পান্নজবা, মসি কোক্লবা তৌবনা মতীক ওই। তৌইগুম্বসুং মসিদি অহানবদা খংকক ককপসু য়াম্না রাগনি। অফবদগী ফত্তবদদি থুনা তাই, ফত্তবদগী অফবদি খক থুনা য়াদে। মতৌ অসিগুম্না ঐখোইগী নিয়মসু অরায়বদগী কনশিন্নকপনা পামজৈ।
>
> *ইতি। তাং ১৮/১১/১৫ ইং*

'মিত্র সমিতি' অসি এদিটর হাপ্পুনা ফোঙদোকপনি। ইংরাজী রাইহ 'এদিটর' হায়বসিগী মহুত্তা 'সম্পাদক' হায়না শীজিন্নৈ। ওজা পিশকনা

পীক্লিবঁগ অতাং ওইবিবঁগ মতমদুদা চেফোংগ পুথোকপা হৌবক্লবনি। ব্রাফমসিনা তাক্লিবসি হীবম অয়াম্বদা মতমদুগী মীওইশিংনা সমাজগী অফ-ফত্তগী মবমদা ব্রাখল তৌবা হৌবে হায়বসিনি। ওজা শিশক ইং ১৯২৬ তা মেট্রিক পাস তৌখি। অদুবু মহাক্না মেট্রিক পাস তৌদ্রিবঁদা ইং ১৯২২ দদি মীয়াম্মা জননেতা হায়না ইকায়খুম্নবা উৎনবিবা হিজম ইবাবতনা 'মৈতৈ চনু' হায়বা চেফোংসি পুথোকপা হৌব্রবনি। নেতা ইবাবত অসি মণিপুরদা রাজনীতি পুশিল্লক্রবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা মীশক্নি। হীবমসিগী মতাংদা অমুক শন্দোক্না হায়কদগী দরকার লৈতে হায়নসু নীংঙি। হৌজিক হায়জনীংলিব' ব্রাফমদি, মতম অদুদগী লৈবকপা লাইবিক-লাইশু হৈবক্লবশিংনা মণিপুরদা রাজনীতিগী ঈহৌ অমা পুশিল্লকপা পাম্নক্রে হায়বা অসিনি। মতমদুদা মেট্রিক থাবা হায়বা অসি মণিপুরগী মপান্দা চত্তুনা থাকবা নত্তুনা অতৈ উপায় লৈতে। মণিপুরদা কলেজ লিংখৎলকপা হায়র্বাসদি ইং ১৯৪৬ তগীনি। হায়বিবা চহী অসিগী মতম ফাওবদা মেট্রিক পাস তৌবা মীওইশিংনা মেট্রিকী মতুংদা মহৈ তমগে নত্তুগা পরীক্ষা পীগে হায়ববদি মণিপুরগী মপান্দা চৎপা নত্তুনা অতৈ উপায লৈতে। মপান্দা মহৈ তম্নবশিং অদুনা, মপান লমদা বৃটিশপু ভাবত্তগী তাম্থোক্লবা হোৎনবগী লৌখৎলিবা মওং কযাদু উবকপনীনা মণিপুরদসু বৃটিশ নত্তুগা নিংথৌগী শাসন অদুগী মহুত্তা প্রজাগী শাসন প্রজানা পায়জবা হাযবদু পাম্নকই। মদুগীদমক রাজনীতিগী খোঙজং চঙশীম্নিংবগী ব্রাখল অসি পোকপা হৌবকই। হীবমসিদা ব্রাখল তৌবকপা মীওইশিংগী মনুংদা হিজম ইবাবতসু অমনি।

ওজা শিশকনা মেট্রিক প্যাস তৌবকপা অসি ইং ১৯২৬ তনি। মতম অদুদা কলিকতা য়ুনিভর্সিটিনা মৈতৈলোনবু ভার্নেকুলর ওইনা শকখঙলে। অদুবু মেট্রিক পরীক্ষা থানবগী সেন্তরদি ইম্ফালদা পীদ্রি। অদুনা মেট্রিক অমদি মসিগী মথক্তা লৈবা পূম্নমক্কী পরীক্ষা থাবা তাববদি মণিপুরগী মপান্দা চৎপা তাবনি। মণিপুরদা (ইম্ফালদা) মেট্রিকুলেসন পরীক্ষাগী

সেন্তর ওইবা য়াবগী অযাবা কলিকতা যুনিভর্সিটিনা শীবকপা অসি ইং ১৯৩৩-৩৪ দনি। হাযবিবা চহী অসি য়ৌদ্রিবা ফাওবদি মেট্রিকুলেসনদগী তৌবগা মথক্কী পরীক্ষা পুম্নমক মণিপুরগী মপান্দা চৎলগা থানবা ঙাক্ননি। অদুনা ওজা অসিসু কলিকতাদা চৎলগা মাগী এম এ পরীক্ষা অসি লাকখনি। পরীক্ষা অদু ইং ১৯৩৪ দা পাস তৌই হাযনা ওজাগী ইমুং মনুংগী মীওইশিংনা ফোঙদোকই।

মণিপুরদা মেট্রিক পরিক্ষাগী সেন্তর হাংবা যাবা চহী ইং ১৯৩৪ ওইদা, মতুংদা মণিপুরগী ইহান হানবা রাজনীতি দল ওইরক্লৌবদা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা হাযবা অসি হৌদোকপগী অহানবা মীফম অসি ইং ১৯৩৪গী মে ৩০গী নুংথিল পুং ৫ মিনিট ৪৫দা সনা কোনুং লাসমদুলগী অনৌবা মাণ্ডবতা পাংথোকপা তৌই। মহাসভা অসিগী মণিপুর ডেলিগেটশিংগী মনুংদা ১১ শুবা অদুদা শ্রীযুক্ত পিশাক সিংহ, বি এ মণিপুর হাযবা অমা যাওরে। শ্রী পিশাক সিংহ হাযবসিগী মখাগুদা মুদ্রিত ইবমদ্রে। অদুবু নুমিৎ অদুদা মহাসভাগী মীফম অদুনা ৱারেপ ২২ (কুনীথোই) থক লৌখি। লৌখিবা ৱারেপশিং অদুগী মনুংদা ৫ শুবা ৱারেপ অদুনা অসুম্না হায়রি ঃ

> **"৫। নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভানা সুর্মা ভেলিদা মৈতৈ, বিষ্ণুপ্রিয়া হায়না অনী খায়দুনা য়াম্না নুংঙাইনদরে হায়বা তাবদা য়াম্না বারে। অসিগুম্বা তাব অসি মণিপুরী পুম্নমক্কী হৌকম মণিপুরদদি লৈতে, মরম অদুনা সুর্মা ভেলিগী মণিপুরী পুম্নমকপু তাব অসি লৈতনবা হাইরি অদুগা খুপু অনীমক্কী গভর্নমেন্টতা পনখিবদা মৈতৈ বিষ্ণুপ্রিয়া অনী খায়বগী রা অমসুং অনী অসি নুংঙাইনদনবগী তাব য়াওবা শরুক মখৈ লৌথোকউ হাইনা লেপ্পুরে।**

*প্রস্তাব তৌবা :- শ্রীযুক্ত ইবুংঙোহল সিংহ, বি.এল.*
*সমর্থন তৌবা :- শ্রীযুক্ত পিশাক সিংহ, বি এ*

অতোপ্পা ১৩ শুবা ৱাবেপ অদুদনা অসুম্মা হায়রি :

"১৩। মণিপুরী খুদিংনা মাগী মাগী মচাশিংবু তঙাই ফদবা থবক ওইনা প্রাথমিক শিক্ষা (প্রাইমারী এদুকেসন) পীনবা

(ক) প্রাথমিক শিক্ষা ফাওবা মুপীমচাশিংনা নুপামচাগী স্কুলদা তম্বসু য়ানবা।

(খ) ব্রাহ্মণশিংনা অদু ফাওবা তমদবা য়াদবা হাইনা লেপনরে।

*প্রস্তাব তৌবা : শ্রীযুক্ত দিজমনি শর্ম্মা এম এ*

*সমর্থন তৌবা :- শ্রীযুক্ত শিশক সিংহ, বি এ*

মহাসভাগী অহানবা চহী অসিদা শকক য়াবা ডেলিগেটশিংনা স্লিপচ পীবগী ৱাফম অদুসু লোইতাম য়াইমা সিংহ অমদি বাজকুমাব মাইপাকসনা সিংহ অনীনা খোমজিল্লগা ইথোকপা অমদি নমথোক্লগা ফোঙবা 'নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভা অমসুং মণিপুব প্রদশনীদা ফোঙদোকই। মদুগী ডেলিগেটশিং অদুগী মনুংদা সেবিয়েল নম্বব ১১ শুবা অদুদা 'চিংঙাখম শিশক সিংহ' হায়না লৈ। অদুবু ক্বালিফিকেসন্দা বি এ হাযবা অদুদি ইবমদ্রে। অদুমকপু মহাসভা অসি য়াওখিবা ডেলিগেটশিংগী মনুংদা সেবিয়েল নম্বব ১১ শুবদা লৈবিবা অসি ওজা চিংঙাখম শিশকনি হাযবদা কবিসু চিংনমিনংঙাই লৈতে। ওজা শিশক অসি ইং ১৯৩৪দা এম এ পাস তৌবদু মে থা মতুংদা পবীক্ষা হায়দোক্লমদুনা মহাসভাগী মীফম মতমসিদা মাগী এদুকেসনেল ক্বালিফিকেসন অদু 'বি এ' হায়না হাপ্পা ওইবম্বসু য়াই।

মহাসভা অসিগী অহানবা মীফম পাঙথোকপ্ববা মতুংদা মহাসভাগী অনীশুবা মীফম অদু কাছাবগী শিলচব-তাবাপুব মাশুপ হায়বা অদুদা ইং ১৯৩৬ কী জানুৱাবী ২৬ তগী ৩০ ফাওবা পাঙথোকখি। জানু: ২৬ তগী ২৯ ফাওবনা মহাসভা মাশুব অদুদা অযুক, নুংথিলদা হীবম কয়া

খন্নববা তুংদা নুমিদাং পুং ৮.৩০ দগীনা মৈতৈলোনগী লীলা পাঙথোকই। অদুগা জানুবাবী ৩০ দনা 'মহাসভা নুমিৎ' হায়দুনা নুংথিল পুং ৩ মি: ১৫ দগী শ্রীযুৎ মণিপুবেশ্বব মহাবাজ চুবাচান্দ সিংহ লেঙশিন্নবুনা থৌবম পাঙথোকপগী অহৌবদা সম্রাট পঞ্চম জর্জ্জনা নোঙাখিবগী মিনিট ৫ তুমিন্না লেপ্পুনা অন্নাবা ফোংডি। থৌবমদু হৌবকপদা শ্রীযুক্ত খেলেন্দ্রচন্দ্র মুখোপাধ্যায়না স্বাগতকাবী সভাপতি ওইবগা লোয়ননা অভিভাষণসু পীখি। থৌবমদুদা ভাষণ পীবদা শ্রীযুক্ত খেলেন্দ্রচন্দ্রনা হায়খিবা ৱাফমশিংদগী মতেক অমত্তং লৌখৎচবি

> ''..... ইংরেজী কুমশিং ১৯৩৪ শুবদা, মেগী তাং ৩০ দা মণিপুরদা ফমখিবা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী অহানবা অধিবেশনদা শ্রীযুৎ মহারাজ ইবুংঙোনা সনা খুৎমক্তা মণিপুরী জাতি পুম্নমক্কী তিনফম ওইবা মন্দিরগী য়ুমফম লিংখৎপিরে। ঙসি তিন্নিবা মহাসভাগী অনীশুবা অধিবেসন অসিদসু শ্রীযুৎ মহারাজ ইবুংঙোনা সভাপতি ওইবিদুনা মন্দির অসি মথং মথং ফনবা তৌবিবসিদা মণিপুরী জাতী খিবিক্কী নুংঙাইবগী ঙমখে লৈরে। ...''

থৌবমদুদা মহারাজ চুডাচান্দ সিংহনা তেম্নুকপা ভাষণ অমা পীখি। মহুৎনেবা ভাষণ অদুদগী মতেক অমা লৌখৎচবি

> ''মণিপুরী জাতি পুম্নমক্কী পুক্নিংগী অন্নাবা লংলানা পুন্দুনা তিন্নিবা সভা অসি ঐনা চেংসনহনবতনি, মসিদি ইবুথৌ ইবুংঙোশিংগী ৱা হাকথকুগীনা মৈতৈ হায়বা জাতি অসিগী চাংদম্নবা লৈতবা জাতিয় প্রেমনা ওইরক্লিবনি। হজিকসু ঐখোয়গী জাতি অসিদা প্রেম অদু কায়দনা লৈরি হায়বা উবদা ঐ য়াম্না পেন্নে। ঐনা নীংজি - মতুংদসু মসি কোক্ল য়োইদবনি। মসি য়েংগে হায়বগীদমক্তা ঐনা চীংশাং অসিদা চিংলোন মাপন লান্না খোঙনা লাকইবনি।

ঐনা মণিপুরী পুন্নমকপু বিদেশী মণিপুরী নৎত্রগা প্রবাসী মণিপুরী হায়নিংদে, মরমদি ঐখোয় পুন্নমক ভারত মচা ওাক্তনি, মণিপুরসু ভারতকী মনুংচনবনি। অদুনা জাতি পুন্নমক অসিগী লৌবুক তিন্নবসু লৌখোই অমত্তনি।....”

মহাসভাগী জেনরেল সেক্রেটরীনা চহীগী রিপোর্ট পীখি। জেনরেল সেক্রেটরি ইবাবত সিংহগী রিপোর্ট অদু খবা শাংলপ তৌই। রিপোর্ট অদু লোইশিল্লকপদা ইবাবত সিংহনা হায়খিবা রাফম মতেক অমা লৌখৎচবি

“অরোইবা ঐনা হায়জগদবদি নুংশিজরবা স্বজাতিগী লাইগুরু ইপা-ইপু, ইচীল-ইনাও পুন্নমক, হৌজিক মতম অমা লাক্লে, মতম অসিদদি তিন্নবা অমসুং শেমগৎপনা মরু ওইরক্লে। লনাইগী, শাগেগী, লমগী নুংঙাইনদবা লৈরবসু জাতিগী ওইবদি নুংঙাইনদবা লৈফম থোক্লে।

ইংলন্দগী খৃষ্টানশিংগী মরক্তসু কাথলিক অমসুং প্রটেষ্টান্ট সম্প্রদায় অনী থোক্লে হায়নিংঙাই লৈতে অদুবু জাতিগী থবক তৌরকপদদি ইংরেজনি হায়বসি খক কাউদে। মণিপুরীদি মীগী মতৌ তম্বদা খ্বাইদগী মকোক্লি হায়নে অদুবু অরাবনি মতাং অসিদদি খ্বাইদগী শোথরে। অসুম্না মণিপুরী পুন্নমক্না জাতিগী চাওখৎনবগী ওইবা মহাসভাগী সদস্য ওইনা মিং চনবিদুনা মফম চাবা চাবদা অনৌ অনৌবা শাথা শেম্বিদুনা জাতিগী চাওখৎনবা অমসুং মঙ্গলগী লম্বীদা চঙলক্লগনি হায়না পুক্লিংদা চেৎনা থমজরে।”

মহাসভা অসিগী অহুমশুবা অধিবেশন অদু বর্মাগী মন্দলে হায়বিবা মফম অদুদা ইং ১৯৩৭ কি ফেব্রুবারি ২৮ দগী মার্চ ২ ফাওবা

পাঙথোকখি। মীফম অদুদা মহারাজ চূড়াচান্দ সিংহ অমসুং অঙোম নিংথৌ অনীমক লাকপা ঙন্নবোই হায়রসি টেলিগ্রাম তৌদুনা খঙহল্লকই। মহারাজ লাক্করা মরম্না মীফমদু ইবাবত সিংহনা সভাপতি ওইদুনা পাঙথোক্লবা সভানা হাবেপ লৌই। অদুবু ইবাবতনা হায়খি, মহাসভা হৌদোকপগী ১০ শুবা হাবেপ্তা মহারাজনা সমাজ, ধর্ম্মগী মরমদা মকোক ওইবা হায়না লেপ্লখিবগী মতুংইন্না সভাপতিগী আসন্দি শ্রীযুৎকি রাজ সম্মান ওইনা থাক্লগা সহকারী সভাপতি অমা হাপ্লগা সভাগী থবক মতোন লোম্না তৌরগা ফগনি হায়বা হাফম পুথোবকপদগী হাফম অদু তিল্লবশিংনা য়ানখি অমদি ইবাবত সিংহবু সহকারী সভাপতি ওইনা হাপখি। মীফম অদুদা ইবাবতনা মাগী সহকারী সভাপতি ওইবগী থাম্না শাংলবা ভাষণ অমা পীখি। মহাক্কী শাংলবা ভাষণ অদুদগী মতেক অমতং লৌখৎচবা .

> "ঙসি যুগ অনী লোয়রবা, শুরবা মতম অসিদা ব্রহ্মদেশতা মণিপুরী জাতিয় মহাসভা ফল্লিবা অসি ভগবানগী ইচ্ছানা নত্তনা অতৈ অমনা নত্তে। অপত্তবা, ওক্তবা মচাবু মপা মমানা নুংশিবগুম ঐখোয় মীশিং য়ামল্লবা পঙলবা জাতি অসিবুসু ভগবাননা থক চানবিদবা নত্তে। অসুক কৃইনা ভারতকা ব্রহ্মদেশগা পুন্নমই। যুগকী অনৌবা খোংলৈদা ভারতনা যুক্তরাষ্ট (Federation) ফংলবা মতুদা মণিপুর ষ্টেটসু য়াওরবদি ব্রহ্মদেশ অসি ভারতগী খাইদোকপ্পগনি। মতম অদুদা ব্রহ্মদেশ অসি বৃটিশ গভর্ণমেন্টনা শাসন তৌবা লৈপাক অমা ফনা ওইদুনসু মণিপুরীশিংগী অবস্থাদদি থরা মহোংলগনি হায়বা য়াই। ভাবতকী মীনা ব্রহ্মদেশতা চত্তবা-খোংপা থাঙ্গেংনা থিংল্লবসু করিগুম্বা থরদি হেৎসংলগনি। মতম অদুদদি মণিপুর অমসুং অতৈ ভারতকী মণিপুরীগা ব্রহ্মদেশকী মণিপুরীশিংগা মহৌশানা ঈ-শাউ ফাওনবা য়াবা, ফাওনদবগুম লৈরম্বা অমসুং তিন্নরমদবগী মথক্তা অমুক্তা হেন্না তিন্নরদবা য়াই।....."

মথক্কী মহাসভাগী মীফম অনীসিদা ওজা চিংঙাখম পিশককী মিং য়াওবা থেনখিদ্রে। অদুবু ইং ১৯৩৮গী ডিসেম্বর ২৯, ৩০দা শিংজমৈগী চিংঙা লম্পাক্তা ফমখিবা মহাসভাগী মবিশুবা মীফম অদুদদি ওজা পিশক য়াওখি। মীফম অদুদা মথাকপু মহাসভাগী জেনবেল সেক্রেটবী ওইনা খনখি। মতম অদুদা মহাক্কী এদুকেসনেল কালিফিকেসন অসি এম. এ. হায়না শীজিন্নবে।

লোইতাম যাইমা সিংহ অমদি বাজকুমাব মাইপাকসনা সিংহ অনীনা খোমজিল্লগা যোঙবা 'নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভা' লাইবিক অদুদদি মহাসভাগী চিংঙা মীফমগী ব্রাবেপশিং অদু য়াম্না শন্না অস্রুক্না হাপ্পি

"১। মণিপুরদা পূর্ণদায়ীত্বশিল শাসন লিংগদবনি, ২। সাবালক ভোতনা মীখল তৌগদৌবনি, ৩। খুঙ্গংদা পঞ্চায়েট লিংগদৌবনি, ৪। খুঙ্গ খুদিংদা স্কুল লিংগদৌবনি, ৫। ফ্রি-কম্পলসরী প্রাইমারী ইডুকেসন পীগদৌবনি, ৬। খুঙ্গং খুদিংদা অনা-ল্যায়েংশঙ থমগদবনি, ৭। খুঙ্গংদা পোষ্ট ওফিস থমগদবনি, ৮। লৌমীশিংগী ঈথে-লৌখোং শেন্দু, ৯। লাম্জোল পায়বনা লৌগী মপু ওইগদবনি, ১০। লৌগী খাজনা লুপা ১২দগী ৬ তা হন্থগদবনি, ১১। চীং, পাৎ তুরেল নিলাম কক্কদবনি, ১২। চীং তমগী শাসন পুনশিনগদবনি, ১৩। রাণী গাইডেলুবু জেলদগী থাদোক্কদবনি। অসিগীসু মথক্তা মতম অদুগী য়াম্না চাউবা অমাং-অশেংগী ব্রাফম, ধর্ম্মগী মিংদা শেন্তেক কয়া লৌরিবা, পানা লোয়শঙগী শেন্তেক, য়াইরেক শন্ত্রী, পোৎথাং বেকার, পিয়ন, আমিনগী চাকথাক, দোলাইরেং, পার্ট অনা চন্দনগী শেনখাই, মাঙলনচিংবগী মায়োক্তা ব্রারেপ কয়া তাখি।"

মহাসভাগী চিংঙা লম্পাক্কী মীফমসিগী মতাংদা তাবিবা ব্রাবেপশিং অদু মহাসভাগী জেনবেল সেক্রেটবীনা মণিপুব দববাবদা থাগৎখি। ব্রাবেপ

থাগৎশ্লিবা অদু ইং ১৯৩৯ গী ফেব্রুৱারী ৮ দনি। মহাসভাগী রাবেপ অদুবু ইং ১৯৩৯ গী ফেব্রুৱারী ১৫ দা ফমখিবা দরবারগী মীফম্না খন্নখি। খন্নবরা মতুংদা দরবারনা লৌখিবা রাবেপ অদুনা মখাগী অসুম্না ইবি :

> "**Mahasabha**
>
> Darbar Resolution NO 5 of 15-2-39 To Consider Memo No 24 N M M (Nikhil Manipur Mahasava) dated 8-2-39 from General Secretary Nikhil Manipuri Mahasabha forwarding a copy of the resolutions passed in the open session of the Mahasabha held on 30-12-38
>
> All state servants and masters in state aided schools should be warned that the Nikhil Manipuri Mahasabha has become part of a political movement and therefore that they are not allowed to take part in it subscribe in aid of it or assist it in any way (Rule 20 of Government Servants conduct of Rules 1935)

ইং ১৯৩৯ গী ফেব্রুৱারী ১৫ দা ফমখিবা দরবারগী মীফম অদুনা ও'শ্লবা রাবেপ অসি, সরকারগী থবক তৌবশিংনা মহাসভাদা য়াওবা য'দে হায়বা অসিগী মথক্তা গোভর্নমেন্ট এদেদ স্কুলশিংদা ওজা ওইরিবশিংসু মহাসভা অসিদা য়াওবা য়াদে হার্যাব। মতমদুগী মহাসভাগী জেনরেল সেক্রেটরী ওইরিবা ওজা চিংঙাখম পিশকসু সি. সি হায় স্কুলগী ওজা ওইরিবনি। চুড়াচান্দ হায় স্কুল অসি হান্না ইং ১৯৩০ দগী মণিপুর ইন্টিট্যুসন হায়না প্রাইভেট ওইনা ডাঃ নিংথৌজম লৈরেন সিংহ, নোংমৈকাপম গোপাল মুহোরী সিংহনচিংবনা লিংখৎলকখিবনি। ইং ১৯৩২ - ৩৩ অদুরাইদগী মহারাজ চুড়াচান্দ সিংহগী মিংদা ওনখি অমদি অশম্বদা সি সি হায়স্কুল হায়বগা খঙনখি। স্কুল অসি য়াম্না থুনা কলিকতা য়ুনিভর্সিটিদগী প্রোভিজনেল রিকগনিসন ফংখি। হায়রিবা রিকগনিসন

অসি ফংলবা তুংদা স্কুল কমিটিনা লৌখিবা ৱাবেপকী মতুংইন্না স্কুলশিংগী অপুনবা সিট ১০০গী মনুংদা ৫০দি চীংগী মহৈবোইশিংগীদমক রিজার্ভ তৌবে হায়খি। মণিপুরগী অনীশুবা হায়স্কুল ওইবগী মথক্তা চীংগী ছাত্রশিংগী চাদা ৫০ রিজার্ভ তৌখিবসিনা মরম ওইরদুনা চীংগী মহৈবোই তম্বগী চাং য়াম্না হেনগংখি। অমরোমদা অমুক ষ্টেট সবকাবনসু স্কুল অসিদা তম্পাক্কী চহীগী বজেৎতগী লুপা ১,২০০/- চীংগী বজেৎতগী লুপা ১,২০০/- পুন্না লুপা ২,৪০০/- অসি স্কুল গ্রান্ট ওইনা পীখি। অমরোমদা অমুক চুড়াচান্দ মহারাজনসু স্কুল অসি মাগী মিংদা লৈবগী মথক্তা স্কুল শানবা লম পীবতা নত্তনা স্কুল বিল্ডিংনচিংবসু শাখি। অদুনা ওজা চিংঙাখম পিশকনা মহাসভাগী জেনরেল সেক্রেটরী ওইরকপা মতম অসি মঙোন্দা য়াম্না লুনা থোকপা তাঞ্জা অমনি। মহাক রাজনীতিরু য়াম্না পামজে, মদুনা মরম ওইরদুনা মহাক মহাসভাগী জেনরেল সেক্রেটরী ওইরিবনি, অমরোমদনা মহাক ওজা ওইবগী শিনফম অসিবুসু য়াম্না পামজে অদুনা বি. এ. পাস তৌববা মতুংদগী ওজা ওইখি।

সবকাবনা মতেং পীবা স্কুলশিংদা ওজা ওইরিশিংসু মহাসভা য়াওবা য়াবোই হায়না মণিপুর দরবারনা লাউথোকখিবা অদু ওজা পিশকতদি কোক্তা লেন তারগা চপ মান্নরমগনি। মতম অদুদা মণিপুরগী চীং-তম অনীমক্তা লাইরিক হৈবা মীশিংগী চাং য়াম্না নেমলি। অদুনা মতম অদুগী লাইরিক হৈবা নহারোলশিংনা স্কুলশিংদা ওজা ওইনা চঙবগী য়াম্না তঙাই ফদবা লৈ হায়নসু লৌনৈ। অদুমকপু চিংঙা মীফম পাঙথোকখ্রবা তুংদা মদুগী ৱাবেপশিং মণিপুর ষ্টেট দরবারদা থাগৎখ্রবা মতুংদা দরবারগী ৱাবেপ্পা " all state servants and masters in state aided schools should be warned that the Nikhil Manipuri Mahasabha has become part of a political movement and therefore that they are not allowed to take part in it." হায়না লাউথোকপা অদুগী নুমিৎ নিনি কোনরদা হিজম ইরাবত সিংহ্ অমদি অকোইজম অমুবী সিংহনচিংবনা মীফম অমা

অকোইজম অমুবী সিংহগী য়ুমদা পাওথোকই। হায়বিবা মীফম অদুদা মহাসভাগী নৌনা জেনবেল সেক্রেটবী খনম্লবা ওজা চিংঙাখম পিশক সিংহসু য়াওখি। মীফম অদুদা ইবাবত সিংহদি পঞ্চায়েত কোর্টকী সেকেণ্ড ক্লাস মেজিস্ট্রেট ওইবা অদুদগী তোক্লগনি হায়না লাউথোকখি। অদুগা মতমদুগী লৌকংশঙদা কিবানী ওইবিবা এলাংবম তোম্পোক সিংহসু মাগী থবক অদু থাদোক্লগা মহাসভাদা লেঙদনা লৈবগনি হায়না লাউথোকখি। ড্রামা তৌগদবা অমদি স্কুল লিংখৎতুনা নহাবোল শেমগৎকদবা কথাসু মখোয় মখোয়না তৌগদবশিং অদু লাউথোক্লখি। লাউথোকলক্লবশিংদুগী মথক্তা হিজম ইবাবত সিংহনা হায়খিবা ৱাফম অমা নীংশিংবা য়াই। মহাক্না হায়খি

> "ঐ অমদি শ্রীএলাংবমগী ইবুংঙো তোম্পোক্তদি পোলিটিক্সতা অসুম লেপ্তরগে অদুগা নুংঙাইবা পাও অমনা মণিপুরগী লাইরিক হৈবা নহাবোল অয়াম্বসু স্কুলশিংদা ওঝা ওইনা চঙলগা ছাত্র ছাত্রী মহৈ হৈনবা হোৎনগনি। তঙাই ফদ্রবদি থবক তোকথোক্লুনা রাজনীতি য়াওনি হায়।"
>
> *(লঃ ৫, নিঃ হিঃ মঃ মঃ, য়াইমা-মাইপাকসনা)*

ইবাবত সিংহনা ফোঙদোক্লিবা ৱাফম অসিনা ওজা চিংঙাখম পিশক সিংহবু নীংশিংহল্লি। ওজা অসি মতম অদুদা সি সি হায স্কুলগী ওজা ওইবিবনীনা মহাক তঙাই ফদনা মহাসভা থাদোকপা তাবনি। মখমদি মতম অদুদা ওজা ওইবীনিংঙাই মীওই খবা তাঙলি। ছাত্র-ছাত্রীশিংগী অহল-লমনশিংনা ওজাশিংদি মখোয়গী শিনফম থাদোকপিগনু হায়বা অসি চীং অমসুং তম অনীদা কয়া অপিল তৌনবা মতমনি। অদুনা ওজা পিশকনা চীং-তমগী মহৈবোইশিংগী ৱাখলদা স্কুলদা লেঙদনা লৈবগা মহাসভাগী জেনবেল সেক্রেটবীগী ফম অসি থাদোকখিবনি।

মতাং অসিদা য়েংবা য়াবা ৱাফম অমনা ইবাবতনা ফোঙদোকপদা য়াওখ্রিবা 'লাইবিক হৈবা নহাবোল' হায়বা অসিসু অমনি। ইবাবতনা ওজা পিশকতগী চহী ১০ বোমদি হল্লি। ইবাবতকা চহী লোজ্বা ওইবিবা (মবী-মত্যাসু থোক্লবিবা) মোইবাংখোম সৌগাইজম লৈকায়দা লৈবা সৌগাইজম সমবেন্দ্র (সনাজাউবা) হায়বসিগী মচলনুপী অভোনবী ইবেতোন হায়বীসি ওজা পিশককী লোয়নবীনি। ফিভম অশোমদগী য়েংলুববসু ওজা পিশককা ইবাবতকা অদুম নকশিন্নে। অদুনা মহাসভাগী ৱাজনীতিগী ওইবা ফিবেপ অমা লৌবকপা মতমদা ইবাবতনা ফোঙদোকখ্রিবা ৱাফম খবসি য়াম্না অর্থ লৈ নীংঙি।

মহাসভাগী ৪ শুবা সেসন অসি চীংঙা লম্পাক্তা কবম্না পাঙথোকখিবনো হায়বগী ৱাবীসু লৈ। চীংঙাদা মীফম পাঙথোক্লিংঙৈ মমাঙদা মহাসভাগী জেনবেল সেক্রেটবী অসি ললিতা মাধব শর্ম্মা (চেত্তর্জি) না ওইবম্মী। মীফম অসি মোইবাংখোম বাজাব নক্তগা চিংঙা লম্পাক্তা ইং ১৯৩৮ গী ডিসেম্বব ২৯ অমসুং ৩০ দা পাঙথোকচগে মণিপুব দববাবগী অয়াবা পীবিয়ু হায়না মহাসভাগী জেনবেল সেক্রেটবীনা দববাবদা দবখাস্ত থাই। দববাবনা ৱাফমদু ডিসেম্বব ২১ গী মীফমদা খন্নে। মদুদা চীংঙা লম্পাক্তা পাঙথোকউ হায়না অয়াবা পীখি। দববাবগী ৱাবেপ অদু মখাগী অসিনি :

> **Manipur Darbar Resolutions (Extracts)**
> **Resolution No 18 of 21-12-1938 Mahasabha**
>
> **18 To consider an application from Sjt Lalitamadhab Chattergee General Secretary, Nikhil Hindu Mahasabha asking that the Mahasabha may be allowed to hold its 4th Session which will be held on 29th and 30th December at Chinga or the old Moirangkhom Bazar site**
>
> **Allowed at Chinga Hill Maidan**

চিংঙা লম্পাক্তা পাঙথোকখিবা মীফম অদুগী ৱাবেপশিং অদু যাম্না কৃপ্না ইংলিশতসু অর্থ হন্নগা দববাবদা পীখৎখি। মদু দববাবগী মক ওইবিবা বৃটিশ ওফিসাবশিং অদুসু খঙননবগীনি। ডাঃ কবাম মনিমোহন সিংহগী 'নুপী লান' হায়বা লাইবিক অদুদসু ৱাবেপকী অকুপ্পা কয়াদু ইংলিশতা ফোংডি। ৱাবেপশিং অদু লৌখৎচবি

Nikhil Hindu Manipuri Mahasabha 4th Session
Held at Imphal 30th December 1938

**Resolved :–**

1 This Mahasabha expresses its deep sense of sorrow at the premature death of Yendrembam Angangjao Singh a delegate and prays to God that his soul may rest peaceful in heaven

2 (a) This Mahasabha strongly condemns the repressive measures such as beating incarceration firing etc adopted towards the Prajas who carried out agitation for the fulfillment of their demands in the states of Hydrabad Mysore Dhyankanol Atgar Rajkot Kolapur and the other Native states in Orissa and conveys its sympathy to all the bereaved members of the families of those heroes who sacrificed their lives in the struggle for freedom and also prays to God for a peaceful rest of the souls of those heroes who thus sacrificed their lives
(b) This Mahasabha express its joy at the reforms being introduced in the two states of Mayurbhanj and Jodhpur for responsible Government

3. This Mahasabha expresses its joy at the success and consolidation of the congress coalition Ministry in Assam and congratulates the Honourable Chief Minister Sjt Gopinath Bordoloi on his success

4. This Mahasabha has deleted the word HINDU in the name of this organization Nikhil Hindu Manipuri Mahasabha that it may become an all-Manipuri Mahasabha

5. This Mahasabha expresses its deep sense of sorrow at the incarceration of Rani Gaidinlu of our Manipur hills who is still languishing in the Shillong Jail in the full bloom of her youth while all the political prisoners in Assum and many of them in the other Provinces have already been released and the India Government and local authorities be approached for her immediate release

6. That in order to remove the poverty of the Manipuri nation to revive our cottage industry that has been lying in a decaying state for a long period of time to improve our economic condition and to enable ourselves to control the market an **All Manipuri Khadi Sangha** be established by starting **Khadi Pratishthans**' in the villages of Manipur and by propagating "**Khadis**

7. That not even out of a hundred Manipuri people is literate It will take many years before they will all become literate under

the present conditions Literacy Campaign be launched among the illiterate adults that most of them may become literate within, at most, half of the period of time that will be required for the purpose at the present rate of progress

8 This Mahasabha suffers a great handicap from lack of funds and finds it difficult to keep any concrete programme therefore it is resolved that in view of the urgent necessity to have a fund of this Mahasabha to enable itself to turn all its resolutions into practice, efforts be made to increase the funds of this Mahasabha

9 That the Assam Government be moved to reserve seats in the Assam Council and Assembly for the Caste Hindu Manipuris in proportion to their population in Assam

10 That Manipur State comprises hills and valleys the hills being eleven-twelfths and the valleys one twelfths of the whole area of the state If the hill areas are excluded the valleys are not greater than a Sub-Division Moreover the hill-men and we the Meiteis have never been separated and cannot be separated in language in culture and in commerce The separation of the hills from the state is a great loss to the hill-men as well as to the Meiteis So this Mahasabha lodges its strong protest against the separation of the hills The India Government be approached for keeping the hills under the state administration

11 This Mahasabha also demands the fulfillment of the claim of the Manipur State subjects for the establishment of a Legislative Council for the attainment of the representative form of Government for which they have already submitted an application to His Highness the Maharajah of Manipur. Efforts be made by this Mahasabha for attaining this claim.

12 This Mahasabha conveys its thanks to Sjt. N. Gourahari Singh of Sougaijam Leikai for his voluntarily rendering free boarding to all the foreign delegates coming to join the first sitting of the open session of the Mahasabha held in 1934 at Imphal and also to those who came to join the 4th Session held on the 30th December 1938 at Imphal.

13 That there are no sound and well established Sanskrit institution worth the name for imparting education to the Manipuri Brahmins whose number is so large and who have to perform without commission of mistakes the functions of directing religious matters, making recitals at worships and Sradha ceremony and the like. There are in Manipur only three nominal Sanskrit institutions (a very small number) Sic. Here again there is no systematic teaching of theology and philosophy-subjects. No Brahmin can afford to eschew except for a meager portion of grammar and literature. There is, moreover, no institution for higher degree Sanskrit classes. State authorities be

approached for establishing good Sanskrit Institutions where the Manipuri Brahmins may be given good education in Sanskrit and also for taking steps whereby the aforesaid subjects may be taught by appointing competent Sanskrit teachers

14 That some Manipuri Vaishnabas suffered much from the oppression of the Brahmasabha by being declared Mangba without giving any reasonable ground. As it serves a strong bar to the Manipuri Vaishnabas progress and consequently to that of all the Manipuris so long as the personnel of the Brahma Sabha remains unchanged (so) it is not desirable to have the present members of the body as guide in religious matters. The authority or authorities concerned be approached to form a new body to decide religious affairs by electing members from among Meiteis and Brahmins after dissolving the present body. It is therefore resolved that the working committee be entrusted with doing necessary redressing works in case of authority declines to do so by keeping the present personnel of the body the same

15 That the state authorities be approached to permit the parties to appear in the Cheirap and the Panchayet Courts with their shoes and not to kneel down on the floor when they give their statements and to abolish the practice of taking WAKHEISEI

16 That most of the Manipuris migrated to Tippera and Assam end their lives in (clearing through poverty) the jungles for settlement. His Highness the Maharajah and the State Darbar be approached forgiving them means of their livelihood by giving them arable lands in the state.

17 That Manipuri delegates be sent to the All India Kshetriya Conference.

18 That in the Calcutta Museum an ugly statue meant to represent a Manipuri is placed among those respresenting the hill tribes. Formerly a photo of a male and a female as representing the Hindu Manipuries was placed by the said statue. So the said ugly statue was clearly distinguished to be the facsimile of a Manipuri of the hill tribe but not the Hindu Manipuri. Now by the removal of the said photo all those visitors quite ignorant of the origin of the Hindu Manipuris are led to regard the statue as the specimen representation of the Hindu Manipuri. The superintendent of the Calcutta Museum be approached to make necessary redress.

19 That in the Calcutta Commercial Musuem there are innumerable works of arts and crafts contributed by the various communities of India as marks of dexterity in this line. But nothing of the sort from Manipur has yet been contributed. This

Mahasabha should make necessary arrangements to send some fine indigenous articles to the said museum

20 This Mahasabha conveys its thanks to His Highness the Maharajah of Tippera for His Highness' kindly exempting the Manipuris settling in Tippera State from paying their tuition fees in the school in the state

21 That the leaders of those Kritanta Manipuri of the Tippera state be informed to do Sudhi in fifteen days for both the cases of birth and death instead of the former practice of Sudhi of birth in ten days and that of death in fifteen days

22 That the authorities be approached to introduce the Manipuri language recognised by the Calcutta University in the schools where only the Manipuri boys read and also in those where Manipuri boys also read

23 That the special concession granted to the Manipuri pilgrims proceeding upto the Nabadwip-Ghat is due to this Mahasabha's efforts The Agent E I R be approached to grant similar concession to the Manipuri pilgrims proceeding to Brindaban

24 That the Political Agent and the Assam Government be approached to appoint competent Manipuris in higher grade in the Agency Court (Manipur) as no Manipuris have as yet been appointed in higher grades though there is no restriction from appointing them

25 This Mahasabha expresses its sorrow at the falling of Sjt Tikendra Dhajah Maharajkumar, the son of the Late Maharajah Kulachandra Dhajah in a sea of sorrow with his family H H the Maharaja of Manipur Political Agent in Manipur and the India Government be approached to fulfill his claim in order to remove his unbearable sufferings

26 This Mahasabha condoles the death of some of the Manipuri Muhammadans who have long settled in Burma in the recent riot between the Burmese and the Muhammadans

27 That the State Darbar be approached for passing orders to make the State Courts and the other state offices use terms of civility in their summons and notices

28 That the President of the Mahasabha be empowered to select members on the working committee

29 That Sjt Chungakham Pishak Singh (M A ) be appointed the General Secretary

30 That Sjt Laishram Jugeswar Singh be appointed the Assistant General Secretary of this Mahasabha

*Sd -*

**Irabot Singh**

President,

Nikhil Manipuri Mahasabha.

ওজা পিশকনা নিখিল হিন্দু মহাসভা থাদোকখিবা অসি শেংনা হায়বগা রাজনীতি থাদোকনিংবা নত্তে। মতম অদুগী মণিপুরগী এদুকেসনগী ফিভম য়াম্না শোত্থনা লৈখি অদুনা তুংগীদমক খল্লগা নহাবোলশিংবু মহৈ হৈহন্দবা য়াদে, লাইরিক হৈহন্দবা য়াদে হায়বা অসি মীপুম তিংনা হায়নবা রাফমনি। মীয়ামগী মরক্তা থোইদোক্লা নেতা ইবাবত ফাওবদা নুপা অমসুং নুপীশিং লাইরিক হৈহন্দ্রবদি মণিপুরগী তুংগী ফিভম কবি ওইগদৌরিবনো হায়না কল্না রাখল তৌবগী মথক্তা চেফোঙ কয়াদসু ইদুনা ফোঙদোক্লিরবনি। অদুগুম্না মতম অদুদা ওজা পিশাক হাম্না তঙাই ফদনা মহাসভা থাদোক্লগা সি সি হায় ক্লুলগী ওজা ওইনা লৈখিরবনি। মতম অদুগী ফিভমগী মতাংদা লৈখিদ্রবা ওজা লাইশ্রম যোগেশ্বর সিংহ এক্স এম পিনা নোংমা অইবা ঐভোন্দা (প্রজাতন্ত্রগী এদিটর ওইরিঙৈ মতম) হায়খিবা অমা লৈ, এদেদ ক্লুলগী ওজাশিং ফাওবা মহাসভা যাওবা যাদে হায়না ষ্টেট দরবারনা রাবেপ লৌরকপা মতম অদুদা মহৈরোইশিংগী গার্জিয়ানশিংনা মহাকপুসু (যোগেশ্বর) মহাসভা থাদোকপিয়ু, মহাক্লা ওজা ওইরিবা ইযোন হায়ক্লুল (তোম্বীসনা হায়ক্লুল) থাদোকপিগনু হায়বা অকনবা প্রেসর লাকই। অদুবু মহাক্লী মহাসভাবু হেক্তা থাদোকপা ঙমখিদে, অমবোমদা ইযোন হায় ক্লুলগী খনকসু অদুম তৌখি।

মহাসভাগী চাংঙা মীফম অসিগী রাবেপশিং অমদি রাবেপশিংদুগী মরোদা মণিপুর ষ্টেট দরবারনা অমুক লৌরকপা রাবেপ অসি মণিপুর ইতিহাসতা য়াম্না মতম শাংনা মক ওইবা শকক অমা ওইনা অদুম লৈহৌরগদবনি। রাফম অসিগী মক ওইবা মরমদি, সরকারনা প্রজা লুচিংবশিংগী পোলিটিকেল এক্তিভিটীশিং থিংবা পাম্মী। অমবোমদা প্রজা লুচিংবশিংনা ভারত অমদি মালেমগী মফম কয়াদা লাক্লিবা রাজনীতিগী অওনবা অদু মণিপুরদসু লাকহনবা পাম্মী। মতম অদুদা মণিপুরদা নোংচুপ্লোমগী শিক্ষা পরীংদা মহৈ হৈবা মীওই মশীং পংয়াম য়ার্মদ্র।

অদুনা রাজনীতিদা লৈনিংবশিংনা স্কুলদগী ওজা ওইবা ঙাকপা অসিসু মীয়াম্না ইয়া য়ানিংদে। ওজা ওইবা ঙাকপীগনু হায়বা খোল্লাউ কন্না থোক্লখি। হীবম অসিগী মতাংদা লাইশ্বুরাম ইবোবী সিংহ, বাংখৈ কৈথেল অশাংবীনা হৈবা অমসুং ফোঙবা 'মণিপুর প্রজা সম্মেলনী অমসুং অনীশুবা নুপীলান' হায়বা লাইরিক অদুদগী মতেক অমা লৌখৎচরিঃ

> "সরকারগী নোটিশ থোক্লকপা মতম অদুদা সোসিয়েল ৱার্কর কয়ানা, স্কুলগী ওজাশিংনা স্কুল থাদোক্তুনা রাজনীতিদা লৈথিরদু য়ানিংদবগী রাফম কন্না নৈনরকখি। মতম অদুদা মণিপুরদা হায় স্কুলগী ওজা ওইবা য়াবা মীসু য়াম্না লৈবসু নত্তবা অদুগী মথক্তা এক্সপরিয়েন্স লৈরবা ওজা কয়ানা ছাত্র শেমগৎপগী থবক ঙাকপদু প্রজাশিংনা য়ানিংদবনি। পব্লিক ওপিনিয়ন অসিসু ওজাশিং অসিনা মহাসভা থাদোকপগী অচৌবা ফেক্টর অমনি।"
>
> (ল: ৩৫)

মহাসভা থাদোকখিবশিংগী মরক্তা ওজা চিংঙাখম পিশককী মিংসু লাইরিক অদুনা পল্লি।

মহাসভাগী এসিস্টেন্ট সেক্রেটরী ওইরিবা লাইশ্রম যোগেশ্বর সিংহনা ওজা ওইরিবা ইথোব হায় স্কুল অসি ইং ১৯৩৩ ৩৪দা কলিকতা য়ুনিভর্সিটিদা রেজিস্ত্রর তৌখি। স্কুলসিগী মমীং তোম্বীসনা হায়স্কুল হায়না ওনখিবসিনা ইং ১৯৩৫ - ৩৬ তনি। মতমদুদা সরকারদগী গ্রান্ট ফংখিবা শেনফমসু শুপ্লতগী থা অমদা লুপা ১০০ খক্তনি। স্কুল অসি মণিপুরগী নুপামচাশিংগী অহুমশুবা হায় স্কুল ওইরবসু সরকারনা কুপ্না য়েংশিনবদি খরা রাংপা মতমনি। মদুগী খুদোংচাবদু যোগেশ্বর সিংহনা খর মখৈসু লৌখি হায়। অমরোমদা, মণিপুরগী অনীশুবা হায়স্কুল ওইরিবা সি. সি. হায় স্কুলদি মহারাজ মশামক্লসু, দররারনসু য়াম্না কুপ্না য়েংশিল্লি। স্কুল অসি অফবা স্কুল ওইখিনবা কন্না হোৎনৈ। সি. সি. হায় স্কুলগী

মহৈবোইশিংগী মবক্তা মেট্রিক পরীক্ষা অহানবা থাখিবসি ইং ১৯৩৩-৩৪ দনি। মতমদু ইম্ফালদা পরীক্ষা সেন্তর ইহান-হান্না হাংবা চহীনি। মদুদা মহৈবোই ৫ পরীক্ষা থাবদা ৪ পাস তৌদুনা পাস তৌবগী চাং য়াম্না ফজখি। চহীদুদা জোনষ্টোন স্কুলদি ছাত্র ৩৯ পরীক্ষা থাবদা ২৮ খক্তা পাস তৌখি। সি সি স্কুলগী মেনেজিং কমিটিনা স্কুলসি পুখৎনবা কন্না হোৎনবকপা মতাং ওইবনা ওজা পিশক স্কুল হেক থাদোকপা ঙমখিদে। মহাসভাগী চীংঙা মীফম লোইত্রবা মতুং ইং ১৯৩৯ অসিদি চবাংনবা কযাম্বুক থোক্লে। মখোযদুগী মবক্তা নুপী লানসু যাওবে। মদুগী হেক মতুংদা মালেমগী অনীশুবা লান্থাও ফাওবা থোক্লুনা মণিপুর এদমিনিষ্ট্রেসন রিপোর্ট ফাওবা পুথোকপা ঙমখিদ্রে।

ওজা পিশকনা রাজনীতিবু নুংশি নুংশিনা স্কুলদা মহৈবোইশিং মহৈ তম্নবসু থাদোকপা ঙমদনা লৈরিবদে, ইং ১৯৪১ গী মে ১১দা হৌজিক মণিপুর ড্রামাটিক য়ুনিয়ন (এম দি য়ু) হায়না অসিনা "মৈতৈ ড্রামাটিক য়ুনিয়ন" হায়না খঙনরিবদে মতম অদুদা, চোল ওসিদা 'মণিপুর ষ্টেট ষ্টুদেন্টস ফেদেরেসন' শন্না 'ছাত্র সম্মেলনী' হায়না খঙনবা অসিগী ৪শুবা অধিবেশন ফমখি। মীফম অদুদা ওজা পিশকনা সভাপতি ওইখি। মহাক্না সভাপতি ওইনা পাখিবা মাগী ভাষণ অদু চহীদুদা থোকখিবা 'নহারোল' চেফোংদা ফোংখি। মহাক্না পাখিবা ভাষণ অদুদা রাজনীতিগী মরমদা মাগী পুক্নিংদা ফাওবা রাফম খরা ফোংদোকখি। মতমদুদা থোকখিবা মণিপুরগী রাজনীতিগী মওংদুগা চাশিন্নবা ওইরিবা হৈনগে ও খনদু য়েংবা নুংঙাইনবা ওজাগী রাহৈ মতেক অমা লৌখৎচরিঃ

> "নঙনা রাজনীতি খন্নবসু রাজনীতিনা নঙবু তঙনা থদ্রি হায়বা অসি অচুম্বনি। অদু ওইরবদি রাজনীতি হায়বসি হোন্দোক-হোজিন তৌরিবা নুংশিংকুম পুক্তিদা চঙনবা পোৎশক্কি। নুংশিংকী মরমদা তঙনা খনদুনা মতম মাঙহন্দ্রবসু, তঙগী মতম কায়হন্দনা চন্না চবা চৎনবক্তম্না,

> তন্নগী মপুং ফানবা রাজনীতিদা ছাত্র খুদিংনা Passive Part লৌগদবনি। তৌইশ্ৰসুং active part লৌগে তাক্লবদি পুক্সিদা তমগদবা ছিরম য়াম্না চীথহৌবনা রাজনীতি ক্ষেত্রদা নম্রনা পুক্সিগী লম অতৈদসু হৈবৌম্ৰবনীনা পাঙথোকপা ঙমদনা মরক্তা মাঙদুনা তোকই।"

রাজনীতিগী মথমদা ওজানা ফোঙদোক্লিবা রাফমসিদি, রাজনীতি কবিনো হায়বসি মীপুম তিংনা খঙজিনবা য়াই অদুবু এক্তিব পোলিটিক্স তৌবা তাবর্বদি মদুদা মায়থিবা কযাসু লাকপা যাই হায়বসিনি। মতম অসি মহাক ওজা ওইবিতৈগী রানি। সম্মেলনী অসিদা মহাক্লা ফোঙদোকখিবা রাফম অমসু লৈ মদুদি মসিগুম্না সম্মেলনী অসি মহাক্লা মেত্রিক পাস তৌবগা আই এ তম্লিতৃ ইং ১৯২৭ তা শেমখি অদুবু মদু কুইনা চৎনহনবা ঙমখিদে। মদুগী মতাংদা মহাক্লা হায়ঃ

> "শোক ১৯২৭ তা ঐখোয়না ছাত্র ওইবিতৈদা তৌজিক্কী অসিগুম্না ছাত্র সম্মেলনী অমা লিংদুনা অহানবা ফমখি। চাওখৎনীংবনা তৌবা থৌদোক নম্রবনা মতুংগী চহীদা অদুম মশিখি। তৌজনীংবা, উৎচনীংবদগী তৌরুবা থবক তাখি। .... মসি তমনবা ওইনা থোক্লুনা কাম্রবা খরা মরৈবি।...."

চহী অসিগী মতুংদগীদি ওজা পিশক সি সি হায স্কুলগী হেদ মাষ্টর ওইবে। অদুবু চহীসিগী মে থাদা মালেমগী অনীশুবা লাঙ্গাওনা মণিপুর য়ৌবক্লুনা ইম্ফালদা বোম তাবে। ইম্ফালগী মী পুম্নমক লাঙ্গেন্নবে। মদুদা ওজা পিশক অমদি মাগী ইমুং মনুংসু য়াওবে। মদুগী থৌদোকশিং অদুদি মতুংগী পন্দুপশিংদা লাক্লনি।

লাঙ্গাও অসি লোইস্লবা মতুংদা, মণিপুরদা শান্তি অমুক লাক্লুনা মহৌশাগী পুক্সি হাঙ্গিল্লকপা অমদি ইং ১৯৪৬ য়ৌবকপদদি ইম্ফালদা

চেফোঙ অমুক পুথোকপা হৌবে। লান মমাঙগী চেফোঙ পুন্নমক ফোঙবা লেপ্লপ্রবা মতুং অদুদা, ইং ১৯৪৬ কি এপ্রিল থাথায়দগী হৌবগা 'ঙসি' চেফোঙ অসি থাথায়দা ফোঙবা চেফোঙ ওইনা অহানবা ফোঙলকপদগী মতুংদা 'চয়োলগী' ওইনা মতম খবা ফোঙলম্লগা 'নুমিৎ খুদিংগী ফোঙবা চেফোঙ' ওইবকখি। 'ঙসি' ফোঙবা হৌবকপদা ওজা পিশকসু রাজনীতি অমদি এদমিনিষ্ট্রেসন্নচিংবগা মরী লৈনবা ৱাবেংশিং ইদুনা ফোঙখি। অহানবা চেফোঙদগী হৌবগা মথং মথং ওইনা ফোঙলকখিবা "ষ্টেটশিং অমসুং ফেডেরেশন" হায়বা ৱাবেং অদুদা ফেডেরেশনগী নুংগী ৱাহন্দোক্তা ৱাফম খবা ইবি। মদু নীংশিংবা যাইঃ

> "ফেডেরেশন হায়বা অসি ৱাহৈগী অর্থদা ঙাক খন্নবদগী হেন্দোক্লনা মাগী মনুং চনবা, থবক্তা শীজিন্নবা ৱাফম খন্না লৈবি। ফেডেরেশন হায়রগা ষ্টেট ময়াম তিনশিন্নবতা নত্তনা ষ্টেটশিং অদুদা লৈরিবা প্রজাশিং অদু তিন্নখিবনা মরুনি। মতাং অসিদনি 'ফেডেরেশন' গা 'নন ফেডেরেশন' গা খেন্নবসি। 'ফেডেরেশন'গী মরু ওইবা মওংদি (Feature) ফেডেরেশনদা য়াওরিবা ষ্টেট পুম্নমক অদুগী প্রজা পুম্নমক অদু চপ মান্নবা সিটিজেনসিপ ফংমিন্নগদবনি অমসুং ফেডেরেল গভর্নমেন্টতা প্রজা পুম্নমক অদুগী অমত্তা ওইবা ৱাজভক্তি (allegiance) লৈগদবনি। মরম অসিদগী ইউনিটশিং অদুগী মশাগী ওইবা হায়বদি মনীং-তম্বা গভর্নমেন্ট অমদি ডিমোক্রেটিক গভর্নমেন্ট লৈত্রবদি করিগুম্বদা 'ফেডেরেশন' লৈখিদ্রি, লৈবসু শুকয়া য়াফম থোক্তে।"

ওজা পিশকনা ওজা অমা ওইনা লৈজববসু মণিপুরগী অমদি ভারতকী পোলিতিক্সতা কয়া কুপ্না য়েংশিন্নম্বগে হায়বদু মাগী ৱাবেং খবদনা অদুম তাকপা ঙম্মী। ভারত্তা ফেডেরেল স্ত্রকচরগী সরকার অমা লাক্লবা অমদি মদুদা মণিপুরসু য়াওরকপা তাররদি ব্রহ্মদেশ (বর্মা) অসি

ভারতগী খাইদোকখিগনি হায়বসি নেতা ইবাবতনসু মন্দলেগী মহাসভা মীফমদা ফোঙদোকখ্রবা য়াফম্নি। ওজা শিশকনা মাগী য়াবেংশিংদা পল্লিবা মক ওইবা য়াফমসু – "ফেডেরেশন্দা য়াওবিবা ষ্টেট পুম্নমক অদুগী প্রজা পুম্নমক অদু চপ মান্ননা সিটিজনশিপ ফংমিন্নগদবনি" হায়বা অসিনি। মতাং অসিদা য়াহং অমখক হংলিবদি, মণিপুরনা ভারতকী ষ্টেট অমা ওইখ্রবা মতুং অদুদা "প্রজা পুম্নমক চপ মান্ননা (ভারতকী অতৈ প্রজাশিংগা) সিটিজনশিপ ফংখিগ্রা" হায়বা চাউরবা য়াহং অসিনি। য়াহংশিংসি হৌজিক ফাওবা হংবা লেপ্পাত্রবনি। 'হুসি' চেফোঙ ফোঙবা হৌখিবা থা অদুমক্তদগী "ভাগ্যবতী পত্রিকা" হায়বা নুমিৎ খুদিংগী ফোঙবা চেফোঙ ওইনা ফোঙবা হৌখি। 'হুসি' চেফোঙনদি 'ভাগ্যবতী পত্রিকা' অসি মহারাজগী থবকপু শৌগৎপা চেফোঙনি হায়না কবিগুরুদা মরাল শী। অদুমকপু, চেফোঙ অসিদা কংগ্রেসকী মীওই কয়াসু মখোয়গী অনীংবশিং ফোঙদোকুনা ইবা থেংনৈ। চেফোঙ অসিগী এদিটরশিংগী মরক্তা, মণিপুরদা ফোঙবা ইহান হানবা চেফোঙ ওইরিবা 'য়াকাইরোল' হায়বা থাগী চেফোঙ অদুবু ফোঙখিবা ডাঃ নিংথৌজম লৈরেন সিংহসু মতম শাংনা 'ভাগ্যবতী পত্রিকা' গী এদিটর ওইখি। মহাক অসি ডাক্তর ওইবা অমদি এদিটর ওইবতা নত্তনা মণিপুরগী পোলিটিক্সতসু পামজবা মীশক ওইখি।

অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদা ওজা শিশক, ওজা ওইবগী শিনফম অদু থাদোকপা তৌদনা, মানা পামজবকপা সমাজগী য়াথল খনবা, সমাজগী থবক তৌবা অমদি লৈবাক্কী রাজনীতি হায়বনচিংবা অসিদগীসু লাপথোকপা তৌদে। লাঞ্জাও মতুং অদু মণিপুরদা নিংথৌ পাল্লি, শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র সিংহনা মহারাজ ওইরি। মরক অদুদা নিংথৌগী শাসনগী মহুৎতা মীয়ামগী শাসন লাকহন্নবা ভারত শীন-থুংনা চথবা ঈহৌ অদু মণিপুরদসু চীথদে। অদুনা ইং ১৯৪৭ য়ৌবকপা মতমদদি, মণিপুরদসু নিংথৌ অমদি বৃটিশ শাসনগী মহুৎতা মীয়ামগী শাসন লাকহন্নবা, লৈবাক্কী য়াথল

হনবশিংনা লৌশংলকপা থবকশিংগা ইবোযনবা বাজনীতিগী খোঙথাং কয়া চঙশিন্নকপা অদু ওজা পিশকসু য়াওখি। ইং ১৯৪৭ কী আগষ্ট ১৫ দগীদি বৃটিশসু মণিপুব থাদোক্তুনা চংশ্রগদবনি, অদুগা মণিপুবগী শাসন্না ইন্টবিম গভর্নমেন্ট অমদা শীন্নবন্নগদবনি। মদুগুম্বা তাঞ্জা অদু য়ৌবকপা জুন ২৩ দগী চয়োলগী চেফোঙ ওইনা 'প্রজা' হায়না মমীং থোনবা চেফোঙ অমা হৱাইবম বনবীব সিংহ এম এ. না এদিটব ওইদুনা ফোঙবা হৌখি। বনবীব সিংহদা ইবা চিঠি অমা ফোঙখি। চিঠি অদু মসুম্না হৌবিঃ

'প্রজা'

Jo

Si Ranbir Singh ইডিটব

ইবুংঙো,

পাও-চে অসি পার্টি শৌগংনবতা ওইবা চে ওইহন্দনা ''জর্নেলিজম''গী অচুম্বা ঙাক্সা চালাইবগনি হায়না আশা তৌনবা য়াগদ্রা ? ইবুংঙোনা ষ্টেট কংগ্রেসকী কার্য্যকারী কমিটিগী মেম্বর অমা ওইবনা 'journalistic justice' ঙাক্সা চংশা বাগনি খল্লিবা অসি অৱানবা ওইসনু। যাহা পার্টিগী অৱানবা শাক্তং অপুম্বা পাউ-চেদা মীচং-মীথাই নাইদনা নৈনরুবদি পার্টি অদুগী নত্তনা মদুনা প্রজাগীসু কাল্লবা ওইগনি।.... মশা মতোমতগী ওইবা নত্তবা, অফবা থবক অমা তৌনিংবগী মনুংনা য়াল্লবসু য়ামদ্রবসু মী খরবু খরা ৱাংবা থাক্সা চিংখংনিংবনি। মীশিং অদুবু ওইহন্নিংবা ফিবম অদু ওইরকুবা হোংনবদা য়াওনিংদে, খঙলম-খঙফাত্তনা য়াওরগসু মথরায় য়াওশিন্দে, শন্দুংইন (camp-follower) তাদুনা তোকই। লাইরিক তম্ফমশিং অমসুং পাউ-চেনা তুংগী মণিপুরগী মুম্ফম থোনগনি। হৌজিক, হৌজিক্সা তুং-তুংগী শেমগং-শাগংলগা পুম্নমক্কী মাঙদা থমগনি। মী কাংলুপ অমবু অখং-অহৈ খরনা মানা নত্তগা মখোয়না

ওইহল্লিংবা ফিবমদা পুবা, চৎহনলিংবা লম্বীদা চিংবা-ফনা ফবা লম্বী অমদি ফিবম ওইদুনসু — খঙয়া হেক য়াদে। ময়াম অদুগী পুক্নিংগী ফিবম হায়া লেমদবা য়াদে। পাউ-চেংগী পাম্বৈনা মদু লেম্বদা য়াম্না খুদোং চাই। অদুনা 'জর্নেলিজম' না লেমগৎ-শাগৎপগী লময়ানবা অমনি। তত্তনা ওনবা সংসারদা লেমগৎ-শাগৎপা খুদিংগী মওং ওনবনা পাও-চে তত্তনা দরকার ওই। ইবুংঙোনা ময়ামগী কান্নবা তৌনবগীদমক জর্নেলিজম পায়খৎপিরে। মী কয়ানা খৌরাংনা পাউ-চে অসি পানবগী ঙাইদুনা লৈররগনি। অফবা, কান্নবা তৌনিংবা পুকচেলনা লৌগৎতুনা ইবুংঙোগী পাউ-চে অসি মথং মথং চাওখৎপগী থাক্তা পুখৎলকপা ওইসনু। 'অফবনা ঈশ্বরনি, অচুম্বনা ঈশ্বরনি'। ঈশ্বর হায়বসিনা য়াইফবা, চাওখৎপা পুন্নমক্কী হৌরকফমনি। — ঐ ইশাসু মতেং য়াম্না পাংনবা হোৎনজগে।

*তাং ২/৬/৪৭ ইং* *নয়াম্বা*
*পিশক*

ওজা পিশকনা এদিটবদা য়াফমশিং অসি ইবগা লোয়ননা, মতম অদুগী মণিপুরী সমাজগী মবমদা "মার্কসবাদকী মত্তা, মৈতৈ মকপ নত্তুগা সনামহী" হায়বা বাবেং অমসু ইদুনা মথং মথং ওইনা ফোঙডি। বাবেং অদুনা 'মার্কসবাদ' কি মবমদা ইবগা লোয়ননা মণিপুর সমাজদা বামোন চঙশিল্লকপা অর্মাদ বামোনগা মৈতৈগগী মবক্তা লৈনবিবা মরী, নিংথৌগা বামোনগা লৈনবা মরীনচিংবগী মতাংদসু য়াফম কয়া ইখি। মৈতৈশিংনা মশানা মশাবু য়াম্না তোম্বুববনি হায়না খঙ্গবকপা অমদি মদুগী চৈফু কয়াগী মতাংদা ইখিবা তেন্তকপা য়াফম খবা লৌখৎচবিঃ

"হন্দবা থাক্তা লৈরিবা মৈতৈশিংনসু পুজিদা খুদোংচাবা ফংবা য়াখিবদগী লন-থুমগী ফিভম কয়া ফত্তবনা করিওয়া মতমদা শাসনদা মখুৎ খিংজিনবা ফংজদবগা

সমাজগী মনুংদা মখোয় মশা মশাবু, করিগুম্বা হীরমদা করিমত্ত তোঞ্জবসু, হয়ঞ্জবসু, তোন্দ-তোন্নবোই নীংহন্দুনা মতম কুইনা নমথবীদুনা লৈবা তাখি। সমাজ অমগী মনুংদা অসুম লৈমিন্নরকপদা থরা ব্রাংবা থাক্তা কানিংবনা নমথদুনা থম্বিবা কাওবু অদুনা খিত্তঃ ব্রাংবা থাক্তা কাবা ওমজগন্না হায়দুনা মখোয়গী নিঙোল থাজবা মতমদা শেল ফাওবা চত্নুনা পৈশা য়াম্না তিংনা নিংথেম মচা নত্রুগা জাৎ কৈ হায়নবা কাওবুদা থাজনবা হোৎনৈ। অদুগা মৌ খিবসু শেল চত্নুনা 'অফবা' কাওবুগী নিঙোল খিনৈ। অসুম্না মশা মতোমতবু হম্না খল্লবদগী থাঙ্গৈশেংনা ফত্ত-ফত্তবোই হায়না মশানসু অতোপ্পনসু লৌনখি।"

ওজা পিশকনা মৈতৈগা বামোনগগী মতাংদা মতমদুদা ওইবিবা ফিভমশিংগী মবীদা ব্রাফম কয়া ফোঙদোক্লবা তুংদা লোইশিল্লকপদা মসুম্না ইবিঃ

> "..... মৈতৈনা বামোনবু 'ঐঙ্গা' কৌই অমসুং খুমই।
> বামোন অমত্তনা মৈতৈদা 'ঐঙ্গা' কৌদে অমসুং খুমদে।
> 'করিগীনো' হায়না মৈতৈনা মতোমদা খঙ্লে। মপুক্রিংদা
> য়ানিংদবা কয়া পোক্লক্লে। ব্রাথলগী আন্দোলন হৌরে।"

ওজাগী ব্রাবেং অদু মতম অদুগী সমাজগী ফিভমগী ব্রাবেংনি। হৌজিক্কী মতমগীদি অহোংবা কয়া লৈরে।

বৃটিশনা মণিপুর থাদোক্লুনা চৎলমদাই মতম অসিদা মণিপুরগী শাসনগী থবক পায়থহৌবা য়ানবা মতম অদুগী বৃটিশ ওফিসারশিংনা মহারাজ বোধচন্দ্রগা তানবগা মণিপুর কন্সটিট্যুসন এক্ট অমা শেম্নবা হোৎনখি। হায়বিবা কন্সটিট্যুসন অসি 'মেকিং বোডি' অমদা শীন্নবগা শেমহনগদবনি। বোডি অদুগী মিটিং ফমদুনা কন্সটিট্যুসন অদুগী মতাংদা খন্নগদৌবি, বোডিদুনা কবি কবি খন্নবকপা য়াবা অমদি মদুদা মীয়ামগী কবি ব্রাথল লৈবা য়াবগে হায়বগী মতাংদা মতম অদুদা ফোঙলম্না

'ভাগ্যবতী পত্রিকা' হায়বা নুমিৎ খুদিংগী ফোঙবা চেফোঙদুগী এদিটব ডাঃ লৈবেন সিংহনা ইং ১৯৪৭ কি মার্চ ২৪দা ইখিবা এদিটোরিয়েল অমগী শরুক খরা লৌখৎচবিঃ

> "মার্চ তাং ২৪, ২৫ অমসুং ২৭ নিংথৌকাব, লৈবাকপোকপা অমসুং শগোলশেল নুমিত্তা মথংশিংনা অয়ুক পুং ৮.৩০ দগী হৌদুনা মণিপুর ষ্টেট ওফিসতা কন্সটিট্যুসন মেকিং বোডি ফমগনি হায়বসি লৈবাক পুম্বনা খঙনরে। .... হৌজিক অসিদা দেশ অসিদা লৈরিবা গনা-মানা ওইবা জ্ঞানী অপুম্বনা দেশগী ভবিষৎ করি ওইগদৌরি হায়না খন্দুনা চিন্তা ওইরি। অকায়বা তৌবা কাওবুনা অহোবা খিদুনা তাল থারি। মসিদা করিসু হায়ফম লৈতে। জগৎকী হৌনবনি। হৌজিক ঐখোয়না খল্লগদৌবদি মণিপরদা লৈরিবা প্রজা অপুম্বসে মণিপুরী কৌই। ঐখোয় অপুম্বনা মণিপুরী ওইনা কন্সটিট্যুসন শেম্বদা চঙশি। চীং-তম, ময়াং-পাঙল খায়দুনা ভেদনীতি অমগা লোয়ননা চঙলবদি মতম অমদা মণিপুর দেশ হায়বসি মুৎখিদুনা মণিপুর খুল ওল্লক্কনি হায়না নীংজে। চীংগী সিট অসুপ লৈতবা য়াদে, মুসলমানগী সিট অসুপ খাকউ হায়বনচিংবা কম্যুনিটিগী ভাব অদু পুশিল্লক্লবদি মমৈদা দেশ অসি খায়দোক্লুনা পঞ্জাব, বঙ্গালদা তৌবগুম মগুং-মগুং তাররগনি। কম্যুনিটিগী রাখল অদু থাদোকপিদুনা মতীকচাবা মীনা শাসন তৌরগা লৈবাক নুংঙাইফম থোকই হায়বা অসিনা অচুম্বা ওইহনসি। অচুম্বা পোৎনা জগত্তা লেঙদবনি। অরানবা থবক্লা কুইমু হায়বা খক য়াদে, অচুম্বা আইন অদো তম্পাক্তসু শোয়দনা ফংফম থোকই। মুসলমাল্লা নুংঙাইতবদো হিন্দুনসু খক নুংঙাইবা য়ারোই। চীংনা পাম্বা পোৎ অদো তমসু শোয়দনা পামগনি। তম্না নুংঙাইতবা থবক অদো চীংনসু খক নুংঙাই হাইরোই। ঐখোয় পুম্নমক অসে ঈশ্বরনা সৃষ্টি পুখোক্লকপা মী কৌবা অদুগী মচা-মত্ত ঙাক্তি। শাগে পুনশিনবা হৌরককম অমতদগীনি, অচুম্বতা খিসি।"

ইং ১৮৯১ দগী পাম্লকপা বৃটিশ সবকাব অদুগী অশুপ্পা শক্তি অদু ইং ১৯৪৭ কী আগষ্ট ১৫ দগী লোইগদৌববা অদুদা লাংদাই সবকাব অমা লৈহন্নবা মণিপুব কন্সটিটুযসন শেম্নবা বোর্ডি লিংখৎতুনা বোর্ডি অদুগী মীফম পাওথোক্লুনা কন্সটিটুযসন অদু শেমখি অদুবু মদু চৎনবদি য়াম্না কাইনথংদা ইং ১৯৪৮ দগী চৎনবা হৌখি। ইং ১৯৪৭ কী জুলাই থাদা কন্সটিটুযসন অদু শেম্বা লোইববে হায়না প্রজাশিংনা তাবা ফংনবকখি। অদুবু কন্সটিটুযসন অদু প্রজাশিংদি লায়বদুনা মতম অদুদা ফোঙখিবা চেফোঙশিংদসু ফঙনখিদে। মতম অদুগী মণিপুবগী বাজনীতিবু যাম্না কৃপ্পা যেংশিন্দুনা লাকখিবা ওজা পিশকনা মণিপুবগী অনৌবা কন্সটিটুযসন অদুগা মবী লৈবা ৱাবেং অমা ইদুনা ইং ১৯৪৭ গী জুলাই ২৪গী 'প্রজা' চেফোঙদা ফোঙলকই। 'অনৌবা কন্সটিটুযসন' হাযবা ৱাবেং অদু লৌখৎচবিঃ

> ""মণিপুরগী অনৌবা কন্সটিটুযসন অমা শেম্বা লোইববে। মদু চৎননবগী কদায় ফাওবা শেম-শাৱবগে হায়বা ৱাহং হংবদি লায়রদুনা প্রজানা মদু মশক ফাওবা উবা ফংজরি। অদুগী মথক্তা অনৌবা অমসু শ্রীযুৎ মহারাজগী তরফতগী শেমদুনা চৎহন্নবা হোৎনরক্রে হায়না তানরি। মসিনা তাববু প্রজাদি শাম-পোৎ তারে, মী খরগী মশা মশাগী ওইজবা খিবগী কাঙক্রম তারক্রে। মসি প্রজানা য়াফম থোক্তে। কন্সটিটুযসন অদু শেম্বা য়াওনবা থাগৎপদা প্রজাগী ভোট পীবা মতমদা ইকায়-ইকি হদোক্লুনা ""ঐখোয়বু থাগৎপিয়ু, য়া পুম্বা প্রজাদা লাউথোকচগনি, প্রজানা য়াদবা ৱাফমশিং অদু ঐখোয়সু য়াজরোই। মদুদা য়ানম্রগা ঐখোয় হেক্তা থোরকনি'' হায়না ষ্টেট কংগ্রেসকী মেম্বরশিংনা তাকপিখি। হৌজিক কন্সটিটুযসন অদু শেম্বা পুমলোই লোইরবা ফাওবা প্রজাশিংদি মদুগী মশক মপুঙ ফানা উজরি। কনাগুম্বা মী খরনা পাউথাং ওইনা খরা খরা লাউথোক্লরক্লুনা তাবা অদুদগী ঐখোয়না

চপচানা প্রজাগী ফনবগীদমক ওইহল্লিংবা পোৎশক অদুমক্তি থোক্তিবরা থল্লি। ঐখোয়না য়াম্না চিংনবা মরমদি লবায় প্রজাবু কন্সটিট্যুসন মশামক্তা নমদুনা চাওখৎপগী থাক্তা চিংখত্তবা ইমা-য়াদবা অদুওম্বা কন্সটিট্যুসন খোক্তমাল্লে অসিনি। কয়া হায়রবদা মণিপুরগীদমক অফবা কন্সটিট্যুসন অমত্তং শেমগে হায়রবসি নোংচুপলোমগী কন্সটিট্যুসন মতৌ চপচানা তম্বনদি থক চুপিন্না অফবা অমা ওইবা শুকয়া য়ারোই। ঐখোয়গী হায়না লল্লাই ওইবা হায়বদি প্রজাগী ওইরিবা ফিডম, তৌগলিক অবস্থা মতুংইন্না লমদম অসিবু শরুক কয়ামুক থোক্লা খায়দোকপা মখায়দোক অমসুং লমদম অসিবু ইউনিট অমা ওইনা লৌরগা অতৈ অতৈ কনাগা ভিন্নগদবা অদুগা ভিন্নগদৌরিবশিং অদুগী তৌগদবা শাসন মতৌ পুম্নমক অসি য়েংশিন্দুনা ঐখোয়গী চৎনবগদবা কন্সটিট্যুসন অসি শেম্ফম থোকই। মসি থোকহনগে হায়রবদি ঐখোয়গী কন্সটিট্যুসন অসি পঞ্চায়েৎ রাজ হায়বদু থোক্লবা শেম্মবতদা মণিপুরগী মঙ্গল ওইগনি। কদায় ফাওবা মসি থোক্লবা শেম্বিন্নবনো হায়বদু ঐখোইবু খঙহনবিদবা অসি প্রজাগী তরফতগী য়াওবিরুবা কাঙবুগী অচৌবা অরানবনি। পঞ্চায়েৎ-রাজনা খ্বাইদগী থৈ হায়বদি 'ডিসেন্ট্রেলাইজদ' ওইরগতা খ্বাইদগী হেন্না ফবা মওংগী ওই। মী অমনা অতোপ্পা কাঙবু অমবু ওৎপা নৈবা ঙমদে, লমদম অমগী কাঙবু অমনা অতোপ্পা কাঙবু, লম অমগী মী কাঙবু অমগী মথক্তা নম্দুনা পানবা তোক্কনি। মণিপুর অসি চহী মতম অসুক কুইরক্লবা অসি য়ুম্ফালতনা লন্নায়গী মথক্তা নেৎতুনা পাল্লি। মণিপুরগী আয়গী অয়াম্বা শরুক লন্নায়গী এন্নিয়াদগীনি। অদুগা শেলগী অয়াম্বা শরুক্তা য়ুম্ফাল এন্নিন্নাদা য়াম্না হেন্না শীজিনৈ। য়ুম্ফালদা হাইস্কুল কয়া লিংলি, কলেজসু লিংলি। লন্নায়দা হৌজিক ফাওবা হাইস্কুল কৌবা য়াবা স্কুল অমত্তা লৈত্রি।

মুম্ফালগী খৌজাক্লা লরায় হিংবদা তাবা 'কন্সটিটুসন' অদুনদি অপূনবা মণিপুরগী চাওখংনবা লম্বী ওইবদি য়ারোই। মণিপুরবু শরুক কয়ামুক খোক্লা — হৌজিক লৈরিবা তহশিল মখায় অসিদা খায়দোক্লুনা তহশিল খুদিংমকপু রিজার্ভ 'সবজেক্ট' খরা নত্তনা য়াবমখৈ মনীং তমহন্নবা (ওটোনমস) ওইহন্দুনা মশা মশাগী তহশিলগী মশা মশানা শাসন তৌজনবা, অদুগা তহশিল অমমমগী শাসন পূনবা ডাইরেক্ট ইলেকসন্দা হাপ্না মেম্বরশিংদগী ইনডাইরেক্ট ইলেকসন্দা 'সেন্তর' দা থাগৎনরকপা — মদুনা অপূনবা রাফম খন্নবা — খাজনাসু অয়াম্বা শরুক্লা মাগী মাগী তহশিলগী ওইনা শীজিন্নজবা, - অসিগুম্বা 'কন্সটিটুসন' শেম্মবতদা অপূনবা মণিপুরগী ফগনি। অদুগা বিচারগী মরমদা — মণিপুরগী লরায়গী মীনা য়াম্না য়ানবসি জুডিশিয়েল অমসুং রেভিনিউ ডিপার্টমেন্টকা অনী অসিনি। রেভিনিউ ডিপার্টমেন্টকী রাদি তহশিল তহশিলগী মশা-মশানা পুজখ্রবদা কনামত্তনা ওৎপা নৈবা ঙম্মরোই।"

মণিপুর কন্সটিটুসনগী মতাংদা রাফম কয়া ফোঙদোক্লদুনা লৈবিঙে মবক অদুদা ইং ১৯৪৭ গী জুলাই থাখায় য়ৌবকপা মতমদা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস অনীথোক্লা কায়নবকপা (মণিপুর ইতিহাসতা হৈনৌমখোঙগী ষড়যন্ত্র হায়নবা) থৌদোক অদুসু থোকখি। (হৈনৌ মখোঙগী ষড়যন্ত্র হায়বা অসি প্রজা চেফোঙদদি ইং ১৯৪৭ গী জুলাই ১৪গী নুমিদাংনি হায়, অদুবু লাইবিক খবদদি জুলাই থাগী অহানবা চয়োলদা থোকখিবনি হায়না ইবা থেংনৈ। অদুবু মফম অসিদদি 'প্রজা' চেফোঙ অদুগী রেকোর্দ অদু লৌজবি।) চেফোঙ অসিগী এদিটর লাইশ্রম অচৌ সিংহ এম এ.না মতম অদুগী কংগ্রেস রার্কিং কমিটিগী মেম্বর ওইবি। মহাক্লা রার্কিং কমিটিগী জুলাই ২১দা পাঙথোকখিবা মিটিং অমদা পীখিবা মাগী বিবৃতি অমা চেফোঙসিগী জুলাই ২৪গী সপ্লিমেন্টরী ইসুদা ফোঙলি। হায়বিবা

বিবৃতি অদুদা, মতমদুগী চীফ মিনিষ্টব শিয়বসনগা কংগ্রেসকী মীওই ৬ত্তুগা তৌনখিবা অদুগা মবী নৈননা অসুম্না ইবিঃ

> "..... কৃষ্ণমোহন সিংহগী প্রস্তাব অদু খন্নবা থৌগৎলকপদা নিয়ম অমসু কায়বনি হায়দুনা সভাপতিনা ময়াম্না লাউনখি – তাং ১৪।৭।৪৭ ইংগী অহিংদা লেপ্ন রুবা ইন্টরিম কাউন্সিল শেম্বগী রা অদু খন্নবা লোইশ্রবনি অমুক হন্না খন্নবা চুমস্রে – বারেপ তাশ্রবনি।"

ইবন্সিবসি য়েংলুবগদি, কংগ্রেস কায়নহন্নবগী মচাক ওইখিবা 'হৈনৌ মখোঙগী ষড়যন্ত্র' হায়বদি ইং ১৯৪৭ গী জুলাই ১৪দা থোকখিবা থৌদোক্নি হায়বা অসি য়াম্না নাখৈ শেংহল্লি। কংগ্রেস অনী থোক্লকপা অসিগী মতাংদা ওজা পিশক্না ইং ১৯৪৭ গী আগষ্ট ১ দা 'প্রজা' চেফোঙদা "হৌজিক কায়নবিবা কংগ্রেসগী মবমদা খবদং" হায়দুনা আগষ্ট ৩ ফাওবদা মথং মথং ওইনা ফোঙলকই। মতম অদুগী মণিপুব পোলিটিক্সকী মবমদা কৃপ্না নৈনবিবা বাবেং অদু নৌখৎচবিঃ

> "হৌজিক মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস অনী থোক্রে। মদুগী মরম প্রজা খুদিংনা খঙনিংই। যেম্বর তরুক অদুনা তৌরুবা অদু, – অয়াম্বনা তানরিবসি অচুম্বনি হায়না লৌরগা, – চুম্বা ? মখোইবু চীফ মিনিষ্টরগা ঙাংনরুবা রা হায়দোক্তে হায়দুনা লাম্লে হেক্তা লেপ্নগদ্রা ? নত্তগা 'ওফিসিয়েল্লি' হায়দোক্রবসু অসুম হায়দোক্লরকপদগী তানরবা রা অদুদগী তৌরুরিবদো লাম্লব্রা ? কংগ্রেস কনানা ওইরি। পার্টি অনী অসিবু তাইশিন্নবা পাম্বে লৈব্রবরা ? কায়নবা অসি করবরা ? মথক্কী রাহংশিং অসি নুংশিনবা, য়েংথিনবা অমদি হেন্না হায়জিনবা রাজমদগী পোকখিবা তাব পুম্নমক থাদোকুনা নৈনকম থোকই।

> অহানবদা পার্লিয়ামেন্টরী প্রোসিডিওর, গনতন্ত্রগী চৎনবী অমসুং মতম মতমগী কান্নবা য়েংবা হায়বদি

এরপিডিএফিগী মতুং ইন্না থবক তৌবা — হায়রিবা খল অনী অসিদা মেম্বর তরুক্তা তৌরুবা থবক মতৌ অমসুং মতুংগী শাজৎ, — অমুক্ত ওন্দুনা য়েংখিসি।

কংগ্রেস অসি ডিমোক্রেটিক ওর্গেনাইজেশননি। অদুনা মশানা তাবা থবক পুম্নমক ডিমোক্রেটিক প্রিন্সিপল মতুং ইন্না থবক তৌফম থোকই। প্রিন্সিপল অদু ভারতকী কংগ্রেসকী নেতাশিংনা মরক মরক্তা কায়না চৎপগুম উবা য়াওই। মদু থাঙ্গৈশেংবদি কায়না চৎপা নত্তে। করিগুম্বা হিরম থৌদোক অমা নেতা খরনা হায়না লেপ্লরে। মদু কংগ্রেস কাউন্সিলদি লায়বদুনা অহানবদা য়ার্কিং কমিটিগী মেজোরিটি মেম্বর ফাওবা খঙহন্দবা য়াওই। মসিদা য়ারেপ্লরিবা নেতাশিং অদুবু হায়না য়ারেপ্পা ভঙগী শক্তি ময়ামগী য়ারেপ অমনা মখোয়দা হায়না পীবা অমা নত্তুগা মশা মশাগী ওইবা সভা মেজোরিটি মেম্বরগী মথক্তা চলাইদুনা মখোয়না লম্নাই লেপ্লরম্বা য়াফমশিং অদু মেজোরিটি মেম্বরবু য়াহনবা, মদুগুম্বা প্রভাব লৈতবা মীনা মেজোরিটিনা 'এমপরার' তৌদনা য়াজনৈতিক দল অদুগী ওইনা য়ারেপ্লবা অরানবনি। হন্দক্কী অসিদা অরুবা য়াফম অমদি চীফ মিনিষ্টরগী য়ার্কিং কমিটিনা ফাওবা হায়দোকপা য়াদে হায়বসিদা চৎলুরিবা মেম্বর তরুকমক অদুবু নত্তুবসু লেমহৌবা মেম্বরশিংবু হায়দোক্লনুসি হায়বা য়াফম হায়দোক্লনবা থোকপ্রা হায়দবদৌনা লৌরি। সভাপতি, সেক্রেটরী অনীনা মখোয়গী কেবিনেটপু থাজদবা মওং উৎপা অদু য়াবিফম থোক্লবনি। মদুদা য়াবিরুবা অদুনা তাকপদি থাজবা য়াদবা মী খরগা থাজনবা মী খরগা পুন্না থবক তৌমিন্নরম্বা তারে।

মেম্বর তরুক অসিনা থেক্ল-কোইনা কূটনীতি শায়দুনা মীনম্বা ভাংদুনা মেজোরিটিগী শৌগৎপা তাম্দুনা মথৈ ওইরপনা মেজোরিটিগা য়ানরবা মতমদা মতাচাবা য়েংদুনা ইনৌ নৌবা য়াফম ওইনা পুথোক্লকপা য়া ওইনা

তৌবিমনা — থাক্সেমক শেংনা রাজনীতিগী অরুবা রা ওইবনা হায়দোক্কনুসি হায়নল্লে, অদুনা ৱার্কিং কমিটিদা হায়দোক্লোই হায়না খাঙবসি থাক্সেশেংবা সভাগী মণ্ডপ ঙাকপনি। মসি ফাওবা থাগৎফম থোকই। মেম্বর তরুক অসিনা ৱার্কিং কমিটিগী মন্না অমত্তা তাদনা মখোয় তরুক্কুনা ৱারেপনবসি, মশাবু শেরানবা মেজোরিটিগী মথক্তা হেনবা প্রভাব লৈক্লে থঙবা অমা নত্তগা অমনা লেমহৌরিবা মেম্বরশিংগী মথক্তা থাজদবা প্রস্তাব লৌবগুম্বনি। মশাগী প্রভাবনা মেজোরিটিবু মখোয়রোমদা চিংবা ঙমদ্রবদি মখোয় মশানা অতোনবা পাম্বৈ লৌদুনা মেজোরিটিবু নমহৎপা তানবগী মহত্তা মাগী মাগী মফম থাদোক্তুনা অচৌবা অরাংবা রাথলনা থবক তৌফম থোকই। ৱার্কিং কমিটি ফম্বদা অহানবদা থাজদবা প্রস্তাব লৌব্রবা তুংদা অমুক ফম্বদা সভাপতিনা মশাগী শক্তি লান্না শীজিন্নুনা মতম মতমগী মাগা মোট তিরদনা মেজোরিটিবু নমথহনবা মাগী মাইনোরিটি পার্টিবু মেজোরিটি ওনহল্লবা অনৌবা মেম্বর লৌশিনবসি গনতন্ত্র ওইদ্রে। অতোনবা পাম্বৈগী মতেংনা 'অরানবা গনতন্ত্র' পুশিন্দুনা মশাগী মরম্লাই শক্তি থিবনি। শম্না হায়রবদা, অসি ফাওবদি প্রোসিডিওর য়াম্না কায়রে। অসি ফাওবদা প্রাইমারী মেম্বরশিংগী রা অমসু থম্নফম থোকই।

হনৌ নৌনা হৌগৎলকইবা কংগ্রেসনি। হৌজিক ফাওবা নোংমা নোংমগী মেম্বর মশীং হেনগৎনবা হোৎনদুনা লৈরি। হৌজিক ময়াম অপূনবা সেসন্দা কনানা চুম্বগে, ৱারেপ্পবা সভা ফম্বা তারবদা মাগী মাগী দলগী মীচঙ পংথোম-থোমদুনা অনৌ অনৌবা মেম্বর মশীং য়াম্না য়াম্না অহিং অমত্তদা ফাওবা থোম্নবা ঙম্বগনি। অদুদা অচুম-অরান খিনদনা ভোট পীনরবা য়াই। 'পার্টি ফিলিং' অসি ডিগ্রী য়াম্না কামনখিবনা সভা অদুদা কাং-থোং চাইবা অমা থোক্রবা য়াই। যুবক যুবতী মীচঙ য়াম্নবা মেম্বর

খোম্লদুনা 'প্লেনরি সেসন' ফম্বসু মতম অতৈদা ফম্লবসু হন্দক্তী অসিদদি অফবা ফল ফংদবা য়াই। মতম মতমগী কায়বা য়েংবা (এম্পিডিএনসি) হায়বা অসোয়বদগী অয়ুক খয়দুনা য়েংবা তাই।

শ্রীযুৎনা মরক্তী শাসন পুননবা লৈবাক্তী মন্না তাদনা মন্ত্রী হাপকদবগী লাক্লরি হায়বা তোকঙা অমসু তানরি। হায়গী গভর্নরগা ঙাংনবা অদুসু মন্ত্রী খরনা (অমা নত্রগা অদুদগী হেনবনা) 'রিজাইন' তৌখিবনা — তোকপা তারে। অদুদি শ্রীযুৎনা হায়রকনি হায়নরিবসিনা অচুম্বা ওইরবদি মদু থুগাইহৌনবা বড়মন্ত্রীগা মায়দুনা কংগ্রেসকী খরা চোংশিনহৌবনা ফগনি খয়কম থোকই। য়াফম অসিদগী মেম্বর তরুক অসিগী মনুংদগী অনীবু, চহীসু ময়ামজরবা, থবকসু নীংখিনা, কংগ্রেসকী মমায় চোংতুনা পুবা ঙমগদরা হায়না মখোয় তরুক তায়জদুনা বড় মন্ত্রীদা চুম্না মখীং পীখৎপতনি। মী তরুক চৎমিয়বনি, তরুকমক মন্ত্রী ওইগে হায়দে, অনীতবু ময়াম্না য়ানরমগম্রা হায়দুনা খমুবতনি। মখোয় অনীনা মশানা মন্ত্রী খঙরম্রে হায়বসি তাবদা য়ানা থোকই। অদুগা মখোয়গা লোয়নরুবা অতৈ মরি অদুবুনা মখোয় অনীতনা হায়বা পংইন-ইনবা মীতা ওইনা লৌবা চুমদবনি। মতাং অসিদা, মথক্তী ঐখোয়গী য়াখল পরেং অসিগী মতুং ইন্না — মেম্বর তরুক অসিনা হায়না কংগ্রেসপু মপাঙ্গল য়াম্না শোম্লি হায়না লৌখোক্রে (অসুম তৌরে) নত্রগা মশানা খৎন চৈনা তৌদনা লৌশিংনা খজিক খজিক লম তানশিনগে হায়বা পোলিশি চৎপা তাই। মপাঙ্গল থাদৈশেংনা শোনদ্রা নত্রগা কনদ্রা, ঐখোয়না খঙদে। শোম্লি হায়না লৌরবদি শ্রীযুৎনা প্রজাগী মন্না তাবিদনা 'ষ্টেট কাউন্সিল' শেম্মকপদা প্রজাদা মুন্না তাক্লুনা কংগ্রেসকী পাঙল কনখৎহন্নগা প্রজাশক্তিগী চাং অমুত্তং য়েংবিরম্বনা ফরমগনি। লৈহৌদগী হায়বদি কনটিট্যুসন শেম্বা চংঙ্গদগী গনতন্ত্রগী

পথাপ ঙাক্লা য়াম্না লেম্না ফজনা চৎনবা তৌবিদনা পথাপ ইকায় কায়না চঙখি। মতম অদুদা কংগ্রেস পোলিসিগী ওইবা ৱা অমত্তা ঙাংবা ফাওবা অচুম-অরান খিনদনা য়াম্না শাথিনা চেনবিখি। মকোকনি হায়রিবা কাংবুশিং অদুনসু থামজিনবদি লায়রদুনা ইনশিন ইনশিন চেৎহনখি। চৈবগী মনুংদা মীবু নমথবা তাবনা চৈবা অদুমক্তা মশা মশাদা ওনশিনরক্লবদা থাঙবা ঙাররনি অমসুং ঙানরগনি।

অদুগা অমুক কংগ্রেসনা মপাক্লল ফনা কল্লবসু শয়েং-পাম্বোম ঙানদনা খজিক খজিক শিংচিনবা তানবা ওইববদি 'প্রেসিডিওর' চপচানা চৎনবল্লবসু ইখৎ খৎনদবা অদুম ময়ারমগনি। কেবিনেট ফাওবদা হায়দোকপা য়াদে হায়বা রারেপ অদু সাহেবনা তৌদোক্লক্লবসু য়াবিরমদবনা অচুম্বনি। কেবিনেটপু অদুগা কংগ্রেস অপুম্ববু শুপকে মতা মানবা শীচৎ অসি গনতন্ত্র নত্তে। মহাত্মা ফাওবা মেজোরিটিনা লেপ্পবা য়াদবা য়াদে। নেতাজি সুবাসচন্দ্রনা ডাঃ পট্টবিবু মায়থিবা পীদুনা প্রসিদেন্ট ওইবা মতমদা মহাত্মানা মশাগী নোমিনেট তৌবা মীনা মায়থিবা অদু মশাগী মায়থিবা ওইদুনসু 'পরাকা' অদু ফিগাও শানা লৌজগনি। অদুগা তোকঙা অমনা শ্রীযুৎনা খনবিবা মন্ত্রী মরক্তা কংগ্রেস অমা য়াওদ্রে। মহাক্না হন্দক মেম্বর তরুকনা খনবদা মাবু য়াওবিরমদে হায়দুনা কল্লকুনা মেম্বর তরুকী তৌনরিবা রাফম অসি থুগাইনবা হায়দুনা কংগ্রেস থুগাইবনি, কংগ্রেস মেম্বর মশেল মন্ত্রী মুল্লবদগী কংগ্রেস অনী থোকপনি অসিনচিংবা হায়নবসি নুপী অঙাংগী রানি। ঐখোয়না মদু উফম, য়েংফম থোক্তে। ঐখোয়না য়েংশনবদি 'প্রিন্সিপল'নি।"

মণিপুরগী অহানবা চীফ মিনিষ্টর পিয়রসনননা শীনবা থৌদৌ অমদগী মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস অনী থোক্লা কায়নখিবা অদুবু "মিঃ পিয়রসনননা

হৈনৌ মখোঙদা তৌবা ষড়যন্ত্র" হায়না ভাগ্যবতী পত্রিকাগী ইং ১৯৪৯ গী আগষ্ট ১৫ দা ফোঙবা 'আগষ্ট সংখ্যা' হায়বা চহীগী ওইনা ফোঙবা চেফোঙদুদা ফোঙখি। মদুগী এদিটবদি লালমনি সিংহনি। চীফ মিনিষ্টর পিয়বসননা শীনখিবা থৌদৌ অদু 'হৈনৌ মখোঙগী ষড়যন্ত্র' হায়না খঙনখিবা অদুগী হৌজিক ফাওবদা চীফ মিনিষ্টরগী বঙ্গলো অসি 'হৈনৌ মখোঙ' হায়বগা অদুম খঙনবি। মদুগী মতুংদা ইং ১৯৪৭কি আগষ্ট ১৫দগী নীংতম্বা ফংলবা অদুগা ভারতকী ষ্টেট অমা ওইনবা হোৎনবকপা ২ ওম অদুদা, গুরুকুলগী মহেন্দ্র সিংহ অমসুং বর্ক্কবিহারী শর্ম্মানা গান্ধী টুপি উপুনা অমসুং ভারতকী মচু অহুমগী ফিবাল পায়দুনা শ্রীশ্রী গোবিন্দজি খুকম্বা লাকপা যাবোই হায়না অৱাং থোং পুবা সন্ত্রীশিংনা 'খংলকপগী বাথোক থোকখি। আন্দোলন তৌখি। মতম অদুদা মণিপুর অসি ভারতদা পুনশিন্নবা, ভারতকী ষ্টেট অমা ওইনবা কংগ্রেসনা যাম্না কন্না হোৎনখি। কংগ্রেসনা হোৎনখিবা অদুগী শরুক অমা ওইনা, তোম্পোক সিংহনা লুচিংবা কংগ্রেসকী গ্রুফম অমা ইং ১৯৪৭ কি আগষ্ট ৩০ দা অহৈবম লৈকায়দা (শীংজমৈ মখা) তোম্পোক সিংহনা সভাপতি ওইদুনা ফম্মী। মিটিং অদুদা মরু ওইবা বাবেপ মখবথক তাখি। বাবেপশিং অদু তোম্বীবৈ সিংহনা প্রস্তাব তৌখি অমসুং যুম্নাম মনি সিংহনা সমর্থন তৌখি। বাবেপশিং অদুদি মথাগী অসিনিঃ

> "১) আগষ্টকী তাং ১৫ দা ভারতনা স্বাধীনতা ফংবগা লোয়ননা লৈবাক্কী শাসন প্রজানা মপুং ফানা পুবগুম মণিপুরদসু প্রজানা মপুং ফানা পুবা শাসন (পূর্ণ দায়িত্বশীল শাসন) হাইবসি মণিপুরগী প্রজা ঐখোয়না দাবী তৌরি। যাম্না থুনা মণিপুরদা পূর্ণা দায়িত্বশীল শাসন প্রজানা ফংবা হাইবসি গুসিগী সভা অসিনা পাম্মী।
>
> ২) হন্দক্তা আগষ্টকী তাং ১৪ দা শেমজিনবা মণিপুর ষ্টেটকী ষ্টেট কাউন্সিল হাইবা মন্ত্রী ৭ (তরেৎ) কী কাউন্সিল অসি প্রজানা মিনিষ্টর তরেৎমক খঙবা নত্তুগা মণিপুরগী

অমত্রা ওইবা প্রজাগী মহৎশিনবা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসনা নিয়ম চুয়া খন্দুনা থাগৎখিবসু নত্তবনিনা গুসি তিল্লিবা সভা অসিনা য়াবা গুমদে, মণিপুরদা পূর্ণদায়িত্বশীল শাসন লাক্লিঙৈগী মরক অসিদা লৈবাক পুননবা প্রজানা য়াবা মন্ত্রীনা পুবা লাংদাই সরকার (পপুলর ইন্টেরিম গভর্নমেন্ট) অমা হৌজিকমক সভা অসিনা দাবী তৌরি।

৩) পূর্ণদায়িত্বশীল শাসন মওং শেম্নবা মণিপুরগী প্রজাতনা শেম্বা গনপরিষদ (কনটিটুায়েন্ট এসেমব্লী) অমা থুনা শেম্নবা সভা অসিনা দাবী তৌরি।

৪) মণিপুরগী প্রজা ঐখোয়না চহী মতম কুইনা ভারতবাসী ওইনা ভারতকী মনুং চন্দুনা লাকপনা হৌজিকসু প্রজা ঐখোয়না ভারত ইউনিয়ন সরকারগা মরী লৈবা পাম্মী অমসুং ভারতবাসীনা স্বাধীনতা ফংবগুম মণিপুরগী প্রজানা স্বাধীনতা ফংবা সভা অসিনা দাবী তৌরি।

মিটিং তৌখিবগী পাউ অমদি মসিগী রাবেপশিং অসি ইং ১৯৪৭ কী সেপ্টেম্বর ২গী 'প্রজা' চেফোংগী অহানবা লমায়মক্তদা নীংথিনা ফোংডি। অদুগা অহানবা লমায় অদুমক্তদা ওজা পিশক্না "ইউনিয়ন য়াওববা ষ্টেটশিং" হায়বা রাবেং অমসু ইবি। রাবেং অদু লৌখৎচবিঃ

"সাম্রাজ্যবাদী বৃটিশনা কয়া লৌগত্তুনা ষ্টেটশিংগী নিংথৌশিংনা কা-হেল্লা য়াম্বা তলব চাদুনা প্রজাশিংবু ওৎপা-নৈবদা কনা অমত্তনা থাম্বা তৌরমদে। করি করিগুম্বা ষ্টেটশিংদদি নিংথৌশিংনা মনীং-মথা তম্বা ইউরোপকী নিংথৌশিংদগী অমদি ভারতকী প্রদেশশিংগী গভর্নরশিংদগী হেল্লা চাউনা তলব চারম্মী অমসুং চানরি। প্রজাশিংগী থাজনা অয়াম্বা নিংথৌ অমসুং ইমুং-মনুং থাকপদা চত্তদুনা তোকই। প্রজাশিংগী চাওখৎনবা লম্বী য়েংবা থবক্তা খরচ ইত্তৌ তৌদে। প্রজা হায়বসি নিংথৌ

থাকুবা লাইনা খারকপা মীশিং ওইনা তৌবিরমই। বৃটিশ শক্তি মাংত্রে। ভারত অনীথোক্লা খায়দুনা 'ইউনিয়ন রিপব্লিক' হায়বা অদুদা মণিপুরসু য়াওত্রে। 'রিপব্লিক' অসি য়াওরবা প্রজাশিংগী শক্তি করিনো অমসুং নিংথৌশিংগী শক্তিনা করিনো ? মসি মশক খঙনা চৎনরবদি নিংথৌ প্রজা অনীমক্কী মঙ্গল ওইগনি। কৈবাক্কী অফ-ফত্তা য়েংদুনা শাসন কনানা পুগনি ? শাসনগী আইননচিংবা কনানা শেমগনি ? হায়বদি শক্তি পুম্নমক কনাগী মখুত্তা লৈগনি ? মসিগী মরম স্বাধীনতা সনদত (সনাদত) (Indias charter Freedom) তা নীংথিনা ইদুনা লৈরে। ' all power and authority of the Sovereign Independent India, its constituent parts and organs of Government are derived from the people " স্বাধীন ভারতকী অমসুং মাগী মনুংচনবা শরুক পুম্নমক্কী শাসন পুগদবা অনুর্ষান পুম্নমক্কী শক্তি পুম্নমক অমসুং ভূম্ন অদু প্রজাশিংদগী লৌগনি, হায়বদি প্রজাশিংতনা মপু ওইগনি অমসুং শক্তি পুম্নমক মখোয়গী মখুত্তা লৈগনি

".. that no state can have an administration which goes against our principle, or gives less freedom then obtaining in other parts of India, .. what form of Government they will have or whether the present Rajas and Newabs will continue or not concern the people of the state, the decision will rest with them " করিগুম্বা ষ্টেট অমত্তদা প্রিন্সিপল অসিগী ওয়-তৈনবা মওংগী শাসন চৎনবা য়ারোই, অমদি ভারতকী মফম অতৈদা ফংনরিবা স্বাধীনতা অসিদগী হন্থবা মওংগী ওইবা স্বাধীনতা পীবা শাসন চৎনবা য়ারোই। — করম্বা মখলগী শাসন চৎনগদগে অমসুং নবাবশিং অসি অসুম

> ময়েখিপদরা নত্তগা লৈহন্নরোইদ্রা হায়বা অদুদি প্রজাশিংগী মথুত্তা লৈরে। প্রজাশিংনা লেপ্পবা মতুংইদ্রা (নিংথৌশিং অসি লৈবু লৈহনগে লৌবু লৌথোক্কে) চংকদবনি। মসি খঙনা ষ্টেটশিংগী নিংথৌ অমসুং প্রজানা চংনবা কৈ।"

ওজা পিশককী ৱাবেং অসিদা 'মণিপুর' হায়বা ৱাহৈসি পন্দবনা ৱাবেংসি মণিপুরগা মরী লৈনদবা ওইনা উবসু য়াই। অদুবু ৱাবেংসি হৌরকপদা য়াওরিবা "সাম্রাজ্যবাদী বৃটিশনা কন্না শৌগত্তুনা ষ্টেটশিংগী নিংথৌশিংনা কা হেন্না যাম্না ওলব চাদুনা প্রজাশিংবু ওৎপা, নৈরদা কনা অমগনা যাম্না তৌরমদে। কবি কবিগুম্না ষ্টেটশিংদদি নিংথৌশিংনা মনীং মথা ওম্না ইউরোপকী নিংথৌশিংদগী অমদি ভারতকী প্রদেশশিংগী গভর্নরশিংদগী হেন্না চাউনা তলব চারম্মী অমসুং চানরি। প্রজাশিংগী খাজনা অয়াম্বা নিংথৌ অমসুং ইমুং মনুং থাকপদা চঙদুনা তোকই।" হায়রিবা ৱাফমশিং অসি মণিপুরগা মরী লৈনদ্রা হায়রসি য়েংশিনবা য়াবা ৱাফমনি। মণিপুরদগী বৃটিশকী অসুম্বা শাসন অদু লোইশিন্দুনা বৃটিশশিং মণিপুর থাদোক্লুনা চৎখ্রবা মতুংদা মতম অদুগী মণিপুরগী মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহ অসি ওলব কয়া য়াম্না থাদা নত্তগা চহীদা ফংলমগদগে হায়বা অসি ৱাহং অমনি। বোধচন্দ্র মহারাজনা ফংলিবা শেনফম অসি লুপা ১,৬০,০০০/ (লুপা লাক্ষ অমা লিশিং হুম্ফু) নি। প্রজাশিংনা ৱানা পীজবা খাজনাদগী লৌরনি হায়না মতম অদুগী কংগ্রেসকী জেনরেল সেক্রেটরী লাইশ্রম যোগেশ্বর সিংহনা ইং ১৯৪৯গী জুলাই ১৩ দা থৌবাল গার্ল স্কুলগী গ্রাউণ্ডদা পাঙথোকপা অচৌবা পব্লিক মিটিং অমদা লাউথোকখি। ৱাফম অদু জুলাই ১৮ অমসুং ১৯ গী 'ঙসি' চেফোঙদা ফোঙদোকখি। চেফোঙ অদুনা যোগেশ্বরগী ৱাফম পল্লদুনা ইরিঃ

> "চন্না নাম্না চারগা চন্না অনী ওজক্রবা লায়রবা, চুদংনবা প্রজানা ৱানা পীজরিবা খাজনাদগী নিংথৌ মখজনা লুপা

> ১,৬০,০০০ পুল্লপ চাখিবনা প্রজাগী অন্নাবা নত্তনা করিমত্তা অফবা লৈতে।.... নিংথৌদা চংলিবা লুপা অদুনা চাইথোক্লকুনা প্রজাগী অন্নাংপা অমসুং তলব খজিক্তা পীবদগী মপুক থন্নবা কর্ম্মচারীশিংগী ওথাক মেনখংপা য়াগনি। মী অমত্তনা পুল্লপ চাদুনা লৈরবদি করম্বা মতমদা লায়রবা প্রজানা মবুক থনগনি।"

থৌবালগী পব্লিক মিটিংগী পাউ অদু ফোঙলবা মতুং জুলাই ২১ দা হিজ হায়নেস ইন কাউন্সিলগী মিংদা চীফ সেক্রেটরীনা থোকখিবা হুকুম অমনা 'ঙসি' চেফোঙ ফোঙবা থিংখি। চেফোঙ অসি ফোঙবা থিংবগী হুকুম অদুদিঃ

> Council Resolution No. 22 of 20.7.49
>
> To consider stoppage of publication of the daily local newspaper "NGASI"
>
> While always welcoming constructive and healthy criticism the council feel that the articles published in the "NGASI" in its recent publications cannot well be said to be within the limit of journalism and the council have decided to withdraw reluctantly their permission granted to the said paper under C.R. No. 5 of 14.7.48 with immediate effect.
>
> By order of H.H. in Council
> Dated 21.7.49
> Sd/- H.B.S. Chief Secretary

'ঙসি' চেফোঙ ফোঙবা থিংজিনখিবদগী কংগ্রেস প্রচাব বিভাগনা চেফোঙ অদু ফোঙহল্লু হায়বা থোল্লাও পীবদুনা বাফম কয়া ফোঙদোকপা য়াবোলশিং য়াওবা চেজাইশিং নুমিৎ খুদিংগী পাউ-চেগী মওংদা ফোঙদোক্লগা মীয়ামদা ফঙহল্লকখি। নুমিৎ খুদিংগী ওইনা মীয়ামদা

ফঙহল্লকপা চেজাইশিং অদুগী অহৌবা অদু য়াম্না পৌবা ময়েক্লা "ঙসি থিংখবে" "ঙসি ফোংহল্লু" "Quit Gadi "নিংথৌ লৌথোকপা শোয়দবে" হায়বনচিংবা স্লোগানশিং নমথোক্লুনা ফোঙদোবকই। ইং ১৯৪৯ গী জুলাই ২৬ তা ফোঙদোবকপা চেজাই অদুদা 'নিংথৌ লৌথোকপা শোইদবে' হায়না চাউনা ইবা অদুগী মখাদা 'দিল্লীদা চৎলুবা কংগ্রেস ডেলিগেট থৃংলবে' হায়বা পাউগী য়াফম অমা ইবা অদুগী হেক মখাদা "নিংথৌগী যুগ লোইরবে" হায়বা হেঁদিংগী মখাদা অতৈ য়াবোলশিংসু ইবি। ইবিবশিং অদু অমুক হন্না পুথোকচবি।

> "নিংথৌ লৌথোকপা অসি শোয়দ্রবনি। হৌজিক নিংথৌ থনবা, নিংথৌদা চীয়োল তৌবা কায়রবোই। নিংথৌ মনাইশিংনা য়ান য়াম্না তাবা দরকারনি। নত্তবদি তুংদা অন্নাবা তাবা অদু য়েংনিংদে। হায়দ্রবাদকী নিজামগী মনাই অথৌবা কাশিম রাজ্জগী অমসুং রাজাকোরগী দশা অসি য়েংউ।
>
> হন্দক কংগ্রেসনা তৌগদৌরিবা সত্যাগ্রহ আন্দোলন অসি ভারত জাতীয় কংগ্রেসনা মপুং ফানা সমর্থন তৌববনি। নিংথৌগী যুগ লোইরক্রে। প্রজাগী জয় লাক্রে।
>
> হৌজিক ভাগ্যবতীনা (ভাগ্যবতী পত্রিকানা) চোইরোল লোম্নুনা লৈবা কায়ররোই। মণিপুর প্রজা অয়াম্বা গাডী উথাইরো, নিংথৌনা লুপা ১,৬০,০০০/- মরন্নাই শীজিন্নদুনা লৈবা পামজ্রে হায়না মফম মফম থুদিংগী লাউনখক্লিবা অসিনি। হৌজিক কংগ্রেসকী মী পুম্নমক আন্দোলনগী তৈয়ারদা লৈরে। কংগ্রেস পঞ্চায়েৎশিংদা লৈরিবা ভলুন্টিয়ার ময়ামসি হৌজিক ট্রেনিং তৌবা হৌগৎলো "কেম্প শারো, তৈয়ার তৌরো।"

মণিপুব মহাবাজ্জগী তলব লুপা ১,৬০,০০০/- নি হায়না কংগ্রেসনা ফোঙদোবকপা অদুগী পাউখুম ওইনা 'ভাগ্যবতী পত্রিকা' চেফোঙনা ইং ১৯৪৯ গী জুলাই ১৫গী ইসুদা অসুম্না ইবকই।

> "মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসনা প্রচার তৌবদা পীজিনরিবা মণিপুর মহারাজনা তলব লুপা লাক ১ লিশিং ৬০ চহীদা লৌরে হায়না বাঙাং খুদিংদা অয়ানবা প্রচার তৌদুনা মী খোম্বা যানবা, নুঙাইনবা মীয়াং অমা তৌবশুম তৌরি। হাঙ্গৈরিবা লুপা অসিগী মনুংদা জাতিগী ওইরিবা গোবিন্দগী সেবা থাদা লুপা ৫০০/৬০০ লোম, অতৈ অতৈগী এলাউন্স, মহারানীগী এলাউন্স অসিনচিংবা য়াওরিবনি। লৈবাক অমা নিংথৌ অমা পান্নগা মহারানীগী এলাউন্স পীদবা য়াবা নত্তে, জাতিগী ওইরবা মণিপুর গোবিন্দগী সেবাগী লুপা কাইদবা য়াদে, নিংথৌ অমা পানবগী হৌনবী নিংথৌগী পীফম থোকপা খরচ থমদবা য়াদ্রিবনি। পূম্নমক তিনশিন্নকপদা লুপা লাক অমা লীশিং হুম্ফু শুখিবনি। অপীকপা নিংথৌ ওইবগী মসি পীক্লিবনি।"

মহারাজবু শৌগৎপা চেফোঙশিং হায়না কংগ্রেসনা হায়রিবা 'ভাগ্যবতী পত্রিকা' না ফোঙদোক্লিবা অসিগী রাখল্লোন অমদি কংগ্রেসনা ফোঙদোক্লিবা অসিগী অচুম চুমদদি ওস্তা পিশকনা নৈনাবিবসিদদি শোক্লমদ্রে। বৃটিশনা মণিপুর থাদোক্লুনা চৎখিবা মতমদুদা মহারাজগী তলবকী মতাং অসি কমদৌনা থল্লম্লগে হায়বসি থিজিন্নিংঙাই ওইবা রাফম ওইবি।

অমবোমদা, খঙবদা কান্নগদবা রাফম অমনা মণিপুর অসি বৃটিশকী খুথাদা লৈপ্লবা মতুংদা, ইং ১৮৯১ দা মণিপুরগী চহীগী হাউ (রেভিনিউ) লুপা ১,৭০,০০০/- ওইবন্নদগী ইং, ১৯০৭ টা লুপা ২,৭৩,০০০/ না হেনগৎখি। হীবমসিগী মতাংদা 'সি পি আই মণিপুরগী ইতিহাস' কি লমাই ৩ দা অসুম্না ইবিঃ

> "লৌ, ইথোল, য়ুমথোঙগী খাজনা খোমগৎপগী মথক্তা মীরৈবাক মচা চঙলকপগী টেক্স ওইনা মীওই অমদগী লুপা মঙা, অদুগা শা-ষণগীনা লুপা অমগী চাংদা লৌই। উমংগী পোৎথোকশিং নিলাম লাউদুনা

শান্দোকপা অমসুং মাওল লৌবগী চৎনবী হৌদোকই। পাৎ-তুরেলনচিংবা খুদীংমক্তগী তা কাবদা পাৎশেল লৌই। অসুম্বা ষ্টেট রিভিনিউ ১৮৯১ দা লুপা ১,৭০,০০০/- ওইরম্লগী ১৯০৭ তা লুপা ২,৯৩,০০০/ - দা হেনগৎখি।"

সরকারগী রেভিনিউ হেনগৎহল্লবা অসিগী মনুংদগী নিংথৌগী ওনব পানবগী শেনফমসু যাওবরনি। বৃটিশকী শাসন লৈরিবইঙ মনুংদদি নিংথৌগী ওনব অসি বৃটিশনা লেপ্লী অদুবু বৃটিশ চৎত্রবগী মতুংদগীদি লৈবাক্কী মক ওইবা ফিরেপ পুম্না নিংথৌগী খুত্তা লৈত্রর্বনি। মণিপুর কন্সটিট্যুসন এক্ট, ১৯৪৭ শেম্বা, ইলেক্সন কল শেম্বা অসিনচিংবা পুম্নমক্কী অরোইবা বাই পাবা পুম্নমক নিংথৌগী খুত্তা লৈত্রর্বনি। বৃটিশ চৎত্রবা মতুংদা, চীফ মিনিষ্টর অমদি অতৈ মিনিষ্টরশিং অমদি ওফিসর্কী থবক তৌবা পুম্নমক্কী ওনব পীনবা চাং লেপ্পা মতমদা নিংথৌগী রাবেপ্লা অরোইর্বনি। অদুনা মহারাজনা এশাগী ওনব লেপ্পা মতমদা অতৈ থিংর্বিনিংতাই ওইবা শক্তি লৈরমগনি নীংদে।

হায়ুনা মণিপুর কন্সটিট্যুসন শেম্নকপগী অশক্লা মশক খরা লৈখ্রে। হৌজিক মণিপুর কন্সটিট্যুসন শেম্বগী মতাংদা খরা কুপথবা রাফমশিং যেংবা যাগনি। কন্সটিট্যুসন অসিগী মতাংদা ওজা পিশককী রাফম খবসু হায়ুনা থেংনত্রর্বনি। বৃটিশনা মণিপুর থাদোক্লমদাই মতমদুদা মণিপুর কন্সটিট্যুসন শেম্নবা অচৌবা থৌদাং লৌবম্বা মীশকসি দরবারগী প্রসিদেন্ট ওইরিবা মিঃ পিয়ারসনসু অমনি। কন্সটিট্যুসন শেম্বগী ইহান হানবা মীফম অদু ইং ১৯৪৭ কি মার্চ ১০দা সনা কোনুংগী দরবার হোলদা পাওখোকখি। নুমিৎ অদু যাউশঙ মনুংনি। অদুবু য়াওশঙগী হবাও-নুংঙাইবা অদু নুমিৎ অদুগী অয়ুক পুং ৮ দগী নুংথিল পুং ৫ ফাওবদি মীয়ামা লেপ্লীযু হায়না মহারাজ বোধচন্দ্রনা মীয়ামদা খঙহনখি। মহারাজগী হুকুম অদু মখাগীসিনিঃ

## OFFICE OF HIS HIGHNESS THE MAHARAJA OF MANIPUR

### ORDER NO 13P of 1947

I am going to make an announcement to my people throughout the State on 10th March 1947 afternoon in the Palace Compound and in cases of remote areas through Tahsildars S D O s (Hill) Rural Panchayet Members and Public volunteers regarding the Constitutional changes to come. Accordingly I order that all mery makings connected with the DOL JATRA festival be suspended on this day from 8a m to 5p m to facilitate the movements of the citizens to participate in the function at this respective centres

Palace Imphal
the 4th March 1912

Sd/-
Bodh Chandra Singh
Maharaja of Manipur

মার্চ ১০দা কন্সটিটুসন মেকিং কমিটিগী অহানবা মীফম পাঙথোক্লদবা অদুগা মহী লৈননা প্রোগ্রাম অমসু সনা কোনুংনা শেমদুনা মীয়ামদা খঙহল্লকখি। প্রোগ্রাম অদু মখাগী অসিনি ঃ

### PROGRAMME FOR THE FUNCTION OF HIS HIGHNESS THE MAHARAJA'S ANNOUNCEMENT TO THE PEOPLE AND ADDRESS TO THE CONSTITUTION MAKING COMMITTEE

On. Monday the 10th March 1947

**Place – PALACE**

1–21 PM – His Highness Leaves Sana Sangai

Salute guns fire

| | |
|---|---|
| | Mounts the elephant |
| | State Force presents Salute and leads the procession |
| | Reaches Flag Post |
| 1-35 P M | Unfurls **Pakhangba Flag** |
| | State Force presents Salute |
| | Makes the Announcement |
| 1 55 P M | Enters the **Darbar Hall** |
| | Receives Members of the Constitution |
| | Making Committee as introduced by the chairman |
| | Addresses the Committee |
| 2 15 P M | Leaves Darbar Hall |
| | Salute guns fire |
| | Mounts the elephant |
| | State Force presents salute and leads back to the procession |
| | Reaches **Sana Sangai Palace Office** |

কন্সটিটুসন মেকিং কমিটিগী মীফম অসি হৌদোকপা নুমিত্তা পাঙথোক্লিবা থৌওংশিং অসি, হৌজিক্কী মতমদা চহী অমগী অহানবা বিধান সভা মীফম পাঙথোকপা মতমদা ষ্টেটকী গভর্নরনা মীফম হৌদোকপা হাউসতা ভাষণ পীবা লাকপা অদুগী মওং অদুনি। মতাংসিদা নীংশিংবা য়াবা ৱাফমদি, মণিপুরগী এম এল.এ. শিংদা পেন্সন পীনবগী কল শেম্বা মতমদা কন্সটিটুসন মেকিং বোডি অসিগী মেম্বরশিংদসু পেন্সন পীবগী ৱাফমসি এম.এল এ. শিংগী পেন্সন কলদা য়াওখি। মতাং অসিদা নীংশিংবা য়াবা ৱাফম খরদি, কন্সটিটুসন মেকিং কমিটিদা

য়াওবিবা মেম্বরশিংদুগী মনুংদগী মেম্বর খরনা মতম অদুগী দরবারগী মীহুৎ, কোর্টকী মীহুৎ, নিংথৌগী মীহুৎ ওইবরসু মীহুৎ খরদি অরোনবা ভোটতা মীখল পাওথোক্লুনা খনবনি। কমিটি অদুদা য়াওবিবা মেম্বর ১৬ অদুদি :

**স্তেট দরবারগী মীহুৎ**

১। মি: এফ এফ পিয়রসন, প্রসিদেন্ট দরবার

২। সৌগাইজম সমরেন্দ্র

৩। মু কাজি রালিউলা, কোর্টকি মীহুৎ

৪। লাইরেনময়ুম ইবুঙোহল, মহারাজগী মীহুৎ

৫। অশাংবম মীনকেতন

**তম্পাক্কী তহশীল মণ্ডাদগীনা**

৬। নিংথৌজম লৈরেন সিংহ, ডাক্তর, ইম্ফাল ইষ্ট

৭। সিনাম কৃষ্ণমোহন সিংহ, ইম্ফাল রেষ্ট

৮। লাইশ্রম যোগেশ্বর সিংহ, থৌবাল

৯। ইরোম মেরা যাত্র সিংহ, মযাং ইম্ফাল

১০। দ্বিজমনি দেব শর্ম্মা, বিষ্ণুপুর

**চীংগী মীহুৎশিংনা**

১১। ডাইহো

১২। থাংখোপাও

১৩। এম. কে সিমরে

১৪। তে কিলো

১৫। তিয়ানখম

১৬। এস. বিজয় সিংহ (জিরিবাম) অসিনি।

কমিটি অসিদা য়াওরিবসি মেম্বর ২১নি হায়না রিপোর্ট তৌবসু লৈ। মেম্বর ৫ অদু, কে গৌবো, মৌলবী বাসির, মনিহার, চিখোং অমসুং সুইসানি হায়।

ইং ১৯৪৭ কি মার্চ ১০দা কোনুংগী দরবার হোলদা কমিটি অসিগী ইগান হানবা মীফম তৌদোকপা অদুদা মহারাজনা পাউজেল অমা 'মহারাজগী ঘোষনা' হায়দুনা পীখি। হায়রিবা ঘোষনা অদু মথাগী অসিনি ঃ

''ঐগী নুংশিরবা প্রজা পুম্নমক,

স্বর্গীয় পাবুং মহারাজনা শিন্নবিরম্নবা পুণ্যগী মশক ওইরবা প্রজাপালনগী ভার ঐনা পুবকপা চহী মঙা শুরক্লে। শুক্রনিংঙাই, মমদনিংঙাই লৈত্রবা মতম অমা ওইখি। ঐখোয়গী লৈবাক্তা লানগী নুংশিহৈতবগী পক্সেং মৌথ্রবনি। পক্সেং মৌরবা নুংশিহৈতবগী ভমখিরবা কুম্মে মরক্তা মীনা লাম্বা ফংদ্রবা অন্নাবা কয়া থাঙলক্লবনি। তাঙলবা প্রজা কয়া মাঙখ্রবনি। শ্রীগোবিন্দজীনা মখোয়বু স্বর্গদা লৈতানা লৈজবা পীনসনু। মপুক্তি লোয়না পাঙ্গবা ভমখিদ্রবা ঐগী নুংশিজরবা প্রজাশিংগী তুংদা লৈহৌরিবা মচা মওশিংগীদমক ঐগী থম্মোয় কয়া কপখ্রবনি। হৌজিকসু মদু মঙায়, ঐগী পুক্তিচুপ্পদা মখোয়গীদমক রাবগদবনি। তাঙ্গাদু 'হিংদা হিংহৌরবদি' খন্নখ্রবনি। মীওইনা পোকপগী 'নুংঙাইনা পানগে অমদি য়াইফগে হায়বা রাখলশিং' অদু মঙ হাদৌনা থোকখ্রবনি। হৌজিক্তি লানসু লোইরে। ঐখোয়সু হায়ফেংকী মখেদি নে-তাবওম তৌরে। ঐখোয় পুম্নমক য়াইফবা লম্বী য়েংবা য়ারক্লে। ঐগী সেকপিন মথাদা নুংঙাইনা, য়াইফনা লৈতানা প্রজাশিংনা পানবা অসিতনি ঐনা নীংজিবা, অদুদগী হেনবা অমনা ঐনা প্রজাশিংবু শোয়দনবা, ভাম্নদনবা চিংবা মতুংইন্না অমদি তাকপা মওংইন্না মতম মতমগী ইরাং পুম্নমক লেঙদবা কিডমদা পানশিন্দুনা

লৈতানা পানবসিনি। ভারত্তা লৈরিবা নিংথৌপানবা লৈবাক পুম্নমক্তা প্রজা অমসুং শাসন অনীবু নকশিনহন্নবগী মরমদা লৈরি লৈরিবা শাসন্দা গনতন্ত্রগী মতাক চাইশিন্নরকপগা ইরোয়নননা ঐগী প্রজাগা শাসনগা অনকপা মরী থম্নবা হোৎনরে।

শাসন নিয়ম শেম্নবা সভা অমা শেম্রে। সভা অসিদা দরবার মেম্বর অনী, চীফ কোর্টকী জর্জ অমা, তোপনা প্রজাদগী হান্না অমা, তমগী অথন্নবা মীকোক মঙা, চীংগী মীকোক মঙা, জিরিবামগী মীকোক অমা য়াওগনি। দরবারগী প্রসিদেন্টনা সভাপতি ওইগনি। মহাক্না সভাপতি ওইরিবসি দরবারগী প্রসিদেন্ট ওইবগী নত্তে, সভা অসিনা শেমগদৌরিবা শাসন নিয়ম অসি দরবারগী মরোনগা লোয়নননা ঐগী ইথুৎতা লাক্কদবনি। অরোইবা ফিভম লাকপা অমদি তৌফম থোকপা পুম্নমক ঐনা তৌগদবনি। হন্দক শেম্রিবা শাসন নিয়ম অসি ঐখোয়গী লাইরোন্দগী চৎনরক্লিবা ফিভমগা কায়নরোইদৌবা গনতন্ত্রগী তন্নুনা ফিভম ওইগনি, হায়বদি, অরি-অনৌ তাইশিন্দুনা লৈতাবা তুংগী ফিভম শেমগদৌবা গনতন্ত্রগী তত্ত্বশিং অদু লৌশিনগদবনি।

### হৌজিক্কী অমদি তুংগী ঐগী প্রজাশিংগী লমজিংলিবা পুম্নমক,

প্রজাগী মনুংদা রাজনীতিগী জ্ঞানগী মঙান থরা লাকপা উবসি ওন্নোক্রা নুংঙাইবনি। ঐখোয়গী বংশ অসিগী শাখা অসিদা পোকপা নিংথৌশিংগী মখাদা গনতন্ত্রনা ফিভম ওইবা শাসন্না পালন তৌবা য়াইফবা নুংঙাইরবা মতমদা, অমদি চাওখৎপগী লম্বী য়েংলবা মণিপুর অমগী রাখল তৌরুবদা অমুক হেন্না নুংঙাই। শ্রীগোবিন্দজীগী কৃপাদগী অদুগুম্বা মণিপুর অদো ইশামক্তা উত্তখিবা আশা তৌরি।

থল্লুবদা অন্নাবগী মশক্তি, ঐখোয়গী জাতিগী ইতিহাসনা মনীং তম্না চেক্লরম্বদগী থৈখিবা, মদুগী ফলনা লাইরোনগী

নীংথিজবা পুন্নমক মমথিবা! হৌরককম চাউই হায়দুনা নাপল তৌনরিবা জাতিশিংগী মনুংদা ঐখোয়সু চল্লিবনি। ঐখোয়গী ইরম্মাই সংস্কৃতি লৈরিবনি, ঐখোয়গী ইরম্মাই সভ্যতা লৈরিবনি, মনীং-তম্বা জাতিয় ইতিহাসনা উচেক থৈথিরমদবা থোক্লবদি জগৎকী মমাঙদা মায়পাকনা ইরাই হাইগৎনা লেপ্পা ওম্মমগদবনি। ঐখোয়গী পোক্লকম লমদম মণিপুর হায়বসি চাউরবা উচেক অহমগী নীংথিরবা উরোঙনি। মহাক্কী সংস্কৃতি, সভ্যতা জগৎতগী তোপ তোপ লৈরিবনি। তোয়্দনি, ..... ঐনা লাইবক য়াম্না ফনা পোকচরবা বংশ অসিনা কৃপ্পা চোকশিন্না শোয়দুনা, কুংওইননা চষ্টী নীশিং অনী শম্না তান্নিবা মতমগী ..... তপ্না তপ্না মতমগা ইরোইননা মপুং-মরৈ ফাররক্লবা জাতিয় সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতা হম্না য়েংসি।

*মণিপুরী জাতিবু নুংশিসি, জাতিগী সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতাবু নুংশি মীৎয়েংনা য়েংসি, মতমনা য়াম্নরক্লবা কুইনা খাঙলক্লবা শাসনবু থাজবা তমসি, ঐখোয়গী খোঙথাং খুদিংদা ইশাগী সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতাবু নুংশিবা মীৎয়েংনা য়েংবা কাউগনুসি, ইশাদা মতম চুশিনহনসি, মতমদা ইশা পুমহৈ হৈথগনুসি।*

লাইরোম্বগী চৎনরক্লবা জাতীয়তাবু কায়হনবগী মশক, করিগুম্বা আদর্শনা – আদর্শ অদু ফনা নীংথিনা অকবা ওইনা মদুনা ঐখোয়বু শুমহত্তবা ওইসনু। ইশাগী নত্তবা পোৎনা কুংদা ইশাদা চুনরোই।

নুংঙাইরবা, য়াইফরবা লৈত্তানা পাম্নিবা অমদি চাওখৎপগী য়েংগদবা ঐখোয়গী ভবিষৎগীদমক ঐনা শ্রীগোবিন্দদা প্রার্থনা তৌরি।

ম্না কোনুং
তাং ১০।৪।৪৭ ইং

সহি/-
বোধচন্দ্র সিংহ
মণিপুরেশ্বর মহারাজ

মণিপুব কন্সটিট্যুসন অসি শেম্নবগী অহানবা মিটিং অসি হৌদোকখ্রবা মতুংদা, মথং মথং ওইনা মিটিং কয়াবক ফমখ্রে। মদুগী মনুংদা কন্সটিট্যুসন অদু শেম্না লোইশিল্লক্লুনা, মেগী থাখায় য়ৌবকপদদি ড্রাফ তৌবা পুল্লোই লোইবগী ফিভমদা লৈবে। চহীদুগী জুলাই চঙলকপদা কন্সটিট্যুসন অদু শেম্না লোইবে, মহাবাজদা থাগৎকদবা অমদি মহাবাজগী অয়াবা লৌগদবতা মঙায়বে হায়না মীয়াম্না খঙনবকখি। অদুগুম্না পাউ অদু খঙনবকপদগী ওজা পিশকনা মাগী বাবেং "অনৌবা কন্সটিট্যুসন" হায়বা অদু ইখি অমসুং মদু জুলাই ২৪দা "প্রজা" চেফোঙদা ফোঙলকখিবনি। বাবেং অদুদা ওজানা মাগী অকনবা মত পীবদুনা হায়ঃ

> "ঐখোয়গী কন্সটিট্যুসন অসি পঞ্চায়েৎ রাজ হায়বদু খোক্লবা শেম্মবতদা মণিপুরগী মঙ্গল ওইগনি। কদায় ফাওবা মসি খোক্লবা শেম্বিখ্রবনো হায়বদু ঐখোয়বু খঙহনবিদবা অসি প্রজাগী তরফতগী য়াওবিরুবা কাঙবুগী অচৌবা অরানবনি।"

কন্সটিট্যুসন অদু ড্রাফ তৌবা পুল্লোই লোইদুনা, হন্না হন্না য়েংনবা তুংদা মহাবাজগী অয়াবা লৌনবা জুলাই তাং ২৫তা মহাবাজগী মফমদা থাগৎখি। নুমিৎ অদু মহাবাজ বোধচন্দ্র শিল্লোংদা লৈ। মহাক্না খুদক্তা অসামগী গভর্নব সাব অকবব হাইদবি উন্নদুনা, মণিপুবগী অনৌবা কন্সটিট্যুসন অদু আগষ্ট ১৬ তগী চৎনবা হৌবগে, প্রজাগী অনীংবা থুংহন্নবা আগষ্ট ১৬ কী মতুংদা মীখল পাঙথোক্লুনা অনৌবা কাউন্সিল শেমহল্লগে হায়। জুলাই ২৯ দা মহাবাজনা গভর্নবদা চিঠি অমুক ইদুনা অনৌবা কাউন্সিল অসি মীয়ামগী মীখল পাঙথোক্লুনা শেম্লগে হায়না কন্না অমুকসু তকশিল্লি। চিঠি অদুদা, I wished to put the whole council to public election as desired and demanded by my people হায়বা বাহে অসিফাওবা শীজিন্নে। অদুবু গভর্নবনা ইন্টবিম কাউন্সিল অদু আগষ্ট ১৪দগী হৌবগা মতম খবা থমখো হায়না পাউতাক পীবকখি।

ইন্টৰিম কাউন্সিল শেম্নবা হোৎনবদা কংগ্রেস অনী থোকখিবা অদু তাওশিন্নবা হোৎনবগী খোঙথাং অমা ওইনা ইন্টৰিম কাউন্সিল অদুদা এলাংবম তোম্পোকপু য়াওহল্লে হায়বসি মণিপুৰগী পোলিটিকেল এজেন্ট মিঃ জি পি স্টেৱার্টনা চীফ মিনিষ্টৰ এফ এফ পিয়ৰসনদা খঙহনখি। অদুবু তোম্পোকনা য়াবক্ৰবদা ফম অদু আৰ কে ভূবনসনাদা পীখি। ইং ১৯৪৭ গী অগষ্ট ১৪ য়ৌবক্ৰবদা চীফ মিনিষ্টৰ পিয়ৰসন ফম থাদোকখ্রে অমদি অনৌবা ইন্টৰিম কাউন্সিল অদু বাশক লৌদুনা থবক পাযখ্রে। অনৌবা ইন্টৰিম কাউন্সিল অসিনা থবক হেক পাযবা হৌখিবদগী মণিপুৰগী ইতিহাস হাপ্লবা সত্যাগ্ৰহ আন্দোলন অদু চৎথনবা থৌবাং তৌবা হৌখ্রে।

## অহানবা সত্যাগ্ৰহ আন্দোলন

ব্ৰিটিশকী মখুওগী মণিপুৰদা নীং তম্বা ফংলক্ৰবা মতুংদা, মতম অদুগী ৰাজনীতি লুচিংবশিংনা, মক ওইনা কংগ্রেস লিডৰশিংগী মনুংদা মণিপুৰদা 'পূৰ্ণ দায়িত্বশীল শাসন' লৈহল্লবগী ৱাখল নীংথিনা লৈনখি। অদুনা ব্ৰিটিশ চৎখ্ৰবা মতুংদা লৈবা লাংদাই সৰকাৰ (ইন্টৰিম কাউন্সিল) অদু প্ৰজানা যাবা সৰকাৰ অমা লৈহনগদবনি হায়দুনা, ইন্টৰিম কাউন্সিল অদু শেম্নগী হাক্তক্তা অনী থোক্লা চিংথাইনখ্ৰবা কংগ্রেসকী মবক্তগী তোম্পোক কংগ্রেসনা সত্যাগ্ৰহ আন্দোলন চংশিন্নবা যাম্না কন্না শেম-শাখি। মৰক অদুদা, ইং ১৯৪৭ গী আগষ্ট ১৫, ভাৰতনা নীং-তম্বা ফংবা নুমিৎ অদুমক্তদা গুৰুকুল স্কুলগী মহৈৰোই খৰগা ওজা খৰগনা ভাৰতকী মচু অহুমগী ফিৰাল পাযদুনা অমদি গান্ধী টুপী উপ্তুনা শ্ৰীশ্ৰীগোবিন্দজি খুৱম্নৱ কোনুংগী গেট তম্না লাকখি। মদুবু গান্ধী টুপী উপ্তুনা, মচু অহুমগী ফিৰাল পাযদুনা পেলেস গেট লানশিনবা য়াদে হায়দুনা কোনুংগী অৱাংথংবা গেটতা লৈবা সন্ত্ৰীশিংনা লাক্লিবশিং অদুবু থিংখি। মদুনসু আন্দোলনগী ইবাং অমা থোকহনখি। মদুবু মীয়াম্না ঙসি ফাওবদা "ফিৰাল - টুপীগী আন্দোলন" হায়না খঙনবি। গুৰুকুলগী

ৱাথোকসিগী মতাংদা কংগ্রেস ৱার্কিং কমিটিগী মিটিং অমা আগষ্ট ২১ দা তোম্পোক সিংহনা সভাপতি ওইদুনা পাওথোকখি। মিটিং অদুনা লৌখিবা অহানবা ৱাবেপ অদুগী মনুংদা য়াওবা শকক থবদা অসুম্না হায়বিঃ

> "গুরুকুলগী ওঝা অমসুং ছাত্রশিংনা আগষ্ট তাং ১৫গী ভারত স্বাধীনতা দিবস পালন তৌবা নুমিত্তা। গান্ধী কেপ উপুনা অমসুং ভারতকী মচু অহুমগী ফিরান্দ পায়দুনা শ্রীশ্রী গোবিন্দজি খুরুম্বা য়ারোই হাইনা ম্না কোনুংগী অরাং থোং পুবা সম্ত্রীনা চন্দ্রচন্দবদগী গুরুকুলগী ওঝা অমসুং ছাত্রশিংনা গান্ধী কেপ অমসুং মচু অহুমগী ফিবানগী ইজং ভাক্তুনা শ্রীশ্রী গোবিন্দজিগী দর্শন তৌরকদুনা হল্লকই হাইবসিদা গুরুকুলগী ওঝা অমসুং ছাত্রশিংসু স্বাধীনতা ফংবদা মতীক চারবা ভারতবাসীনি হায়না কংগ্রেসনা লৌজে অমসুং গুরুকুলবু ধন্যবাদ তৌজে। গান্ধী কেপ অমসুং ভারতকী মচু অহুমগী ফিরানবু সম্মান তৌদবা ভারতবাসীবু দেশকী ইজং ভাক্তবা অমসুং লৈবাকী য়েক্কবনি হায়না কংগ্রেসনা লৌই।"
>
> *'প্রজা' আগষ্ট ২৩, ১৯৪৭ (লাঃ১)*

থোকখিবা থৌদোকসিগী মতাংদা আগষ্ট ২৪গী নুংথিল পুং ৪দগী এম দি ইউ হোলদা পব্লিক মিটিং অমা তৌগানি মদুদা মীয়াম্না লাকপিযু ওয়না বর্ক্কবিহারী শর্ম্মা, সমরেন্দ্র সিংহ অমদি মহেন্দ্র সিংহ অহুম্না কৌপি।

*'প্রজা' আগষ্ট ২৩, ১৯৪৭ (লঃ২)*

ৱাফম কয়া খন্নববা মতুংদ, 'ফনান টুপীগী আন্দোলন' অদু ইং ১৯৪৭ কী সেপ্তেম্বর ১৯ দগী চত্থবা হৌখি। আন্দোলন অদু হায়রিবা নুমিৎ অদুদগী হৌবগনি হায়বগী মতাংদা কাউন্সিল ওফ এক্সন ওফ দ সত্যাগ্রহীজ, মোইরাংখোমগী ডিরেক্টরগী ফম পুরিবা এলাংবম তোম্পোক সিংহনা মহারাজগী প্রাইভেট সেক্রেটরীগী থুখাংদা মহারাজদা পীবা ৱারোল অমদা অসুম্না ইখিঃ

> Your Memo No 682 PXI of 19th September 1947 was placed before the council They have decided to inform you that memo No 8 SC of 18 9 47 was the view of the council of Action not the personal view of Sri S Somarendra Singh As your reply is not satisfactory the council of Action has decided to launch satyagraha from the afternoon of 19 9 47

সত্যাগ্রহ অদু সেপ্টেম্বর ১৯ নগী হৌরক্লগা ২৪দা লোযশিনখি, সেপ্তেম্বর ২৬ তগীদি জাতিগী ফিবাল পাযদুনা অমদি গান্ধী টুপী উপ্তুনা সনা কোনুংদা চঙ্ঙনবা যাত্রে। আন্দোলন অসি লোইশিনখিবা নুমিৎ সেপ্টেম্বর ২৪দা সত্যাগ্রহীশিংনা আন্দোলন তৌখিবা কোনুংগী অবাংথংবা গেট মথাদা থোকখিবা থৌদোক অদু মতমদুগী চেফোঙনসু ফোঙদখি। মতমদুদা ফোঙবা 'ভাগ্যবতী পত্রিকা'না পাউ অদু যাম্না মবীকচুনা ফোঙখি। অদুগা লাইশ্রম অচৌ সিংহ (হান্না কংগ্রেস ওইবন্দগী সোসিয়েলিষ্ট পার্টিগী লুচিংবা ওইখিবা) না এদিটর ওইদুনা ফোঙবা 'প্রজা' চেফোঙনসু সেপ্তেম্বর ২৪গী পাউ অদু সেপ্তেম্বর ২৬তা ফোঙলকই। 'প্রজা'না ফোঙলক্লিবা অদুদগী মতেক অমা লৌখৎচবিঃ

> "তাং ২৪।৯।৪৭ ইংগী অমুক্তা মিঃ ষ্টিবার্ট আই সি এস (হান্না আগষ্ট ১৫গী মমাঙদা বৃটিশকী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইনা লৈরম্বদগী আগষ্ট ১৫দগী ভারত সরকারগী য়ুনিয়ন এজেন্ট ওইনা মণিপুরদা লৈরিবা) না গান্ধী কেপ উপ্তুনা অমসুং য়ুনিয়ন ফিরাল থেৎপা কার অমা তোংদুনা গা কোনুংদা লাকই। মথোং ময়াদা তিন্নবা প্রজা ২০০০ (লীশিং অনী) রোম অদু উবদা য়াম্না ঙকখি। সমুদ্র রাংমদগী লাকপা মীরৈপাক মচা, মখোয়মকী মথুত্তগী নমদুনা ভারতবাসীনা ভারতকী শাসন মুন্নবা মহাকমক্তা ভারতকী ত্রিরঙ্গ পতাকা অমসুং গান্ধী টুপীবু সম্মান তৌরি। মরমদি মশামক্তা খঙবে, হৌজিক মহাক ভারত

ডোমিনিয়নগী মীনাই ওইদুনা লৈরি অমসুং মদুগী মথক্তা স্বাধীন ওইবা জাতি ওইবনা স্বাধীন ভারতপু সম্মান তৌগনি হায়বা কাউদে।"

"য়ুনিয়ন এজেন্টকা শ্রীযুৎকা উনখ্রে। মাথোংগী মপাক্ দা প্রজা পুম্নমক্না লাঙতকনা লৈরি। কনাগী মমীত্তা অন্না-নিংঙমদবগী পি শিন্দ্রবগে জাতীয় পতাকা পায়দুনা লেপ্লিবা মমা ইবেম্মগী মতীক চাবা মচা, দেশগীদমক মথল্লায় কখোকচল্লবা রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহগী শোয়কপ্রবা জয়গী মীনোক নোকপা কংলবা মায়থোং উবদা।"

"শ্রীযুক্ত তোম্পোক সিংহগী পল্লীগুম অখাংকনবা, চীংগুম লেঙদবা সৌসা মুর্ত্তি অমসুং খিংবা ঙমল্লবা প্রজা শক্তিগী তেজ ফাওরবা মায়থোং উরগা কনাগী থম্মোয়দা দেশ প্রেমগী ঈথক হৌরোইদগে ? শ্রীযুক্ত শিরী সিংহ, শামু সিংহ, সুরেন্দ্র শর্ম্মা অমসুং টকেশ্বর শর্ম্মনা ভারত মাতাগী চরণদা তুরদুনা 'ইমা নচাশিংবু শক্তি পীনবিয়ু নত্ত্রগা নঙগী চরণদা থুনা লৌশিনবিরো' হায়না মরোল থোক্তবা থম্মোয়না কপ্পা কপ্পা লাউরিবা অসি প্রজা ঐখোয়গী থম্মোয়বু কনাগীসু থৌইনশিন য়াওদনা মাতৃসেবাগীদমক কৌরি। সনা কোনুংদা চঙখিবা য়ুনিয়ন এজেন্ট, ত্রিরঙ্গ পতাকানা লৈতেংবা কার তোংদুনা হন্দোক্লকপা মতমদা কনাগুম্বা চীংগী ইচিল-ইনাও অমনা কারদগী ফিরাল লৌথোক্লে চঙলুই। পুলিস অমসুং প্রজানা খামই.......।"

সেপ্তেম্বর ২৪গী থৌদোক অসিগী মতাংদা ভাগ্যবতী পত্রিকানা সেপ্তেম্বর ২৫দা রিপোর্ট অমা পীখি। মদুদা হায়রি, য়ুনিয়ন এজেন্ট অদু অয়ুক পুং ৯.৪০ বোম তাবদা সনা কোনুংদা থুংলবনি। অয়ুক পুং ১০ ১৫ বোম চৎপদা কোনুংদগী থোবকখি। অমদি সত্যাগ্রহীশিং অদুগা উনখি। মহাত্মা হায়খি, সত্যাগ্রহ তৌনবগী মরম লৈতে, মহারাজনা ভারতকী

ফিবালবু অমসুং গান্ধী টুপীবু ইকায়খুম্নদবা লৈতে। নখোয়না মহারাজ উনবা য়াই, কবিগুম্বা উনববদি, থা ৬ কী মনুংদা বেসপোক্সিবল গভর্নমেন্ট অমা শেম্নবা ঙৌবগে হায়ববকপা য়াই। ৱাবী শানববা তুংদা স্তিৱার্ট মাগী গাড়ীদু তোংলগা হনখি।

সেপ্তেম্বর ২৬ অসি মহারাজগী মপোক নুমিৎনি। নুমিৎসিংদা কংলাদা জাতিগী ফিবাল অমদি মণিপুরগী পাৱংবা য়েকপা ফিবাল অনীসি পুন্না পাইমিন্নরুদুনা থৌরম অমা পাঙথোকখি। মদুদা মহারাজনা হায়খি, ঙসিসি ঐখোয় পুন্নমক্কী নুংঙাইবা নুমিৎনি। নুমিৎসিগা ইৱোয়ননা মীয়ামদা লাউথোক্লিংবদি, মীয়াম্না কুইনা ঙাইনবক্লবা, 'ক্ষেতিপুরোন' অদু পাংথোকপা থৌবগনি। অনৌবা কন্সটিট্যুসনগী মতাংদা, মহারাজনা লাউথোকদবা অদুগা প্রাইভেৎ সেক্রেটরীনা পীবা ৱাবোলদুদা অসুম্না হায়ঃ

> The Draft constitution as framed by the Representatives of the people is now under consideration with the council as to whether when put into operation it would be conducive or not to the cause of the entire population It will come to a definite decision within eight months

মহারাজনা মাগী মপোক নুমিৎকা মরী লৈননা কংলাদা লাউথোকখিবা লৈবাক্কী শাসনগা মরী লৈনবা মতাং অদু, অনী থোকত্রবা কংগ্রেসকী তোম্পোক কংগ্রেসনা য়াম্না কমা য়ানিংখিদে। মতং অদু উবদুনা চীফ মিনিষ্টর প্রিয়োবর্তনা মহারাজদা সেপ্তেম্বর ২৭তা পীবা কনফিদেন্সিয়েল মেমো অমদা হায়খি, সত্যাগ্রহ আন্দোলন অমা য়াম্না থুনা লাকপা য়াই অদুনা মহারাজনা ৱাখল ঙৌবিহৌবা চুমগনি। মীতৈ ৱাহৈদা 'নাম্মা হায়বিঙৈদা য়াদ্রগা পোংমা হায়বগা য়াই' হায়বদু তাদনবা হোৎনবিহৌ।

চীফ মিনিষ্টরনা মহারাজদা হায়খিবা ৱাফম অদুমক থোকখি। মণিপুরদা পূর্ণ দায়িত্বশীল শাসন লাকহল্লবগীদমক তোম্পোক কংগ্রেসনা

সতাগ্রহ আন্দোলন চৎথনবা শেম-শাবা হৌখি। আন্দোলন অদু পাঙথোক্রবা কংগ্রেস ৱার্কিং কমিটিনা শীন্দুনা ইং ১৯৪৭ কি নবেম্বর তাং ১দা মপান কাংজৈবুংদা মীয়ামগী মিটিং অমা পাঙথোকখি। মদুদা নবেম্বর তাং ৬ ত্তগী সত্যাগ্রহ আন্দোলন হৌননবা ৱাবেপ লৌখি। আন্দোলন অদু নবেম্বর ২৬ ফাওবা চৎথখি। মপুং ফাবা দায়িত্বশীল শাসন থা ৬ কী মনুংদা মীখল পাঙথোক্নুনা লৈহল্লগনি হায়না মহারাজনা থাজবা পীবকপা অদুগা মতম মদুদা ডোমিনিয়ন এজেন্ট ওইনা মণিপুরদা লৈরিবা দেবেশ্বর শর্মানস মণিপুর কন্সটিট্যুসন এক্টকী মখাদা মীখল পাঙথোক্লগনি হায়না এলাংবম তোম্বোক সিংহদা নবেম্বর ২০ দা চিঠি পীবকপা অসিনচিংবদগী আন্দোলন অদু নবেম্বর ২৬কি নুমিদাং পুং ৯দগী লেপখি। শ্রী দেবেশ্বর শর্মাগী চিঠি অদুদা যাওবা ৱাফম খবা লৌখৎচবিঃ

> Your Constitution Act enjoins a State Assembly composed of elected representatives of the people on the basis of adult suffrage His Highness the Maharaja has been pleased to agree to act as a constitutional Ruler The Ministers will be responsible to the Legislature There can be to my mind no other interpretation of the word responsive occuring in the Constitution Act In this context I fail to see where is your doubt and where is your difficulty

চৎথবন্না আন্দোলন অদু লেপ্লগনি হায়না সত্যাগ্রহ কাউন্সিলগী ডিরেক্টর তোম্বোক সিংহনা লাউথোকবকপা ৱাফম অদুনা অসুম্না হায়ঃ

মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসকী
সত্যাগ্রহ কাউন্সিল ওফ এক্সনা
প্রজাদা লাউথোকচবা প্রজাগী দাবী ফংলে,
সত্যাগ্রহ আন্দোলন লেপ্লে।

তাং ২৩।১১।৪৭ ইং নোংমাইজিং নুমিত্তা মপান কাংজৈবুংদা মণিপুরেশ্বর মহারাজগী সনা ৱাথং ওইনা

**চীফ মিনিষ্টরনা ১৯৪৮ ইংগী এপ্রিলদগী পূর্ণ দায়িত্বশীল শাসন লিংলগনি হায়না লাউথোকপিগ্রে। মসিগী মরীদা ডোমিনিয়ন এজেন্টকা উনদুনা মরম পুম্মক শেংদোক্লবদা প্রজাগী শাসন লিংখৎপদা অপনবা লৈররোই হায়না খণ্ডনবিরে। মরম অসিনা তাং ২৬।১১।৪৭ ইংগী অহিং পুং ৯দগী সত্যাগ্রহ লেপ্লে। তাং ২৮।১১।৪৭ ইং ইরাই নুমিত্তা নুংথিল পুং ২ তাবা মতমদা মপান কাঙজেবুঙদা প্রজাগী শাসন ফংবগী মরমদা অচৌবা সভা অমা কমগনি। লৈবাক্কী ভদ্রলোক অমসুং ভদ্রমহিলা পুম্মক্কা লেঙবিরক্কা নীংশিংজরি।**

*লৈবাক্কী মনাই*

*ইম্ফাল* — *শ্রী তোম্পোক সিংহ*

*তাং ২৭/১১/৪৭* — *ডিরেক্টর, সত্যাগ্রহ কাউন্সিল*

*ওক এপ্পন*

তোম্পোক কংগ্রেসকী আন্দোলন লোইশিনখ্রবা মতুংদগীদি মণিপুরদা, মীয়ামগী মীহুৎনা শেম্বা সরকার অমা লিংনবগী মীখল চথনবা থৌবাং তৌবা হৌবে। কন্সটিট্যুসন মেকিং কমিটিনা শেম্বা কন্সটিট্যুসন অদুগী মখাদা মীখল পাঙথোক্লবা মহাখাজনা কন্সটিট্যুসন অদু এনেক্ট তৌখ্রে। এক্ট অদুগী চেপ্তর মবিশুবদা ষ্টেট এসেম্ব্লী হায়বদু লৈ। হায়বিবা চেপ্তর অসিগী মখাদা লৈগদৌবা ষ্টেট এসেম্ব্লী অদু কবম্মা শেমগদগে হায়বগী মতাংদা আর্টিকল ১৭ শুবদুনা অসুম্মা ইবি ঃ

> 17 There shall be constituted a State Assembly The Assembly shall be elected for a period of three years and shall comprise Representatives freely elected by the people on an adult franchise and on the principle of Joint Electorate Elections shall be in such manner and by such franchise as may be laid down under the Rules for the elections to the State Assembly provided always that the Representatives returnable from General Hill and Muhammadan Constituencies shall be in the ratio

of 30 18 3 respectively with an additional two seats for the Representatives of educational and commercial interests "

মণিপুরগী মীখলগী থৌবাং তৌবকপা অসিগা মরী লৈননা ফ্রেনচাইজ কল শেমনবা কমিটি অমসু শেম্মী। কমিটি অসিদা মেম্বর ১৪ লৈহনখি। মখোয়দুদি (১) কেপ্টেন পি বি সিংহ, চেয়ারমেন (২) এল ইবুংঙোহল সিংহ (৩) কে গৌবো সিংহ (৪) মৌলবী বাসির উদ্দিন অহমদ (৫) এস কৃষ্ণমোহন সিংহ (৬) ডা· লৈবেন সিংহ (৭) এস বিজয় সিংহ (৮) মি: থাংখোপাও (৯) মি টি সি তিয়ানথম (১০) মি. টেবা কিলোং (১১) মণিহার সিংহ (১২) আই মেবাযাত্রা সিংহ (১৩) এল যুগেশ্বর সিংহ অমসুং (১৪) দ্বিজমনি শর্ম্মা অসিনি। কমিটি অসিগী মেম্বর ১৪গী মীফম অমা ডিসেম্বর ৮/৯ দা ফম্মী। মীফমদুদা লৌখিবা অনীশুবা রাবেপ অদুদা এদুকেসন অমসুং কম্মর্স এন্দ ইন্দষ্ট্রিজগী মতাংদু য়াওই। রবেপ্পুগী শরুক মতেক অমদা অসুম্না ইরিঃ

The whole Hill will be divided into 18 constituencies As for special constituencies the Matriculates title holders in Sanskrit and Maulavis will give votes for the Education and all the registered shopkeepers for the Commerce and Industry

স্পেশিয়েল কন্সটিটুয়েন্সি ওইরিবা এদুকেসনগী ভোটর ওইগদৌরিবশিং অদু মেট্রিক পাস তৌববা নত্ত্রগা সংস্কৃত নত্ত্রগা মৌলবীদা টাইতল ফংলবশিংনা ওইগদবা মরমনা ভোটর মশীং য়াম্না য়ামদে। মতৌ অদুগুম্না কম্মর্স অমসুং ইন্দষ্ট্রিজগীসু ভোটর মশীং য়ামদে। মসিগুম্বা ফিভম অদুদা ওজা শিশক্লা মীখল থেংননবা চোংথোক্লিবনি।

এদুকেসনগী স্পেশিয়েল কন্সটিট্যুয়েন্সি অদুদা মীরেপ ৪ লাম্বা তৌনৈ। মখোয়দুদি (১) চিংঙাখম শিশক (২) হিদংময়ুম দ্বিজমনি শর্ম্মা (৩) সৌগাইজম গৌবহরি অমসুং (৪) অবান্নম ইবুঙোহল সিংহ অসিনি।

a house acceptable to him but found none In this way three years elapsed and trouble was brewing in the meantime

In 1925 the Late Krishnamohan Singh came for admission to the 1st year class and I was in the 4th year When he came to join us in our mess I warned him against doing so as there was a great likelihood of our stipends being withdrawn by the Maharaja who was going to excommunicate us for staying in a Muslim's house He was prepared to share our fate and joined us As feared in a month or so we received a communication from the Private Secretary to the Maharaja intimating that our stipend had been withdrawn We further learnt that our guardians were served with notices that we had been excommunicated and that if they allowed us to live together when we returned home during the ensuing vacation they would also be excommunicated I was deprived of my stipends for one year and the late Krishnamohan Singh for four years Whereas my colleagues who had completed education and returned to Imphal had to undergo Prayaschit (a process of expiation by having the head shaved and probably with some monetary penalty also) I managed to escape it by staying away at Calcutta for my post-graduate studies It is for the historians to recount how and how long the people suffered out of the Maharaja's policy of excommunicating people and then of prescribing expiation involving great monetary penalty

অসুম্না এম এ পাস তৌনবা তোংনবদা অবাবা কয়া থেংনখিবা দ্বিজমনি শর্ম্মা অসি, এম এ পাস তৌববা তুংদা কংগ্রেস য়াওখিবনি। কংগ্রেসতা লৈবিহৈদা মণিপুরগী রাজনীতিদা চাউনা শকক য়াববা তুংদা

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৩। | বাংখৈমযুম তর্পোন | — | লমশাং |
| ৪। | খুমন্থেম গুলাপ | — | পাৎশোই |
| ৫। | অবাম্বম ইবুঙোমচা | — | শগোলবন্দ |
| ৬। | এলাংবম তোম্পোক | - | কৈশামথোং |
| ৭। | সৌগাইজম সমবেন্দ্র | - | যাইঙ্কুল |
| ৮। | যুম্নাম মেঘ | - | মালোম |
| ৯। | হিজম ইবাবত | | উৎলৌ |
| ১০। | অয়েকপম অঙাংহল | - | নম্বোল |
| ১১। | খ্বাইবাকপম কমলাকান্ত | | বিষ্ণুপুর |
| ১২। | মাইবেম্বম কোইরেং | | মোইরাং |
| ১৩। | বাহেংবম গৌর্বকিশ্বর | | থাঙ্গ কুম্বি |
| ১৪। | নোংমাইথেম তোযাইমা | | বাইখোং |
| ১৫। | থোকচোম শ্যামা | | কর্কচিং খুলেন |
| ১৬। | ইবোম মেবাযাত্রা | | ময়াং ইম্ফাল |
| ১৭। | নোংমৈকাপ্পম ইবোতোন | | বাঙ্গোই |
| ১৮। | রাইখোম মনি | | থৌবাল |
| ১৯। | লাইশ্রম চন্দ্রমনি | | বাংজিং |
| ২০। | মুতুম খোলো | | খোংজোম |
| ২১। | সোবোকখাইবম চৌর্বজিৎ | — | শেকমাই খুনবী |
| ২২। | মৌলবী অমজাদ আলি | - | যাইবিপোক |
| ২৩। | মোইবাংথেম গৌবাচান্দ | — | ইঁবিলবুং |
| ২৪। | মৌলবী মুঃ অবদুল কাদিবখান | — | লিলোং |
| ২৫। | খ্বাইবাকপম গিবি | | নিংথোমথোং |
| ২৬। | লাইশ্রম অচৌ | -- | বাঙ্খে |
| ২৭। | ডাঃ নিংথৌজম লৈবেন | — | খুবাই লম্লোং |
| ২৮। | মাইমোম মধুমঙ্গল | — | শওম্বুং |

২৯। তখেল্লম্বম বোকুল — পাঙ্গে
৩০। চিংথাম শিশক - এদুকেসন
৩১। অয়েকপম গৌর্বিধু — কন্মর্স এণ্ড ইন্দস্ট্রিজ
৩২। মিঃ মোপো — তেংনৌপল
৩৩। তোলপাও — তেংনৌপল
৩৪। আব থংথাং - সদর হিল
৩৫। পুয়িং খংয়ো - ফৈসাং
৩৬। খিসানা লুইখম — উখ্রুল
৩৭। এম কে শমরে চিংজরোই
৩৮। থঙ্গৌমাং সিংলৌ — তমেংলোং
৩৯। বুইলিং কবুই - লাংখোং
৪০। টি সি তিখাংখম তানসিপ
৪১। ভুবালচিং সেনতোন
৪২। দমজাখাই রাইফে চুরাচান্দপুর
৪৩। মিঃ লুনে সাইতু
৪৪। ডাঃ কম্পু সাইতু
৪৫। ডেব কিলোং মোইবাং (চাংয়ীগী)
৪৬। মুঃ আলিম্মুদ্দিন - লিলোং
৪৭। কাখংগাই কবুই - ১৩ লাংখোং
৪৮। মাংশিথাং কিপগেন মাও
৪৯। বাংগুং সুইসা — তোম্লোই
৫০। মুঃ সুলেমান মিয়া - ময়াং ইম্ফাল
৫১। সিনাম বিজয় - জিরিবাম
৫২। এম কে শিয়োবর্ত — নিংথৌনা নোমিনেৎ তৌবা
৫৩। খুমুকচম কুবের —

এম এল এ ৫৩ অসিগী মিং পবেং অসি থেংনৈ। পাটি পাটিগী ওইনা লৈখিবা এম এল এ মশীংদি বেকোর্দতা পীবম্বগী মতুং ইন্না মখাগী অসিনিঃ

| | | |
|---|---|---|
| মণিপুব ষ্টেট কংগ্রেস | - | ১৪ |
| প্রজা শান্তি (ইন্দিপেন্দেন্ট) | - | ১২ |
| চীংদগী কাবকপা (ইন্দিপেন্টেন্ট) | - | ১৮ |
| মণিপুব কৃষক সভা | - | ৫ |
| সোসিয়েলিষ্ট | - | ৩ |
| মহাবাজগী নোমিনি | - | ১ |

এম এল এশিংগী মিং পবেং অসিদা ৫৩ শুবদা যাওবিবা খুমুকচম কুবেব হাযবসি কবম্বা কন্সটিট্যুযেন্সিগীনো হাযবা অদু খঙদ্রে।

মতাং অসিদা, কবিদগী য়াইবিপোক, শিলোং, ময়াং ইম্ফাল অমসুং মোইবাং হাযবিবা কেন্দ্রশিং অসিদা এম.এল এ. অনী খল্লিবা কবিগীনো হাযবা অসি ব্রাহং এমনি। ব্রাহংসিগী পাউখুমগী মতাংদা ব্রাফম খবা লৈ। মণিপুব ষ্টেট কন্সটিট্যুসন এক্ট, ১৯৪৭ কী চেপ্টব ফোব (৪ শুবা) ষ্টেট লৈগদগে হাযবগী মতাংদা ব্রাফম অমা য়াওবি। ব্রাফমদুদা ইবিঃ

> 17 There shall be constituted a State Assembly The Assembly shall be elected for a period of three years and shall comprise Representatives freely elected by the people on an adult franchise and on the principle of Join Electorate Elections shall be in such manner and by such franchise as may be laid down under the Rules for the elections to the State Assembly provided always that the Representatives returnable from General Hill and Muhammadan Constituencies shall be in ratios of 30 18 3 respectively with an additional two seats for the Representatives of educational and commercial interests

ইং ১৯৪৮ গী মীখল অসি পাঙথোক্লমদাই মতমদা ইলেক্সন কল শেমবগীদমক, মহারাজগী অয়াবগা লোয়ননা শেমখিবা ফ্রেঞ্চাইজ কমিটি চায়থদুনা, মণিপুর কন্সটিট্যুসনগী আর্টিকল ১৭ শুবদা য়াওবিবা রাফমসি মিটিং অনীবক্তা খল্লখি। অহানবা ইং ১৯৪৮ গী ফেব্রুৱারী ১৯ দা পাঙথোকখিবা কমিটিগী মীফমদুদা মুসলিমগী সিট লৈহনবগী মতাংদুদা রাবেপ লৌখি। রাবেপ অদুগী শকক মতেক অমদি মখাগীসিনিঃ

'Resolution The following are special constituencies from which one Muslim and one Hindu will be returned 34 Lilong, 25 Mayang Imphal 30 Yairipok

মতুং নুমিৎ নিনি লৈবগা, ইং ১৯৪৮ গী ফেব্রুৱারী ২১ দা পাঙথোকখিবা ফ্রেঞ্চাইজ /(ফ্রেনচাইজ) কমিটিগী মীফমদনা সিট অমদা চাংমী অমা, তর্ম্মা অমা খনবগী রাফম অদু লেপনখি। রাবেপ্তু যোইবাং কেন্দ্রদা তাখি। কেন্দ্র অসিদা শেম্নাংথাও খুলদা লৈবা চীংমী মি তের্বাকলোং অনকন্টেষ্টডা মায়পাকখি।

মুসলিম অমগা হিন্দু অমগা থাগৎনবা লেপনখিবা কেন্দ্র অহুমদুদা য়াইবিপোক্তা মৌলবী অমজাদ আলি (ভোট ৯৯৬) অদুগা রাইখোম নিমাইচান্দ (ভোট ৯৪৭) ফংদুনা মায়পাকখি। অতোপ্পা কেন্দিদেত, অলহজ মৌলবী হাবিবুল্লাহদি ভোট ৪২৫ খক্তং ফংখি। ময়াং ইম্ফাল কেন্দ্রদা, হিন্দু কেন্দিদেত ইবোম মেবাযাত্রা ভোট ১৯৬০ ফংদুনা মায় পাকখি। মুসলিমগী ওইনা মৌলাবী সুটলমান মিয়া ভোট ১২২১ ফংদুনা থার্দ তাখি, অদুবু মায়পাকখি। সেকেন্দ তাখিবা নিংথৌজম তোমচৌ ভোট ১৭৩৫ ফংলবসু কন্সটিট্যুসনগী মতুং ইন্না মায়থিখি। কেন্দ্র অসিদা ৪ শুবা ৫শুবা অমসুং ৬শুবা পোজিসন্দা লৈখিবা মুসলিম মীবেপ অহুম্মক মায়থিখি। মীখল অসিদা অচৌবা কন্ত্রোভর্সি অমা থোকখিবদি লিলোং কেন্দ্রনি। কেন্দ্রসিদা মুসলিম অমা, হিন্দু অমা এম.এল.এ.

ওইহনবগী বাফম ইলেক্সন কলদা য়াওখিবনি। অদুবু মীখলগী ফল লাউথোকপদা মুসলিম অনী (১) মৌলবী মহম্মদ আব্দুল কাদিবখাল (ভোট ১২৪২) (২) মৌলবী মহম্মদ অলিম্মুদ্দিন (ভোট ১১৯২) খঙদুনা মায় পাকহনখি। সবকাব শেল্লবা তুংদা মহম্মদ অলিম্মুদ্দিন মন্ত্রী ফাওবা ওইহনখি। লিলোং কেন্দ্রদা মুসলিম অমগা হিন্দু অমগা মায পাকহনবগী বাফম লৈববসু মদু চৎনহল্লে হায়না হিন্দুগী/মীতৈগী মীবেপ ওইবিবা থার্দ তাবা ভোট ১০৮৮ ফঙখিবা অবাঙ্গম কালানা ইলেক্সন কেস তৌখি। কেস অদুগী বাই লোইশিল্লকপদা, অসুম্না ইবিঃ

> In the circumstances stated above we declare that the election of the respdt Md Alimuddin from the Lilong Constituency as a 2nd Mahomedan member for the General seat in void
>
> The Chief Minister will please direct the Returning Officer or any officer specially empowered for this purpose to declare a right man to be elected according to law amongst the non-Mahamedans

ইলেক্সন ত্রিবুনেল অসিনা কেস অসি কল্লা চর্থাবইঙে মতমদা চীফ মিনিষ্টব এম কে প্রিয়োবর্ত সিংহনা কেস অসি অতোপ্পা ত্রিবুনেল অমদা ত্রান্স তৌবগী চিঠি অমা ইবকই। চীফ মিনিষ্টবগী চিঠি নম্বব ১১৪৮৮ ৯ (সি) তাং ১১।৫।৪৯ ইং অদুদা অসুম্না হায়ঃ

> Mr Md Alimuddin of Lilong Haoreibi has applied to me for asking the council to transfer his case to another tribunal I have the honour to request you to kindly stay hearing I have not been able to include his petition in the agenda of the last meeting of the council

চীফ মিনিষ্টবনা হায়জবক্কিবা বাফম অসি ত্রিবুনেল অদুনা য়াখিদে। সি এমগী চিঠি অদুগী পাউখুম ওইনা ত্রিবুনেল অদুনা অসুম্না ইখিঃ

> It is resolved the following be replied there is no express provision of law within the knowledge of the Tribunal in and outside the state that a party in an election case can file an application to the council requesting transfering his case to another Tribunal while the case is being heard We do not think that there is any law giving inherent power to the council to exercise interferences in Judicial routins The Hon'ble Chief Minister has not kindly cited any law to support his letter The Tribunal being the court of law cannot proceed we are afraid without law So we are not prepared to stay the proceeding on account of the letter For same reason we are extremely sorry that we cannot do so even for courtesy's sake

দুঃ অনিশুবুনিংনগী কেস অসি মসিগুম্না য়াবীদনিং অসি নৈখি। অদুবু কেস অদুগী মতুং তারবা মতম থবা নৈরগা ইং ১৯৪৮ গী মণিপুর ষ্টেট অসি চাবগা পুন্সিনবা, এসেম্বলি অদুসু অদুম ইং ১৯৪৯ গী ওক্টোবর ১৫দা মুথৎখ্রে। ইলেক্সন কেস অসিগী মতুং ট্রিবুনেলনা পীখিবনা ইং ১৯৪৯গী মে ২৭ তনি।

মীখল মমাংদা তোংম্পাক কংগ্রেস অমসুং তোমাল কংগ্রেস অনীসি তোকথাইনা চৎমিন্নবগী মীখল মতুংদা তোকথাইবগী মওং নৈখিদ্রে। লংগোল 'সংগ্রামদা' য়াম থাকথৌবা ওজা শিশকসু কংগ্রেসতা নৈখ্রে। মীখল মতুং ইং ১৯৪৯ গী এপ্রিলদা কংগ্রেসকী অনৌবা প্রেসিদেন্ট ওইনা সিনাম কৃষ্ণমোহন সিংহসু খনখ্রে অদুগা জেনরেল সেক্রেটরীনা লাইশ্রম যোগেশ্বর সিংহসু অমদি ডাক্তার তোংম্পাকপুনা সেক্রেটরী ওইনা খনখি। অনৌবা ৱার্কিং কমিটি অসিগী মতাংনবা য়াফম অদু মে ৮ দা ফমখি। তোংম্পাক কংগ্রেসকী তোংম্পাক অমসুং সমরেন্দ্র সিংহসু কংগ্রেসতা য়াওখি। অদুনা মে ৮ গী ৱার্কিং কমিটিগী য়াফম অদুদা পাটিগী মক ওইবা থবকশিং পাংথোক্লবা মেম্বর সব কমিটিদা ওজা চিংঙাখম শিশক সিংহ য়াওবে।

অতোপ্পা বাবেপ অমদা ফগু ড্রাইভ সব-কমিটি অমা শেমখি। মদুদনা সমরেন্দ্র অমসুং তোম্পোক য়াওরে। মীখল অসিগী মতুংদগীদি কংগ্রেস অনী থোকপগী বাফম অসি লৈখিদ্রে। অদুমকপু কংগ্রেসকী মক ওইবা মীশক ওইবশ্মা লাইশ্রম অচৌ সিংহনা কংগ্রেস থাদোক্লগা সোসিয়েলিষ্ট পার্টিদা য়াওখিবা অদুগী মওংদু ওস্প্রদি কংগ্রেসতা লৈখিদবা নত্তে। কোম্প্পা তোম্পোক্লচিংবনা কংগ্রেস থাদোকখিবগী থৌদোক লৈরে। অদুমকপু পাক হেক তোকখিবদি নত্তে। ইং ১৯৪৯ গী জুনগী অহানবা চয়োলদা এসেমব্লীগী অনীশুবা মীফম পাংথোক্লবা থৌবাং তৌখি। কংগ্রেস মেম্বরশিংনা মীফম অদুদা নীংথিনা শরুক য়াবা শুম্লনা কংগ্রেস পার্লিয়ামেন্টরী বোর্দ অমা তোম্পোক সিংহনা জেনরেল সেক্রেটরী ওইদুনা শেমখি। বোর্দ অদুগী মেম্বরশিংগী মনুংদা মীখলদা মায পাক্লবা ওজা চিংঙাখম পিশক সিংহ, সমরেন্দ্র, এলাংবম তোম্পোক সিংহনচিংবসু য়াওখি। পার্লিয়ামেন্টরী বোর্দ অসিদদি এম এল এ ওইদবা কয়াসু য়াওখি। বোর্দকী জেনরেল সেক্রেটরী ওইরিবসি হুায়েম তোম্পোক সিংহনি। ওজা পিশকক্কা মীখল থেংনখিবা দ্বিজমণি শর্মাসু বোর্দ অসিগী মেম্বর ওইবদা য়াওরি।

ইং ১৯৪৮ গী মীখলনা শেমখিবা ষ্টেট এসেমব্লি অদুগী ইহান হানবা মীফম অদু, চহীদুগী ওক্তোবর ১৮ দা বোধচন্দ্র মহারাজনা ভাষণ অমা পীবগা লোয়ননা হৌদোকখি। মীফম অদু হৌদোকপ্লগা মতুংদা স্পিকর অমসুং দিপুটি স্পিকরগী মীখলনা নুংঙাং হংগা চোম্পনগা মতুংদা পাঙথোকখি। এসেমব্লিগী মেম্বর ওইবগা টি সি তিয়াংখমবু স্পিকর অমসুং টি বোকুলবুনা দিপুটি স্পিকার ওইনা হায়রসি, মণিপুর ষ্টেট লেজিসলেটিভ এসেমব্লিগী প্রসিদেন্টনা নবেম্বর ১৯দা মহারাজদা খঙহল্লকখি। মেম্বর অনীসি স্পিকর অমসুং দিপুটি স্পিকর ওইবে হায়বা মহারাজগী হুকুম অদুনা নবেম্বর ২০ দা থোকখি, অমদি স্পিকর অমসুং দিপুটি স্পিকরগী থবক নবেম্বর ২১ নিংথৌকাবা নুমিৎতুগী শায়রবা হৌগনি

হায়বা বাফম মহাবাজগী হুকুম অদুদা য়া ওবি। বিধান সভাগী মীফম অদুগী থবক নবেম্বর ২৫গী অমুক পুং ১০ দগী কোনুংগী দববাব হোলদা চথবা হৌখি। মতৌবা অদুমক্তদা স্পিকরনা হাউসকী বিজিনেস রুল অদু মেম্বর্শিংদা খভহন্নবা হোৎনখি। মীফম অদুদা মেম্বর্শিংনা বা ভাংনবিবা অদু মীৎতেলোননা ভাংনবা ওইবরসু প্রেসিদিংস নোট তৌবা অমদি ফোভদোকপদি ইংলিসতনি। টিয়াংখমনা স্পিকার ওইদুনা মীফম হৌদোকপদুগী প্রোসিদিংস মতেক অমত্তং লৌখৎচবিঃ

The Speaker said that he had been elected as Speaker and at the same time he was one of the ministers of the care-taker Govt. So it was not fair for him to leave that Govt. until another Ministry came into being. All the same, as the meeting had already been called, there should be a chairman. So he took the chair. He then read out the Assembly Secretary's Notice No. 4 L A of 1948 which thus:

All MLAs are requested to report any change of address immediately to the Secretary of this Assembly.

He then asked the Honourable Members present to table any amendments to the Business Rules which they wanted to move before reading out the Rules of Business.

Mr. L. Hungyo supported by Mr. Mono the following proposal to the effect that as copies of the Business Rules had already been in the hands of Members for a long time, they might be passed unanimously now.

Mr. Somorendra Singh: There was great hurry in the course of typing & duplicating the Rules of Business. So it is better to read them clause by clause.

Mr Gourachand I support the amendment

Mr M Madhumangol Singh seconded by A Gourabidhu Singh tabled an amendment to the effect that the Rules of Business be first translated into Manipuri the translated copies be circulated among MLAs and then the rules be passed after due discussion

Speaker This last amendment may be considered first This may be put to the House

Mr Achou Before putting the matter to the House I beg to say that this proposal is very good But it will take a long time to the translation as the Rules of Business are long It will be thus a hindrance to the work of the Assembly I therefore propose that the Rules be read clause by clause

Mr Hungyo I beg leave to withdraw my proposal and support Mr Achou's proposal

The Withdrawal was accepted

Mr Tompok I also beg leave to support this

Mr Madhumangol I beg leave to withdraw my proposal

Mr Pishak This proposal cannot be withdrawn as this has become the property of the House as debate on it has already begun Such procedural irregularities if not corrected from the beginning, will create dangerous precedents This is my point of order

Speaker The proposal cannot be withdrawn now So this will be put to the House

As even the mover did not vote for it the motion fell through

প্রোসিদিংস মতেক অসি পাকনবগা ওজা শিশকনা মহৈবোইশিং মহৈ তম্বিবদা য়াম্না ফখিবা অদুগী মতীক, লৈবাক্কী মীহুৎ অমা ওইনসু বিধান সভাদা লাক্কবা মতমদা বিধান সঙাদা মাগী পার্ফোমেন্স কবি তৌগদগে হায়বা অদুসু হৌবতা ঙাইবিবা মীফম অদুদা মহাক্না ঙাংখিবা য়াম্না তেনবা বাফম খবা অদুনা ময়েক শেংনা তাক্লি। বিধান সভা মীফম অমদা বা মচেৎ অমা ঙাংবা হায়বা অসি পংঙা° ঙাংবা য়াদে। কললা পুন্দুনা থম্বনি, মদুদগী লাম্বোক্কে খল্লুববদি অরাবা তাগনি হায়বা বাফমসি ওজা শিশককী চেল্লবা বাফম খবা অসিনা অদুম ফোঙদোকই।

ইং ১৯৪৮ দা লৈবক্কী বিধান সভা অদুগী অহানবা মীফম অদু মতম য়াম্না শাংনা চখে। মীফমদুগী মনুংদা ডিসেম্বব ১২ দদি অসামগী গভর্নব সাব অকবব হাইদবিনা মণিপুবদা লাকপগী খোঙচৎতা বাইখোং আই বিদা অতিং লেক্লিঙৈদা খঙহৌদনা লৈখিদবা অদুগী অবাবা ফোঙবা মীফম ওইনা জোনষ্টোন স্কুলদা পাঙথোকই। মীফম অসি হান্না দববাব হোলদা চঞ্চবল্লবা তুংদা জোনষ্টোন স্কুল হোলদা মখা তানা চথখিবনি। অহানবা মীফম অসিগী ১৭ শুবা সিটিং অদু চহীদুগী ডিসেম্বব ১৪দা ফম্মী। মদুদদি মেম্ববশিংগী বাবেপ লৌই। নুমিৎ অদুদা পুথোক্লবকপা বাবেপশিংগী মনুংদা এদুকেসনগা মবী লৈনবা বাবেপ অমসু ওজা চিংঙাখম শিশক সিংহনা পুথোকই। বাবেপ অদু অতৈ মেম্ববশিং হায়বদি খোংবাম্ভাবম ইবেতোম্বী সিংহ, য়ুম্নাম মেঘো সিংহ, তবপোন সিংহ, মৌলবী মুঃ কাদিব খান অমসুং মুঃ অমজাদ আলিনা শৌগৎলি। ওজা শিশকনা মুঙ তৌবা বাবেপ অদুনা মসুম্না হায়ঃ

> 1 In view of the rapid progress that has been being made in the field of education in all the provinces in India by introducing 'Basic Education' on the lines of the 'Report by the Central Advisory Board of Education or the Sargent Plan' it is resolved

that adequate number of graduates undergraduates and matriculates be soon sent out to some centre or centres or training school or schools to enable ourselves to keep pace with the general progress of other peoples outside Manipur in education

2 Whereas it is a well established fact that education should be imparted through one's mother tongue in the primary stages as well as in the High School stage it is resolved that committees of different subjects be formed to prepare text books in gradation for all the classes either by translation or otherwise so that our vernacular may become a major vernacular within a target time limit

অহানবা এসেম্ব্লি অসিগী অনীশুবা মীফম অদু ইং ১৯৪৯ গী জুনগী অহানবা চয়োলদগী পাঙ্থোক্লম্মি। মসিগী মমাঙদা চহীদুগী এপ্রিল ২৯ অমসুং ৩০ দা কংগ্রেসকী অনৌবা প্রসিদেন্ট অমা খল্লবা হোৎনবা অদুদা, পুর্নশিল্পবা কংগ্রেসতা যাওবা এলাংবম তোম্পোকসু কংগ্রেসকী প্রসিদেন্ট ওইনবগী মীৎয়েং ওইনা চোংথোকই। তোমাল কংগ্রেসতগী লাকপা কৃষ্ণমোহন সিংহগা নাপ্না তৌনৈ। প্রসিদেন্টকী মীখল অদুদা কৃষ্ণমোহন সিংহনা ভোট ৪০৩ অদুগা তোম্পোকনা ভোট ৩৯৯ ফংখি। প্রসিদেন্টকী মীখলদা মায়থবা ফংলবা তোম্পোক কংগ্রেসকী এম এল এ অমা ওইনা অদুম লৈখি। চীংদগী কাবকপা ইন্দিপেন্দেন্ট মেম্বর ১৮, ইবাবতকী মণিপুর কৃষক সভাগী মেম্বর ৫ অদুগা কোলিসন তৌমিন্নদুনা মেম্বর ১২ লৈবা প্রজা শান্তি পার্টিনা সরকার শেমখি। স্পেসিয়েল কন্সটিটুয়েন্সি ওইবিবা কম্মর্স এণ্ড ইন্দাষ্ট্রিজদা মায়পাকখিবা অয়েকপম গৌববিধু সিংহসু সরকার শেম্নবা অদুদা যাওখি, মন্ত্রী ওইদুনা, মহাক্না মায়পাক্লিবা কম্মর্স এণ্ড ইন্দাষ্ট্রিজগী পোর্টফোলিও অদু পায়খি। সরকার অদুদা মন্ত্রী ওইবর্বশিংগী মঙ্গলশিং অদু মহারাজ বোধচন্দ্রনা ইং ১৯৪৮ গী নবেম্বর ১০ দা লাউথোকই। মহারাজ কুমার প্রিয়োবর্ত সিংহসু

চীফ মিনিষ্টৰ হাপ্পগী হুকুম অদু মহাৰাজনা ইং ১৯৪৮ গী নবেম্বৰ ২৬ তা থোকই অদুগা মন্ত্রীশিং অদুদা পোর্টফোলিও য়েন্থোকপগী হুকুম্না নবেম্বৰ ২৭দা থোকই। চীফ মিনিষ্টৰ য়াওনা মন্ত্রীশিংদা পীবিবা পোর্টফোলিওশিং অদুগী থবক পায়বনা নবেম্বৰ ২৯ গী নুমিৎ য়ুংবা মতুংদগী হৌগদবনি হায়। মন্ত্রীশিংদা পোর্টফোলিও য়েন্থোকপা অমদি থবক পায়বা হৌবগী হুকুমদুগী লোইশিল্লকপদা অসুম্না হায় ঃ "The Ministers will take over their respective portfolios on the afternoon of Monday the 29 11 48 ' বিধান সভা মীফম চৎথবা হৌত্রবা মতুংদা কবির্গীাদমক য়াম্না থেঙথনা চীফ মিনিষ্টৰ হাপ্পনো অমদি মন্ত্রীশিংনা পায়গদবা পোর্টফোলিও য়েন্থোকপনো হায়বা অসিসু ৰাহং অমনি। ৰাহংসিগী পাউখুম ফংনবগীদমক্তি হেন্না কুপথনা থিজিনবা অমুকসু চঙ্লি। ইং ১৯৪৮ দা লৈবম্বা এসেমব্লি অসি 'মণিপুৰনা ভাৰত্তা ত্তিল্দিহৈঙদা লৈবম্বা অহানবা অমদি অৱোইবা লেজিস্লেটিভ এসেমব্লি' হায়না ইতিহাস ইবশিংনা হায়নৈ। মদু গুম্বা এসেমব্লিগী মপুঙ্গি অদু চহী অমা ফাগদবা নুমিৎ হুম্নি ৰাৎলিঙৈদা লোইশিনখিবনি।

মণিপুৰনা ভাৰত্তা পূর্নখিবা ওক্তোবৰ ১৫, ১৯৪৯ অসিদগীদি হান্নগী এসেমব্লি অদু নুমিৎ অদুমক্তদা অদুম মুথৎখিদুনা ওজা চিংঙাখম পিশক সিংহ অমুক হয়া বিধান সভাগী মেম্বৰ অদুম ওইখিদ্রে। অদুমকপু ভাৰত্তা ত্তিনম্নবা মতুংদা মণিপুৰগী ফিভম কৰি ওইৰিবগে হায়বা অদু য়েংশিনৰদি লেপখিদে। মতম অদুগী পোলিটিক্সতা নহা ওইনা শকক য়াখিবা আৰ কে মাইপাকসনাগা ওজা পিশকসু নীংথিনা লোয়নবম্মী। ইং ১৯৫০গী সেপ্তেম্বৰ থাদগী মাইপাকসনানা এদিটৰ ওইনা ফোঙখিবা 'জন্মভূমি' নুমিৎ খুদিংগী ফোঙবা চেফোঙ অদুগী ইং ১৯৫০ গী ওক্তোবৰ ২৩গী ইসু অদুদা "Stock Taking" হায়বা ইংলিসতা ইবা ৰাবেং অমা ওজা পিশকনা ইদুনা ফোঙড্রি। শাংলবা ৰাবেং অদুদগী মতেক অমত্তং (ৰাজনীতিগা মৰী লৈনবা) লৌখৎচবিঃ

' When we venture to give an assesment of the achievements of Sri Himat Singh as chief commissionor in Manipur frankly speaking we are quite at a loss. Casting off the last vestiges of all prepossessed idea with the capacity of a historian and the truthfulness of a philosopher with the courage of a true patriot and with all the precision at our command when we try to give an account of his achievements we seem to be merely gropping in the darkness as he has failed to attain as yet any tengible achievement as an administrator. To avoid misunderstanding let us examine some items main heads of administration well analysed under some critaria of inducement. Let us examine some items main heads of administration well analysed under some criteria of judgement.

As for Manipur the main items should be (1) The C.C. as unifying factor (2) Educational Scheme for liquidating illiteracy (3) Economic Planning (4) Village reconstruction programme (5) Day-to-day affairs.

Taking up the items

(a) As a unifying factor he has miserably failed. He has carefully nursed a caucus of interested persons. The Praja Santy as a political body though it has no explicit policy and programme though it does not maintain even the roll of register of its members. Under what credentials he recognizes their party as a political body still remian a wonder to us. In nominating the members on the Advisory Council he has given much more importance to this party then even to the State Congress as though the latter is the only major political party with backings of the major portion

> of the populace The respective strength of these two parties on the said council are seven and four Thus he has virtually created a party by making it loom large in the eyes of the ignorant public as a counter party set against the Congress Why, he takes so much interest in this party by creating and nursing it so carefully we are not aware of any capable reason

হিমট সিংহ অসি ইং ১৯৪৯ গী ওক্টোবর ১৮ দগী ইং ১৯৫০ ফা ওবা মণিপুরগী চীফ কমিসনর ওইনা লৈবম্মি। মহাবাজগী মতমদা প্রজা শান্তিনা পৃচিংবা সরকার অমা লৈবম্মা অদুগী মহুৎ শীলহৌনবা চীফ কমিসনর অসিনা কয়া হোৎনদুনা 'মণিপুর এদভাইজরি কাউন্সিল' হাযবা অদু ভারত সরকারনা শেম্লকপনি। কাউন্সিল অসি শেম্লক্লবা মতুংদা মদুগী অহানবা মীফম অদু ইং ১৯৫০ গী ওক্টোবর ৯ দা মণিপুর সেক্রেটরিয়েট বিল্ডিংদা ফমখি। অহানবা মীফম অদুদা হিমট সিংহনা মাগী ভাষণ অমা পীখি। ষ্টেট এসেম্রি মীফমগী অহৌবদা গভর্নরনা ভাষণ পীবগুম্মনি। চীফ কমিসনর অদুনা পীখিবা ভাষণ অদুদগী ৱাফম অমখক্তং লৌখৎচবি। মহাক্না হায়খি ঃ

> As an agent of the Government of India I am here to execute the policies and instructions of the Government of India and since those policies have been fully elaborated and re-stated only recently at the NASIK Congress it is enough for me to say that on all questions without exception those policies will be fully implemented in Manipur both in letter and spirit

চীফ কমিসনরনা মাগী ভাষণ কয়ামুক য়াম্না নীংথিজনা ফোঙদোক্লবসু কংগ্রেসকী মহুৎ শীন্দুনা য়াওবিবা মেম্বরশিং অদুনা পেনবা ঙমদে। মদুগী মক ওইরা মবমদি কাউন্সিল অদুনা পাঙথোক্লদবা থবকশিং

অদু প্রজা শান্তিদা শীন্নৈ। কাউন্সিলগী প্রসিদেন্টসু মীখলদা মায়পাকপা ঙমখিদবা প্রজা শান্তিগী জেনবেল সেক্রেটবী এন ইবোমচা সিংহদা পীশিন্নি। প্রজা শান্তিবু য়ানিংদবা অদুনা মবম ওইবদুনা কাউন্সিল অদুদা য়াওবা কংগ্রেস মেম্ববশিং অদু ইং ১৯৫১ গী ফেব্রুবাবী ২১ দগী মেম্বব ওইবা তোকখি। মতুং ফেব্রুবাবী ২৫ নদি 'এন্টি চিফ কমিসনব বেজিম দে' হায়বা থৌবম ফাওবা কংগ্রেসনা শীন্দুনা পাঙথোকখি। ওজা পিশক মশামক বাজনীতিবু পামজবা অদুগা কংগ্রেসকী থৌশিলশিংবু নুংশিজবা মীশক অমা ওইবনিনা মহাক্না মাগী "Stock Taking" হায়বা ৱাবেং অসি, মণিপুবনা ভাবত্তা পূনবা চহী ফাবকপা মতমদা চেফোঙদা ফোঙলিবনি। ৱাবেংদুনসু মাগী বাজনীতি অদুবুসু মশক তাকই।

অসুম্না বাজনীতিগী পুক্সিদা চঙশিন্নিবা ওজা পিশক অসি, মাগী ওজা ওইবগী শিনফম অনীমক্রুগী (সি সি হায স্কুলগী হেদ মাষ্টব অমসুং মণিপুব কলেজগী প্রিন্সিপাল) পোত্থাববা ভুংদাদি সমাজগী থবক তৌবা মীশক অমা ওইবদগী হেন্দোক্রুনা বাজনীতি দলগী প্রসিদেন্ট ফাওবা ওইবকখি। ওজানা প্রিন্সিপাল ওইবদগী পোত্থাববা তেক মতুংদা, ইং ১৯৬৮ গী ডিসেম্বব ২৭ অমসুং ২৮ দা গৌহাটি য়ুনিভর্সিটিদা মণিপুবগী মনুং অমসুং মপান্দা খুন্দাবা মণিপুবীশিংগী মীফম পাঙথোক্রুনা পান মণিপুবী য়ুথ লীগ (পানমিল) হায়বা সংস্থান অসি শেমখি। সংস্থান অসিগী মীফম অমা ইং ১৯৬৯ গী জুলাই থানা এবিয়ান হোলদা ফমখি। থৌবমদুদা ওজা পিশক্না তিল্লিবা মীয়ামদুনা ফোঙদোকখিবা ৱাফম অমা নীংশিংবা য়াই। মহাক্না হায়ঃ

> "জাতিসিগী তুংদা ওইহৌগদবা লাইবক্তীদমক নুংনাংবনা শিব-ফাওবা ঙমদ্রবা ঐথোয়নি, অদুবু অসিগুম্বা ৱাখল চাউবা নহারোলশিংনা জাতিগী ওইনা চোংথোরকপা অসিদা খুয়া তুন্সিংনা শিবা ঙমগনি।"

পানমিল হায়বা সংস্থান অসি লিংখৎখিবগা লোয়ননা "লময়ানবা" হায়বা চেফোঙ অমসু অহানবা ওইনা ইং ১৯৬৯ গী আগষ্ট ১৩ দগী ফোঙবা হৌখি। চেফোঙ অসিগী সেপ্তেম্বরদা ফোঙখিবা অনীশুবা ইসুদা ওজা পিশককী 'চুমশিল্লবা পুন্সি' হায়বা রাবেং অমা ফোঙখি। রাবেংদু মতমদুগী মীওইশিংনা লমদমসিদা চিংলিবা পুন্সি মহীংগী মবমদা রাফম খবা ফোঙদোকই। রাবেং অদু মখাগীসিনি :

**হৌজিক হৌজিক রাফম**

**চুমশিল্লবা পুন্সি**

***চিংঙাখম পিশক***

***মণিপুর কলেজগী হায়রগী প্রিন্সিপাল***

মী পুন্নমক নোম্মি, লেংভি-খোংলি। কান্নবা-কান্নদবা, ওইজবা-ওইজদবগী রাফম খাইদোকপ্লবদি হিংলিবা মখৈ নোম্নরি। দার্শনিক, সাহিত্যিক, লৌউবা, অফিসকী থবক তৌবা, ফি শাব, দুকান-ফম্বা, জুরার-শান্নবা, ঠিকা-তৌবা, রানোম্বা-চেনবা, মকদ্দমা তৌবা, রাজনীতি য়াওবা, কনা নোমদে ? অসুম্বা নোম্নবা মশেল অসি কনানা লমথুংদবীদা পুথরি, কনানা অপাইবীদা নত্তগা মতোমতা চেপ্পবা শাদোংদা। য়ুম্ব্রে-কৈরেদা, শেং-চাবদা শাথিনা খেন্নবগী মনুংদা লেন্নরি, মাগী-মাগী পুন্সি। কনানা পুক্তা থল্লগা লোইরে হায়দুনা অফং-অফংবা চাশিল্লি কনা অমনা সনাগী পুথমদা, সনাগী তেজোংতা মনি-মুক্তা থোংলদুনা চারি-থক্লি, নোক্লি, খেরি অফবা অহাওবা চিঙ্গাক্তগী শুংদোকপা পাজললনা থনগৎলকুনা। কনানা ডনলোপকী যোমপাক অমসুং মোন, নাক্তা কোন্নবা রেশমগী অশাংবা মোন, শুপ্পবা মোন-মোন লাউবা কাম্ম, — মন্নাম অসিগা কোন্নদুনা মায়থিবা পীরি নিংথম থাগী উন-থাগী অহিংবু, অদুগা কনা অমনা মথু শুথুনা অইংবা অহিং লাইরেম্বীদা মায়খিরে হায়না য়াজরি।

কনানা কম্বুৎ-তিম্লোই ফাক্লুনা তিনফা কাকফৈগা কোয়না লেনবদা নোংম-নোংমগী মতম কোয়জত্রি অদুগা কনা অমনা মতম লেনফম খঙদনুনা সিনেমা ড্রামা, থুরি, চৌবর, শত্রংদা। খেন্নবগী ঠিওরিবু য়ারবসু, কা হেন্না খেন্নববুদি য়াফম থোক্তবনি। লাইবক্কী ঠিওরিগী প্রভাবনা কনা ফুম্বংনবা থৌদোক পুম্নমক নিয়ম ওইবমাল্লে খন্নত্রে। কা হেন্না অন্নাবা পুক্নি লেনববু মৈনা শাবগুম, উন্না ইংবগুম্না লৌনবি অদুনা শংশঙবগী চঙীক্কা ফৌন্নেন অমুবীগী মচংগী চাক্কা মহাও মান্ন মাল্লে থাজদল্লি। অর্জুনগী ভেন অমনা কৌবব লাম্বী পুম্নমক ভূমদন্দুনা থম্বা নত্তে, সার্সিগী চৈশুনা থেংবদা ওক ওনবা অদুসু নত্তে। ডি ভুবেনগী তোবর্বান্দা ভাবা চক্রি ভকপা নিপাগী উফুল তৈবা টুপীনা নিংথৌগী লুচগুগী হেন্নি, অমদি, লৌবাং শুবা তাদগী 'ম্রম এবিয়া' দা লেনবা পুন্নিবু কন্নকউ হায়বসি নম্রালাইট কাংবুনা য়াবক্রোই। মসি খম্হৌবা মতম ওইবক্রে। কা হেন্না খেন্নবা মীওইবগী ফিবমবু লাইদা পাউথোংদুনা নমশিন্দুনা থম্বা য়ানরক্লরোই। লাই অসিমনা, থোংচৎ অসি য়াবক্রোই, ইতিহাসনা মদুগী শাক্কিনি। প্রকৃতিনা হন্না ফুবকপা শোয়ত্রবনি, বুমরেংগুম্না হঞ্জিন্না ফুবক্তনি, মতমগী বাতনি।

সমাজ অসিবু 'কেলৈডেস্কোপ' ওইনা উন্নি। মচু কয়াগী মওং কয়াগী পোৎশক্লা মিৎকী মমাঙদা তত্তনা চেন্নি, হোংনা-হোংনা চেনবা হবিনি। 'ফিল্ম স্ক্রিপ' কী হবিনি। অমত্তা লেঙদনা লৈনদে, ভানিঙাই লৈতৌদে, উনিংঙাই নংহৌদে। মসিবু সমাজ কৌবা য়াত্রা ? উদ্দেশ্য অমগী, আদর্শ অদুগী পুন্না হোৎনমিন্নদবা মী কাংলুপ অদুদি মহাবলি উমংদা শেকপী ময়াম পুন্না তোংমিন্নবা অসিগুম্বনি।

অপুনবা উদ্দেশ্য লৈতবনা মানা মানা ঙম্বা শক্তি শীজিন্নদুনা পাম্বৈগী অক-অক্ত থমদনা হোৎনখি পৈশিন্নবা, খোৎচিন্নবা। মহেনা, ওইরক্নি রাখলগী অমসুং নীতিজ্ঞানগী 'ক্যাকোয়েপি'। সমাজগী মনুংদা লৈনরি, সমাজ অদু নঙগীনি, মাগীনি, ঐগীনি। সমাজগা চুংশীন্নবগী রা লৈতে "পৃথ্বী মুৎখিসনু, ঐগী ফহৌরগা লোইরে" – ঙাক্তনি। মহেনা, মশাবুসু মাঙহল্লরে, ময়াম্বুসু মুৎহল্লে। মসি থাপ্পা য়েংনবা মমীৎ লৈজদবনা থক উদে। ঙাইহাক্কী ওইজবা থিবগী মৈথুনা অথাপ্পা য়েংনবা মমীৎ অদু মমশিলহল্লি। সমাজদা লৈবা মী পুম্ন মক হক্তা অমত্তদা লৈবা মীওই ঙাক্তা ওইথিবনা মসিদা মহৈ য়ানবা ঙম্বা কাঙবুদো মতীক চানা সম্মান, ইজ্জৎ ফংদুনা মখৌ পোঙনা লৈনরি। অদুনা মী পুম্নমক মমি ফাবা তাররি। অশেংবা মশা অদুদি মশক সুকউ উথিদ্রে। লেম্নগী মঙগী অঙাংশিং অদুওম্বা মম্মি ময়াম অসিনা অথাম্বা 'হোরাইজন্দা' তোংলদুনা তত্তনা লাউরি, "ঐখোয়দি করিসু নত্তে, করিসু নত্তবদো মদুদগী ফাওবা হল্লরিবনি।" (We are nothing less than nothing)

হৌজিক চৎলিবা খোঙচৎ অসি টৈওার্ড য়াওদবা খোঙচৎনি। অদুনা আত্মা অমসুং ইন্দ্রী অনীমকপু পুম্না চরা হেলহল্লি। আত্মা চরা হেলহন্দুনা হাত্তোক্লবসু ইন্দ্রিদুতা নোই পেলহল্লবদি রশিম্নাওম্না পেম্না মপাঙগদবনি। ঐখোয়গীদি মদুসু নত্তে। আত্মাবুসু শৌগত্তে, ইন্দ্রিবুসু হাত্তোকই। অদুনা 'টৈওার্ড' লৈতবগী হৌনবা, পোক্লক্লরোই কৈদৌনুংদা অটৌবা মী ঐখোয়গী ইরক্তা মরমদি আফ্রিকাগী জঙ্গলদা লৈবা নেগ্রো মরক্তা পোক্তবনি রবীন্দ্রনাথ, শঙ্করাচার্য্য।

ঐখোয়গী অসে মেটরিএলিষ্টিকসু নত্তে, আধ্যাত্মিকসু নত্তে। মসিবু মমীং অমা থোনবা তারবদি 'খোমজিনবা

য়াম্বা তান্নবা পুন্সি' কৌবা য়াই খোমজিন্নিবা ময়াম্বু চন্না হেনহন্দুনা। য়েংথংবা পাম্বোম নাম্মতা তন্নুনা 'এক্সর্সাইজ' তৌদুনা চাউথোকহন্দুনা ওয় থংবা পাম্বোম শীকশিনহন্নগা মশা ফবা, শাবান ফজবা কৌগন্নাও ? অসুক লায়বা রাফম খঙদবা কনা য়াওবগে। খঙদুনা কৈদৌনি ? মতমগী ঈচেন্দা লোয়ননা তাউরদুনা চেন্নরি। শীকশিন্নিবা হকচাং কয়াংশিং অসিনা চেন্নদুনা মপুম অদুমক মাঙহন্নগনি হায়বা খঙব্রি। মরুদি, ঐখোয়গী 'ইন্টিগ্রেটেড' ওইবা পুন্সি হায়বদো লৈনখিদ্রে। লৈখিদবগী মরম্না পুন্সিদা আদর্শ অমা মাঙদা থম্নগা মদুনা লমজিং ওইনা পুন্সি লেন্নদবা। ফিদম্মফম লৈতবা, শান্দমফম য়াওদবা কম্যুনিতিদা মরী লৈতবা, দিসইন্টিগ্রেটেড ওইবা, শম্না হায়ববদা চোইজ্জাইনবা পুন্সিদা লেন্নবদা ঐখোয় মশেল খোংবান - ঈশিংনদুনা লৈনরি, হায়দি ঈশিং অদু মচি অমদা শীংচিন্দুনা অতোম্বা মচি কংহন্নি, অচোংশা মফম অদু অমদা অমুক চিথদুনা কংহন্নি, অসুম্না মথং মথং চথরি ঐখোয়গী সমাজ।

ঐখোয়গী লেঙ-খোংশা অমদি লমজেন্দা খোংজেন হান্না পান্না নত্তে। চেনববুদি অদুম চেন্নরিবনি, য়াঙনসু অদুম মচেন্নবিবনি। ঐখোয়না পাম্বদি লমজেনগী হিমাই চুমথোকপনি, লৈন্নাইদা থেংজিন-থেংজিন্দুনা উপথুননা তুদনবা।

ইং ১৯৬৯ অসি মণিপুরগী রাজনীতিদা য়াম্না চেকশিনগদবা তাঙ্গা অমা লাকপা মতমনি। মণিপুরদা ষ্টেটহুদ পীয়ু হায়না কন্না তকশিন্নকপা মতমনি। মসিগী মমাঙদা নীংশিংবা য়াবা রাফম খবসু লৈবি। মণিপুরনা ভারতা পূন্নুববা হেক মতুংদা ভারত সরকারনা শেমহন্নকখিবা অহানবা এদভাইজরী কাউন্সিল অদুনা থবক চংথবা য়াখিদবদগী অনৌবা এদভাইজরী কাউন্সিল অমা ইং ১৯৫৩গী মে থাদা লিংখি। কংগ্রেসকী

মী ওইশিংনা মক ওইনা থৌপুবা কাউন্সিলনি। হায়রিবা এডভাইজরী কাউন্সিল অসি লৈত্রিঙৈ মমাঙ ইং ১৯৫২ গী জানুবারী থাদা পাঙথোকপা লোক সভা মীখলদদি ইন্নবদা কংগ্রেসকী লাইশ্রম যোগেশ্বর সিংহ অদুগা আউটবদনা রিশাং কৈশিং, সোসিয়েলিষ্ট (কোন্না কংগ্রেসতা য়াওখিবা) মায়পাকখি। ভারতা পুম্নবা মতুং ইং ১৯৫২ অসিদা মেম্বর ৩০ লৈগদবা ইলেক্টোরেল কলেজগী মীখল পাঙথোকখি। মীখল অদুদা ওজা চিংঙাখম শিশক সিংহ মীরেপ ওইখিদ্রে। ইলেক্টোরেল কলেজ অসিগী মক ওইবা থবকসু মতুংদা পাঙথোকপা রাজ্য সভাগী মীহুৎ অমা খন্নবগী মীখলগী ভোট পীবা অদুনা ওইদ্রে।

এদভাইজরী কাউন্সিল শেম্না, ইলেক্টোরেল কলেজগী থবক-থ ওংশিং অদু য়ানিংঙক্রবদগী ইং ১৯৫২ গী জুলাই ২২ দা সোসিয়েলিষ্ট পাটি অমদি মওমদুদা লৈবম্না অচুম্বা পাম্বা কংগ্রেস হায়বা অনীসি পুনশিন্নদুনা মণিপুরদা আইন সভা পীগদবনি হায়বা আন্দোলন চখনবগী রারেপ লৌখি। রারেপ অদুগী মতুংইন্না থৌশিল কয়া চখববগী তুংদা ইং ১৯৫৪ গী ওক্টোবর থাদগী আই সভা তানবা আন্দোলন চঙশিনবা হৌই। আন্দোলন অদু উখুল, তমেংলোংনচিংবা চীংগী লমশিংদসু চংথৈ। আন্দোলন অসি মতম শাংনা থা ৬ লোম চখবম্নগা ইং ১৯৫৫ গী এপ্রিল থা অদুরাইদা লোইশিনখি। মথং চহী ইং ১৯৫৬ তা ভারত সরকারনা টেরিটোরিয়েল কাউন্সিল এক্ট ১৯৫৬ শেমখিবগা ইরোইননা ইং ১৯৫৭ তা মণিপুরগী টেরিটোরিয়েল কাউন্সিল মীখল পাঙথোক্লুনা মেম্বর ৩০ খল্লি। মতুংদা ইং ১৯৬০ য়ৌরকপা মওমদা, মণিপুরদা আইন সভা পীয়ু হায়রা আন্দোলন অদু সোসিয়েলিষ্ট অমসুং কম্যুনিষ্ট পাটিশিংনা পুনশিন্নবগা 'এসেমব্লী ডিমাণ্ড কো-ওর্দিনেসন কমিটি শেমদুনা চঙশিন্নবা থবক পায়খত্নুনা চহীদুগী এপ্রিলদগী জুলাই ফাওবা আন্দোলন চখৈ। মদুগী মতুংদা ইং ১৯৬২ গী ফেব্রুরারীদা টেরিটরিয়েল কাউন্সিল অদুগী অনীশুবা মীখল পাঙথোকই। মথং চহী ইং ১৯৬৩ দা ভারত পার্লিয়ামেন্টনা

অমুক শেমদোবকপা য়ুনিয়ন টেবিটবিজ এক্ট ১৯৬৩ হায়বা অসিদা টেবিটবিশিংদা আইন সভা লিংবা য়াহল্লি। আইন সভা অদুগী স্পিকব অমসুং ডিপুটি স্পিকব খনবা য়াহল্লি। চীফ মিনিষ্টব য়াওনা মন্ত্রী সভা অমসু লৈহল্লি। ইং ১৯৬২ দা পাঙথোকখিবা মীখল অদুদা মায়পাক্লকপশিং অদুদগী মন্ত্রী সভা লৈবকপা অদুগুম লৈহন্নবা ইং ১৯৬৭ তা টেবিটবিয়েল এসেমব্লিগী মীখল অমুক পাঙথোকই। মীখল অদুদা মায়পাক্লকপশিংনা শক্তি কা হেন্না পান্নগী মওংদা চোংথোক চোংশিন কয়া লাক্রবকপনা ইং ১৯৬৯ গী চহী লোইবমদাইদা মণিপুবদা প্রেসিদেন্ট কলগী শাসন থমখি।

ইং ১৯৬৭ গী টেবিটবিয়েল এসেমব্লিগী মীখল পাঙথোকপ্রবা মতুংদগী মণিপুবদা বাজনীতিগী হোঙবৌ কয়া লাকপগা ইবোইননা, মণিপুবগী তুংগী পোলিটিক্সকী কয়াৎ অমসু উবা ফংলখি। তাবেৎকী ষ্টেট অমদা লৈবিবা এসেমব্লীগী থাক অদু মণিপুবদসু লৈহল্লু হায়বা অকনবা দাবী লাকখি। দাবী অসি পুখৎলদুনা, কংগ্রেস ফাওবা পুর্ণশিল্পগা ওন পার্টিজ ষ্টেটহুদ ডিমান্দ কো ওর্দিনেতিং বোর্দ শেমখি। আন্দোলন চৎথখি। হান্না 'আইন সভা পীযু হায়বগী' আন্দোলন' হায়না খঙনবগ্না অদু 'ষ্টেটহুদকী আন্দোলন' হায়বগনা হেন্না নাংথিনা খঙনবকখি। ইং ১৯৬৮ গী চহী লোইশিল্লকপা মতাং অসি যাম্না মকওইবা মতম ওইখি। চহীসি লোইবমদাইসিদা, মণিপুব নেসনেলিষ্ট ওর্গেনাইজেসন, মণিপুব পিপলস পার্টি (এম পি পি) শেমখি। এম পি পি শেমখিবা অসি কংগ্রেসতগী তোক্লকখিবা লুচিংবশিংনি। মহেশ্বর মখো, সলাম তোম্বা, য়ুম্নাম য়াইমা, খাইবাকপম চাউবা, হেমাম নিলমনি, লাইশ্রম মনাওবি, লাইশ্রম যোগেশ্বব, মুঃ অলিমুদ্দিন, সলাম গম্ভীবনচিংনা য়াওখি। চাংগী লুচিংবশিংগী মবক্তা য়াংমাসো সাইজাগী মিং পম্নগনি। নময়ানবা চেফোঙ ওজা পিশক্লা সমাজগা মবী লৈনবা বাবেং কয়া ইবগা লোয়ননা পানমিন অসিদা নুংশিবা মীৎয়েংসু থল্লকখি। ওজানা মণিপুবগী লেন খুমগী

ফিভম ফত্তবগী মতাংদসু কৃপ্না য়েংশিল্লি। লমদম অসিগী মীয়ামগী শেলগী ফিভম য়েংলুবা তাববদি মীয়াম অসি শিববা কাওলুপ অমনি হায়বা ফাওবা ফোঙদোকই। মহাক্না ইং ১৯৬৯ গী ওক্তোবরদা ফোঙবা লময়ানবা চেফোঙদা "শেল-থুমগী রাফম" হায়বা রাবেং অমা ইখি। রাবেং অদু লৌখৎচবি ঃ

### শেল-থুমগী রাফম

চিংঙাখম শিশক

*থোইদোক্না চৈয়েং-থোইয়েংনবা অচৌবা রাফম্নি। মশীং লাকঙমদবা রাহংনা থন্নবা মীওইবগী সমাজনি। রাহং অমত্তংগী পাউথুম্না রাফম অসিগী মপুংফাবা পাউথুম ওইবা য়ারোই। মরমদি সমাজগী লায়না পুন্নমক লাইকোকহনবা ঙম্বা অমত্তা ওইবা হিদাক লৈবা যৌনদে। অদুনা অসিগুম্বা রাফম অমা ঐথোয়না পায়খৎপা তাই। মদুনা পুন্সিগী সারাল কয়াবু সমাধান তৌগনি থন্নবা য়াবা।*

ঐথোয়গী জগৎ অসি ভৌতিক জগৎনি। চৈতন্যময় ওইবা অমনা জগৎ শীন-থুংনা লৈরবসু ভূতকী প্রভাবনা মিকুপ খুদিং য়ৈরকপদা মদুগী সমাধান তৌনবা হোৎনবত্তনা পুন্সি শাগৎনরি। শেৎ-চাবা, লৈনবা য়ুম, ইচা-ইগুগী শিক্ষা, লায়নাশিংদগী কন্নবা অসিনচিংবা রাফম কয়াগী রাখলত্তনা পুন্সি শাগৎনরি। অদুনা লন-থুমগী ফিভমত্তনা মী অমগী, জাতি অমগী মান-ইজ্জৎ, শক্তি, শেন্দবা অসিনচিংবগী ফিরেপ্পুফম ওইরি। ভূতকী চৈফূ অসি কনমনবনা মী অয়াম্বা ধর্মজ্ঞান কাউনম্রে, নীতিজ্ঞান থোঙপাওনম্রে, শৈশিল্লগা লোইরে হায়বনা পুন্সিগী পান্দমফম ওইনম্রে, পাম্বৈগী রাদি আ-দা। পুকচেল শেংবনা অপঙবা, অচুম্বা মচৎ-চৎপনা অত্তাওবাঃ মসিনি হৌজিকী মতমগী শাজৎ! শাজৎ অসিনদি মী কাঙলুপ অমা, জাতি অমা হিংবা য়াবা হৌনদবনা ঐথোয়না করি

তৌবা তাই ? 'পৈশিল্লগা লোইরে' হায়বা অসি মীওইবগী মশাগা থাদোকুবা য়াদবা মচত্তি নত্তে। মসি সমাজগী ওইরিবা 'ওর্ডর' না তৌদবা য়াদবা মচৎ ওইনা, নত্তি-নত্তবা, নমশিল্লকপা মচৎনি। অদুনা সমাজগী 'ওর্ডর' ওইহনদনদি মচৎ অসি কনাসু থাদোকুরোই। 'এক্সেপসন' লৈবা, অদুবু এক্সেপসনদি 'এক্সেপসন'নি। শাজৎ অসি তোক্লনবা লাউবা, খোংবা পূম্মক উমংদা কাক খোংবা তাগনি। ঙাইহাক্তী 'চেক' (অপানবা) অমা পীবদগী হেন্নোই, মতম কুইনগী ওইহনবা থক য়ারোই।

সমাজগী অচৌবা ওন্নকপা য়াওন কয়াবু ঙাইবা ওইনা, মণিপুরী ঐখোয় থরসিগী ঙাইহাক্তী নত্তুগা কুইনগী ওইনসু, হিংনবগী পোথি পোরম থরদি পুম্না হৌজিকমক পায়থত্তবা য়াদে।

মণিপুরী ঐখোয় অসি শেলগী ফিডক্রোমদগী য়েংলবদি শিরবা মী কাঙলুপ অমনি। ঐখোয়গী মণিপুরগী ওইবা অপূনবা শেঙ্গাও অসি মখুল লাথ অমা থোক্কা লোরে, শেগায়রে। মখুল অমমদা যুরদুনা মাঙখিবা মশাং লাকঙমত্রবা শেল ' ঐখোয়না নুক্তিগী শীজিন্নরিবা মশাং লাকঙমদবা পোৎশিং অসিগী মমল ওইনা চৎখি, চেন্থোকখি, শেলগী ঈচেল কয়া মণিপুরগী মপান্দা ঃ য়াম্ন ! লায়বা তাক্কি, ইচম চম্বা তিনশিনবা থাইদোকপনি। মসি খঙদবা, উদবা মণিপুরী কনা য়াউরম্মোই। অদুদি কমদৌনা হিংলি ঐখোয়দি ? কেন্দ্র সরকারনা শেঙ্গাউ অসিদা তম্বনা শেল হৈথরক্লি। অদুগা, হেক হৈথরকপগা তম্না চেন্থোকখি মণিপুরগী মপান্দা, শকক থজিকুংদি খোমজিম্বা হৈবা কাংবুনা মহাবলি মমাঙদা চেঙপোৎ ফাক্লগা য়োংশিংনা লাকুবগুম্না লাকুনা মশা মশাগী ওইনা লৌশিল্লহৌরি, মদুগী মপান্না ময়াই কানা সমাজদা অবাংবা থাক অমদা কাদুনা লৈনরি। সাধারণ প্রজানা

ঙকুনা য়েংদুনা লৈনরি, তুকথরবা তোল্লবা য়ারবা পুন্সি লেঙরি। অদুনদি, ঐখোয়না হৌজিক হিংলিবসিদি 'বোটল-ফিডিং' 'স্পুন ফিডিং'নি। অঙাং মচাদা চাক ইনবিবগুম্না ইনবিরগা হিংলি। পাখং খক ফারক্লরোই, ইনবিবা তোকপা নুমিত্তা চাবা ফংদদুনা লিবা। মসিবু জাতি অমগী, মী কাঙলুপ অমগী পুন্সি মরেন কৌবা য়াত্রা ? 'ইমাজেন্সি কেশ' অমা থোকপদা কেন্দ্রগী দান লেপথিবা য়াই। মখোঙনা লেপ্পুনা চৎপা হৈকবা কাংবুবু জাতি কৌবা য়াত্রা, কাংলুপ অমা কৌবা য়াত্রা ? অদুনা ঐখোয়না হৌজিকমক তৌগদবা অর্থ-নৈতিক আন্দোলন অমা তৌবা অসিনি মসিদা মণিপুরী পুম্নমক য়াওদবা য়ারোই। মরমদি মণিপুরী ঐখোয় পুম্নমক্কী লিবা চঙবগী রাফম লাক্লবদা, ইমুম মৈ চাক্লবদা কয়নবা হোৎনবদা য়াওরোইদবা কনানো, য়ানিংঙোইদবা কনানো ? পুম্নমক মণিপুরীনি।

মসিদা ঙৌগদবদি : (ক) মণিপুরদগী চথোকখিবা লেলগী লম্বীশিং অসি য়াবা মথৈ থিংবা।

(ক) মপান্দগী শেল চঙলক্লবা লম্বী ভম্না মথৈ ফাংপা।

চাগা হেলহনবা চাদিং ককথবা — মদুসু চাউরবা মী কাঙলুপ অমগী — মসি অরায়বা থবক নত্তে। অরায়বা থবক নত্তে হায়দুনা তোকপা য়াবা থবকসু থোক্তে, মরমদি ঐখোয় অসি হিংদবা শুকয়া-য়াদবনা অরুবা রাফম অসি অমুক হেন্না লুহল্লিবনা মতমগী ঘড়ী অসি হলহৎনা চাবি থাদুনা মথক্লোমদা অমুক চেনখৎহনবা ওইথোক্লবনি। অদুগী মথক্তা বিস্তায়া চাওখৎলিবা অসিমসু খন্দবা য়াদে, থাদা মীনা চৎলে। হয়েংনা মঙলগ্রহদা, হংচিংনা শনি গ্রহদা লেলগী ফিবম খল্লদনা 'স্টেণ্ডার্ড ওফ লিভিং' হেক্সৎনখিবনা, ইপোৎ অমত্তা য়াওদনা 'লিভিং স্টেণ্ডার্ড' হাইগৎনখিবনা হৌজিক

হন্থ্নবা য়ানা থোক্কনি। 'পাকিস্থান আরগুমেন্ট' শীজিন্নরবসু, মরৈ য়েৎনবদা ওস্মুবদি য়াই, থবক ওইনদি কনানসু নাচুংবিরোই। অদুগী মথক্তা পৃথিবীগী খোঙচৎকী মতুংইন্না সভ্য জগৎকী চঙদবা য়াম্রবা পোথোকশিং ঐখোয়গী লৈবা ওম্বগী শক্তিগী মনুংদা লৈরবদি শীজিন্নদবা য়াদবনি। মখোয় অসিনা ঐখোয়গী চাওখৎপগী লমজেন্দা খোঙজেল ফেঙৎহল্লি। হৌজিক তুরেন্দা হি চৎনখিদ্রে। জীপ, কার অমদি একাগাড়ী তোংববু তোক্কবা পাউতাক পীরবা, ঘড়ী, ফাউন্টেন পেন শীজিন্নদনবা রা ঙাংলবদি তেজপুরদা থুনা থারসি হায়রক্কনি। মসি ফাওবদা ঐখোয়না 'লক্সরি' ওইনদি মণিপুরগী মপান্দা শেল চৎহল্লিংদে। মশাগী ইন্দষ্ট্রি লৈজদবা মী কাঙলুপ অমা কৈদৌঙৈদসু হিংবা ঙম্রোই। হৌজিক ভারতকী ষ্টেট পুম্নমক মসি খঙনা মশা মশাগী ইন্দষ্ট্রি লিংখৎনম্রে, লিংখৎনরি। বঙ্গলাদেশ মশাগী ইন্দষ্ট্রিনা, অচৌ অপিশক কয়ানি, থম্না লৈস্রে। অদুগীসু মথক্তা ত্রিপুরা, আসাম, উরিষ্যা, বিহার অমসুং উত্তর প্রদেশ ফাওবা মহাক্কী 'হিন্টরলেণ্ড'নি। অসুম্না ভারতকী ষ্টেট পুম্নমক অসিদা ইন্দষ্ট্রিশিং অথোই অফেন নাইনা লোইনা লিংখৎনদুনা মখোং মখোংনা লেপ্পা ওম্নবা হোৎনরি।

মণিপুরগী কুটির শিল্পগী মনুংদা মক ওইবদি খুৎনা ফি শাবনি। মসিসু হৌজিক্তি শাথিনা শিথরে। মদ্রাজ, পঞ্জাব অমসু বিহারগী য়োংখমগী ফিগা ভিজাইন্দা, কালিটিদা অমদি মমলদা কম্পিটিসন্দা ঐখোয়গী ফি অসি শাথিনা ফেল ওইরে। ভাইহাক্কুগী ওইবা মচু শঙদুনা মমল হোঙনবা হোৎনক্লবদগী মণিপুরগী ফি পাউথোক্লে, কনানসু লৈনীংদ্রে। অসামদা ফি লম্লোনবা চৎপা কাঙবুসু মদ্রাজ অমসুং পঞ্জাবকী ফিদমক হাদুনা য়োনবদগী হেস্রে হায়রি। অদুনা মদ্রাজী, পঞ্জাবীনা মহাজন ওইরগা

মণিপুরীনা কুলি ওইরি। মতম অমদা কি শাবীতনা থারক্লবা মণিপুরনি, হৌজিক্কি মথুং ককপ্রে। মণিপুরবু মতম অমদা ভারততকী মানচেট্টর কৌনরবনি। মদু হৌজিক মুৎপ্রে, মাঙপ্রে।

মীশীনা 'এ-ফোরেষ্ট্রেসন' ঐখোয়গীনা 'ডি-ফোরেষ্ট্রেসন'। মীশীনা উ অমা থাদুনা হৌহন্লিবমখৈ অতোপ্পা উপাশী অমা য়ান্নদে। চহী ৫০ মুক্তী মমাঙদা গুপুগুবা খুনগী খুনজিন্দা উচান শাখী অমা য়ানবদা উ ময়াম মরক্তা তুশিন্দুনা চিংথোকপা য়ানরম্মী, হায়বদি উ অসুক্কী মতীক য়াম্না খুনজিন্দগী হৌনা হৌনরম্মী। হৌজিক অমত্তঃ য়ানগে হায়রবদি নুমিৎ কয়ানিমুক্তী চেংজেন পুদুনা চৎনরি, চিংথোক্লবা ইরোই কয়া পুনরি। চীংনা কোয়না লৈবা লমদম অসি শীং ফাওবা মন্দা লুপা অহম, মরি য়ৌরক্লি। মণিপুর মুৎলবনি, মাঙলবনি। ভিন্নাং হন্দুনা য়োংথনা খম্লবিহৌ, লৈবাক মচা অপুম্বা !

মণিপুরী ঐখোয়গী অশেংবা মচুনা শঙলগা ফনেক অমগী মমল লুপা ১৫০ নি, সিবা নত্রগা আই সি আইগী হায়বদি মপান্দগী পুরকপা মচুনা শঙলগনা লুপা ৬০, ৭০। অদুবু কনানসু মচুশিং অসি লল্লোনবা য়াবগী চাং অদু য়ৌনা খোকহনবা ঙমদ্রি। রো-মেটরিয়েলনা থম্না লৈরি। মচু হায়বা অসিতদগী জাতি অমগী অচৌবা আয়গী মরু ওইবা পোৎশক ওইনরি। সুইজর্লেণ্ড, জর্মন, ইংলণ্ডনা মচুতদগী চহীদা লুপা কোটি, কোটি ফংনরি। অদুবু ঐখোয়গীদি শেমগৎপিনবা লৈত্তবনা 'রো-মেটরিয়েল' শিং অসি অরেম্বদা মাঙহল্লি। মণিপুর মুৎলবনি, মাঙলবনি। খম্লবিহৌ নহারোল পুম্নমক !

লৌ উদুনা চাবা লমদম্লি হায়রগা হরাই-চেংরাই অয়াম্বা মপান্দগী পুশিল্লকুনা চানরি। মুৎপ্রে, ঐখোয়গী হাউরবা মুল খেসারি, মুৎশিল্লক্লি শগোল হরাই, মজল। প্রচিন

য়াওবা পোৎ চাবা ফংলক্তে, মণিপুরদা চেঙ নত্তনা ভারতকী মফম পূম্নমক্তগী চাননবা পোৎ অয়াম্বা শরুক কা হেন্না তাঙলি। জাপানগী লম পোথাহন্দবা লেম-পানা ঙা ফংননবা পোলিসি হায়বা পোলিসি, লৈবাক হৌনা লৌখত্তবদি ছিংবদা ব্রানরিবসি চথখিবা তারি।

মতম অদুগী (ইং ১৯৬৯) ফিভমদা ব্রানখিবা ময়াম অদু মাগী ব্রাবেং অসিনা নীংথিনা ফোঙদোক্লি। অদুবু ব্রাবেংসিদা শীবিবা পোৎকী মমলশিং অদু হৌজিক্কী (ইং ২০১২) মতমদা লৈবিবা মমলগা য়াম্না খেন্নরে। ওজা পিশকনা মাগী ব্রাবেং অসিদা ইর্বি ঃ

"চীংনা কোয়না লৈবা লমদম অসি শীং ফাওবা মন্দা লুপা অহম, মরি য়ৌরক্লি।"

শীংগী মমল হৌজিক তৌঙক (২০১২) শীবিবা মমল অসিগা চাংদম্নদুনা যেংলবদি, ইনখৎলক্লিবা নংগাশিংনা খঙলগা য়াম্না নোক্লীংগনি। চহী ৪০ বোম অসিদা হেনগৎলক্লিবা পোৎকী মমল অসি অশুবা পকপ্নবনি। মাগী ব্রাবেং অসি লোইশিল্লকপদা চায়বল্লবা,

"জপানগী লম পোথাহন্দবা, লেম পানা ঙা ফংননবা পোলিসি হায়বা পোলিসি, লৈবাক হৌনা লৌখত্তবদি ছিংবদা ব্রানরিবসি চথখিদা তারি।"

হায়বা ব্রাফমশিং অসি ওজানা নীংশিংবা অমসুং ওবক লৌখৎপগী য়াম্না তঙাইফদবা অদু লৈবি। মশাক্না ব্রাবেং কয়াদুক ইবশ্নী অদুবু মদুগী মনুংদগী খবদনি লৌখৎচবিবসি।

ওজা পিশকনা য়াকাইবোল চেফোঙদা মণিপুরগী শেল থুমগী মতাংদা ব্রাবেং তোয়না ইখি। মতম অদুদা মণিপুরগী শেল থুমগী হীবমশিংদা য়াম্না পূক্লিং থিংজিনবা মীওইশিং (ওজা পিশক য়াওনা) পুন্দুনা 'মণিপুব ষ্টেট ইকোনোমিক কাউন্সিল' হায়বা সংস্থান অমা শেম্মখি।

সংস্থান অসি ইং ১৯৭০ দা রেজিস্তার তৌখি। মদুগী রেজিস্ট্রেসন নম্বর ৯২০/১৯৭০ নি। হায়বিবা ইকোনোমিক কাউন্সিল অসিগী য়াম্না মক ওইবা মীশক অমা হায়বদু ওজা পিশকনা ওইখি।

ইং ১৯৭০ য়ৌবকপদদি, মণিপুরগী পোলিটিকেল পার্টিশিংনা (কংগ্রেস য়াওনা) মণিপুরদা ষ্টেটহুদ পীযু হায়বা খোঙজং অসি মপাঙ্গল কনশিন্না চঙশিল্লি। চঠীসিদা 'বন্দ' অনীবক পাঙথোকই। ওল পার্টিজ ষ্টেটহুদ ডিমাণ্ড কো-ওর্দিনেটিং বোডিনা ষ্টেটহুদ তানবগী আন্দোলনগা মরী লৈননা পায়খৎকদবা থৌবম পরেং য়াৎপদা — ইম্ফাল ম্যুনিসিলিতিগী মীখলদা মায়পাক্লবা মেম্বরশিং অমদি অহান্না, মকোক থোংবা ওফিসিয়েলশিং ফম থাদোকপা, টাউন কমিটি, নোটিফাইদ টাউন অমসুং সরকারনা হাপ্লা এদভাইজরী কমিটিশিংগী মকোকশিং ফম থাদোকপা, মণিপুরগী মীহুৎ ওইনা চৎলিবা পার্লিয়ামেন্ট মেম্বরশিং ফম থাদোকপা, ইন্দিপেন্দেন্স ডে য়াওনা সরকারগী থৌরমশিং য়াওদবা, ইম্ফাল ম্যুনিসিপালিটিগী অমসুং বিধান সভাগী মীখলশিং য়াওদবা হায়বা থৌরম পরেংশিং য়াৎথোকই অমসুং থবক লৌখৎলি। মসিগুম্বা খোঙথাংশিং লৌখৎলকপদগী ইং ১৯৭০ গী সেপ্টেম্বর ৩ দা, মণিপুরদা ষ্টেটহুদ পীরগনি হায়না প্রাইম মিনিষ্টরনা লোক সভাদা লাউথোকখি। মদুগী মতুংদগী মণিপুরদা ষ্টেটহুদ ফংখি। মণিপুরদা ষ্টেটহুদ পীরগনি হায়না প্রাইম মিনিষ্টরনা পার্লিয়ামেন্টতা লাউথোকখিবা নুমিৎ অদুমক্তদা ভারতকী নিংথৌশিংদা পীবা প্রিভি পর্স অদু লৌথোকপগী বিল অদুসু লোক সভানা পাস তৌখি। কোর্টতা কেসনচিংবা লাকপদগী প্রিভি পর্স মুথৎপগী মভাংদু ঋবা তপথখি।

মণিপুরগী মীয়ামগী য়াইফনবগী থবক তৌকবগীদমক পুলিসনা ফাবগা ওজাবু জেলদা কয়াবক থাজিনখি।

ওজা পিশক্লা অহানবা ওইনা জেলদা লৈবগী থৌদোক অদু ইং ১৯৬৯গী ডিসেম্বর থাদা থোকখিবনি। থৌদোক অদু, পান মণিপুরী

য়ুথ লিগনা শীন্দুনা নুমিৎ ৭নি (তাং ১৯ - ২৫ ডিসেম্বর ১৯৬৯) চুপ্পা বিলে হঙ্গর স্ত্রাইক সেক্রেটবিয়েৎ মমাঙদা চথবগ মবী লৈননা থোকখিবা থৌদোক্নি। অদুনা মদুবু হৌজিক ফাওবদা 'নুমিৎ ৭নি চুপ্পা চথখিবা বিলে হঙ্গর স্ত্রাইক' হায়না খঙনবি। কবিগীদমক বিলে হঙ্গর স্ত্রাইক অদু চথখিবনো হায়বা অসি মাহং অমনি। চথখিবা বিলে হঙ্গর স্ত্রাইক অদুগী মতাংদা, ইং ১৯৭৩গী জানুবারি থাগী লমথানবা চেফোঙ অদুদা, "পান মণিপুরী য়ুথ লীগ নিংথম মীফম, ডিসেম্বর ২৮, ২৯, ৩০, ১৯৭২ জেনরেল সেক্রেটরীগী রিপোর্ট" হায়বা অমা য়াওখি। মতম অদুগী জেনরেল সেক্রেটরী য়াম্নেম তেজেন্দ্রনা ইখিবা রিপোর্ট অদুদা "মাস হঙ্গর স্ত্রাইক" হায়বা শরুক অমা য়াওরি। হায়রিবা হঙ্গর স্ত্রাইক অদুগী রিপোর্ট অদুদা অসুম্না ইরিঃ

"মাস হঙ্গর স্ত্রাইক

১৯৬৯ ইংগী ডিসেম্বর থা অসিদি মণিপুরগী চীঃ তমগী নহারোলশিংগীদি খ্বাইদগী হেন্না লাইরবক থীবা পম্মুপনি হায়বা তাই। পনবা য়াবা থৌদোক থবদি চাংগী লমদমদা সিক্যুরিটীগী মীওইশিংনা চাংগী থুঙ্গাশিংদা লাল থৌই হায়বগী নামাদা কা হেনবা শাক্তং চংখি অমদি অশি অনা ফাওবা য়াওখি। অসিদা নত্তনা ইম্ফালসু মিনুথোং ময়াদা লৈবী মুসলিম ইচল ইচেশিংগী মথক্তা সি.আর.পি.গী মীওইশিংনা, মুসলিমশিংগী শেংলবা 'ইদ' নুমিত্তা নত্তবা শাক্তং চংকে হোৎনরম্মুনি। অসিদসু নত্তনা হেন্না নুংঙাইত্রিবা অমদি মীপুম খুদিংমক্তা অকি অথং পোকহনখিবদি, মণিপুরগী চীং অমসুং তম্পাক্কী নহারোলশিংবু থোইদোকপা মরী-মথোঙ থিবা তৌদনা অমদি লম্নাই ওইনা হোৎনদুনা নহারোলশিংবু পংফা-ফাজিনবগী ইরাং। মসিনা পান মণিপুরী য়ুথ লীগকী নহারোলশিংবু থোইদোক্লা নীংবা কায়হনখি। অসিগুম্বা চা-হেনবা শাক্তংশিং অসিগী মায়োক্তা য়ানিংদবা

> ফোঙদোকপা ওইনা অমদি মরাল লৈবা মীওইশিংবু চৈরাক পীনবা নুমিৎ তরেৎনি চুপ্পা শিম-শিম সেক্রেটরিয়েৎ বিল্ডীং মমাঙদা চরা হেনখি। চরা হেনবা য়াওবীখিবশিংগী মরক্তা অথনবা মমীং পনবা তারবদি মহারাজকুমার প্রীয়বর্ত্ত সিংহ এক্স চীফ মিনিষ্টর, চিংঙাখম পিশক, রিটায়ার্ড প্রিন্সিপাল, মণিপুর কলেজনি। চরা হেনখিবা কাঙবুশিংগী মরক্তা মণিপুরী চনুরা য়াংখৈমুক্তা কাঙবু অমা ওইনা শরুক য়াখি।"

হায়রিবা হঙ্গব স্ত্রাইক অসিদা ওজা পিশক অনীশুবা নুমিত্তা লুচিংবা ওইনা শরুক য়াখি। হঙ্গব স্ত্রাইক অসিগা মরী লৈননা সবকাবনা ওজাবু নুমিৎ নীনি হুম্ম ফাজিল্লুই অদুগা পাদোবকখি। অদুবু অহানবা নুমিৎকী লুচিংবা ওইখিবা হায়নগী চীফ মিনিষ্টরবুদি ফাজিল্লুদে। মতাং অসিদা য়াম্না কল্লা হংনখিবা অদুগা তৌভিক খাওবদা হংনবিবা ৱাহংদি বিলে হঙ্গব স্ত্রাইক অদুগীদমক ওজা পিশকপু কবিগী ফাজিল্লুবনো হায়বসি মতম অদুদা হংনখিবা ৱাহং ওইখিবতা নত্তনা মতম চুল্লদা হংনবগনি।

"চপ মান্নবা খৌদোঙ্গা, চপ মান্নবা খোংজং চঙশিনখিবদা অহানবা লুচিংববু ফাদ্রগা অনীশুবা লুচিংববু ফাজিনবসিদি সবকাব পায়রীবিবা ইবুংঙোশিংসি মথা য়াম্না শাবে তাকপনি। সবকাব পায়রীবিবা ইবুংঙোশিং মথাদো খবা ইংথবিয়ু" জেলদগী হেক থাদোকপগা ওজানা প্রেস নোট অমা থোকখি।

হঙ্গব স্ত্রাইকী মতাংদা ফাকবা অসিগী তুংদা ওজাগী লোয়নবী য়াম্না কন্না নাখিবা অমসুং তাইবঙপান থাদোকখিবা হেক মমাঙদসু (ইং ১৯৭০গী নবেম্বর ৮/৯ লোন্নবা অহীংগী নোংঙাল্লমদাই) ওজা অসি পুলিসনা ফাখিবনি।

মণিপুব ইতিহাসতা মতম শাংনা অদুম লৈহৌবগদবা থৌদোক অমা ইং ১৯৭০ গী নবেম্বর ১ দা খ্বাইবন্দ বাজারগী ফ্রেণ্ডস টকিজ সিনেমা

হোৎলদা থোকখি। নুমিৎ অদু নিঙোল চাক্তৌবা নুমিৎনি। নুমিদাংবাইদা হোল অসিদা সিনেমা য়েংবা লাকপা নিঙোল অমদা বাজারগী মীওই অমনা মখুৎ-মশা শাংলুই হায়বদগী ইবাং থোক্লা দুকান খবা মৈ চাকখি। থৌদোক্তুগা মরী লৈননা পুলিসনা মীওই কয়ামুক থংনা-থংননা ফা-পুনবা হৌখি। বাজার এরিয়াদা ধারা ১৪৪গী মখাদা অথিংবা হুকুম তৌখি। মীওই কয়া ফাখিবগী মনুংদা পোলিটিকেল পার্টিগী মীওইসু য়াওখি। ফাখিবশিং অদুগী মরক্তা পান মণিপুরী য়ুথ লীগকি প্রেসিডেন্ট দোলেন সিংহ, মণিপুর কলেজগী প্রোফেসার নন্দলাল শর্মা, লময়ানবা চেফোংগী এডিটর থৌনাওজম তকন অমসুং পার্লিমেন্টগী জেনারেল সেক্রেটারী থাম্মেম টেকেন্দ্র সিংহ, হায়রিবশিং অসি নবেম্বর ৬ অমসুং ৭ কী লোৎলবা অহিংদা ফাখি। নবেম্বর ৮ অমসুং ৯ গী লোৎলবা অহিংগী নোংঙাল্লমদাইদনা ওজা চিংঙাখম পিশক সিংহবু নোংচুপ বেঙ্গল সেকুরিটি এক্টকী সেক্সন ১১গী মখাদা ফাখি। নবেম্বর ১ গী থৌদোক্তা মরী লৈননবা ওজা পিশক ফাখিবা অসি চুমদে, থাদোকপিয়ু হায়না অপিল তৌবা য়াবোল অমা মওমদুগী 'প্রজাতন্ত্র' চেফোংগী এদিটর জয়চন্দ্র সিংহনা নাগা চেফোং অদুগী নবেম্বর ১১গী ইসুদা ফোংখি। জয়চন্দ্র সিংহ মশামক্তা মিংদা অপিল তৌবা য়াফম অদুনা হায়রি :

> "অহল ওইরবা, ময়ুমদসু সহধর্মীনীনা কয়া নাদুনা লৈরিবা চিংঙাখম পিশক সিংহবু নবেম্বর তাঃ ১ গী ঘটনাগা মরী লৈননা ফাখিবা অসি য়াম্না নুংঙাইতে। ওজা পিশক সিংহসু মচানা সংফেদা লৈখিবগা, সহধর্মীনিনা য়ুমদা নাদুনা লৈবগা য়াথলগী অরাবা পোৎলুম পুদুনা লৈরিবনি। মণিপুর সরকারনা মহাকপু থুনমক জেলদগী থাদোকপিনবা অপিল তৌজরি।"

জয়চন্দ্র সিংহগী অপিল অদু সরকারনা লৌখিদে। ওজা পিশকপু জেলদা অদুম থমখি। মহাক্তা জেলদা লৈরিবা মতম অদুদা, ইং ১৯৭০ গী

নবেম্বর তাং ২৪ গী নুংথিল পুং ৪ বোম তাবা অদুবাইদা ওজাগী সহধর্ম্মীনি ইবেতোম্বী দেবী তাইবংপাল থাদোকখি। মতম অদু মশাগী চহী ৫৪ বোমতা শুবি হায়। ওজাগী লোয়নবীনা লৈখিদবগী মতাংদা প্রজাতন্ত্রনা পাউ ঙমা ফোঙখি। পাউ অদুগী মতেক অমত্তং লৌখৎচবিঃ

> "…. পঞ্চভূতনা শাবা হকচাংগা আত্মাগা কায়নখ্রিজৈদা মপুরোইবগা উনবা অমসুং পূকমেন-পাওমেন্নবা ফংখিদবসি অত্তাবা প্রজাশিংনা থম্মোয় শোক্না নুংঙাইনখিদে। শিশক অসি মহাক্কী সহধর্ম্মীনীনা কেন্নর লায়নাদগী য়াম্না শাখিনা থা কয়ামরুম নাদুনা লৈবা মবম্না মপান-ইপান থোকপা ঙমগদ্রনা অনাবগী সেবা তৌদুনা লৈরক্লবনি। অদুবু নবেম্বর তাং ১ গী ঘটনাগা মরী লৈননা ফাখিবা অদুদা মণিপুর সরকারগী অঙম অথৌশিংগী মফমদা চিংঙাখম শিশক সিংহগী ইমুংগী অবস্থাসি মুন্না খঙবদগী এল জয়চন্দ্র সিংহনা মহাকপু জেলদগী থাদোকপিনবা হন্না হন্না হায়জখিবনি অদুবু সরকারগী অঙম-অথৌশিংনা জেলদগী থাদোকপিদদুনা মাগী সহধর্ম্মীনীগা শিরমদাইদা মীকূপ অমত্তা ওইরবসু উন্নরম্ন বগী অমসুং পূকমেন-পাওমেন্নবগী তাঞ্জা পীখিদবসি মীওইবগী ধর্ম্ম নত্তে.....।"

ওঙা শিশককী সহধর্ম্মীনী ইবেতোম্বীনা লৈখিদ্রবা মতুং মিনিট ৪৫ বোম লৈবগা সবকাবনা মহাকপু জেলদগী জামিন্দা থাদোকখি। ওজাগী লৈখিদ্রবী সহধর্ম্মীনীনা পামজবন্না মতুং ইন্না মহাক্কী শ্রাদ্ধ কর্ম্মগী পোৎযেংদা লাকখিবা শেনফমশিং অদু পান মণিপুরী য়ুথ লীগ (পানমিল) গী মফমদা ডেংবাং ওইনা দান তৌখি।

ওজানা জেলদা লৈবিঙে মতমদা মাগী লোয়নবী লৈখিদবগী থৌদোক মতুং ইং ১৯৭১ গী জানুবারী ৩১দা অমুকসু ফাখিবগী থৌদোক অমগী মতাংদা মণিপুরী সাহিত্যদা মিং লৈববা নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন

সিংহনা ইবা বাবেং – 'চীংঙাখম পিশক : নীংশিং মীৎকুপ থবা অমদি মহাক্কী সাহিত্য' হায়বা অদুদগী মতেক অমা লৌখৎচরি :

"১৯৭১ গী জানুৱারি তাং ৩১গী অহিং নোংয়াইদা ঐবু পুলিসনা প্রিভেন্টিভ ডিটেন্সন এক্টকী মখাদা ফুমদগী ফায়। পুলিশ ষ্টেসন য়ৌরগদি মী কয়া অমসু, খঙনবসু, খঙনদবসু, ফারে হায়না লৈরম্মী। মখোয়গী মনুংদা ওজা শগোলশেম ইন্দ্রমনিসু য়াওরম্মী, মানদি ঐবু খঙপোৎ নত্তে, ঐতনা মাবু খঙবগী য়ানি। নোংঙাল্লগদি ওজা পিশকসু মফি-মরোল নাম্না চন্দন চন্না লংত্রিক লংনা থিল্লদুনা ফাওরক্লে। ঐখোয় মী তরা ওইবমাক্লে পান মণিপুরী য়ুথ লিগ য়াওই, লৈবাক ঈরাং থোক্লবা মতৌ শাগৎলি হায়দুনা ফাবদো। তশেংবমক্তি ঐ পান মণিপুরী য়ুথ লিগতা য়াওদে। ঐবু ফাদুনা লৈরম্বদো উবদা ওজা পিশক হাইফেৎ তকখি। ইবুঙোদি করিগী ' ঐঙা। নন্দলালনসু নুংঙাইতনা হেক হেক হায় ঐগা তিন্নবদগী নঙ জেল চঙলেদো। তৌবগীদি পানগী এরিয়ানদা তৌবা মীফম অমদা ঐ য়া ঙাঙলুই, অদুগা পানগী চেফোঙ 'লময়ানবা'দা মরক মরক্তা আর্টিকল অমা অনী ইখি। অমবু ওইরবসু, অমবু ওইরবসু ফারবনিনা জেলদা লৈরে। ওজা পিশক্না ওজা ইন্দ্রমনিগা ঐগা ঐখোয় অতম পুন্না কা অমদা থম্বিরে। অতৈনা অতোপ্পা কা অনীদা। জেলদা লৈবদো অহল ওইরবা ওজা অনী করিমত্তা নুংঙাইতবা তৌখিদে, অদুবু মখোয়না সরকার হনবদি তোকখিদে। ওজা পিশকতি নুমিৎ খুদিংগী লীক-লুগুন ফজনা শুদোক-চামথোক্লুনা, খুজিন খুয়া তকথোক নাম্থোক্লুনা মশা নাম্না লৈ। অদুগা ওজা ইন্দ্রমনিনা মথাম কৌথোক্লুনা হকচাং-শাজেল তখী, মদুদা ওন্ড জেলদা লৈবা অঙাং ওইরিবা বন্দী খরসু য়াওরে। মতম খরগী মতুংদা লাইরিক-লাইত্ত পাননবা অমদি ইননবা চে-চাং

> খল্লা পুন্সিল্লকপা য়াল্লে। ওজাগা ঐশদি অয়াবা মতমদা সাহিত্যগী মরমদা য়াম্না শাল্লে, নৈনৈ। নুমিদাং অমা ওজানা ঐঙোন্দা বুদ্ধদেব বসুগী 'আফ্রিকা' কৌবা শৈরেংদো হন্দোক্লুবা হায়। প্রেমেন্দ্র মিত্রগীসু 'আফ্রিকা' কৌবা শৈরেং অমা লৈ। অনীমক য়াম্না ফজৈ, ময়াম্না থাগৎলৈ। খঙদে ওইরবা য়াই, বুদ্ধদেব বসুগী অদুদা খোয়দাক্লবা নত্তুগা ঐবু হন্দোকপা হৈয়া। হায়না চাংয়েংনীংবা। নোংঙাল্লগা ঐনা হন্দোকপদো ওজাগা য়েংহল্লি। ওজানা মঙক হাইরদুনা হায়রকই — য়াম্রে য়াম্রে, ইবুংঙো ফেন ওইরে। য়াহৈগী অর্থ হন্দোকপরোমদা হেন্না চঙশিনখিদুনা শৈরেংগী ফজবা রস অদো য়াওদ্রে। অসুম হায়না ওজাগা জেল মনুংদা লৈবসি থা তরুক মখায়রোমনি। আগষ্টকী তাং ১৩ দা ঐখোয় অহম, হায়বদি — ওজা পিশক্কা ওজা ইন্দমনিগা ঐগা থাদোরকখি।"

ইং ১৯৭১গী জানুৱারী ৩১ দা ওজা পিশক, শগোলশেম ইন্দ্রমনি সিংহ অমদি প্রো: নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ অহুম অসি য়াওনা মতম অদুগী পানমিলগী লুচিংবশিং — প্রো: কেঐচ ইবোমচা, প্রসিডেন্ট, ও ভোগেন্দ্রা, ভাইস প্রসিডন্ট, রাই টেকেন্দ্র, জেনরেল সেক্রেটরী, টিঐচ. ইবোতোম্বী, সেক্রেটরী ওর্গেনাইজেসন, নন্দলাল শর্ম্মা, মেম্বর, ও নাতুম, মেম্বর, সিঐচ ইবোহল, মেম্বর অমদি অচৌ তোইজাম্বা, মেম্বর হায়বিরশিং ফাখিবা অসি ওবিষা প্রিভেন্টিভ দিতেন্সন এক্ট, ১৯৭০গী মখাদনি।

ফাখিবা মীওইশিংগী মনুংদা য়াওবিবা সগোলশেম ইন্দ্রমনি সিংহ, চিংঙাখম পিশক সিংহ অমদি নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ অহুম অসিসু পানমিলগী মেম্বরশিংনি হায়দুনা সবকাবনা মখোয়বু ফাবগী মীরিবা গ্রাউণ্ডস ফোর ডিটেন্সনগী ক্লোজ ৫দা হায়রি। অদুবু মখোয় অহুমদি

লিগকী মেম্বর নত্তে হায়বসি মতমদুগী পানমিলগী ওফিসিয়েটিং প্রসিডেন্ট প্রোঃ এল শ্যামকহাইনা মতমদুগী মণিপুরগী লেঃ গভর্নরদা ইং ১৯৭১গী মার্চ ২৮ দা পীবা মেমোরেন্দমদা পল্লি। মেমোরেন্দম অদুগী শরুক মতেক মত্তং লৌখৎচবিঃ

" The clause (5) of the Grounds for Detention is also built upon a fantastic story so crudely fabricated to the effect that Shri Sagolsem Indramani Singh Ex-Principal Chingkham Pishak Singh and Prof Nongthombam Kujamohon Singh are the members of the League and they attended on the 16 December 1970 the meeting of the League in which the decision for disruption of the last Lok Sabha poll was adopted The gross absurdity and utter baselessness of this story requires no comment The alleged association of the League with the three gentlemen is absolutely baseless The fact is that they are not the members of the League and as such have nothing to to with the deliberations of the Central Council of the League

মণিপুর সরকারনা পীরিবা গ্রাউণ্ডস ফোর ডিটেন্সন অসিদা ইং ১৯৭০গী ডিসেম্বর ১৬তা পাঙথোকই ভার্যবিবা অসি অদোনদা বাফমনি, 'নুমিৎ অদুদা মিটিং অসি তৌনবগী মতম অমত্তা লাক্তে।' হায়না লিগকী বাবোলনা ফোঙদোকই। অদোম্বা বাফম অমনা গ্রাউণ্ডস ফোর ডিটেন্সন অদুগী ক্লোজ ৪ না ডিস্ট্রিক্ট মজিস্ট্রেট (সেন্ট্রেল)না পীবা বাবোলদা মসিমসু পল্লিঃ

You along with other leader of the League attended a secret meeting on 13-12 70 at night from 1700 hours to 1900 hours at the residence of Shri Chingakham Pishak Singh S/o Late Ibotom Singh

Yaiskul Janmasthan Imphal and at the meeting it was decided to boycott the Republic Day functions on 16 1 71 in Manipur and to disrupt them by violent means '

হায়রিবা মিটিং অদু লিগকী মিটিং নত্তে, মতম অদুদা শেমদুনা লৈরিবা মণিপুর ষ্টেট ইকোনোমিক কাউন্সিল হায়বা সরকারদা রেজিস্তার তৌরিবা বোডি অমগী মিটিংনি হায়না পানমিলগী ওফিসিয়েটিং প্রেসিডেন্টনা লেপটেনেন্ট গভর্নরদা পাখা মেমোরেন্দম অদুদা পল্লি। মতাং অসিদা মরী লৈনবা রাফম অদু মখাগী অসিনিঃ

' The meeting referred to in the above Statement (meeting of 13-12-70) is the meeting of the Manipur State Economic Council a registered body The declaration of the meeting of the Economic Council as meeting of the League and use of such a declaration as one of the primary grounds for detention of the leaders of the League under the Orissa Preventive Detention Act 1970 provokes shock and horror to every one with a grain of sense Such a declaration is so solemn and dignified as to dereorgnise the fact that no meeting of the League was held on 13th Dec 1970

মতাং অসিদা নীংশিংবা য়াবা রাফম খরগসু লৈ। মণিপুর ষ্টেট ইকোনোমিক কাউন্সিল হায়বা অসি ইং ১৯৬৯গী নবেম্বর তাং ২৩গী অয়ুক পুং ৯ ৩০ তাবদা য়াইস্কুল জুনিয়র হায় স্কুল (কোন্না শ্যামাশখি গার্লস হায় স্কুল ওইখিবা) দা পাঙথোকপা মিটিং অমদা শেমখিবনি। কাউন্সিল অদু শেম্লবগী মীফম অদু ওজা চিংঙাখম পিশক সিংহনা কৌখি। অহানবদা কনভেনর অমা য়াওবা মেম্বর ১১গী এদ হোক কমিটি অমনা থবক পুবা হৌখি। কাউন্সিল অসি ইং ১৯৭০দা মণিপুর সরকারদা রেজিস্তার তৌখি। মাগী রেজিস্তার নম্বরনা — ৯২০/১৯৭০ নি। ওজা পিশকনা মণিপুরগী শেল-থুমগা মরী লৈনবা রাবেং কয়া ইরিবা অমদি

বাবেংশিং অদু লময়ানবা চেফোঙনা ফোঙখিবা অদু ইকোনোমিক কাউন্সিল অসি শেমস্ত্রবা মতুংদনি। অদুনা ওইখ্রিবা ফিভম ময়াম অসি য়েংলুবগা ওজা পিশক্লা জেলদা লৈখ্রিবসি, অহানবগী বিলে হঙ্গব স্ত্রাইক্কী থৌদোক অদু য়াওবগা অহুমলক্লি হায়না লৌনৈ।

অকোনবগী জেলদা লৈকববা মতুং অদুগী মথং চহীদগীদি ইং ১৯৭২ গী ষ্টেটহুদ ফংলবা মতমদুগী ইলেক্সননচিংবা শাঙথোকপা অদুগা ঈবোইননা এক্তিভ পোলিটিক্সতা চঙশিনবা হৌরে। অদুবু পোলিটিক্সতা মীখলগী মীবেপ ওইদুনা মীখল থেংনখিবা অদুদি ইং ১৯৪৮গী মীখল অদুনা অহানবা অমসুং অবোইর্বান।

মহাক্কী লোয়নবী লৈখিদ্রবা মতুং অদুদসু ওজা পিশাকনা শানামিলগী চেফোঙ 'লময়ানবা'গীদমক ইবা লেপখিদে। সঙধর্ম্মিনী' লৈখিদ্রবা থেক মতুং ইং ১৯৭১ গী জানুৱারী চেফোঙদা, ওজানা মণিপুরগী শেল থুমগা মরী লৈনবা বাবেং "মণিপুরগী অর্থনীতি অমসুং মশান্দগী লাকপা মীওইশিং" হায়বা বাবেং অমা ইদুনা ফোঙলকই। বাবেং ফোঙবা মতমদা হান্নদি ওজাগী য়ুম্মাক অমসুং মিং মপুং ফানা হাপ্লম্বা অদুগী মহুত্রা বাবেং অদুদদি "সি পি সিংহ" হায়দুনা ইবকই। অদুবু ইবকা হুৎইবা মতংদা চিংবা অদু য়েংলুবগদি 'সি পি সিংহ' হায়রিবা অসি "চংঙাখম পিশাক সিংহ" হায়বিবনি হায়বসি কোম্না অদুম হঙবা হুম্মী। মণিপুরগী শেল থুমগী মবমদা ইবা বাবেং অদু হায়ফেৎ লাংবা বাবেংনি। অদুনা বাবেং অদুগী মতেক মতেক ওইনা থবা থবা লৈখৎচবনি। বাবেংদু হৈনকপনা অইবনা ইবি ঃ

"পুঞ্জিগী শৈহৌদগী লমদম অদুগী নুংশিৎপু থেম্মোক-হোক্লিন তৌদুনা লমদম অদুদা হৌবা মহৈ-মরোং, মনা মঙীংবু চাদুনা, লমদম অদুগী অভিয়াগী মকোয়দা পাইরিবা লৈচিন অমসুং থোক্লিবা নুমিৎ-থা থবানমিচাক্কা বারী শাদুনা অমদি লমদম অদুগী পোত্নী-চেক্লাগী নুংশিবা

দিশেবু তত্তনা তাদুনা, লোল অমসুং আচার-ব্যবহার তিন্নবা মী কাংলুপ অমগা কোন্নবা মাগী মাগী পরিবেষ্ট (environment) অমগী মনুংদা পুক্নি শাগৎনরক্নিবা তাইবং-মীনা লমদম অসিবু নুংশিজবা হায়বসি হৌনশানি। অদুনা আসামীনা আসামবু, বাঙালীনা বাঙালা দেশপু গুজরাটিনা গুজরাটপু নুংশিজবা হায়বা অসি মীওইবগী মচরিৎকী রাংমা লানবা রাকম নত্তে, মশানা কোন্নজবা রাকন্নি, হায়বদি - প্রাকৃতিক ওইবা মচরিৎনি। ঐনা ঐগী ইমুংগী মীশিংবু নুংশি হায়রগা লৈকায়বু নুংশিত্রে, লৈকায়বু নুংশি হায়রগা ষ্টেটপু নুংশিত্রে, অমদি মণিপুরবু নুংশি হায়রগা ভারতপু নুংশিত্রে হায়বা যাদে।

লমদম অমবু নুংশিবা (Regional Loyalty) অমদি মী-কাঙলুপ অমবু নুংশিবা (কম্যুনেলিজম), সোভিনিজম, জিজোইজমনচিংবা রাহৈশিং অসি মাগী মাগী গুমখৈ লৈইগী মনুংদা ফাজিন্দুনা থবক চথনরিমখৈদি করিসু অকাঙ্বা লৈতে। লৈই অসি লাম্ন্নোক্নুনা অতোপ্পগী মাঙননবা তৌরক্নবা মতমদা হায়বদি মাগী কাঙলুপকীদা খন্দুনা অতোপ্পগী ধর্মদা, থাজবদা, অর্থনীতিনচিংবদা অকায়বা কয়া চৎলক্নুনা অতোপ্পা কাঙলুপ অদুবু মাঙহনবা, তুকথনবা, তৌরক্নবা মতমদা মদু কাংখোং চাইবা খোকহনবা কম্যুনেলিজম, সোভিনিজম (distorted form of regional loyalty or distorted patriotism) কৌই। হৌজিক ঐখোয়গী ভারত অসিদদি ইশাগী কাঙলুপগী খন্দুনা অতোপ্পা কাঙলুপকী মাঙননবা তৌবা অদুদবু কম্যুনেলিজম কৌনরি। অর্থ অসোমদা পুরবদি ভারতনা সেকুলর অমসুং ডিমোক্রেতিক ষ্টেট ওইবা মরম্না কম্যুনেলিজম অসি ভারতবাসী খুদিংনা থাদোক্নদবনি।

অদুনা কম্যুনেলিজম হায়রগা অতোপ্পা কম্যুনিটিগী মাঙনবা তৌরুবা লৈতনা মাগী কম্যুনিটিদু অমসুং মাগী পোকুকম স্টেট অমবু নুংশিবদা অকায়বা লৈতে, মদুনা ওমথৈ-লৈই লায়া অতোপ্পা কম্যুনিটিগী ধর্ম্মদা, অর্থনীতিদা মাঙ-তাকুবা তৌরক্তিবা, অমদি লমগী সিমানা খোপচিন্দুনা মাগী মাগী স্টেটতা লৌশিনবা হোৎনরক্তিবা মথৌদি।

হৌজিক মণিপুর অসিদা কম্যুনেলিষ্ট কনা কনানো ? মণিপুরীশিংনা কম্যুনিষ্ট অমা ওইনা হিংজনবা হোৎনবদা কা-হেজিনা অপনবা পীরিবা মীওই অসি কনা কনানো? মশা-মশাগী কম্যুনিটিগীতা থম্দুনা মণিপুরীশিংবু শেন-থুমগী লম্বীদা মুৎন-মাঙনবা শীনবা মীওই অসি কনা কনানো ? মখোয় অসিবু কম্যুনেলিষ্ট কৌদদুনা, ঐখোয় হিংজগে, মীরক তিঙ্গগে, ভারতকী মপাঙ্গল ফঙজগে, ইজৎ হেন্জৎহঙ্গগে হায়বা ঐখোয় অসিবু কম্যুনেলিষ্ট কৌগদ্রা ? কম্যুনেলিষ্টনি হায়জিন্দুনা শাংথনা ঁ চুপ্পনবা লম্বী শীনখিগদ্রা ? ময়েক শেংম্রবা অচুম্বা হায়রমদি তাইবং মী অসি ফনা পঙদুনসু চাক চারা অনীদং চারগা অসুম-পংলৈ মরৈমু অমসুং ধর্ম্মদা, সমাজগী চৎনবীদা অমদি মখোয়গী ওইবা সংস্কৃতি, ঐতিহ্যদা থাজদুনা অসুম পংহিং-হিংদুনা লৈমু হায়বা য়ারক্তে। য়াথঙ থনবা জীব ওইবনা পঙ্ক-ভূতনা য়ৈরকপা প্রভাবপু নীংশিংবা তৌদনা কাউদুনতা লৈমু হায়বা য়ানরক্তে। "মণিপুরী নখোয়দি মতম কুইনা লায়রদুনতা লাক্লবনি, হৌজিক ইনাক-খুন্নিংবগী য়াথঙ থনবা চুমদে, ঐখোয় মঙা তরুক্পা নখোয় লাক তরামুক ওমদুনা চাবদা নখোয় থক মুৎলোই, অসুম লেংদুনা, তাদুনা মরৈমু" — হায়বা য়ানরক্লোই। মসি মীওইবগী মচরিংকী ওন-তৈনবনি। রেজিওনেল পেট্রিওটিজম হায়বা অসি তাইবং মীগী থাদোক্লবা য়াম্রবা নেচরেল ফিলিং (natural feeling) নি।

> মী হায়বদো ওইবা তোকপা য়াদবনা মসি নমথবা য়ারোই। রেজিওনেল পেত্রিওটিজম্না কা-হেঞ্জিল্লকুনা অতোপ্পা কাণ্ডলুম্ তমদুনা চারকপা মতমদতনি মসিদা দোষ লৈরক্লিবসি। হৌজিক মণিপুরী লাক তরামাথোইমুকপু মপানগী মীওই খল্লনা এক্সপ্লোইট তৌরগা মণিপুরদগী লুপা কোটি কোটি থোমজিল্লগা মাগী মাগী মরমদা নুংঙাইকনবা শীল্লিবা মীওইশিং অসিবু কম্যুনেলিষ্ট, সোভিনিষ্ট, পেরোকিএলিষ্ট কৌদদুনা 'ঐখোয় লাইরবনি, থল্লা ছিংজগে, ইমা মণিপুরবু ইকোনোমিকেল্লি এক্সপ্লোইট তৌবিগনু – হায়জবা ঐখোয়বু কম্যুনেলিষ্ট, সোভিনিষ্ট হায়না কৌশিন্দুনা পংফা-ফাবদি লৈবাক মচা তাদবা শাজৎনি। ভারত সরকারগী উদ্দেশ্য ভারততা লম-লমগী ওইনা অর্থনীতিদা থোং মাল্লদবা হায়বা অদু মুৎথৎপনি, মাঙহনবনি। অদুনা মণিপুরীশিংনা ভারতকী মনুংদা খ্বাইদগী হেল্লা লাইরবা মী কাণ্ডলুপ অমা ওইনা লৈরিবা অসি কোকুনবা হোৎনজরকপদা মণিপুর সরকারনা মতেং পাংবিবগী মহৎতা লম অসোমদা হোৎনজবা মী থরগী শীক্লবা থোক্লেল তাবদা শাখত্নুনা মখোয় পঙফাততা ফাদুনা জেলদা থপ্লিবা অসি সরকারগী অচৌবা পাপনি, অরানবনি।"

বাবেং অদু ফল শাংভি। মতেক থবদং লৌখৎচবনি। বারেংসিগী নুংগী ওইবা বাখল্লোন অদু মতেক থবসিনা অদুম ময়েক শেংনা তাক্লি হায়বসি অপাবশিংনসু অদুম বাখল তৌবল্পা য়াই। ওজাগী বাখল্লোন ফোঙদোকপা বাবেং নত্ত্রগা লাইবিক্তি মশীং য়ামদ্রে। অদুবু পুম্নমক অদু লৌখত্তুনা ইবা নত্ত্রগা ফোঙবা হায়বা অসিমদি অইবগী ইতীক ওইজদ্রে। অদুনা পুক্লিংদা ফাওব' থবদমক লৌখৎচবনি। হেল্লা থিজিনবা কনাগীদমক্তদি কয়া অমা লৈবি অমদি লৈবকখিগনি। মতাংসিগা

ঈবোইননা নীংশিংবা য়াবা রাফমদি, ওজানা মণিপুর প্রজাশিংগী শেল থুমগী রাফম কৃপ্না খল্লি, অদুনা মহাক্কী লোয়নবী লৈখিদবগী শ্রাদ্ধা শেল য়াবমখৈ চগুহন্দনবা হোংনখি। অদুনা য়াম্না চম্না, মীতৈশিংগী চৎনবীদসু লৈবিবা, চেম্পাক ওইনা তৌবিখি। শ্রাদ্ধ থাননবা ফিশিংসু মণিপুরগী য়োংখমগী পোৎথোক ভাক্তা ওইহনখি। শ্রাদ্ধ শেল চগুহন্দবা হায়বসি হৌজিক ফাওবদা মীয়ামগী রাখল্লোন্দা লৈনবিরনি।

ওজা পিশককী রাজনীতিদি পোক্লকপদগী পুক্নি লোইবা ফাওরনি। ইং ১৯৪৮ গী মণিপুরগী অহানবা বিধান সভা অদুনা হৌবেপ ওইদুনা মাযপাকখিবা অদুগী মতুংদা রাজনীতিদগী লাপথোক্লুবসু হৌবেপ্রু ওইখিদ্রে। মণিপুরনা ষ্টেট ওইবক্লনা মতম অদুনদি, মতম অদুদা লৈরম্বা 'মণিপুর নেসনেলিষ্ট য়ুনিয়ন' হায়বা পার্টি অদুগী প্রেসিডেন্ট ওইরি। পার্টি অসিনা মিং হোংদোক্লুনা 'কংগ্রেস লিগ' হায়রক্লবা মতমদুদা, মণিপুরনা ষ্টেট ওইবগী অহানবা মীহুল ইং ১৯৭১ দা পাংথোকখিবা অদুদা ওজা পিশক কংগ্রেস লিগকী প্রেসিডেন্ট ওইখি। মদুগুম্না কংগ্রেস লিগ অদুনা 'মণিপুর পিপলস পার্টি' (এম পি পি) দা পুনশিনখিবা মতম অদুদসু ওজা অসি এম পি পিগী রাকিং প্রেসিডেন্ট ওইরম্বদগী পার্টিদুগী প্রেসিডেন্ট ওইনা ইং ১৯৭৮ দগী থৌ পুখি। ফম অসি ওজা অসিনা লোক্লখিবা ইং ১৯৭৯ গী সেপ্তেম্বর ১২ ফাওবা পাযরম্মী। মহাক্না তাইরংপান থাদোকত্রবগী তুং অদুনদি মগী রাজনীতিগী পুক্নসু অদুম লোইশিনদ্রে।

ওজা চিংঙাখম পিশক সিংহনা ইরবাম্লবা রাবেংশিংগী মরক্তগী খরনি, খুদম ওইনা, মাগী চহী ১০০ শুরগী কুমওন নীংশিং চেফোঙদা হাপ্লবা, 'নহাবোলশিংদা হায়রিবদি নত্রগা হায়নীংলিবদি' হায়বা রাবেং অনীসি মহাক্না মণিপুর কলেজগী প্রিন্সিপাল ওইরম্বদগী পোম্বাবা ভুংদা ইখিবনি। ওজানা মহাক্কী নোটবুক ওইনা শীজিন্নরম্বা অমনবা ডাইরীশিং শীজিন্নদুনা ইরম্বনি। রাবেংশিং অদু ইবগী নুমিৎ, তারিখ হাপলমদে।

অদুবু ডাইবীশিং অদু কবম কবদ্বা চহীগীনো হায়বা অদুমদি ডাইরীদা ইর্বল্লিবা চহীশিং অদুদগী কোম্লা অদুম খঙবা ঙম্মী।

ওজানা ইবল্লিবা বাবেংশিং অসি মতম মতমগী মণিপুরগী মশক তাক্লবা হোৎনবগী মশক অদু লৈবনা মখা তাথনা বাবেং খরসু নৌহৌননা ফোঙদোক্লবা হোৎনজবিবা 'হায়বিবদি নত্তগা হায়নিংবদি' হায়বা বাবেং অদু মখাগী অসিনি।

### হায়রিবদি নত্তগা হায়নিংবদি

-চিংঙাথম পিশক সিংহ

"অচুম্বগী নীংথিবা, নুংশিবা মীনোক্তী মনুংতদা ফজবগী অশেংবা মশক উবা ফংই। লনাইগী ওইজবা থিবগী শকয়েং-মিংশেল মাঙদা থাদুনা অচুম্বনা মশক য়েংজবদা শেগ্নাবনা উবা শক্তম্বু মশাগী অশেংবা মশক্কি হায়না লৌবদা কাংখোং চাইবা থোক্লকই। মতম অসিদা লাই ফাওবা (Satan) লীলা হৌগৎলি।

তাইবংমীনা কুবেরগী মনাই পুমওই ওইখিদুনা মশা-মশাগী থোম্মু ফত-হৌদি চেম্বফম নালাদা হৈদোক্তুনা শম্বুফম নাইদনা চেম্বনবনি। চীনগী মেলা হৌদুনা মীয়াম্বু য়েংননবা কৌশিল্লি। মীয়ামসু মেলাগী জাক-জমক, ধুম-ধামদা মমীৎ থকত্তুনা মদুবু অশেংবা, অফবা মেলা ওইনা উদুনা মতৌ তম্মিংবনা কোয়ঙাওনবা হৌরকই। সমাজদা মনম নমথিবা, অফববু ফত্তবা ওইনা উবা, ফত্তববু অফবা ওইনা উবা, খঙদবগী হৌনশানি, তূম্বা, হীম্বা, চাবা, চৎপতবু পুন্সি ওইনা লৌনরি। শাশিংসু মসিমক মতৌই। অদুবু নঙ শানি হায়রুরবদি উতুপ থাজৎলক্কনি। তৌবিমল খঙবা উৎলকপগী রাদি আঃ-দা! হায়কন্নিবা মাগী মথরায় হিংবদি মরাইবক ফবনি। ঈচেল লৈতবা ঈশিংদা লায়নাগী মহীক পোক্লকই, ঈশিং অদু নোংম-নোংমগী পুমথরকই। ঈচেল

লৈহৱবা হোৎনগে হায়রবদি থূকউ শেন্দবা য়াদে। ঙদিং মনুং অদুদগী ওন্নীরনচিংবা ফাওগৎলক্লুনা শেংদোক্লবা হোৎনজরুবা মীওইশিংবু হাৎকে তারে। মীওইবনা মশা-মশানা হৈনখ্রবা, থাজখ্রবা লীচৎ-লাজৎপু চেৎনা নুংশিনা কোন্দুনা থমজবদা নুংঙাইবা পোকচে। মাঙন-তাক্লবা লীচৎ ফত্তবা অত্তোপ্পা তাক্লুনা চুমথোকপা পামদে। মমীৎ ঙাঙনা, মফি হেক্তা তাখত্তুনা থেজাইনীংই। চাওখৎপনা গভি লৈত্রদুনা মমীৎ তুথদুনা তঙক-তঙক য়েংজদুনা কল্লুনা, তুকথদুনা লৈজরি।

ওইজবা থিবগী কৈশুমশঙদা ফাজিন্দুনা থমখ্রবা ফজবা, অফবা অমসুং অচুম্বা, মীবু নুংশিবা অদুনা ঈশ্বরবু নুংশিবা হায়বা অদুগী মতেংনা থাদোক্কদবনি। মদু তৌদ্রিবা মখৈদি সাটানগী লীলাদা মতেং পাংবত্তা ওইগনি। মপান নাইদ্রবদগী চেন্দ্ররকপা উচেক্দা পূক্লিহনু, তাউথহনু, মদুত্তদা নশাগীসু, মীয়ামগীসু মঙ্গল ওইগনি।

কুবেরগী মশেক-মঙাল পুদুনা মাগী মভু-মচানা থেক থেক নৌগ-নৌ, নাইলোনগী হাতিন মচা থক্তা খন, থূনিং হাইফেৎ য়াংবী তোংদুনা নমাঙদা চৎপা উবদা — 'ঐগী ইতু-ইচাসু মথোয়দোনা তৌফেনা' খন্নবা মীওই য়ান্নক্লে। সনাগী পুখমদা, লূপাগী তেক্কোক্তা — হেরাগী চাক, মণিমুক্তাগী য়েপ্পাং হাপ্লুনা চাবা উবদা তৌনয়ীবা মদুত্তবু পূক্সিগী শন্দুংফম ওইনা লৌনবা ঙাক্তা ঙায়শিন্নক্লে। লক্ষ্মী ইন্নাৎকনুসি, কুবের তান্নোকসি হান্নবা নত্তে। হায়রিবদি, মথোয়বু নরন্নাইগীতা ওইনবা ফাদুনা নঙগী নশাগী য়োৎকী উপু মনুংদা থন্নলা নঙগী ইন্দ্রি সেবাদত্তা শীজিন্নগনু — অসিনি। ফংবা অমসুং খরচ তৌবত্তবু পূক্সি ওইহনগনুসি অসিনি। ইন্দ্রিগী জগত্তা ঙাক্তা লৈনগনুসি, য়াথল অমসুং থম্মোয়গী জগত্তা চঙদুনা অনী অসিগী খূৎলমদা চৎহন্দুনা মথোয়গী খুদোঙীনা থিনবা

মায়কৈদা চংনবা হোংনসি অসিনি। শেংপদা, চাবদা ঐগী ঐগী নোংমা নোংমগী পুন্সি মরেন্দা মীয়ামগী ইন্টরেষ্ট মাঙদা থম্বিয়ু অসিনি, হায়রিবদি :- নীতিজ্ঞান্দা মুন্ফম ওইদবা থবক খুদিংমক লৈঙ্ঙোইনা পঙ্থংবনি অমদি মুম্বি, থুনা নীংথায়রগনি, – অসিনি। হায়রিবসি, – থম্মগী পাস-পোর্ট খুং য়েংনা পাম্নদুনা পৃথিবী অসিদা লৈনবা ভিসা খুং ওইনা পায়, – পৃথিবী অসিগী প্রজা অমা ওইনা লাকপা নুমিত্তগী ঙসি ফাওবা অসিদা তৌনরকপা থবকশিংগী ডাইরী ফাকুনা রেকোর্দ হঙংনা য়েংবদা ইশা ইশাগী ওইজবা থিবা নত্তনা অতৈ অমা থেংনহনবা ঐখোয়না জাতিগী মফমদা, মীওইবগী মফমদা অরানবা মচৎ চৎথিবগীদমক করি প্রায়শ্চিত্ত তৌসিগে থম্বিয়ু অসিনি। হায়রিবসি, নহারোল অহল্লোয়না, অঙাং খুদিংদা নহারোলবু তুংগী মুখী নত্তগা মুন্ফম ওইগদৌরিব্রা হায়না তত্তনা পঙ্খি, থম্নগদবদি মুখী অসিবু লৈঙ্ঙোই চোঙ্গ্রোবীতনা চনথৎপা মুখীরা, নত্তগা সিমেন্ট নীংথিনা হাথুনা মনুংদা য়োং ফুমদুনা মপাঙ্গল চেৎলবা মুখীরা অসিনি। হায়রিবদি নখোয়না চহী হেক খুদিংগী শহীদ পুজা কৎলি অদুবু শহীদশিংনা হায়রি, নখোয় লোইনমক শিরবনীনা ঐখোয়না হিংগৎকনি, অর্থ লৈরব্রাও ? নখোয়গী মিংথৈগী অর্থ থোক্কদবনিকো!" অমাবশিং অসিনি' হায়রিবদি, মখুৎ ওইনা রাশ-শাস্ত্রে, য়েংনা লাজোল, কাওরেন পাবোং তুংইল্লিবা, অর-তি-তি খোয়োক্কা লৌবুক লম্বাং খোম্বাং য়ৈহল্লিবা নিপা অসিগী মফমদা লূকক্কনা তুং-ইল্লিবা অমদি য়োংলবা ফনেক মথক্তা য়োংলবা নমথাঙ, খাংচেং মচি-লাংলিবী, কোকথক্তা লূপ্লবা লূকথোং পুরিবী, মমায়দা হমাং লৈরীক তত্তনা শিল্লবু মখুৎ হাইগৎনা তৈথোকপা ফাওবা ঙমজরবী ইমা ময়াম অসিগী মফমদা রানা চৎলিবা মীওইবগী ভগবান অসিবু উবা ফংবা নহারোল মরক্তগী

অমত্তুং থেংনজরবদি খুরুমজনিংই,— অসিনি। হায়রিবদি,— হায়বদি, ইশা-ইশাগী ইন্টরেষ্টকা ইরৈবাকী ইন্টরেষ্টকা অমত্তা ওইশিন্নহন্নবা ঙম্বা মীওই কয়া লৈরবগে ? অশূনবা মী কাংলূপ অমগী চাওখৎ-লমীদা চঙশিনবা হায়বা অসি লয়াইগী ওইজবা থাদোকপগী মনুংদতা ওইবনি, প্রকৃতিগী আইন অসি খঙবা অমসুং খঙলদুনা মদুগীদমক চপ লেপ্পবা মণিপুরী মরক্তা কয়া য়াওরবগে অসিনি। হায়রিবদি — অরাংবা আদর্শ অমমম ফংননবা লাঙতক্নুনা ফুজিন্নিবা অদুবু নহারোল কৌনিংই। মণিপুরী নহারোলশিংগী করিনো ? করম্বা আদর্শ ফংননবা মথোয়গী মপাঙ্গল মরৌশিং মতীং ফংনা কুপোক্নরিবগে মখা তানিংই — অসিনি। হায়রিবদি — লৈবাক্কীদমক কনবা তৌগে খনবা মীওইশিংনা হন্নবা থাক্কী মীওইশিংবু অহেনবা থাক্কী মীশিং অদুগী চৈওরদা চঙশিন্নকউ হায়গদবা নত্তে, হন্নবা থাক অদুদা কুমথদুনা ইশা অমত্তনি হায়বা ভাব পোকহনগদবনি — অসিনি। হায়রিবদি হন্ননা য়েংবগা, হন্নংনা য়েংবগা তিন্নবা য়ারোই, হন্ননা য়েংবনা হন্নংনা য়েংবগী সেবা তৌবা য়ারোই, মপু কনানা মীনাইগী সেবা তৌবগে ? মীনাই ওইনা চঙদুনা মীয়ামগী সেবা তৌগদবনি। হায়রিবদি — সেবা হায়বসি নুংশিবগী পোকপনি, নুংশিবা হায়বদি অমত্তা ওইমিন্নবা হায়বনি — অসিনি। হায়রিবদি - ভারতকী তোঙান তোঙানবা মী কাংলূপশিং — বাঙ্গালী, আসামী, মাদ্রাজী, পঞ্জাবীনচিংবা কাঙলূপ অসিবু চাওখৎপগী অরাঙ অনেম নাইনা থাক পরেং অমদা লেপ্পহনবদা মণিপুরীগী লেপফম অসিবু মখা ইথং থংবা থাক অদুদা ওইরোইদ্রা ? ফিবম অসিদা মণিপুরীগী নোংমা-নোংমগী চৎলিবা শাক্তং অসিবু ইকায়নিংঙাই ওইদবরাও ? — অসিনি। মসি খঙবা অমসুং খনবা মীওই কয়া ঐথোয়গী ইরক্তা য়াওরবগে ? — অসিনি। হায়রিবদি — জাতি

খুদিংগী ইতিহাস পাউ খঙগনি, জাতি অমনা হিংবা হায়বসিদি জাতি অদুদা মশাগী ওইজবা থাদোকপা ঙম্বা অমসুং জাতিগী সেবাদা চঙবা ঙম্বা মীশিংগী মতেংনা ওইবনি। মণিপুরী ঐখোয়গী ইরক্তা মদুগুম্বা মী কয়া য়াওরবগে ? জাতিদা বিশ্বাসঘাত তৌদুনা মশাগী ওইজবা খিবা মীওইতনা য়াম্লক্লবা, অমসুং জাতি অদুদা অসিগুম্বা মীওইতনা অরাংবা মফম ফংনরক্লবা হায়বদি মীওইবগী অফবা গুণ অমত্তা রাখলদা পুশিন্নবা তৌদনা হৌজিকপৎকী পোৎতনা মীওইবগী অনেম-অরাং, অচৌ-পিশকী খল ওনরক্লবা মতমদা জাতি অদু মুৎকদবা কুইরবনি, লৈবাক মচা পুম্নমক, রাফম অসিদা পানশিন্দুনা মণিপুরগী মরমদা অমুক্ত খল্লবিয়ু, — অসিনি। হায়রিবদি — শূন্যদগী অতোপ্পা মশীং অমা থাইদোকপা য়াদে, তিনশিনবদি য়াই, অদুবু মণিপুরীশিংদি শূন্যদগী তত্তনা থাইদোক্লুনা পুন্সি লেনবা ঙম্মী হরাও-তয়াম, নোক-খেবতনা পুন্সিগী অরাংপা পুম্নমক মেনথংপা ঙম্মী। সাবাস, ইরৈবাক মচাশা, সাবাস, সাবাস, নহারোলশিং!"

মণিপুরগী মীওইশিংনা মশাগী শেঙ্খোক-লম্বীগী মতাংদা রাখল ইতৌ তৌদনা খবচ পংতৌদা তৌথোকপা অসিগী মতাংদা ওজা পিশকনা হায়র্লম্লবা "শূন্যদগী অতোপ্পা মশীং অমা থাইদোকপা য়াদে, তিনশিনবদি য়াই, অদুবু মণিপুরীশিংদি শূন্যদগী তত্তনা থাইদোক্লুনা পুন্সি লেনবা ঙম্মী" হায়বা রাফমসি অর্থ য়াম্না চেনবা রাফম্নি। লাক্লিবা মীবোলশিংদা খঙ্দৌ হায়বনি। ভুংগী মীবোলশিংদা তৌবিবা অপিল অসিগা ঈবোয়নবা "নহারোলশিংদা" হায়বা রাবেং অমা ইবল্লিবা অদুসু লৌখৎচবি।

নহারোলশিংদা

-চিংঙাখম পিশক সিংহ

"জাতি অমা হিংবা হায়বসি জাতি অদুগী মরৈবাক অদুদা শীৎলিবা নুংশিৎ, তান্নিবা নোং অমদি মদুদা ওল্লিবা

নুমিৎ, থা-থবানমিচাকশিং অদুনা নত্তে, জাতি অদুবু লেঙ-খোৎহল্লিবা অমদি থবক্তা ইনশিল্লিবা পেসন অমসুং আদর্শ অদুত্তনা হিংহনবনি। আদর্শ অদুগী লেম্বা বাংবা, পেসন অদুনা অকবা-কত্তবা করাদা চঙনীংবা অদুগী চাংদা জাতি অদুগী চাওখৎনবগী নত্ত্রগা হল্লবগী চাং ওইখিগনি। অপেংবা আদর্শনা 'সেবা অমসুং থাদোকপা' অনী অসিত্তনা ওইগনি, মসিগী মুন্ফম্না 'নুংশিবা' মসিগী দর্শন্না পূম্নমক ঈশ্বরগী মচানি, মাগী শরুক অমনি, মাগী মচেৎ অমমমনি হায়বা অসিনি। মসিবু থম্মোয়দা ফাওহন্দুনা পুক্তি চখনবা মী মশাং মাম্বগী চাংনা জাতি অমা চাওখৎপা হল্লবগী চাং ওইগনি। নীংশিংবদা থম্মোয়দা কিবা, বাখল্লা অপেনবা পোকহনবা, অরানবা তৌগে খল্লকপদা, নত্তবা মচৎ চৎনমদাইদা মাগী পুক্নিংনা মদুদা চপ চপ লেপ্পদুনা অরানবদগী থক্তোকহনবা ঙম্বা মী লৈরুদবা জাতিনা চাওখৎপা ত্তপকনি।

ঐখোয়গী মণিপূরদি হৌজিক লম্ অসিমা ইহো হোদুনা লৈরুরি। অদুনা ঐখোয়না হৌজিক তৌগদবশিং অপূনবা সংস্থান অমা আদর্শ ওইনা লিংখৎপা নত্তনদি অমমম ওইনদি হায়বিবা অসি থোকহনবা যাখিরোই। ঙসি হয়েংগী বা নত্তে, মতম য়াম্না কুইনগী মকুংদা ফাওবদসু মণিপুরদা ফিদমনিংঙাই ওইবা মীশক থোরকখিরোই।

মীবু মীনা থাজদবসিসু পাপনি অদুনা লানগল্লি। মী মনুংদা লৈরিবা ভগবানবু থাজদবনি। মী খুদিংগী অকবা শরুক, লাইগী শরুক য়াওরি। য়ানরিবদি লাই অদুবু হৌদোকপনি। লাই অদুদি তুমদনবু ওইরবসু, মীকপ থোক্কবু ওইরবসু পোয়দনা মরেরবনি। পাপ তৌনিংবগী, অরানবা মচৎ চৎনীংবগী মনুংগী য়েকবা মরাম্না ত্তরনা

মকোক হাইগৎনরকপনা লাই অসি তুকথদুনা লৈবতনি। চোইজাইননা লৈবা মচু মরামদু কমকম চানা লৈহল্লগা নীংথিনা লাই অমা য়েক্লকপনি। কাং-খোং চাইনা তাদুনা লৈবা লৈই ময়াম্বু খোমজিল্লগা লৈইসি সুর ছন্দ পানশিন্দুনা মূর্ত্তি কয়া য়েক্লরি, মীওইবগী থম্মোয় পেল্লরি। তোঙান তোঙানবা খোম্লোক অমসুং রাহে কয়াবু পুনশিন্দুনা শক্লরি দৈশে ওইনা, লেংনরি শৈরেং ওইনা, পেল্লরি পেলহল্লি থম্মোয়।

মণিপুরগী নহারোলশিং অসি তোঙান তোঙানবা মচুনি – অঙাঙবা, অশংবা, অমুবনচিংবা, চীৎথদরে মচু অমত্তা, মখোয় অসি অতিংবা, অখোয়বা, খোই-খোইবা লৈইশিংনি, করি রাৎলি ? মখোয়না ওইরি অনেম্বা, অরাংবা, রাংদ-রাংবা, নেমদ-নেম্বা, খোম্লোক কয়ানি, করিসু রাত্তরে। অদুদা রাৎলিবদি মচুশিং অসিবু খোমজিন্দুনা কনানা নীংথিনা লাই অমা য়েকপিগদৌরি? লৈইশিং অসিবু পুনশিন্দুনা মূর্ত্তি পাল্লা শাগৎপিগদবা অসিনা কনানো ? কনানো খোম্লোকশিং অসিবু তাল, সুর, ছন্দ, পানশিন্দুনা মণিপুর ইমাগী ভাব-রাজ্যদা তাউথহনগদৌরিবা অসিবু ? অপুনবা সংস্থান অমগী মথাদা থকশি-খাশি নাইনা পুনশিল্লবতদা ইমা মণিপুরবু মশক ফজহনবা ঙমগনি, ইমাগী য়াইফবা ওইগনি। তুরেল মচা অমনা, লৈরক মচা অমনা অমদি খুদোং চানবগী থোনবা লমগী মিং অমনা ঐখোয়গী অপুনবা ফংনবগী রাখলগী চৈথে লৈই ওইনম্রবা, ইরি-ইতাগী, শাগৈগী, ইমুং-মনুংগী ওইজবা থিবা, রাকম পুম্নমক ইমা মণিপুরগী অপুনবা ওইজবগী খুয়া-খাদা কথোকপা, অপীকপা, অচম্বা ওইজবা পুম্নমক অটৌবা অপাকপা ওইজবগী খুয়া-খাদা কথোকপা, অপীকপা, অচম্বা ওইজবা পুম্নমক অটৌবা অপাকপা ওইজবনা মুথৎপা

ওম্লবা, ইশাগী ওইজবদগী সংস্থানগী ওইজবনা অমসুং সংস্থানগী ওইজবদগী ঈরেবাক্কী অপূনবা ওইজবনা হেল্লি খনবা অথোইবা মীওই খরগী লূচিং মখাদা অকনবা সংস্থান অমা লৈতনদি মণিপুর হিংবা য়াগনি, মীখা-থানা লৈথিগনি। লয়াইগী ওইজবা থিবা পূম্নমক ইমাগী যজ্ঞগী বেদিদা বলিদান কৎপা ঙমগদবা, থাদোকপঙনা আদর্শ ওইবা সংস্থান অমা পাম্মী। লয়াই ওইজবা থিবগী, তিন্নদবা কাংলুপ ময়াম অসি অমগা অমগা থেঙ্গাইনদুনতা লৈনরি। হৈ-শিংবা হেনবা, মীনম্বা ঙাংবা ঙালেংদবা, মীনপ-থোইনপনবগী মতেং পীজিন্নবা হৈবা, ইকায়বা নাইদবগী চাং মতুং ইন্না লয়াইগী ওইজবা ফংনরি। মতুং তারকপা মহয়না 'জাতি মূৎপা'। পৃথিবীগী জাতি অতৈনা চাওখৎ-লম্বীদা কদায় মৌম্রবগে হায়বা অদু খনবা অমসুং খনবগী য়াদি থাপ্না থমখিসি। মণিপূরগী নহারোল্লা, ভাবতকী ষ্টেট অতৈনা করি তৌনরিবগে হায়বা ফাওবা খঙবিদে। খঙদে হায়বসি মপান থোক্লা উৎপা, নোংমা-নোংমগী লেন্নবিবা পুজি মরেন অসিনা ময়েক শেংনা তাক্লি। মসিদা ইশা ইশানা য়াদবা কাঙবুবু শাওরিবনি। মশানা মসি পুম্নমক অসি খঙলবা অমসুং খন্নবা মী ওইরবদা ঐখোয়না চৎলিবা মচৎ অসি করিগুম্বদা চৎলোই। খঙন-খঙনা চৎলগনা ঐখোয় লাল্লি, ঐখোয়গী করিসু আশা তৌফম লৈতে। মমাগী গর্ভনুংদগী হেক থোরক্লুনা মদোম মথক্তা তাবদা 'হংঙা' খোক্লেল থোকখিবা নুমিত্তগী লমদম অসিগী নুংশিৎপু নিংশা স্বর হোক্লরদুনা লমদম অসিগী মহৈ-মরোং চাজদুনা, লাইজ-ঈশিং থকচদুনা পুজি ঈচেল চেম্নুনরক্লপা- ঙসি ইমা মণিপুর চাক্তোন-ফিদোম্নমা লেনববু করিমত্তা খনবা তৌদনা 'শাবীগী খুত্তা শানৌনা পায়, শানৌগী খুত্তা শাবীনা পায়' হায়না চোংদুনা লৈবা

ঙদা ঐখোয় অসিবু করমা মী কাঙলুপনি হায়রসিগে ? পৃথিবী কৌবা গ্রহ মচা অসি অতোপ্পা জাতি থরদদি য়াখলগী চখোম কায়দুনা অতোপ্পা গ্রহ কয়াগী য়াথল থররি। অদুগা মণিপুরী ঐখোয়না চাওখৎ-খোঙথাং তপথহনগদবা ঐখোয় মশেন খেজাইনবগী মনুংদা শক্তি পুম্নমক শীজিন্নদুনা তারিখ লায়বা (out dated) য়াকম থরদা চপ্পবা পুন্সি লেররি। হৌজিকী মণিপুরগী নহারোপ্পা তৌথোক্লকপা খৌদোক তায়গা কনা কনাণ্ডম্বনা 'মখোয়না তম্বা লাইবিক অসিদা তিনশিনব' থাইদোকপা অমসুং নীতিজ্ঞায়চিংবা শুকয়াও য়াওদবা জাৎলা' হায়না হংনরি। হংলিবা মখোয় অসিবু লায়ে হেক হায়বসু য়াগ্রি। তৌথোক্লকপা মওং-মতৌদগী হায়নরক্লিবনি। নত্তগা মশা মশাগী ওইজবা থিবগী মৈথুনা অচুম্বা য়াখলগী মমীৎ কুপশিনখিদুনা মীওইবগী অফবা গুণ পুম্নমক মাঙখিদুনা তৌত্রা ? নহারোলশিংনা কাউবিরোইদবদি ইশাগী লম্নাই ওইজবা থিবগী য়াখয়া মাঙদা থম্লরিবা মখৈ করিগুম্বা সংস্থান অমত্তনা মশক ফজবা ওইহনবা ম্নারোই। মসন, হকচাং অমসুং পাঙ্গল অমা, জাতি অমা করি অমুক হায়গনি জগৎ অসি ফত্তবা ওর্গেনিজম অমমম্নি। পার্ট অমত্তা মরম্নাই ওইনা থবক তৌবা য়ারোই। হেক তৌবদা ওর্গেনিজম মপুম অদু অমাঙবা খোক্তনি। মসিগী চাংয়েং অসি ঐখোয়গী মণিপুরদা পানশিন্দুনা য়েংলকপা মতমদা নীংবা কায়বা মশানা তাবনি। মপুং ফানা লৈতে হায়বসু চুম্মী। মপুং ফাববু আদর্শ ওইহল্লপা মাগী মনাক নকশিনবা তাববা ঙাক নত্ত্রা ? ময়ামগী ওইবা য়াখল অমা লৈতবা মী অদু মী নত্তবা জীব অতৈগা পাংথক্লি। জীব অতৈগীদি ইন্দ্রিগী দাবীশিং অদু থুংহনবা তৌবতনা পুন্সি ওইরি। মসিদি মরম্নাই ঙাক্তনি। তাইবং মীশীদি মসি ওইহনবা

য়াদে। মসিগী মথক্তা শাগৎপা ওন্নগী চাংদা মাগী লাইগী শরুকী মতীং ফুদোকপা ওমজরিবনি।

নহারোলশিংগী ইন্দ্রিশিংনা মপুঙ ফানা তিং তিং লাউনা কনথংলকপা মতম অসিদা খোপ্রা ইন্দ্রিশিংগী লীচিং অদু অচুম্বা খোংনুংদা চেম্মুহনবা ওমদদুনা মখোয়বু ইন্দ্রিগী শাররপোৎ ওইহল্লি। কাংখোং চাইবা পুন্সি লেররি। মশাগী মগুণবু চান্মনা পুরিদুনা, দোষবুনা চান্মনা য়েন্দুনা মপুং ফাবদা ঐনা মহেক্নে খল্লি। ঐনা মহেক্নে খল্লবা মীওই অয়াম্বা পুনশিল্লগা সংস্থান অমা শাগৎপা য়ারোই।

'মতুং ইনবা হৈয়ু, লুচিংবা ওইবক্লবা' হায়বা পাউরৌ কাউথোক্লনু। মতোন্দা থাক্লৎশিগে হায়রবসু হেক য়াথোক্লনু, তারক্লনা নখোঙ নখুৎ তেক্লনি।

নহারোলশিং অয়াম্বা অসি ময়ামগী ওইবা সাগ্লাল খরা মথুক্তা লৈতবনা ভুবেল কাওশিংগুম মতমগী ইরেন্দা তাওথনরি, সমুদ্র মৌবদি থাপ্রা থদ্রদুনা লম্মখাঙদা কনানা লোক্লগা শীং ওইনা মৈ থাদোক্লনা পুন্সি খম্লরি।

তৌগদবদি মণিপুরগী অরাং অপার্গী, অশোয় অঙামগী লিষ্ট অমা থম্লবা শেম্বীয়ু, মাঙ-মাঙদা ইঙান-ঙালা থম্বিয়ু, ওইবা য়াই শেন্নুমগী ফিডম, ওইবা য়াই সমাজগী পাজল তাক্লিবা, ওইবা য়াই চৎনবী অমদি রাজনীতিগী খোঙচৎ। হোটেলগী চোইঙাংনা, উৎসবকী পুক থরক্লবা মতমদা পংঙাং-ঙাংনবা অদুনদি জাতি শেমগৎপা য়ারোই। মথুক্তা অপুনবগী ওইনা সাগ্লাল অমা লৈতবা নহা অদু নহানিবু হায়নিংদে, মীরক্লেন্দবু চন্নিংদে।

মনানুংদা ফুমদুনা লৈরি লৈরাংনা, লৈরাংনুংদা ফুমদুনা লৈ উইহেনা। উইহেনা মমুন ফারগা তাইবংনা হিংনরি, পেন্নরি। মদুবু কাউদুনা হে মণিপুরগী নহারোলশিং, ইন্দ্রিনুংদা, থম্মোয়নুংদা, খোপকী মনুংদা ফুমদুনা লৈবা

শক্তি পূম্নমক মপাল শাংকায়হন্দুনা নুংশিবা মনমতনা তাইবং শুমহৎলো, মপালশিং অদুবু মমূন কারবা, অমৃত চেন্নবা উহে ওইহন্দুনা পীজরো ঙসি ইমা মণিপুরবু।

নেতাজি বোসনা শিলাপূরদা নোংশাগী লাল্লাউ লাউদুনা কৌরকখি। 'ঙ পীয়ু স্বাধীনতা পীগে' হায়না, ঙসি মণিপুর ইমানা পান্নিবদি ঙ নত্তে, পান্নিবদি সেবা অমসুং কথোকপা (Service and sacrifice) ফিদম ওইবা ডিপ্লোমেসিগী মিংদা য়ুম্ফম ওইদবা, ভূগোলগী মিংনা রাখল চপশিনহন্দবা নহা অমত্তং, শুপ্নগী অমত্তংতনি। মসি ফংদবনা, থেংনদবনা ঐখোয়না রাজবনি। শূন্যদা শূনা লাক অমা তিনশিনবদা ফনদি শূনানি।

রাবেং অসি ওজানা ইং ১৯৭২ লোইশিন্নকপা নত্তুগা মতুংদা ইবা ওইবমগনি হায়বা অসিমদি ইবন্নিবা নোটবুক অদুনা তাকই। অদুবু চপ-চানা কবন্ধা মতমদা, কবি নুমিত্তা ইবন্ধগে হায়বা অদুমদি তাক্লমদ্রে। মতম অদুদা মণিপুরগী লৈবিবা ফিভমদা ওজাগী পূক্লিংদা কবি ফাওবগে হায়বা অদু রাবেং অসিদগী নীংথিনা খঙবা ঙমগনি। মতম অদুগী মণিপুরগী ওইবিবা ফিভমদা নহা ওইবশিংনা কদায় ফাওবা পুক্লিংগী রাখল তৌনা থবক তৌগদগে হায়বা অসি রাবেং অসিনা নুংদা থম্নগা নহাবোলশিংদা খঙহন্নবা হোৎনবকপনি।

ওজানা ভঙনা হায়বম্মী। লম্নাইগী ওইজবা থিবা কাংবুনা পুক্লুংদা মশা মশাগী ওইজবগী রাখল অমমম ফুন্নবা মীওইশিংনা পুন্না থবক তৌমিন্নবা য়াবা হৌনদে। থবক্তী সেবা অমসুং কথোকপগা লোয়ননা তৌগদবনি।

*রাজনীতিদা চঙবদা, শেল তানবগী লষী-খিবদা, জনী অসি পোংশক অমত্তা ওইনা লৌনখিবা, "জাতি উৎ ওইনা তুমজখিসনু ঐতদি ইনাক খুন্দবা রাদে" হায়বা মীওই ভাতনা রাজনীতিদা চঙনদুনা লাকপা মরম্না মণিপুরনা অসুক শাখিনা লৈখা তাখিবনি।*

জাতি অমা মী কাংলুপ অমা মুখরক্তে লন্তুগা মুৎপা তারে হায়বা খণ্ডননবা অহানবা মশাম্মোংদা উথোক্লকপা সিম্পতোম অসি করি করিনো খন্নদুনা য়েংসি :-

১. জাতি অতৈগী মনুংদা জাতি অদুগী লৈফম খণ্ডজদবা মীওইনা নম্নবা

২. মদু খণ্ডবা মীওই খন্না য়াওরিবা অদুসু মশাবু মশানা থাজজদবা মরমদগী মজাতি কনগে, মীয়ামবা উৎকে হায়না হোৎননবা থৌনা লৈতবনা, অচেৎপা অইনকনবগা কোয়না মখদাং চীক্লা হোৎননীংম্নবা

৩. মশাগী ওইজবা থিবগা জাতিগী ওইজবা থিবগা অমত্তা ওইনা লৌদুনা "ঐগী" হায়বদো মুখকুনা জাতিগী সেবাদা চঙবা ঙবা মীগী মশীং ইয়াও-য়াওম্রবা।

৪. জাতিদা বিশ্বাসঘাত তৌদুনা মশাগী ওইজবা থিবা মীওইতনা য়াম্রক্লবা অমসুং ফত্তবা পাম্বৈতনা লল শৈশিন্নবা হোৎননরকপদা শৈশিনখিবা ললনা মরম ওইদুনা সমাজদা অরাংবা মফম ফংনরক্লবদি জাতি অদু মুৎকদবা কুইদ্রবনি।

(মথক্কী য়াফমশিং অসি ওজানা নোট বুক ওইনা শিজিন্নবা ইং ১৯৬৯গী ডাইরীদা ইরম্বা ওজাগী বাখল্লোন্নি।)

পুন্নমক অসি খল্লুবগা ওজানা মাগী মচাশিংদা ও গুনা হায়বম্বা অমা নিংশিংনিঙাই ওই – 'জাতি অমা লৈরবদি মবৈবাক নীংবা মীওই লৈবা তাই। মরৈবাক নীংবা মীওই লৈতবা জাতি অদুদি জাতি ওইদ্রে'। ওজাগী বাখল্লোন অসিদা কুপ্না খল্লুকবগা, ওজানা হিংলিঙৈ মতমদা কবো ভেল্লিগীদমক লৌখৎলম্বা থবক কযাদু. হৌজিক জানুবারি ৯গী থৌবমশিং চহী খুদিংগী সবকাবনা লৌখৎলকপসিদা নাংশিংলকই হায়না শোন্নবকপা মীওই কয়া অমা লৈবী।

ওজাসু, মহাবাজ গম্ভিব সিংহ অমদি মণিপুববু নিংথিনা নুংশিখি। অদুনা মহাবাজ অসিগী লংথবালদা লৈবা মোংফমদা ইং ১৯৭০ গী জানুবাবী ৯ দা পাংথোকপা মহাবাজ অমদি মাগী থবকশিংবু নিংশিংবা

থৌবমদা ওজাসু শরুক য়াখি। মোংফমদা পাংথোকখিবা থৌবমদুগী মতাংদা পান মণিপুরী য়ুথ লীগনা থাগী ওইনা ফোঙলম্বা 'লময়ানবা চেফোংঙনা ইং ১৯৭০ গী ফেব্রুবারী চেফোংগী না: ৩৫ দা ফোঙখিবা বাবোল অদু লৌখৎচবি।

৯, জানুবারী ১৯৭০

পিপলস রেলফেয়ার ওর্গেনাইজেসন অমদি লাংথবান কুঞ্জগী ওর্গেনাইজেসন কয়ামরুমগা পুন্সিনদুনা, মহারাজগী নিংশিং ফুরা মমাংদা, গম্ভীর সিংহ মহারাজগী ১৩৬ শুবা নিংশিং কুমওন মপুং ফানা পাংথোকখি। থৌদোক অসিদা শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র অমদি শ্রীচিংঙাখম পিশকনা মথং শিংনা সভাপতি অমদি অথোইবা অতিথি ওইবিখি। থৌদোক অদুদাশ্রীগংঙমৈ কামৈ, ডা: চন্দ্রমণি অমদি শগোলসেম ইন্দ্রমণিনচিংবনা বাফম কয়া নৈনবিখি। লৈখিদ্রবা ইনিংথৌনা মণিপুরবু করনবা হোৎনবদা পুথোকখিবা থৌনা, লীংজেল, মরৌশিং কয়াবু শীংথাদুনা নৈনখি। লৈখিদ্রবা ইনিংথৌগী নিংশিং ফুরা অদুবু তেক্ত-কায়দনা থম্মনবগীদমক্তা শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রনা সভাপতি ওইদুনা কমিতি অমা শেমখ্রে। কমিতি অদুনা ফুরা অদু শেমজিল শাজিনবদা চংগদবা শেনগী অয়াম্বা শরুক শ্রীরাজকুমার মাধুর্য্যাজিৎনা পুথোকপীগনি হায়দুনা সভাদা লাওথোরকপদা মীয়াম্না থোইদোক হেন্দোক্না নুংঙাইবা ফোংদোকুরক্লি।

ওজাগী রাজনীতিগী লামায় অসি লোইশিনখ্রবসু ওজানা হায়রম্বা কাউঙমদবা বাফম অমা নৈ :

"থৌশাদবা, চাউথেক-থেকপা মচৱিৎ অসিনা মণিপুরীশিংগী নৈখা তানবগী খ্বাইদগী চাউবা মরম্নি।"

(লময়ানবা, জা: ১৯৭১) ●

# অহমশুবা শরুক

## এডুকেসনগী হীরমদা চিংঙাখম পিশক

হৌজিক ভাবত অমদি মণিপুরদা মীওইশিংনা ফংনরিবা এডুকেসনগী মওং (শিক্ষা পথাপ) অসি নোংচুপ্রোমদগী শন্দোকখিবা হায়রবদি বৃটিশনা শন্দোকখিবা শিক্ষাগী মওং অদুনি হায়না লৌনৈ। অদুনা ওজা পিশকনা যাম্না অঙাং ওইরিবিদগী মহৈ তম্লকুনা এম এ পাস তৌবকপা ফাওবগী মনুংদা লৈবকখিবা/ ফংলকখিবা শিক্ষা মওং অসি বৃটিশনা ইন্দিয়ানা/ মণিপুরদা লাক্লবা মতুংদা শন্দোকখিবা শিক্ষা মওং অদুনি। বৃটিশনা মণিপুরগী নীংথিনা শম্নবক্লবা, মরু ওইনা ইং ১৮৯১ দা মণিপুরগী শাসনগী থবক অসি বৃটিশনা মখোক থোংনা পুম্নবা মতুং অদুদা লাকখিবা শিক্ষা মওং অদু হৌজিক ফাওবদা চৎনরি। অদুনা বৃটিশনা শন্দোকখিবা শিক্ষা মওং অদুদা মণিপুরীশিংবুসু ফঙহনবগী থবক অসি ওজা চিংঙাখম পিশক সিংহনসু যাম্না কন্না চঙবন্বা/ হোৎনখিবা মবম্না, ঙাবম অদোমদা তাক্কক অসি চঙশিন্নবা হোৎনজরি।

বৃটিশনা মণিপুরদা লাক্লক্লিবদু মতমদা, মণিপুরনা হাম্না লৈরম্লবা মীওইশিংনা শিক্ষা অসি শন্দোকহনবা হায়বা অসি রাংং অমনি। মণিপুরগী হান্না লৈবম্বা ইপা-ইপুশিং অদুনা শিক্ষা শন্দোকপা হেৎনবদে হায়বা অসিমদি অবানবনি, শন্দোকন্দ্রি মওং থেম্নবগী বাৰ্তানি।

ভাবত্তসু, বৃটিশনা লাক্লিবৈদগী মমাঙ্ যাম্না ভঙ্গিবৈদগী মতমদগী হৌনা শিক্ষা শন্দোকলম্লে। হীবমসিগী মতাংদা দ নিউ এনসাইক্লোপিদিয়া বৃটেনিকাদা ইবা মতাং অমা লৈ। মতাং অদুদা অসুম্না হয়রিঃ

'Religion saturated educational ideals, too, and the study of vedic literature was indispensable to higher castes. The stages of instructions were very well defined. During the first period, the child received elementary education at home. The beginning of secondary education and formal schooling was marked by a ritual known as the upanayna or thread ceremony, which was restricted to boys only and was more or less compulsory for boys of the three higher castes. The Brahman boys had this ceremony at the age of eight, the Kshetriya boys at the age of 11 and the Vaissya boys at the age of 12 years.

*(Vol 18 15th Edition P 3)*

অসুম্না ভাবত্তা য়াম্না শুপ্লিডা মতমদগী শিক্ষা অসি লৈবন্নবসু শিক্ষাগী মওং অসুম অসুম্না লৈতনগদবনি, তশ্বনা মসি মসি তমগদবনি হায়দুনা নীংথিনা ইথোক্লগা থম্বদি ভাবত্তা বৃটিশ কল লাক্লবা মতমদগী হৌখি হায়না "হিস্তোরি ওফ এদুকেসন ইন ইন্দিয়া" হায়বা লাইরিক অসি ইখিবা বি দি বাসুনা মাগী লাইরিক্কী প্রিফেসতা ইবি। অদুমকপু বৃটিশ লাক্লিডা মতমদা ভাবত অসি লাইরিক হৈতবা লৈবাক অমা ওইনা লৈবম্মী হায়বদি লানগনি হায়বা মত মহাক্লা পীবি। মওং অসি মণিপুরগী মতাংদসু লৈখি। অদুনা হৌজিক হৌজিক মণিপুরদা ফংনরিবা এডুকেসনগী মওং অসি 'নোংচুপ্লোমগী শিক্ষা' হায়বগা হেন্না নীংথিনা খওনবি। মণিপুরদসু য়াম্না শুপ্লিডা মতমদগী শিক্ষা শন্দোক্লন্নে হায়বা অসিমদি, মণিপুরদা হৌজিক হৌজিকমক ফংলিবা 'পুয়া' ময়াম অসিনসু অদুম তাক্লবনি। লাইরিক হৈতনা পুয়া ইবা নওগা পাবা কৈদৌনুংদা ওপ্লোই। অদুবু নোংচুপ্লোমগী শিক্ষা অসিদা হৌজিক দিগ্রীনচিংবা পীবিবা, তম্নবা লাইরিক কয়া ফোঙলিবা অসি হান্না লৈবমদে হায়বা অসিমদি চুমগনি।



S. Raghunandan Singh Memorial-Cup
Champion Inter High Schools & College Footbal Tourney Manipur (1955-56-57)

মণিপুরনা বৃটিশ শম্ভবকপা য়াম্না কুইবে। অদুবু বৃটিশকী ওফিসাব অমা মণিপুরদা থবক মফম পীদুনা "পোলিটিকেল এজেন্ট" হায়না খণ্ডনহল্লগা লৈহল্লকপদি, মহারাজ গম্ভীর সিংহনা লৈখিদ্রবা মতুং ইং ১৮৩৫ দগীনি। মণিপুরদা পোলিটিকেল এজেন্ট লৈখ্রবা মতুংদগীদি মহাক্কী ওফিসনা চহী খুদিংগী এনুয়েল রিপোর্ট ভারত বৃটিশ সরকারদা থাবা হৌখ্রে। ইং ১৮৬৮-৬৯ গী রিপোর্টতা মণিপুরগী এদুকেসনগী মতাংদা অসুম্না ইরিঃ

> " Education The question of education may be dismissed in a very few words There are no schools or any wish for them on the part of the authorities About a year ago I had an offer of assistance in forming a school in Munnipore but the offer was declined by the Munniporees who said they preferred remaining ignorant So illiterate are they that some of the highest officials can neither read nor write, and are not a white ashamed of their want of knowledge

মতুংদা ইং ১৮৭২ অদুবাইদা মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট মেজর জেনরেল ডব্লিউ এফ নথালনা মণিপুরদা স্কুল অমা লিংনবা হোৎনবম্মী। বেঙ্গল সরকারনা লুপা ৫০০/ থোমগী লাইরিক অমসুং মেপশিং থাবকই। অদুবু স্কুল অদু লিংখৎপা ঙমদনা ভোর্কখি। মতুংদা সার জেমস জোনষ্টোননা ইং ১৮৮৫ দা স্কুল অমা লিংখৎনবা হোৎনবম্মী। মহাক্কী হোৎনজমন অদু মায়পাকখি। স্কুল অসি জোনষ্টোন মশামক্কী মিংদা হান্না মিদল ইংলিস স্কুল ওইনা লৈরম্মদগী মথং মথং বৃটিশ পাম্লিষ্টেদগী হৌনা ফিভম ফগৎলকপনা হৌজিক্তি হায়ার সেকেণ্ডরী স্কুলগী থাক্তা য়াম্না নীংথিজনা ইম্ফাল সহরগী য়াম্না মক ওইরবা মফম অমদা লৈরে। জোনষ্টোন স্কুল অসি হান্না ক্লাস নাইন ফাওবা তম্বা য়াবা স্কুল ওইহল্লরসু ক্লাস টেন পরীক্ষা পীবা য়াবা স্কুল ওইনদি ইং ১৯২১ ২২ দা কলিকতা

য়ুনিভর্সিটিনা মেত্রিক থাবা য়ানবা বিকগ্নিসন পীখ্রবসু হায় স্কুলগী থাক্তা লৈবা স্কুলদি মতোমতা ওইখি। ইং ১৯৩০ য়ৌবকপদদি মণিপুর ইন্সটিট্যুসন হায়বা প্রাইভেট স্কুল অমা লিংখৎলকপদগীদি মণিপুরদা হায় স্কুল অনী শুবক্কুনা মীয়ামগী লাইবিক তম্মিংবগী বাখল অদু হেন্না খুমাং চাওশিলহর্নখি। মণিপুরদা হায়স্কুল অমখক্তা ঙাইবিঙৈ অমদি মেত্রিক পরীক্ষা থাবা য়াবগী খুদোং চাবা লৈত্রিঙৈদদি সিলেটতা (শ্রীহট) চত্নুনা পরীক্ষা থানকই। শ্রীহটতা চত্নুনা মণিপুরগী ইহান হানবা ছাত্র অমা মেত্রিক পরীক্ষা থাকবদু ইং ১৯১০ দনি। বাহেংবম য়ুমজাও সিংহ কৌবা ছাত্র অমনি। মহাক জোনষ্টোন স্কুলদা মহৈ তমদুনা মেত্রিক পরীক্ষা থাবা য়াখি। সবকাবনা শেল পীদুনা শ্রীহটতা পরীক্ষা থাবা চৎহনবনি।

ওজা পিশকনা মেত্রিক পরীক্ষা থাখিবা অসি ইং ১৯২৬ গী মার্চ থাদা পাঙথোকপা কলিকত্তা য়ুনিভর্সিটিনা লৌবা পরীক্ষাদনি। মতম অদুদদি জোনষ্টোন স্কুল অসি য়ুনির্ভসিটি অসিনা মেত্রিক থাবা য়ানবগী বিকগ্নিসন পীরে। পরীক্ষা অদু ফাষ্ট ডিভিজনদা পাস তৌখি। ইন্তরমেদিযেত পরীক্ষাদি সিলেটকী মুরারিচান্দ কলেজদা তম্লগা কলিকতা য়ুনিভর্সিটিগী মখাদা ইং ১৯২৮ গী মে থাদা পরীক্ষা থাবগা ফাষ্ট ডিভিজনদা পাস তৌখিবনি। মতৌ অদুগুম্না বি এ পরীক্ষাসু চহী অনী লৈবগা ইং ১৯৩০ দা পাস তৌখির্বনি। মহাক্না বি এ পাস তৌববা মতম অদুদা ইম্ফালদা অনীশুবা হায় স্কুল অমা, মতম অদুগী মণিপুরগী শিক্ষাদা য়াম্না পুক্লিং লূপচবা মীওইশিং : যাকাইবোল চেফোঙগী এডিটর ডাঃ লৈবেন সিংহ, নোংমৈকাপ্পম গোপাল মুহোবি সিংহ, চৌবজিৎ সিংহ, দামোদর সিংহ, তোলচৌ সিংহনচিংবনা হোৎনদুনা প্রাইভেট স্কুলশিং লিংখৎনবকপগী মরক্তা মণিপুর ইন্সটিট্যুত হায়বা অসিসু য়াওবকখি। স্কুল অসিসু কলিকতা য়ুনিভর্সিটিনা ইং ১৯৩১ - ৩২ দা বিকগ্নিসন পীখি। স্কুল অসি মতম শাংনা লৈহৌনবগী মতাংদা স্কুল ওথোবিটিগী মীওইশিংনা চূড়াচান্দ মহারাজদা পুক্লিং চঙবিনবা অমদি মতেং পাংবিনবা হায়জখি। মখোয়গী মরক্তা ওজা চিংঙাখম পিশকসু য়াওখি। ওজা পিশকনা মহারাজদা য়াম্না তোয়না হায়বা

রাফমদি — 'লাপত্রবা ইংলেণ্ডদগী লাকপা সার জেমস জোনষ্টোননা মাগী মিংদা স্কুল অমা লিংখৎলম্লে। মতম কুইনা মাগী মিং অসি লেঙদনা লৈহৌবগনি. মহারাজস্ মহারাজগী মিংদা স্কুল অসিগী অরাংপশিং পুথোক্লুনা কৎলম্লবদি, মহারাজগী মিং তুং কোইনা লেঙদনা লৈহৌবগনি।' রাফম অসি ওজা পিনকনা ফোঙদোকখি হায়রবসি ওজানা লৈবিঙৈ মতমদা মাগী মচাশিংদা তঙনা নীংশিংলম্বা রাফম্নি হায়। য়াম্না থুনা মহারাজনা স্কুল শানবা নহা, স্কুল বিল্ডিং শানবা মপোৎ মচৌশিং পুথোক্লুনা স্কুল অসিগী মখোং ১ লাখ চান্দ তংখুল হায়না থোনখি। মতম অদুদা ওজা অসি বি এ পাস্রুক ওইনা ওজা ওইরি। ওজানা মতৌ কবম্না এম এ ওইরকপগে হায়রগা মতাংদা রাখা অমসু লৈরি। সি সি হায় স্কুলগী বি এ ওজা ওইনা লৈরিঙৈ মতমসিদা লেক্চরা ওজা অমসু লৈরম্মি। হায়রিবা ওজা অসিনা মহাক বি এদা তঙজগে লোনগী মতেং অমনি অমাদা পীবিয়ু হায়না স্কুল ওতোবিদিনা নখাম্ত থখি। স্কুল ওতোবিডিনা মাগী ইনক্রিমেন্ট পীগনি হায়রগী অমাং পীখি। মদু উবদগী ওজা পিনকস্ বি এদগী হেন্না এম এ পরীক্ষা খানা হেৎনখিবনি। রাফমসিস্ মাগী মচাশিংনা ফোঙদোকপা রাফম্নি। অদুনা ওজানা এম এ পাস তৌরগা পাউ কলিকতা য়ুনিভর্সিটিদগী ফংখিবসি মাগী লুচিংবগী চাক্কৌনা শুম্বৎ অদুমক্তদনি হায়না ওজাগী মচানুপা অহলনা ফোঙদোকই। মসিসু ওজানা হিংলিঙৈ মতমদা মাগী মচাশিংদা তম্লম্বা রাফম্নি। অদুনা ওজানা এম এ পাস তৌখিবা অসি ইং ১৯৩৪গী ১ঙী ওজ্যায় অদুবাউদা ওইবা য়াউ হায়। ওজাগী এম এ অমসুং বি এ পাস তৌবগী সার্টিফিকেট অসি ফংবা উমদ্রে। অদুবু ইং ১৯৩৮ দা ওজানা নিখিল মণিপুরী মহাসভাগী জেনরেল সেক্রেটরী ওইবা মতমদুদা ওজা অসি এম এ ওইরে হায়রবসিমদি মহাসভাগী রেকোর্দতা লৈরে।

হাম্না সি সি হায় স্কুলগী ওজা ওইনা লাকপা অসিদগী পৃথিবীগী অনীশুবা লান্থাও হেক মথাঙ ইং ১৯৪২ হৌরকপা মতম অদুদা ওজা

অসি সি সি হায় স্কুলগী হেড মাষ্টর ওইরে। ইং ১৯৪১ গী সেপ্তেম্বর থাদা মহারাজ চুড়াচান্দ সিংহ অসি খুঙহৌদনা মশা নাশিন্নকপদগী শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা লায়েংনবা চঙখি। অদুবু নবেম্বর থাদা অবোইবা য়াহীপ মফম অদুদা তাখি। ওজানা স্কুলসিগী হেড মাষ্টর ওইখিবসি মহারাজ অসিনা লৈখিদ্রবা মতুংদনি। ওজানা স্কুলসিগী হেড মাষ্টর ওইববা হেক মতুংসিদা অনীশুবা লাঙ্গাওনা মণিপুর য়ৌবক্রুনা বোম তাবকপা, মীয়াম পুম্নমক ময়ুম থাদোক্রুনা লাপ্তেন্নবা মতম অদুদা ওজা পিশকসু স্কুল অমদি ময়ুম থাদোক্রুনা লাপ্তেনখি। লাঙ্গাওগী মতম অদুদা ওজানা মাগী ময়ুম জন্মস্থান, মোইবাংখোম থাদোক্রুনা বাংখৈ থম্বালখোংদা লৈবা মাগী মবী-মতা অমগী য়ুমদা লৈখি। মফমদুদা লাপ্তেনবদা মাগী য়ুমগী মচানচিংবা মীওই পুম্নমক পুখি। অহানবদা সি সি হায় স্কুলদা ওজা ওইবা থাংজম অঙৌ সিংহ কৌবা অমগীদা লাপ্তেল্লম্বদগী মফম অদুদসু সিফাই লাকশিন্নকপদগী কোংবা ভুবেলগী মমাঙদা লৈবা সিনাম খোনো কৌবা অমগী য়ুমদা লাপ্তেলদুনা লৈর্বনি। খোনোগী য়ুম অদুগী চাউববা মমাঙ-শঙ্গোই অমসুং অরাং-শঙ্গোই লৈবনীনা, মফম অদুদা অঙাংশিং লাইবিক তম্বিবগী খুদোংচাবা নীংথিনা লৈখি। ওজা পিশকনা মফমদুদা লাপ্তেনবা মতমদা, ওজাগী মচানুপী অহল মোনোবামাদি ফনা নীংথিনা জ্ঞান তাবে। লাপ্তেনবগী মতাংদা মোনোবামা দেবীনা হায় ঃ 'লান চেনবা অদুদা ইমুংগী অতৈ মীওইশিংসু য়াওই। চুড়াচান্দ মহারাজগী life size নীংথিববা ফোটো (ফ্রেম চনবা) অমসু পুদুনা চৎলি। য়ুম অদুগী মমাঙ-শঙ্গোয়দা অঙাংশিংবু লাইবিক তমহল্লি। মহারাজগী ফোটো অদু মফম অদুদা থন্নগা লাইবিক তম্বা হৌদ্রিঙৈ মমাঙদা অঙাংশিং অদু মহারাজগী ফোটো অদুদা খুকমহল্লি। মদু অঙাংশিংগী পূক্রিং চিংশিন্নবা অমসুং মবৈবাকপু অঙাং-নুবী পুম্নমকী পূক্রিংদা নুংশিহন্নবা লৌখৎপা খোঙথাংনি। মহারাজবু খুকন্নবা মতুংদা নুমিৎ অদুগী লাইবিক তম্বা হৌই।

লাঙ্গাও মনুংদা সি সি হায় স্কুল অসি সিফাইশিংগী লৈফম ওইনা শীজিন্নদুনা লৈ। মদুনা লাঙ্গাও লোইশিন্নমদাই ইং ১৯৪৪ ফাওবা শীজিন্নদুনা লৈখিবদগী লান হেক লোইখিবা মতুং অদুদা স্কুল কমিটিগী মেম্বরশিংগা ষ্টেট দরবারগী এদুকেসন মেম্বরগা য়ানবা অমা পুবক্লুনা স্কুলসিগী মহৈবোইশিং মহৈ তম্বগী খোঙজং অসি কোংবগী মদন মোহন স্কুলদা চথনবা এদুকেসন মেম্বরনা হুকুম থোকখি। মদুগী মতুং ইন্না মফম অদুদা মহৈবোইশিং মহৈ তম্বা হৌখি। সি সি স্কুল শন্তুদগী সিফাই লৈরম্লদু চৎথরবা মতুংদা ইং ১৯৪৪ গী মে/জুন য়ৌবকপদা, চহীদুগী কালেন ছুটি কাবকপদা সি সি স্কুলগী ক্লাস অসি স্কুল মশাগী শঙ্গুন অদুম চৎখবা হৌখি। লান মতুংদা মহৈবোইশিং নীংথিনা মহৈ তমহন্নবগী থবক পুন্নমক ওঙ্গা পিশক্লা য়াম্না নীংথিনা লৌখৎখি। স্কুল অসি হিংনবগীদমক সবকাবনা চহীদা লুপা লীশিং অমা পীবর্ম্লন। অদুবু লাঙ্গাও মতুংদগীদি চহীদা লুপা ১৪০০/- পীবা হৌখি। মদুনা স্কুলগী ফিভম খরা ফগৎপা ঙমখি।

ইম্ফালগী জোনষ্টোন হায়স্কুল অসিদা হায়স্কুলগী থাক্তা মহৈ তম্বা হায়বা অসি অফবা ছাত্র ভাক্তা খনগৎখিবা মরম্না খরা লোখৎহৌবা মহৈবোইশিংদি হায় স্কুলগী থাক্ত মহৈ তম্বা ফংদনা তোকখিবা অদু কোক্লবা সি সি হায় স্কুল অসি লিংখৎখির্দন। মসিগীসু মথক্তা সি সি হায় স্কুলদি চীংগী ছাত্রশিং মহৈ তম্নবগী চান্দা ৫০ বোম 'বজাউ থম্মী'। অদুনা চীংগী ছাত্র কয়া অমা স্কুলসিদা মহৈ তম্বা লাকখি। সি সি হায় স্কুল অসিদু লিংখৎলিবা মতাংতা ১৯৪৭ সিংঙ অসি লম্বুদা য়াম্না থবাং য়াওবা মীশক্লি। অদুনা হায় স্কুল পুন্নমক্তা মহৈবোইশিংদা সিক্তিকেল এডুকেসন নীংথিনা পীনবগীদমক ফুটবোল, হোকি, ক্রিকেট চংবা আউটডোর মশান্নশিং শান্নহনবগী মথক্তা ইন্দোর গেমশিংসু শান্নহল্লি। মণিপুরগী অবিবা মশান্না শংজাল হায়বসি য়োকখৎনবা, সি সি হায় স্কুলদদি শংজালগীদমক ওজা হাপখি অমদি ক্লাস হাংখি।

ওজা পিশকনা হেড মাষ্টর ওইবা হৌরকপা চহী ইং ১৯৪২ অসি মণিপুর ইতিহাসকী য়াম্না মরুওইবা তাঙ্কক অমনি। হৌজিক্তি লাম্লেনবদা লৈনবা ধোনোগী য়ুম অদুগা লাইরিক তম্ফম ওইখিবা মমাঙ-শঙ্গোয়, পূম্নমক অদু লৈখিদ্রে। ফিভম হোংদোক-হোংজিল তৌদ্রে। লানগী মতম অদুদা মশাগী চহী ১২ বোমতা ঙাইরিবা, ধোনোগী য়ুমগী অৱাংদা লৈবা হৌজিক্তি অহল ওইববা লাইশ্রম মনি কৌবা অমনা হায়, 'ওজা পিশকতি অশেংবা ওজানি। লানগী মতমদুদা ওজানা অঙাংশিংবু লাইরিক তম্বিবদুদা মহাকসু য়াওই। অদুবু ওজানা য়ুম অদু থাদোকখিবদগীদি মহাকসু মখা মহৈ তমখবা ঙমখিদ্রে।' ওজা পিশককী হৌজিক লৈরিবা ইমুং-মনুংগী মীওইশিংদি, হৌজিকসু মবক মবক্তা লৈখিদ্রবা ধোনোগী য়ুমদা চৎলি অমদি ধোনোগী মচা মশুশিংগসু উনদুনা ৱাবী-ৱাতাই তৌনবি। মসিমকসু মীওইবগী নুংশিনবগী মরীনি।

মণিপুরদা নোংচুপ্লোমগী শিক্ষা তম্বিবগী মওং শন্দোকপা নৌবিঙৈ মতম অসিদা ওজাশিংনা মখোয় মখোয়গী মহৈরোইশিং অদু নীংথিনা মহৈ হৈহন্নবগীদমক ওজাশিংনা মখোয়গী মথৱায় য়াওবা ছাত্রশিং ময়ুম ময়ুমদা থমদুনা লাইরিক তম্বিবা হায়বা অসি চৎনবী অমা ওইরম্মী। চৎনবী অসিগী মখাদা ছাত্রশিংনা ওজাগী ময়ুমদা অহিং লেক্লে। ওজানা অহিং অখেঙবা ফাওবা মিংশেল থাঙদুনা অঙাংশিংবু তাকপী, তম্বী, লাইরিক পাহল্লি। অয়ুক ঙন্না মখোয়বু হৌদোকপি। মচীল-মখা শেংদোকহল্লবা মতুংদা লাইরিক অমুক পাহল্লি। য়ুমগী নুপীশিংনসু অঙাংশিং অদুগী মতেং পাংবি। মসুন্না ওজাগী ময়ুমদা থমদুনা অঙাংশিংবু তাকপি-তম্বিবা অদুগীদমক শেল লৌবসু নত্তে। নুমিদাংগী থাউমৈ থান্নবগীদমক কেরোসিন লৈনবা ছাত্রশিংনা শেল শিকি-শিকিগুম্বা খায়গৎনবগা কেরোসিন লৈবদি য়াওই। অদুবু মদুসু তৌদবা য়াদবদি নত্তে। অদুমকপু ওজাশিংনা মখোয় মখোয়গী ছাত্রশিংবু মহাক্কী মচামক্কি খন্দুনা মহৈ তম্বিবা হায়বা অসিমদি তৌদবা য়াদবা থৌদাংনি হায়না লৌনৈ।

মসিগুম্বা মগুংগী চংনবী অসি মণিপুবপুম্বগী ওইনদি ইং ১৯৩৪ অদুবাই ফাওবা চংনবম্মী। মদুগী মতুংদগীদি মহেবোইশিংগী মমা-মপানা মযুমদা ওজা কৌদুনা প্রাইভেং ট্যুসন তৌবগী চংনবী অসি লৈহনখ্রে। অদুবু ওজা পিশকতি লাঞ্জাও হেক মমাওদা মহাক্না সি সি হায় স্কুলগী হেড মাষ্টব ওইবকপা অদুদসু চংনবী অসি কায়দনা তৌবকপনা লাঞ্জাও মনুং অমসুং মতুংদসু অদুম তৌখি। ওজাগী মযুমদা অহিং ফাওবা লাক্কুনা মহৈ তম্নকপা মীওইশিংগী মবক্তা হৌজিক হৌজিক মশা হিংলিবা, নীংথিনা মিং পনবা য়াবিবা অসি, ওল ইন্দিয়া বেদিও ইম্ফালদা এসিস্তেন ডাইবেক্তব ফাওবগী থাক্তা থবক তৌবম্নবা, ঈশৈ ময়েক ইবনচিংবদা মীয়াম্না নীংথিনা শকখঙনববা বি. জয়ন্তকুমাব শর্ম্মসু অমনি। ঐজ্ঞানা ইং ১৯৪৭ তা ক্লাস ফাইভ তম্নকপদগী হৌনা সি সি হায় স্কুলদা মহৈ তম্নকই। ওজাগী মযুমদা অহিং লেক্কুনা মহৈ তম্নকই হায়। ওজা পিশককী মতাংদা বি জয়ন্তকুমাবনা হায়ঃ

> "ওজাগী লাইরিক খুংতাক অসি হৌজিক অহল ওইরক্কবা মতম অসি ফাওবদা কাউবা লৈত্রি। স্কুলদা ওজানা চৈ অমা পাইরগা অঙাং নক্তগা অতৈ নহা ওইবা ওজাশিং চংথোক-খোংতোক তৌত্রা হায়না য়েংশিনবা অসিমদি য়াম্না তোইনা তৌবা থবক্নি। ওজানা অসুম্না য়েংশিনবা চংশসি, কবিগুম্বদা মহাবলি, কবিগুম্বদনা সঞ্জেম্বোং মৌই।"

ওজাগী ছাত্র অমা ওইখ্রবা, 'নংলোং খঙ্জাবদা লৈবা পোচা য়েম্রেম্বমনা ইবা "ঐনা খঙহৌবা চিংভাখম পিশক" হায়বা ব্রাংদং অমদা ইবিঃ

> "নোংমা ওজাগী পেরভ থোকপা নুমিৎনি। হায়রিবা পেরভ অদু য়াওদনা মহাবলি কবুই খুম্মা ঐখোয় ৩/৪ কোয়খোক্লুই। ওজানা পেরভ লোইরগা খিবা লাকপদা মহাবলী খুজিন্দা খেংনদুনা স্কুলোমদা লাকমিররগা কা

মনুংদা লেপহল্লগা নীংদু অমদি ফৈগলদা চৈনা য়ৈরগা ছুটি থাৱবসু চৎপা য়ারোই হায়না খামখি। মতমদুদা ঐখোয় মরিনা খল্লি, অমুকসু ফুদৌরিমাল্লে। মদুগী ওন-তৈননা ওজানা, ঐখোয়না য়াওহৌদবা প্রামার পেরড অদু তাকপিখি। লৈররোই গুসিদি ওজাওম্বা মণিপুরসিদা''

ফিল্মবু নীংথিনা নৈনবা মীশক অমা ওইনা মীয়ামনা শকখঙলবা আব কে বিদুবনা ইবা "খবনা তাবদগী, খবনা খঙলকপদগী" হায়বা ওজা পিশককী মবমদা ইবা য়াবেং অমদা অইবনা ওজাগী মবমদা অসুম্না ইবিঃ

''অহানবদা 'সিটি কলেজ' কৌরম্বদগী 'বুদ্ধচন্দ্র মহারাজ কলেজ' কৌরগা বিল্ডিং শানবা অমদি কলেজ অসিগী কম্পাউণ্ডগীদমক কোনুংদগী লম নিবদা ওজা পিশকনা মরু ওইবা থৌদাং লৌদুনা কোনুং এডমিনিষ্ট্রেসনগা 'নেগোসিয়েট' তৌনখি। করিগুম্বা মী অতৈগুম ওফিসকী ফম অটৌবা পাল্লব্রবা, অমদি মশাগী ওইজবা ভানবা মীশক অমা ওইরল্লবদি মহাক মণিপুর সরকারগী মশক নাইবা কর্ম্মচারী অমা লায়না ওইরম্বা য়াই।''

মতম অমদা মণিপুব কলেজগী প্রিন্সিপাল ওইবম্বা সনসম কুঞ্জবিহাবী সিংহনা ইবা 'ঐনা খঙহৌবা চিংঙাখম পিশক' হায়বা য়াবেংদগী মতেক অমসু লৌখৎচবিঃ

''মতম অদুদদি হায় স্কুল অমগী হেড মাষ্টরসি য়াম্না চাউবজাৎনি হায়না ঐনা খনখি।, তশেংনসু চাউসু চাউম্র'জাৎনি, হৌজিকীগা য়েংনরবদি। ওজা হেড মাষ্টরনা নাৎকী ফিজোল, হায়বদি ফৈজোম পুমম্নাৎ শেৎ-চারগা নুংত্তিগী গুম্না-গুম্না স্কুল কাররুগা তোংলকইবা সাইকল অদু, রেলীরা হম্ররা খঙম্রে, স্কুল

শঙগী জুরিদগী থয়া লাগুক্লা থন্নগা 'চাউবা' 'চাউবা' হায়না হৌনা হৌনা কৌবদু হৌজিক ফাওবা নীংশিংলি। চাউবা স্কুলগী চৌকিদারনি, ঐখোয়ময়ামগীনা খুরা চাউবা। খুরা চাউবনা চেম্প্রোরকুনা থামদুনা থিব্রিবা সাইকল অদু স্কুলগী ভেরেন্দাদা হৈনখৎলি। খুরা চাউবদু ওজাবু য়াম্না কিবা মাল্লি, ওজানা চাউবা হায়নদবু কৌরক্লবদি মমীং-মনা ইথক থক্কৎলি, ঐখোয়সু মাগী মতৌ উবদা মাগীদমক পাখৎলি। ওজা হেড মাষ্টরনা ফৈজোম কুক্লা মচী অমা থুং ওইনা পায়খৎলগা মরক মরক্তা স্কুলগী ভেরেন্দা অকোয়বদা ক্লাস চেক তৌবা হেক হেক চংশদু নুংঙাইবা কুম্মে মচা অমনি নীংই। হেড মাষ্টর মৌরকএ হেক খঙবগা ওজাশিংনসু থরায় য়াম্না য়াওবা মাম্না লাইরিক তম্বী, অদুগা ছাত্র মখৈসু চেক মোক লাউনদনা পারা তাকশিরিবা ওজাদুদা মুম্না য়েংদুনা লৈনৈ।"

ওজা অমা ওইনা মমীং নীংথিনা লৈববা শিংজমৈ থোঙাম লৈকায়দা লৈবা হাওবম য়ুমজাও সিংহনা ওজা চিংঙাখম পিশককী মনমদা উবা তেন্তকপা রাবেং অমদা ওজানা মণিপুবগী শেল থুমগী মঙাংদা হীবম কয়াদা রাখল তৌই হায়বা ফোঙদোকপা রাফম মতেক অমগং রাবেংদুদগী লৌথোকচবি। য়ুমজাও সিংহনা ইবিঃ

"ছাত্রগী কো-করিকুলর কুম্মৈশিং শিংজমৈরোমদা পাঙথোকপদা, চিংঙাখম ওজা পিশক সিংহ তুকশোয় শোয়দনা য়াওবিরম্মী। নোংমদি, ওজানা প্লেৎফোর্মদগী লাউখি - কাক - ঙাইন তৌরে, ঙাতোন তাউরে - হোঙলে হায়নরিবদো, ঙা-মহামচা ওইরম্বা য়াই - য়াম্না হাউবা মহাওসু হেন্না লৈবা ওইরকপা য়াই, অচৌবা ঙাশিংগী মনাত্তি, মরুম পূরগা তুরেল ঈচেলগী মায়োক্তা হজংনা ঈরোয়দুনা, তুরেল মরুরোমদা মরুম কোক্লুই। কুমগী নোং লাকপদা, ঙা মরুমশিংদু তুরেলা জিলোংদা ঈরিল তুরেলগা তিন্নদুনা শাফু হেন্না কনখরুনা, তুরেল

> অহনবগী দিচেন্দু গুপতুনা বাইথৌ পাত্রা ডা মক্রম য়াওবা নাপী-শীংবী কাওশিং ময়ামদু পৈশিনৱে। কোয়া তপনা মতা ওন্নকুনা ঙাত্তোনগী কাক ঙাইন হায়নরি। ভাবোক তুমিন তানৈ, চেক-মোক লাউনদে।..... প্রিন্সিপাল মহালনাবিসকী বিদায় সভাদা, পাওমেন্নবদা, মহাত্মা য়াম্না নুংশিজনা হায়রম্মী – নখোয়গী নাপী-চাবী হায়বদো শেন্নীয়ু। নাপী-চাবীগা হেন্দনূমগনা মণিপুরগী ইজৎ হেনগৎহনগদৌরিবনি। ওইবা য়াই, কলিকতাগী ঙাগী কৈথেলদা, নাপীচাবী মুন্নবা মতমদুদা, মণিপুরগী শেনগাও চোনগনি।”

*মণিপুবগী শেল-থুমগী ফিবম ফগৎনবগী মতাংদা ওজানা* য়াথল কয়ামুক খনবগে হায়বসি অত্তেনবা য়াবেং অদুদা ফোঙদোক্লিবা য়াফম খবা অসিনসু য়াম্না ময়েক শেংনা তাক্লি। অমবোমদা মোইবাংখোমদা লৈবিবা মীয়াম্না ‘সৌগাইজম কোল্লুপ’ হায়বগসু খঙনবিবা মফম অসি মমাংঙৈ নিংথৌ পাম্লিঙৈগী মতমদগী হৌনা মক ওইবা কোল্লুপ অমা *ওইনা লাকই। ওজা পিশকনা সৌগাইজম কোল্লুপকা নকশিন্নবগী মতাংদা* ইম্ফাল ফ্রি প্রেসকী এডিটব প্রদিপ ফানজৌবমনা ইবা “Man And Superman A Portrait of Greatness” হায়বা য়াবেঙ অমদা অসুম্না হায়ঃ

> Chingakham Pishak 'Babupishak' to the children of Sougaijam Kollup, married to an aunt from the Kollup, comes across as a fun loving genial gentleman always in love of a light-hearted ego contest. He would all of a sudden, pop up early morning at Sougaijam taunting jovially everybody he encountered telling them how much the progenies of Sougaijam had lagged behind the Chingakham offspring etc. The jokes had the reputation sometimes of touching raw nerves, but as always, tempers settled to hearty laughs in the end.

ওজা অমা ওইনা ওজা পিশকনা মাগী মহৈবোই পুম্নমকপু নুংশি। মানা মাগী মহৈবোইশিংবু কয়ামুক নুংশিবগে হায়বগী তোঙান-তোঙানবা বাবী কয়ামুক লৈ। লৈবিবা বাবীশিং অদুগী মনুংদা, মহাক্কী সি সি হায় স্কুলদা মহৈ তম্লম্বা মহৈবোই অদুনা সবজেক্ট অমখক নীংথিনা পাহৌদবদগী মেট্রিক পরীক্ষা থাববোই হায়না মেট্রিক্কী টেষ্ট পরীক্ষা য়াওহৌদ্রবা, অদুবু ওজা পীশক্না স্কুলদা কৌদুনা নীংথিজনা পাউতাক কয়া পীবদগী পরীক্ষা য়াওদুনা মেট্রিক পরীক্ষা পাস তৌখিবা, মতুংদা নীংথিনা মহৈ তমদুনা মখাগী ক্লাসশিং পাস তৌদুনা আই এ এস ওফিসার ওইখিবা মীলক অমনা ওসি ফাওবা ওজা পিশকপু কাউদ্রি। ওজা পিশকক্কী চহী ১০০ শুবগী মপোক কুমওনগা মরি লৈননা ফোঙখিবা নীংশিং চেফোঙদা, আই এ এস, ওফিসার ওইবম্বদগী পোখাত্রবা থাংবোপাও ভাউচেনা ইখিবা Remembering our beloved Headmaster হায়বা বাবেং অদুদগী মতেক অমগুং লৌখৎচবি।

> when I came back to Imphal from Thanlon I went to our beloved Headmaster I expressed my hearfelt thanks of profound gratitude to him I want to say that he was an exemplary Headmaster who loved his students as his own sons May we expect our generation to produce Headmaster like him '1 shall never forget his fatherly advice I believe that thousands of his past pupils remember him with love and affection Though he is dead and gone, he still lives in our hearts

ওজা পিশকনা নীংথিজনা পাউতাক পীবমদ্রবদি মহাক ইং ১৯৫১ মেট্রিক পরীক্ষা অদু থাবমদবসু য়াই। অদুবু পুম্নমকপু নুংশিবগী পুকচেল চেল্লি হায়বা অসিমদি মহাক্না ওজা পিশকক্কী মহৈবেই অমা ওইনা লৈবিঙৈ মতমদুদগী অদুম খঙবা হৌবক্রে, সেক্যুলরিজমগী বাখল নীংথিনা লৈখি হায়বদুমসু খঙবা ঙমখি হায়বসি কোংবা বজাবদা লৈবা ওজা বাড়েননা

তত্তনা হায়বি। ওজা শিশকনা অঙাংশিংবু মহৈ তম্বিবা মতমদা চৈ-থাংবা কয়া তৌখি। অদুবু পুন্নমক অদু খোইখা-লিনখা থাবগী থবক্তি নত্তে হায়বসি কোন্নথঙদা খঙবা ঙমখি হায়বনচিংবা রাফম কয়া ওজা বাজেননা ফোঙলি। ওজা শিশক মশান্না কয়ামুক পামজে, মাগী মহৈবোইশিংদসু হৈহন্নবা হোৎনবম্মী। অদুবু কোলোনিয়েল গেমগী মওংদা লৈবশিংদি পৃক্লিং থৌগৎলমদে হায়বা রাফম ওজা বাজেননা হৌজিকসু ফোঙদোকলি।

ওজা শিশককী যুমদা মতম অয়াম্বদা লৈদুনা মহৈ তম্নকপা মহৈবোইশিংগী মবক্তা হৈবাঙ্গোইথোং মাইবম লৈকাই (কৈবুং মনাক) তা হৌজিক হৌজিক লৈবিবা শবাংখেম বীবচন্দ্র সিংহসু অমনি। মহাক মতম অমদা পি ডব্লিউ ডিগী দিভিজনেল একাউন্টেন্ট ওইনা থবক তৌবম্বদগী হৌজিক্তি থবক্তগী পোৎথাবে। ওজা শিশককী ইমুং মনুংগী মীওইশিংগা বীবচন্দ্র সিংহগী ইমুংগী মীওইশিংগা হৌজিকসু য়াম্না নর্কাশিন্ননা লোয়নবি। ওজা শিশককী মনাক্তা লৈদুনা লাইবিক নীংথিনা তম্নকপা বীবচন্দ্রনা ওজাগী মবমদা হায় "সি সি হায় স্কুলদা তম্বা চীংমী মহৈবোইশিং অসি ওজানা মচাশিংদগী হেন্না লুনা তৌই। মখোয়শিংবু শান্ন খোৎনবগী হীবমদা পৃক্লিং চঙশিন্নবসু মহাক্না কন্না হোৎনখি।"

স্কুলগী ফক্লাং মবিনা খাজিনবা কা অমদা মহৈ তমহনবনা অঙাংশিংবু মাগী বিদ্যাদা মপুং ফাহনগদবা নত্তে হায়বা ভারতকী বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথকী রাখলদা চেনখিবা রাখল্লোন অদু ওজা শিশককী রাখলদসু চের্নখি। ওজাগী রাখল্লোন অসি, কোংবগী ওজা বাজেননা ফোঙদোকপা রাফমসু লৈন্ত্রে। শিক্ষাগী মতাংদা ওজা শিশককী রাখলদা লৈখিবা রাখল্লোন কয়া অসি ওজানা মণিপুর কলেজগী প্রিন্সিপাল ওইনা লৈবিঙে, ইং ১৯৬১ দা পাঙথোকখিবা, মণিপুরগী টেগোর সেন্টিনরি সেলেব্রেসনগী সোভিনির (১৯৬২গী নবেম্বরদা ফোঙবা সোভিনির) অদুদা য়াওখিবা, ওজা শিশকনা ইখিবা "শিক্ষাতত্ত্ববিদ (অমা ওইনা)

ববীন্দ্রনাথ" হায়বা ৱাবেং অদুদসু য়াম্না নীংথিজনা য়াওই। কূপথনা নৈননিংবশিংগীদমক ৱাবেং অদুমক থমজবিঃ

### শিক্ষাতত্ত্ববিদ (অমা ওইনা) রবীন্দ্রনাথ

চিংঙাথম পিশক সিংহ

ময়াম্বা অমসুং মরীমতা নক্কবা মথক্কী অহল থরনা ষ্কুল কাবদা মাসু য়াওগে হায়না কয়নে লাউবনে তৌবগী খাঙবা ঙমদ্রবা মপাগী য়াথং ফংলদুনা অঙাং ওইরিবা নুপামচা অমনা পুন্সিগী অনৌবা লম্বী অমা হোংনা চৎপগী লাঙতক্কবা পূম্নমক্কা লোয়ননা পুন্সিদা অহানবা ওইনা ষ্কুল কারে। পুন্সিদা তাইবং মী কয়ানা অনৌবা আশা অমনা ঈম্নকুনা হৈনিংবা, লাঙতক্কবগা লোয়ননা পায়খৎলুবা থবক কয়াদা থক্তোকপা পোক্লুনা হন্দোক্করকপা কোগায়নি। মসিমক অঙাং রবীন্দ্রনাথতা থোকখি।

ফক্লাং মবিনা কোয়ন্সিনবা ক্লাসকী কাদা মতম থরদং ফম্মুরে। মথুত্তা শাক্তে পায়বা, চীংলেম্বা মাঙখিনি হায়না চেকশিন্না চৎপা ওঝা, অঙাংনা খঙই-খঙদে য়েংদনা মশাগী বিদ্যা উৎনবা হোৎনবদা চেকশিন্নরবা ওঝা, অঙাংগী মচরিৎ (খঙদবদগী) য়েংদনা ষ্কুলগী আইন অমসুং থকসি-খাসি নাইবা মচৎ ঙাক্কবা হোৎনবদা কা হেক্তিনখিবদগী অঙাংগী কুংগী পুন্সি মাঙবা য়াবা মচৎ চৎপা ওঝা, থোৎলবা লৈগী মথক্তা অক্তিয়াদগী হৈথরকপা লেনগী মপৈওয়া অঙাংগী মথক্তা চাইথরকপা ওঝা, নোংমদা পুং মঙা তরুক ইমা প্রকৃতিগা মরী থদৎনহন্দুনা কা মচা অমদা ওক্তিন্দুনা ফমদবা য়াদে হায়না অঙাংবু ফাক্তিন্দুনা থম্বা, — পূম্নমক অসিদা অঙাং রবীন্দ্রনাথদা শাথিনা থক্তোকপা অমা পোকখ্রে। খাঙবা ঙমদ্রদুনা ক্লাসতগী লৈথোকপা ছাত্র ওইরে, অসুম্না ষ্কুল হায়বদু কাজনিংদে হায়বা অঙাং অমনা মাগী কুংগী পুন্সিদা শিক্ষাবিদ অমা ওইদুনা বিশ্ববিদ্যালয় অমা লিংলরে। মসি

মাগী পূজিগী ওয়-তৈনবা নত্তে, শাস্মমদববু শাস্মকপা, তুক্লচববু নুংশিরকপা নত্তে। ফত্তববু অক্ষবনি, অরানববু অচুম্বনি, পূন্সিদা কনশিন্না লৌকম থোকপবু তয়াংনা লৌনবা অমসুং তয়াংনা লৌকম থোকপবু লুশিন্না লৌনবা, — অসিগুম্বা অরানবা কয়া চুমথোক্তুনা অচুম্বা শিক্ষা পীননবা বিশ্ববিদ্যালয়নি। মসিগী মমীংনা বিশ্বভারতী। 'গুরুদেবনা ইরম্বা শৈরেং পুম্নমক্তগী খ্বাইদগী হেন্না ফজবা শৈরেংনি।' মাগী শিক্ষাতত্ব পুম্নমক বিশ্ববিদ্যালয় অসিদা থবক্তা ওম্লোকই, বিশ্ববিদ্যালয় অসি খঙলগা মাগী শিক্ষাতত্ব: খঙগনি। মাগী পূজিগী দর্শন খঙলগা মাগী শিক্ষাতত্ব খঙগনি। মরমদি খঙলিবা অদুগী মতুংইন্না লৈবনা অমসুং অতৈবু খঙহন্দুনা লৈহন্নবা হোৎনবনা মাগী পূজিগী মচৎনি। শম্মা হায়রবদা, রবী ঠাকুর হায়বগী শরুক অয়াম্বদি বিশ্বভারতীনি।

*যৌজিক মাগী পূজিগী দর্শন য়েংসি :-*

রবী ঠাকুর 'ইন্দিবিড়ুয়েলিষ্ট' অমনি। মী মীগী লৈজবা মতুংইন্না পূজি শেমগৎপদা মশাগী 'রাইট' অমসুং স্বতন্ত্রতা লৈগদববনি হায়বদা থাজবা মী অমনি। অদুগা মাগী 'ইন্দিভিড়ুয়েলিজম'গী 'কনসেপসন' অসি ইন্দিয়ান ওইবনা মদুগী মচু নীংথিনা শঙই। মহাক ব্রহ্মবাদীনি। মাগী ইন্দিভিড়ুয়েলিজমগী মনুংদা মানব-জাতিগী অপুনবদা বিশ্ব-প্রকৃতিগী, বিশ্ব-মানবকী অপুনবদা থাজবগী নীংথিবা যুম্ফম লৈ। অর্বাক্তিত্ব ওইনা বিশ্ব-ব্রহ্ম-না খাইদোকপগী মনুংদা, তোঙানবগী মরক্তা অপুনবগী যুম্ফম্নি। ব্রক্ষনা, মাগী শক্তিনা মচু কয়াগী, শক্লোন কয়াগী, খোম্লোক কয়াগী, তাল অমসুং ছন্দ কয়াগী বিশ্ব-প্রকৃতি অসি ফোঙলি অমসুং মীওং কয়াদা মপুঙ ফাদবা ওইরগসু 'ইউনিক' ওইনা ফোঙলি। ঐখোয়না পূজিদা ইশা ইশাগী ওইবা মওংদা ব্রহ্মবু খঙনবা

হোৎনরি। মচেৎ খুদিংনা অতৈ মচেৎশিংগা খেনৈ। অদুবু ব্রহ্মগী মনুংদা, ব্রহ্মগী মতাংদগী অপুনবা অদুবুসু থম্মোয়দা ফাওরি। মসিনা ঐখোয়গী ব্যক্তিত্ববু (ego) ময়া থাংদুনা তোঙান তোঙান তাহনবদগীসু থিংলি। অদুনা রবী-ঠাকুরগী 'ইন্দিভিডুয়েলিজম' অসি ভারতকী অরাংবা 'আইডিওলিজম'দা তোংবা ইন্দিভিডুয়েলিজমনি। মার্ক্সকী, চাবর্বাককী অমদি পাশ্চাত্য দার্শনিক পণ্ডিত কনাগী 'ইন্দিভিডুয়েলিজম' নত্তে।

রবীন্দ্রনাথকী পুন্সিদা অমসুং দর্শনদা প্রকৃতিগী অরাংবা মফম লৈ। মচু কয়ানা নীংথিনা য়েক খোৎলবা, খোঙ্হোক অমসুং খোঙ্হাং কয়াগী প্রকৃতি অসি ব্রহ্মগী প্রকাশ মওং অমা ওইবনা ব্রহ্মবু থঙনবা তাইবঙ মীনা মী-মশেলগী মনুংদা সম্বন্ধ লিংখৎপগুম্না, প্রকৃতিগা সম্বন্ধ লিংখত্তুনা মশাবু শেংদোকপা (purify) অমসুং কনখৎহন্নবা (vitalise) হোৎনগদবনি হায়না মহাক্না হায়।

রবীন্দ্রনাথকী ইন্দিভিডুয়েলিজম অসিনা সোসিএল য়ুনিট পোক্কপদা অকায়বা থোক্তে। সমাজবু মী মীগী আধ্যাত্মিক শক্তিদা নম্দুনা নৌনা শেমগৎপা পায়নি। সমাজ সেবা তৌদুনা সমাজগী চাওখৎপা ওইরিবা অদু by-product নি, মরুদি সমাজ সেবাগী মনুংদা মী মীগী আধ্যাত্মিক শক্তিবু থাজৎপনি। সমাজ অমসুং সামাজিক বব্যতা হায়বসি মশা মরম্মাইগী আধ্যাত্মিক শক্তি মপুং ফাহন্নবগী মচাক্তি, অদুগী content তা মখোয়শিং অসি সত্যনি।

রবীন্দ্রনাথনা রাজনৈতিক ভাবতগী পোকপা জাতিয়তাবাদ পামদে তাইভমীনা মনুভগী থিংবা য়াদবা আধ্যাত্মিক শক্তিগী অইনবা অমদগী অতৈগা অমসুং অতৈগীদমক কাঙলুপ লিংখৎপা মানা পাম্মী অমসুং থাজে। মানা রাখম্না, রাজনীতিদা অচম্বা মফম অমসুং

মতমগী খাইদোকপগী মফি তাহনবখু তুক্কচে। মানা অন্তর্জাতিক ক্ষেত্রদসু অর্থনীতি অমসুং রাজনীতিনা মুন্থম ওইবা সম্বন্ধ থাজদে। মানা পান্মী, ব্রহ্মাগী মশেক অমমম ওইরবা তাইবঙমীগী সম্বন্ধ, মানা পান্মী, আধ্যাত্মিক সম্বন্ধদা ননবা অন্তর্জাতীক সম্বন্ধ। মাগী অন্তর্জাতীয়তাবাদ অসি বিশ্বভ্রাতৃত্ববাদকা য়েৎশিনদুনা লৈ। শম্মা হায়রবদা, রবীন্দ্রনাথ মীনি, মহাক বাঙালী নত্তে, ভারতবাসী নত্তে, মহাক পৃথিবী অপুম্বগী মীনি। ময়াম্বু অমগী মৈদা চাকথেকহনবা, খাইদোকপবু অপুনবগী যজ্ঞদা আহুতি পীগ্রবা বিশ্বসংসারগী মীনি।

*''তপস্যা বলে একের অনলে*
*বহুরে আহুতি দিয়া*
*বিভেদ ভুলিল, জাগায়ে তুলিল*
*একটি বিরাট হিয়া।।''*

মথক্কী অসিনি মাগী থোইদোক্লা শম্মা হায়রবা পুন্সিগী দর্শন। দর্শন অসিগা মাগী শিক্ষাগী দর্শনগা চপ চানহল্লি। রবীন্দ্রনাথকী বিশেষত অমদি মাগী শিক্ষাতত্ত্ব অদুমক মাগী পুন্সি মরেল্লি অমসুং অতৈবু পেনহন্নবা হোৎনবা অসিনি। কবি অমনা তাইবং পুন্সিবু 'এপ্রোচ' তৌবা মতৌ অদুগা চপ-মান্ননা রবীন্দ্রনাথনা শিক্ষাবু তৌই। মশীং লাকঙমদবা মমায় লোঙবা মীওইবগী পুন্সিনি। মসিবু রবীন্দ্রনা, মান্নদবগী শরুকপু, খেন্নবশিং অদুবু থৌশাদবা তৌদনা, মপুম ওইনা চিংশিন্দুনা য়েংলকপা মীৎয়েংনি।

শিক্ষা-শাস্ত্রগী মরমদা থনবা অমসুং চাং-য়েংবা অমা ওইনা হৌজিকসু মহাক্কী মরমদা নৈনগদবা, পুথোকখিগদবা কয়া অমা লৈরি। মাগী কবিত্ব-শক্তিগী কা হেল্লা লাংবা অদুনা মীৎ থক্কৎনখিবনা মাবু শীংথাবা মাবা অথোইবা শিক্ষাবিদ অমা ওইনা উবসি উকম থোকপা মী মশীংদগী খল্লা মল্লাৎলি।

রবীন্দ্রনাথকী শিক্ষাগী দর্শন অসি বামনগুম্না মখোঙ অহুম লোঙই, নত্রগা, মরু ওইবা মূখী অহুমগী মখক্তা নম্ভুনা শাবা দাদারি। হায়রিবা মরুওইবা প্রিন্সিপল অহুম অসি - ১। স্বতন্ত্রতা, ২। সৃষ্টিমূলক ওইবা আত্ম - প্রকাশ (creative self repression), ৩। তাইবঙ মীগা অমসুং প্রকৃতিগা অনীগী মনুংদা অচেৎপা অমসুং 'এক্তিভ' ওইবা কম্যুনিয়ন' লৈবা হায়বা অসিনি। মথং মনাও নাইনা লৌখৎলবদা —

অহানবদা : স্বতন্ত্রতা মহাক্না হায়, 'ঐ ইনাগী ওইনদি, পুন্সিগী 'প্রিন্সিপল'বু থাজে, 'মেঠট'তগী তাইবঙ মীগী আম্বাবুনা হেন্না থাজে, শিক্ষাগী উদ্দেশ্যাদি পূক্লিংগী স্বতন্ত্রতানি, নীং খা তম্না চৎপগী মতেংনা মসিবু ফংগনি, অদুগা তৌবগীদি, পুন্সিদা দায়িত্ব লৈবগুম্না অমসুং শোয়নিংতাই লৈবগুম্না মসিগীসু লৈ। Freedom in the mere sense of independence has no content and therefore no meaning মপুঙ ফাবা স্বতন্ত্রতাদি মী অমগা অমগগী সম্বন্ধদা complete harmony লৈবা অদুনি। অসুম্বা সম্বন্ধ অদুবু ঐখোয়না পৃথিবী অসিদা realise তৌই, করম হায়না তৌই খঙবনা পাউক্সুম পীদুনা নত্তে, মদুমক ওইনা পূন্সি যসি লেম্ভুনা। (তত্ত্বনা ব্রাৎপদগী) থৌশাদবা অমসুং খঙদবা (ignorance) অনী অসি তাইবংমী ওইবগী খ্বাইদগী ফত্তবা বস্কানি, মখোয়গী খুদুমদা লৈরিবমখে মখোয়না মশক উদবা লৈপলগুম্না ঐখোয়বু অচপ্না পূন্সিদা ফাজিন্দুনা থম্মী। শিক্ষাগী সংস্থানশিং অসি সত্যাগী জগৎ অমা ওইফনবা, - ঐখোয়গী চিন্তানিরা অসিনা থিজবদা 'মনীং তম্বা' অদু ফংননবা শেমগৎপিগদবনি, অদুগা কলাগী জগত্তা চঙননবা অমসুং তাইবং মীগী সম্বন্ধগী জগত্তা চঙনবা ঐখোয়গী ভাব ধারা, অনুভূতিবুসু শেমগৎকদবনি।

নীং-খা তম্বা হায়বসি অখিংবা লৈতবা, মকম অমসুং লেঙ-খোৎপগী হাতসু নত্তে। তাহবং মীগী মরক্তা লৈনবা অখিংবা লৈতবা মরী (relation) হায়বা অমসু লৈরিবনি। খুদম — প্রকৃতিনা পীবা মখানা মচাবু নুংশিবা হায়বা খুদোলপোৎ অদুনি। খুদোলপোৎ অসি অঙাংগদি খোইদোক্না দরকার ওই, মরমদি মসি নীং-খা তম্বনি (freedom)।

"ঐগী শিক্ষাগী সংস্থান্দা ঐনা ক্রিদম অসিগী 'aspect' অহুম অসি লৈনবা খৌরাঙি, মদুদি হাখলগী নীং-তম্বা, থম্মোয়গী নীং-তম্বা অমসুং will' গী নীং-তম্বা।"

অনীশুবা:- সৃষ্টিমূলক স্ব-প্রকাশ (creative self-repression) — "শিক্ষাগী মরু ওইবা কাময়দি 'ফেক্টস' খোমজিনবা হাক্তসু নত্তে, তৌইশুবসুং তাইবংমীবু খঙবা অমসুং মশাবু মী অতৈদা খঙহনবা অসিনি।"

"হাখল খয়বগী লোল অদুতা হৈজিনবদা নত্তনা তাইংমীগী কলাগী লোয়া মাগী ওইবা personality গী শরুক অদুসু খরতা ওইরবসু হৈজিনগদবনি।"

মীওইবগী য়াম্না চাউবা শরুক অমদি লোয়রিবা লোলগী সন্দশিংগী মরক্তা থিবদা থক ফংদে। মদু থিগে হায়রবদি, ফংগে হায়রবদি লোয়রিবা লোলগী মনুংদা নত্তে। শিক্ষাগী পান্দমফম্বা মী মপুমগী (whole personality) মপুং ফাবা হায়বা ওইবনা, নৈয়ায়িক ওইবা বিস্তাধারাতবু খঙনদবনা, মশাগী সৃষ্টিমূলক ওইবা স্বপ্রকাশকীদমক লোল অতৈশিং থিবা তাই। মখোইশিং অদুদি লৈইশিং অমসুং মচুশিংগী লোল, খোয়েরকী লোল অমসুং (হকচাং) লেং-খোৎপগী লোল।

রবীন্দ্রনাথকী য়োত্তা, শিক্ষাগী সিটেমদা কলা য়াওগদবনি হায়বা অসি কয়িওম্বা কলা অমদা বিশেষ ওইবা

attainment' অমগীদমক থক নত্তে, শিক্ষাগী সিষ্টেম অদুমক্তী থাদোক্লবা য়াদবা শরুক অমা ওইনা লৈগদ্রবনি হায়বা অসিনি, মরমদি শিক্ষানা whole personality গী মপূং-ফাবা তান্নবা ওইবনা।

স্বস্তিমূলক ওইবা আত্ম-প্রকাশ হায়বিবা অসি খুৎশেম লৈবগী থবক কয়াগী মনুংদা, ঈশৈগী অমসুং অটে অটে 'আর্টস'-কী মনুংদা ফোঙদোকপা, চাওখৎহনবা য়াই। মবমদি হায়রিবশিং অসি তাইবং মীওইবগী থোইদোক্লা মনুং থিংজিনবা মচবিৎ আধ্যাত্মিক শক্তিগী মহাত্ম্য অদুগী মশা মতোমতা পাথোবকপা অমনি। তাইবঙমীবু আধ্যাত্মিক জীব অমনি হায়না লৌরবদা অমসুং শিক্ষাগী 'সিষ্টেম'না মাগী মপূং ফানবগী ওইরবদা মসিদা লৈইগী মচুগী, খোল্লোক্তী অমসুং হকচাং লেঙ-খোৎপগী অন্নাংবা মফম পীদনা মপূং ফাবা অফবা সিষ্টেম থক ওইবা য়ারোই। অদুননি শান্তিনিকেটনদা মখোয় অসিগী অন্নাংবা মফম লৈবিবা। রবীন্দ্রনাথনা হায়বা রাফম অমগা তাসি। মহাক্লা হায় -

*"তাইবংমীনা বিজ্ঞানগী অচম্বা ভাক্তা পুথোকপদা নত্তে, মহাক্লা 'মুখৎপা য়াদবশিংবুসু (unutables) 'রিএলাইজ' তৌবে। থায়নদগী রাফমশিং অসি ফোঙদোক্লরক্লি, মখোয় অদু যামত্তে অমসুং মমল য়ামত্তে। রাহৈদা, ঈশৈদা, লৈইদা, মচুদা অমসুং 'বিডম'দা মী মশেলদা লৈনবা সত্যগী অথুম্বদা, থৌনা ফবগী থবক্তা মপূং ফাবগী প্রকাশ অমা হেক উবদা মীওইবনা মদুদা পেঙ্গবগী রাফম অদু মাঙলবোইদবা রাহৈনা সম্বন্ধ তৌদুনা অপেনবা, নুংঙাইবা অদু অবেক্সনি হায়বগী প্রমাণ পীরে। হাত্রশিংবুসু ঐনা 'মেসেজ' অসি ফংহল্লীংই, নাম্লোকহল্লিংদে, মখোয়সু নুংঙাইবা অদু শরুক য়াক্তসনু হায়বগী ভাক্ত নত্তে, পৃথিবী অসিদা পোকুনা ঐখোয়না*

*কজনবা মশক উরে, 'সন্নাইম'বু অনুভব তৌরে, নুংশিকম খোকপবু নুংশিরে হায়বা ওজগী অধিকার অমসুং শক্তি অদু কংদুনা ঐখোয়গী লৈবাক অসি মদম পীথদবা অদুগুম শিক্ষা অদুগী কায়বা অদু কংজসনু হায়বগীদমক্তি। ঐখোয়গী লৈবাক্কী অত্রা-নুংঙাইবদা, আশা অমসুং পামজবদা (hopes and desires) দৈশেগী অমরাপুরগী কেজ্রদা অমরত্ব কংবা ওইসনু।"*

মতেক থক্তিক অসিদগী রবীন্দ্রগী শিক্ষাগী সিষ্টেমদা অপোয়, দৈশে, লাইয়েকপনচিংবা কলাগী অয়াংবা মকম লৈ হায়বসি লায়না খঙনিংঙাইনি।

অহমশুবদা :- তাইবঙমীগা প্রকৃতিগা অনী অসিগী মনুংদা অচেৎপা মরী লৈনগদবনি। ভৌতিকস্ পংহোং-হোংলে হায়বা যান্ত্রিবা হায়গী শিক্ষা সিষ্টেমগী মরমদা মহাক্না অসুম্না হায়, – "শিক্ষাগী কারখানা, মথক্তায় পান্দবা মপু য়াওদবা বিশ্বসংসারগী করিগুম্বা 'context' তগী পুমথাই থাইদোক্লুনা লৈরবা অশিবা মীগী মমীৎনা তৌবগুম্বা মাগী অস্তৌবা ফক্লাং মরি অদুদা অসুম য়েংদুনা লৈবা।" অসিগুম্বা 'ফেক্তরি'শিং অসিগী মনুংদা 'য়্যাজিয়মগী অশিবা specimus ওম্বা' তুমিন তুমিন কমদুনা লৈজবা 'ঐখোয়গী ইথক্তা পারাশিং অদু অখোৎপা লৈগী মথক্তা লেনগী মপৈ হৈথবগুম্বা হৈথরি।' প্রকৃতি দেবীগা শম্নহনবা য়াৎপা শিক্ষাগী সংস্থানগী context তা হায়বা য়াকমনি। অচুম্বা শিক্ষাগী প্রক্তীশিং অদুদি vitally savage and mentally civilised ওইহনগদবনি। মসি মহাক্না প্রকৃতিগা তত্তনা য়ান্নী শাবদগী কংগনি। অদুনা রবীন্দ্রনাথকী শিক্ষাগী দর্শনদা অয়াংবা মকম লৈ।

তাইবংমীবু কনখৎহনবা, থয়াম হাপ্পবা শক্তি অমা প্রকৃতিগী লৈরি। শিক্ষাগী সিষ্টেম অয়াম্বদা অঙাংবু

প্রকৃতিদগী খাইদোকখিবনা অপ্রাকৃতিক ওইহল্লে, পৃথিবী অসিদা লৈনা লৈনা অপার্থিব ওইহল্লে, সমাজদা লৈনা লৈনা সমাজগী 'কন্টেক্ট' তগী খাইনখিবনা অসামাজিক ওইহল্লে, অমসুং শিক্ষাবু কল্লাং মরিগী মনুংদা ফাজিন্দুনা থমখিবনা মসি থোইদোক্না 'আর্টিফিসিএল' ওইরে অমসুং মাগী মমল থোইদোক্না হন্থহল্লে, মরম অসিদগী রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মোত্তী অচুম্বা শিক্ষা পীনবগীদমক অঙাংবু প্রকৃতি দেবীগা নকৃবা মরী লৈনহনগদবনি হায়বা অসিনি।

মতাঙ অসিদা মহাক্না অসুম্না হায়রম্মী – "অঙাংশিংগী sub-conscious mind অমা লৈজরি, উপাম্বী অমনা অকোয়বা atmosphere দগী চীঙ্গাক খোমজিনবা ঙমশুম্না, মখোয়গীসু পরিবেষ্টনীদগী চীঙ্গাক খোমজিনবা শক্তি অমা লৈজবি। মখোয়গীদমক্তা স্কুলশিং, মেথর্টশিং, বিল্ডিংশিং, খুৎলাইশিং, ক্লাসতা তম্বীরিবশিং অমসুং পাঠ্যশিংদগীসু হায়রিবা পরিবেষ্টনী অসিনা যাম্না হেন্না মরু ওইবা শোৎশক্তি।"

শিক্ষা হায়বা অসি জাতীয় শিক্ষা ওইহনগদবনি। জাতি অদুগী কৃষ্টি, ঐতিহ্য, তৌবা ঙম্বা শক্তি অমসুং লৈনবা পুম্নমক অসি য়েংশিন্দুনা চাশিন-চুশিন্নহন্না শিক্ষাগী মওং শেম্বতা নত্তনা জাতি অদুগী মনুং চনবা মী পুম্নমক্তা লায়না ফংহনবা যাবা শিক্ষা ওইহনগদবনি। শিক্ষাগী মমল তাঙহন্দুনা ইনাকখুনবা থরতগী শিক্ষা ওইহল্লোইদবনি। অটৌবা উৎসব অমদা অরাম্বা, লায়দবা মী খজিক্তবু য়াওহল্লগা, ফক্লাংগী য়াংমদা মপুক লাল্লবা চানিংবনা য়ো-য়ো খোৎলবা মী লীশিং-লীশিংবু চপৌ য়েংহন্দুনা লৈহনবদি অটৌবা পাপ ওইগনি। সরস্বতীনা লক্ষ্মীগী খোঙজিন্দা লেপ্লুনা তিক্কাং দেহি, তিক্কাং দেহি হায়না নীঙহন্দুনা ইকায়বা পীগদবা নত্তে। সরস্বতীগী মশক্তা

উবদা লক্ষ্মী দেবীনা মাগী পূকে লাওনা হাংদোক্লুনা অৱাৎ-অপা পূম্নমক লৌখিনবা নোম্লুক্না হায়জগদবনি। করিওদ্বা মতমদা শিক্ষা ফংনিংবা অমসুং ফংবা ঙমদবা ছাত্রবু লায়রবা হায়বা অদুনা খুদোংচাদবা পীহন্দবা অমদি ইকায়বা নংহন্দবা শিক্ষা অদু জাতীয় শিক্ষানি। শিক্ষা হায়বা অসিতবু অপূনবা জাতিগী ওইনা হায়বদি সরকারদনা খ্বাইদগী তাঙবা হায়বদি মমল চঙবা, অদুগা প্রজাদা খ্বাইদগী হোঙবা পোৎশক ওইরবতদা জাতি অদু থুনা চাওখৎকদবনি।

শিক্ষাগী মরমদা খনবা হেক হৌবা নুমিত্তগী মসিগী মরু ওইবা কেন্দ্র অসি কয়ারক হন্না ওনখ্রে। থায়নগী ভারত্তা বেদগী মতমদগী গুরুনা শিক্ষাগী কেন্দ্র ওইরম্মী। ছাত্র অমসুং শিক্ষাগগী অতৈ 'factor পূম্নমক গুরু অদুগা চাপিন-চুপিন্নহল্লম্মী। অদুদগী চহী কয়া অমা তম্লবা হীরমনা অমুক কেন্দ্র ওইখি। হৈনবা হৈনদবগী ম্রা লৈতে, অঙাং পূম্নমক কোনফম অমত্তদা হৈবা পোৎশক ওইনা লৌদুনা তম্বীগদবা হিরমশিং নমশিল্লে। অদুদগী 'অনৌবা শিক্ষা' অমা অমুক হৌদোক্লে, মদুদনা 'অঙাংনা' কেন্দ্র ওইহল্লে। ওঝনা তম্লনবা হিরম (করিকলম) অমসুং অঙাংনা কেন্দ্র ওইবা হায়বা তোঙান তোঙানবা 'সিষ্টেম' খুদিংদা পূম্নমক্না মানিংঙাই ওইবা 'প্রিন্সিপল' কয়া মাওরবসু হায়রিবা 'সিষ্টেম'শিং অসিগী অমত্তবুসু গুরুদেবনা মপুং ফাবনি হায়না লৌনিংদে। মরমদি context' হায়বদি 'করিকলম'দতা হেল্লিম্না মরু ওইবনি হায়না লৌরবদি মদুদা হৈনদবশিং অদুগী manpower মাঙগদৌরি। হৈনদবশিং অদুনা মাম্না হৈনজবা অমসুং সমাজগীসু মশাগীসু কানজবা হিরম কয়া কয়া লৈরি হায়বা ৱাকম অসিমদি খাইদোকত্রবনি। অদুগা অমুক অঙাংনা কেন্দ্র ওইবা সিষ্টেমদনা অঙাং অমমমগী তৌবা ঙম্বা শক্তি (aptitude) অমসুং হৈনবা

অদুগদা কনশিন্না লৌদুনা পীবা শিক্ষানা 'social efficiency' পীদমক অকক্নবা 'ষ্টেণ্ডার্ড' অমবু মাবী ভৌরিবা অদু ফংবা য়ানা থোক্তনি। হায়রিবা শিক্ষাগী 'সিষ্টেম' মখল অহুম অসিগী মহুত্তা রবীন্দ্রনাথনা 'পূর্জি'না কেন্দ্র ওইবা শিক্ষাবু পাম্মী, খাজে।

পূন্সিনা কেন্দ্র ওইবা হায়বা অসিদা পূন্সিগী করিগুম্বা অকক্নবা 'aspect পু নত্তে, মীওইবগী পূন্সিগী ম্বাইদগী হেন্না ফবা শরুক অদুগবু ওম্বা অমসুং হাত্রনা পূন্না লৈমিন্নবা হায়বনি। শিক্ষানা মাগী উদ্দেশ্যা অদু পাঙথোক্কে হায়রবদি 'পূন্সি'না কেন্দ্র ওইহন্দুনা মাগী 'interest পুম্নমক অঙাংগী পূক্নিংদা হানজিনবিগদবনি, হৈহনগদবনি, অতে উদ্দেশ্যাগী নত্তে, interest শিং অদুগী মরম্নাই উদ্দেশ্যাগীদমক, মদুগদা জ্ঞানগী মশা পুম্নমক অমসুং অতে ফেক্টর পুম্নমক কেন্দ্র অসিগী মনুংগী ওইনা সম্বন্ধ অমা লিংখৎপা লায়না থোক্তনি। অসিগুম্বা সিষ্টেম অসিদা গুরুনা (ওঝানা), টীশেগী নত্তে, লাইব্রেরগী নত্তে, পূন্সিগী আর্টিষ্ট অমা ওইগদবনি, 'করিকুলম'না মী মীগী অমসুং 'কম্যুনিটি লাইফ' কী আম্বা-প্রকাশকী খুদোংচানবা মচাক হনবা ওইহনগদবনি, অদুগা হাত্রনা মশাগী আনন্দ প্রকাশতা শক্তি প্রকাশনা অমসুং অপূনবা 'life enterprise গী শরুক য়ামিন্নবদা শৌগৎপা ওইদবা করিগুম্বা থবক অমত্তা ভৌরোইদবনি অমসুং তম্মোইদবনি। হায়রিবা শিক্ষাগী সিষ্টেম অসি কবি রবীন্দ্রনাথকী নত্তে, সত্যদ্রষ্টা 'ঋষি রবীন্দ্রনাথকী জগৎ সংসারবু মপুম ওইনা উবা ঙম্বা মীৎয়েংদগী থোকপা সৃষ্টিনি।

অচুম্বা (সত্য) হায়বা অসি মমায় অনী লোঙই। অমনা নোংমা নোংমগী পূন্সিদা য়েন্নরিবা সন্নালশিং অদুগা মরী লৈনৈ, অদুগা অতোপ্পা অমনা করিগুম্বা অকক্নবা কান্নবা

উদ্দেশ্য অমগা মরী লৈনদবা সত্য অদুনি। তাইবংপান্বগী পুন্সিদা থাইদগী লংবা মীশক্তি সত্য মখল অসি খঙবা, থংবা অমসুং অনুভূতিদা ফাওবা অসিনি। গুরুদেবনা অসিগুম্বা শিক্ষাগী সংস্থান অমা পান্মী, 'সত্য অসিবু খিননবা পূজা নোন্মীরবা, মদুদা ঐখোয়গী অপূনবা সংস্কৃত অমসুং ইতিহাসবু শরুক য়াম্লিরবা, মদুদা পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্কী আর্টিষ্টশিংনা ফজবগী মূর্তি শেমখিবশিং অদুবু, মদুদা বৈজ্ঞানিকশিংনা জগৎকী অথুপ্পা পুথোকখিবশিং অদুবু, অমসুং দার্শনিক পণ্ডিতশিংনা হিংদুনা লৈবগী সরালশিংগী পুথোকখিবা সোল্যুসনশিং অদুবু অমসুং আধ্যাত্মিক জগৎকী সত্যবু মশাগী পুন্সি মরেম্না মূর্তি-পাম্না উৎখিবশিং অদুবু মশা মশাগী অনুভূতিদা ফাওহনবা ঙম্বা, মী মশানা য়াওজরিবা অকক্কুবা জাতিগী নত্তে, তাইবংমী পুম্নমক্কী মজলগীদমক।'

লবায়গী, খঙবা রাৎশদগী, ইচম চম্বা পুন্সিসু নত্তবা, শহরগী শীতম-তক্সা মীবু হন্থনা য়েংবদা হৈজবা পুন্সি অদুসু নত্তবা, চৎনরিবা সমাজগী ওর্ডরদা য়েৎলগতা, খিংলগতা নুংঙাইজবা অদুসু নত্তবা, নত্রগা চৎনরিবা সামাজিক ওর্ডরবু শংইত্ত-ইনবা অদুসু নত্তবা, মহাক্না হেক চঙলকপদা সমাজ অমদা অরাংবগী পোৎলুম হেক থোক্নৎলবা মিতাবা পাম্বীদ্রবা, মঙোন্দগী হন্থবা, অশোনবা মীতাদগা থেজাইনরবতদা নুংঙাইজবা মীতাবু পাম্বীদ্রবা, এগ্রট্রিমিষ্ট ভিউ লৈবা রাজনৈতিক নেতাগী ফুংইনবতবু পামজবা, য়েৎ-ওয় হাইদোক্না রাখল থনবা হৈনদবা মীতাবু পাম্বীদ্রবা, অচাওরম তাম্নবদা মীওইবা ফাওবা তোকপা হন্থবা থাক্কী মচৎ চৎপদা হজোইনদবা মীতানা নম্বা সমাজ অমা পাম্বীদ্রবা, অদুগা অমরোমদনা পুন্সিবু মশক খঙবা, মহাক্কী মশক্তা উবদা মহাক্কী স্বপ্রকাশিত ওইবা আনন্দগী মশেক্না মী অতৈগী থম্মোয়দা



মতম অমগী সরকারগী স্কুলশিংগী হেড মাষ্টরশিং

ফাওহন্নুনা হাম্বোকহনবা শুম্বা অদুগুম্বা মীতাবু পাক্লিরবা কম্যুনিতি 'লাইফ' তা মহাক্কী ম্বাইদগী য়াম্বা শরুক শীনিংলবা মী-মীগী পুন্সিদা ম্বাইদগী মমল য়াম্বা, ম্বাইদগী হেনবা, ফবা ওইবা য়াবা ওইনা লৈরিবা শরুক অদুবু চাওখৎহল্লিংলবা, অদু ওইরবদি 'life-centre' ওইবা শিক্ষাশুনা মদু শীবা শুমগনি।

লৈবাক্কা তপ-নপ্পুনা লৌবা নাপী শাক্তনা থম্না লৌরবা পাক চাউরবা ভারত লৌবা লমজাউ অসিদা অতিয়া খেৎনা য়াংলবা উজাউ অনী লৌখি। অনী অসিনা ভারতপু পৃথিবীগী জাতিগী সভাদা অয়াংবা আসন্দা থাক্কৎপিরম্মী। অমনা কবিনি, অতোপ্পা অমা অদুনা রাজনৈতিক ক্ষেত্রদা চঙবা ঋষিনি। অনীমক অসিনা পুন্সিগী মশীং লাকশমম্রবা মথৌ ময়ামগী মরক্তগী শিক্ষাবু মথৌ অমা ওইনা পায়খৎনরম্মী। শিক্ষাগী য়া শাংনবদা লৌক্তিকী ভারতকী context অসিদদি গুরুদেব অমসুং বাপুজি অনী অসিগী অমত্তং হেক চীথবদা, মপুং ফাবা ওইনা অয়াম্বনা লৌনিংঙোই।

মখোয়গী সিষ্টেম অনী অসি নকুবা দগী মপ্পী লৈ, খেন্নবা লৈবা অদুসু তাইশিন্নবা য়াদবা মওং অদু ময়োনা চথবা নত্তে।

অনীমক্কী দর্শন অসি থায়নগী ওইবা ভারতকী সংস্কৃতিদা নমবনি। তোঙান-তোঙানবা দেশতা, খোইদোক্পা ঐখোয়গী ভারতা, করি করিগুম্বা মতমদা তাইবংমী মরক্তা থরনা 'রিএলাইজ' তৌব্রবা সার্বভৌমিক ওইবা সত্য অমগী মথক্তা ননবনি। রবীঠাকুরগী আনন্দ অমসুং বিশ্বভ্রাতৃত্বভাবকী মেসেজগা বাপুজীগী সত্য অমসুং অহিংসাগী পাউ অসিগা অমহানি, পুম্মান-মাপ্নৈ হায়রবা ফাওবা য়াই।

গান্ধীজিনা, মতম পুম্নমক্তা লৈরবা অফ-ফত্তা অমসুং পাপ-পুণ্যগী সৱাল অসিদা হেন্না কনশিন্না পূক্লিং চঙশিল্লি অমসুং মী মখল পুম্নমক্কী চঙগদবা অদু মেনখৎনবা মখোয় মখোয়গী শক্তিগা চুনবা, অন্নায়বা মখলগী কর্ম্মযোগকী 'ডার্সন' অমা পীদুনা কর্ম্মগী দর্শন অমা হৌদোকই। অদুগা গুরুদেবনা পূজিগী নুংঙাইবগী দর্শন্দা, কর্ম্মদগীদি খাইদোক্তবা অতৎ-অথম লৈতবা 'আনন্দ' ফোঙদোকপদা অমসুং 'রিএলাইজেসন'দা থাজবা অমসুং পূক্লিং চঙশিনবা হেল্লি।

গান্ধীজিনা মহাক্কী শিক্ষাগী 'সিষ্টেম'দা মীওইবগী নোংম-নোংমগী ওইরিবা পুন্সি অসিগী 'reality' অদু চপ-চানা লিংখৎলি (establish)। অদুনা শিক্ষাবিদশিংনা মতম কুইনা নীংজরক্কবা শিক্ষা হায়বা অসিনা ছাত্রগী পূক্লিংবু মাগী খুদুম মনুংদা থমদুনা করিগুম্বা মওংগী 'নাম্বোকপা' (escapism) গী খুদোং অমত্তা পীদবা হায়বা শিক্ষা অদুমক বাপূজিনা হৌদোকপিরম্মী।

অমরোমদা গুরুদেবনা reality' বু খ্বাইদগী পাক্লবা perspective' তা লৌদুনা শিক্ষাবু মফম, মতম অমসুং মী কাঙলুপ্তা সীমাবদ্ধ ওইবা অচপ্পা মওংদগী কন্ননবা তৌই। তাইবঙমীগী 'ষ্টিমুলস'পু নীংথিনা শাসন তৌদুনা, ট্রেনিং পীদুনা মদুদা পাউখুম পীবা সেমিনরি অমা শিক্ষাদা গান্ধীজিনা পীনবিরে, অদুবু বাপূজিগী সিষ্টেম অসিদা motive power' অমা তত্তনা অসুম পীশিনবগী মচাক অদুমদি হাত্তুনা লৈবগুম তৌই। গান্ধীজিগী সিষ্টেম অসিদি করিগুম্বা অকক্লবা পান্দমফম অমা পীরবদি সাধারণ ওইবা মীওইশিংনসু পান্দমফম অদুগী মতীক-চানা পুন্সি লেনবা ঙম্মী হায়বা কল্পনা (assumption) অসিগী মথক্তা নন্দুনা হৌগৎপগুম তৌই। সামাজিক হায়গে হায়মু অতোপ্পা হীরম অমা হায়গে হায়মু,

'মিলিওন' অমা য়োক্লে অমসুং হিংছনগে হায়রবদি পৃথিবী তোঙান-তোঙানবা মমলশিংবু চেৎনা অমসুং হোইশাংননা realise তৌগদবনি। শিক্ষাগী ম্বাইদগী চাউবা মথৌদি মমলশিং অসিগী অচুম্বা মচাক হনবা অমসুং মখোয়বু লেঙদনা থম্বা ঙম্নবা আকাশবাণী শীবা অসিনি। গান্ধীনা 'রাখল খনবা পৃক্তিংতসু নত্তনা রাখল খনবা খুদোম্বীসু শাম্মী।' অদুম্মদি ওইরগা বাপুজিগী সিস্তেমদা affective side চাওখৎনবগী মচাক খরা রাৎপগুম তৌই, অদুগী থবক নোম্মবগী শরুক্তা (conactive side) খরা হেক্তিন্না, মরু ওইনা লৌশিল্লি।

"রাখল খনবা খুদোম্বী, গুমদুনা চাবা লৈতবা সমাজ, মথৌদগী নাম্বোক্তবা, লৈবাক-মচা ভাবা মচৎ চৎপা নাগরিক, common earth কা শম্নবা দর্শনা মাগী ওইবা বাধা কৃষ্ণন অমা, খুৎকী থবক্তা চৈ শিংলবা, কম্যুনিটি লাইফতা নোংমা-নোংমগী খুৎনা শূবা থবক্তা শরুক য়াদুনা মাগী শৈরেংশিংগী শৈহেক্তা হেন্না হেন্না সত্য অমা পুরকপা ঙম্বা সবোক্তিনী অমা" অসিনচিংবা শেমগৎপা ঙম্বা শিক্ষাগী সিস্টেম হায়না কয়া অমসু থাগৎনরি। অদুবু মন্নতত্ত্ববিদ কোঙ্গায়না 'বেসিক এড়ুকেসন' অসিবু লম কয়াদগী য়ানীংনদ্রি। মদু পুম্নমক নৈনফম নত্তে।

গুরুদেবগী শান্তিনিকেতনবু মী খরনা Over-refined ওইবা কবিগী স্কুল হায়না নোক্নবা য়াওই। শক্নগী অর্থরোমদগীদি নোক্নবা অসি থাগৎপা ওইনসু লৌবা য়াই, মরমদি refinement তা হেক্তিন্নবসু অকায়বা লৈতবনা। নোক্নরিবা অসিগী 'spirit তগী খম্নরগসু তাইবঙমীনা ফুগায়না শাৎপা লৈ অমা উবদা পেন্নরিবা, অরাংবা উত্তোম্দগী লমখুনুনা কুকু কুউ কুউ হায়না দুর্গদগী অহিংবা হৈখরকপগুম তারিবা অসিনা অচুম্বা ওইরবা, মখাং চেংবা, থবাক কনবা, মুংগানবা পাখং উবদা

শেন্নরিবা অমসুং নীংথিবী নুপীনা জগোয় শাবওয়া থাংলকপা থোংথাংদা পুক্নিংদা নুংঙাইবগী ইপোম অমা থৌরিবা অসিনা অচুম্বা ওইরবা পুন্সিদা লৈইশিংগী মচুশিংগী, খোঙ্খোক্কী তাল অমসুং ছন্দনা সত্য অমা ওইরবা 'Aesthetic culture' না মীওইবগী সত্তা অমা ওইরবদি, অদুগা শিক্ষানা 'মী মপুম'গী ওইরবদি শিক্ষাদা মসিগী মফম লৈহনবদা নোক্লনিংঙাই লৈফম লৈতে। লম অসোমদা গুরুদেবনা কা-হেনবা মরু ওইবা পীশিন্দুনা অতৈ সামাজিক ওইবা তাইবংমীগী গুণশিংবু থৌশাদবা তৌদে। মদুগী অরংবা প্রমাণদি, — শোক ১৯১৭ দা কলিকতা ইউনিভর্সিটিনা কম্মিশন অমা শেমদুনা বাঙ্গালাদেশকী শিক্ষাগী মরমদা থিগৎনবা তৌখি। কম্মিশন অসিগী প্রসিডেন্ট মাইকেল মেডলারগী রিপোর্টতা 'কম্যুনিতি অমগী মেম্বরশিপ' অদুগী মতেংনা মথৌদা, হরাও-তয়ামদা মশরুক য়াবা অদুগী মতেংনা, হায়বা ইনবগী অমসুং (স্কুল অদুবু) শাসন তৌরিবা মতৌ অদুগী মতেংনা, অঙাং অমনা ক্লাসতা মতম চানা চানা চঙদুনা অমসুং ময়ুমদা লাইরিক থরায় য়াওনা হোৎনদুনা হৈজিন্নিবা অদুদগী করিমত্তা হঙ্দবা, পাম্নাশিংদুসু হৈজিনগদবনি। মসিগুম্বা শিক্ষা অসি ভারত্তা ওইথোক্তবনি হায়বা য়াদে। খুদম অমতং পীবা তাগ্রবদি, মসিগুম্বা মওংগী শিক্ষা অসি বোলপুরদা থোইদোক্না চাওথৎলি। রাহৈ পরেং অসিদগী গুরুদেবগী শিক্ষা সিষ্টেমদা অশেংবা পুন্সিবু থাদোক্নবা, থাইদোক্নবা মওং অমত্তা য়াওদে হায়বা চপচানা থঙই।

গুরুদেব মশামক্না হায়বা রাক্ষম অমদগীসু মহাক্কী শিক্ষাগী সিষ্টেমদা নোংম-নোংমগী ওইবা মীওইবগী পুন্সিবু অমসুং অর্থনৈতিক ওইবা পুন্সিবু থাইদোকপা লৈতে হায়বা চপ-চানা থঙই। ''শিক্ষাগী সংস্থা অমদা পুন্সিগী জ্ঞানগী কেন্দ্র ওইবতা নত্তবা অর্থনৈতিক পুন্সিগীসু

> কেন্দ্র অমা ওইহনগদবনি। মকম অসিদা লৌ খোইগনি, শা-ষণ য়োকনি - সংস্থা অমসুং ছাত্রশিংবু মটীঙাক য়ৌনবা। বিজ্ঞানগী মতেংনা খাইদগী ফবা পাম্বৈ অমসুং মচাক শীজিন্নদুনা মসিগী চঙশদবা পোৎচঙ পুন্নমক থোকহনগনি। Co-operative principle দা নমদুনা পাঙথোকপা industrial venture শিংদা সংস্থান অদুগী মপুক্তি ননগনি। ওঝাশিং অমসুং ছাত্রশিংবু চঙ চঙ লাউবা অমসুং তত্তনা পাঙথোকপা য়ানবা দরকারগী থৌরীনা পুন্না পুনশিনগনি। মহাক্কী motive force না লেপ্পোংগী মিহৌবনা ওইদবা industrial training গী practical side অদুবুসু পীগনি।'' মসি ফাওবা হায়নরবা মতুংদা over refinement কী দোষ পীফম লৈত্রবরা খল্লি।

ববীন্দ্রনাথ টেগোবনা পামজর্বান্নবা শিক্ষাগী মওং অদুদা ওজা পিশকসু য়াম্না নীংথিনা চঙশিল্লী হায়বা ঐসিমদি হায়দবা যাববোই। মহৈবোই ওইবিঙে মতমদা ওজাগা যাম্না নকশিন্ননা লোয়নখিবা অদুগা শিক্ষা হায়বসি কবিনো হায়না কুপ্না য়েংশিনবা মীওইশিংনা ওজাগী য়াবোল অসি কুপথনা পাববা অর্মদি নৈনববা মতম অদুদা ওজানা শিক্ষাদা য়েংখিবা মীৎয়েং অমদি শিক্ষাদা থৈখিবা মবেক মহাও অদু নীংথিনা খঙবা ঙমগনি।

শিক্ষাগী মতাংদা, ওজানা মশাক্কী ওইবা বাফম খণা ফোঙদোক্লবা অসি য়াম্না কুপথনা য়েংশিনবা যাবা থুংলি। এহাক্না ফোঙদোক্লে:

> ''শিক্ষা হায়বা অসি জাতীয় শিক্ষা ওইহনগদবনি।... শিক্ষাগী মমল তাঙহন্দুনা ইনাকখুনবখক্তগী শিক্ষা ওইহল্লোইদবনি। অচৌবা উৎসব অমদা য়রাম্বা, লামদবা মী খজিকতবু য়াওহল্লগা, ফক্কাংগী বাংমদা মপুক লাল্লবা চানীংবনা য়্রো-য়্রো থোংলবা মী লিশিং লিশিংবু চগৌ য়েংহন্দুনা লৈহনবদি অচৌবা পাপ ওইগনি।''

ওজানা ফোঙদোক্লল্লিবা বাফমশিং অসি তশেংনা মণিপুরগী হৌজিক ওইরিবা এড়ুকেসনগী ফিভমসিগা নকশিন্নবা য়েংবা য়াম্না দববাব ওই। বাবেং অসি ইং ১৯৬১ দা ইবগা ইং ১৯৬২ দা ফোঙখিবনি। হৌজিক ইং ২০১২ দগীদি চহী ৫০ বোম হৌব্রে। চৎখিবা চহী ৫০ বোমসিদা মণিপুরগী শিক্ষাগী মতাংদা অহোংবা মশক য়াম্না লৈব্রে। অদুবু ওজানা হায়বন্নিবা "শিক্ষাগী মমল তাঙহন্দুনা ইনাকখুনবা খবতগী শিক্ষা ওইহল্লোইদবনি।" হায়বা অসি হৌজিক মতমগী কনটেক্সতা যেংদুনা বাফম কয়া ফোঙদোক্লবা হোৎনবা মথৌ তাবে হায়বসু খন্ননিংঙাই ওইবি।

মণিপুরদা নোংচুপ্লোমগী শিক্ষা মওং অসি নীংথিনা শন্দোকপা হৌবরুরা, অদুবু কলেজগী থাক্তা লৈবা শিক্ষাদি মণিপুরমক্তা শন্দোকপা ঙমদ্রিবা, মালেমগী অনীশুবা লাল্লাও অদুনা মণিপুর ফাওবদি য়ৌবক্লিবা মতম অদুদা মণিপুরগী মপান্দা মহৈ-মশিং তম্বশিংনা মণিপুর স্টুডেন্টস ফেদেরেসন হায়বা অমা লিংখত্তুনা মহৈরোইশিংনা লৈবাক্কীদমক যাগদবা থৌদাংশিং অদু খন্নবা অমসুং শকক য়াবা হৌবক্লে। মহৈরোইশিং অদুনা লৈবাক্কীদমক লৌখৎপা থবকশিং মীয়ামদা খঙহন্নবা 'নহাবোল' হায়বা চেফোঙ অমসু ইং ১৯৪০ ৪১ দগী ফোঙবা হৌবে। ইং ১৯৪১গী যাউশঙগী মতমদা 'নহাবোল' চেফোঙগী 'য়াওশঙ মশীং' হায়বা অমা ফোঙখি। চেফোঙ অদুদা ববীন্দ্রনাথ টেগোবগী মহুৎ শিন্দুনা মাগী সেক্রেটবী অনিল কে চান্দনা চিঠি অমা নহাবোল চেফোঙদা থাবকখি। চিঠি অদু, চেফোঙদুনা ববীন্দ্রনাথকী ফোটোগা কোন্ননা ফোঙদোকখি। ফোঙদোক্লিবা বাবোল অদু মখাগী অসিনিঃ

Letter from Visva Bharati
Santiniketan Bengal, India
February 10, 1941

Rabindranath Tagore under medical advice has to keep himself away from all avoidable strain He therefore regrets that he cannot write himself to you

He welcomes your new venture, may the Journal you are starting be an adequate vehicle of expression of the renaissance you are experiencing among your people now

**ANIL K. CHANDRA**

Secretary to Rabindranath Tagore

'নহাবোল' চেফোঙগী চহীদুগী (ইং ১৯৪১) 'পুজা মশীং' দা ছাত্র ফেদেবেসন (ছাত্র সম্মেলনী) অসিগী ৪শুবা অধিবেসন মণিপুর ড্রামাতিক ইউনিয়ন হোল (এম দি ইউ হোল) দা মে ১১, ১৯৪১ দা পাঙথোকপগী ৱাফম ফোঙখি। থৌবম অদু ওজা চিংঙাকম শিশক সিংহনা সভাপতি ওইদুনা পাঙথোকখিবনি। থৌবমদুনা ওজানা মাগী সভাপতি ওইবগী ভাষণ পীখি। ভাষণ অদুগী টেক্স অদু চেফোঙদুদা ফোঙখি। ভারতকী শিক্ষাগীদমক যাম্না কন্না হোৎনরিবা রবীন্দ্রনাথনা পূক্রিং থৌগৎলিবা চেফোঙ অদুদা ওজা শিশকনা হায়খিবা ৱাফমশিংগা ফোঙদোকল্লিবা অদুগা যাম্না চুনশিল্লে। অদুনা ওজা শিশকনা মণিপুরগী শিক্ষাগীদমক, মণিপুরদা শিক্ষা শন্দোকপা নৌবিদুগী মতম, মতাক্কী সি সি হায় স্কুলগী হেদ মাষ্টর ফাওবা ওইরম্বা মতমদুদা, মণিপুরগী শিক্ষাগী মতাংদা মহাক্কী পূক্রিংদা করি করি ফাওখিবগে হায়বদু যেংবা য়াই। মদুগীদমক ভাষণ অদুগী শরুক খরা লৌখৎচরিঃ

''চাওখৎপগী থাক কাগে ডারবা থৌদ্রিজদা মীওইবগী পূক্রিংগী ওইদবা য়াদবা ফিরম খরা লৈরি। মী অমা ওইনা অমসুং জাতি ওইনা চাওখৎত্রিজদা অহানবদা ছাত্রগী ফিভমদা পেন্দবা পোক্কনি, পেন্দবা অদুগী থৌরকফম্না চাংদম্নবগা কোনবা আত্ম-সমালোচনানি। অদুগী হোৎননীংবা — অদুগা চাওখৎপা। ছাত্রগী ওইরিবা ফিভমদা পেনবনা হোৎননীংদবা অমসুং চাওখত্তনবগী মরম্নি। সভা, সমিতি, সঙ্ঘ, আন্দোলন, বিপ্লব — মসীং অদু মনা পোন্দুনসু, মনা কন্দুনসু, মনা নুংশিবা ওইদুনসু

পেন্দবদগী পোকপা চাওখৎনিংবনা থৌইনশিন ওইরবদি চনীং তাগন্দে। অরাপ্পা সনা মানবা লৈতেং তাদুনা তোকই। পোক ১৯২৭ তা ঐখোয়না ছাত্র ওইরিঙৈদা থৌজিকী অসিগুম্বা ছাত্র সম্মেলনী অমা লিংদুনা অহানবা ফমখি। চাওখৎনীংনা তৌবা থৌদৌ নত্তবনা মতুংগী চহীদা অদুম মশিখি। তৌজনীংবা, উৎচনীংবদগী তৌরুবা থবক তাখি।

মদুসু অহানবা ওইবনা, মওং-মতৌ তাক্লবা ওইনা, মমী তম্লবা ওইনা থোক্লুনা কান্নবা থরা মরৈরি। মীনোক চাউবা কনাগী তমখিবা মীনোক্লা মীনা তৌজবা পূম্নমক, উত্তা ঘী হৈবগুম তাহনবা ঙম্লোই।

থৌজিক্তি মদুগী মতম থৌদ্রে। পোক ১৯৪১ গী ছাত্রনি। মতৌ তম্নবগীদমক্তা থবক তৌবা নত্তে। উৎপগীদমক্তা কনাসু মতম মাঙহল্লীংদে।

দেশ, জাতি থুদিংদা চাওখৎপগী লম্বেল চৎপদা মৈরা পামবা, লময়ানবা ওইরিবদি নহারোলনি, ছাত্রশিংনি।

....চহী ১৫, ১৬ শুবা মতমদা ভাবকী প্রভাবনা চঙদুনা কন্নুনা চাওখৎনবা হায়, পাম্মি। চহী ২৪, ২৫ অসিদি ভাব রাজ্যগী খ্বাইদগী কনবা প্রভাব লৈ। নুপীদনা থরা মতাং ঙম্না ঙম্না ওই। কন্ননাগী প্রভাবনা য়াম্না কনবা চহী মতাং অসিদা থাজৈশেংবা অবস্থাগী মওং কাউদুনা পুক্নিং অসি মতম পুম্নমক্তা অরাংবা আশানা কুপ্পুনা নুংঙাইরবা পাখংগী সংসার অমদা লৈবনা, আশা অদু থুংনবা ইথিন-ইরৈ য়াম্না কল্লি, শিবা নাবা কিদে। অদুনা পাখংনা থৌরক্লবতদা জাতিগী চাওখৎপগী থোঙথাং থুরিবনি। হকচাংগী পাজলগী অকনবা প্রভাবকা মরী লৈবা রাখল থনবা পুক্নিংগী মথক্তা লৈবনা, নোংমা নোংমগী অসুম কংখৎলকপদগী পুজিদা থম থেংনা কনমনবনা থৌজিক থৌজিকী সংসারদা পেন্দদুনা

হৌজিকপু অথাম্বা তুংদা খংচিং খংচিং চিংথোক্লুনা হয়েং তুংদা হোৎনরগা ওইরক্কদবা সংসারদা চঙদুনা লৈবা ঙমনা নহারোলগী পুন্সিবু কন্নক্লবনি। ওইরক্কদবনা ওইরিবা, ওইবা য়াদবনা মীকুপ মীকুপ্তা ওইরিবদা হঙ্ডিন্নকপদা ওইরক্কদবনা ফজবা হেনবা, নুংঙাইবা হেনবা অদুদা শাউদুনা ঙংই। মাঙদা লৈবা য়ৈখায়বা পুন্নমক কাওথোক্লুনা ওইরক্কদবদা ফোংচিল্লি। মীত্তা অঙৌবা নত্তবা মচুগী আলোক হাপ্লি। আলোকী মচুনা পোৎ পুম্ন মক শঙজীল্লি। অথীবসু ফজহল্লি। মরক মরক্তা ভাব রাজ্যদগী কুম্মক্লুনা রাখল্লা নমহৎপা মতমদা হৌজিক্কী পোৎকী ওইরিবা শক্তাদু উবদা তুক্কচৈ, য়েংনিংদে। তোয়না উরিবা সংসারদু পাম্মী। অদুগা চষ্টী য়াল্লক্লবা, পাঙ্গলনা হন্থরকপা মতমদা 'ওইজসনু' 'তৌজসনু'গী ভাবনা নমহৎলি। অদুননি চাওখৎপগী মৈরা পায়বা, লময়ানবা হায়বসিমক্তবু নহারোলনা তৌরবতদা খোঙচৎ থুবা হেল্লিবা। নহারোল্লা ঈদেনগী লৈকোল শেমদুনা 'ট্রি ওফ লাইফ' থানিংলি, অমরাবতীগী পাবিজাৎ পাম্বীগী চার লিংনিংঙি। অহল্লোল্লা মদু পাম্মবসু হোৎনবা রাৎলি, য়েংনিংবনা হেল্লি, রস চুপ্পীংবত্তা মঙায়।

অদুদা, অয়াম্বা মতমদা আইন কনমনবনা, ভাবনা রাখলবু নমথৎমনবনা, মাঙদত্তা য়েংবনা য়েৎ, ওয়-নাক অনী চীৎথহৌগল্লি, অমসুং অহানবা লমথাবদগী তেংনা চেম্মোকউবনা দম থুনা হম্নগল্লি। করি করিগুম্বা মতমদা য়াম্বা য়েক-খোৎলবা সংসারগী লমদাংদা মীৎ থকখিদুনা Blind race তা কৈনা চেনখিবগুম্বা লমকৈ চেনখিবা পাখংসু কয়ানি। মতম পুন্নমক্তা য়েৎ-ওই য়েংবা, পুন্সিদা তোইনা খুদি থিরক্লবা নাম্নুকরবা মীগী লমজিংবা দরকার ওই। অমুনবা থোপকী মতেং তোয়না লৌদুনা থবক্কী সংসারদা কুম্মবদি মণিপুরসু থুনা মকোক কাঙখৎপা ঙমগনি।

সম্মেলনবীগী কুমশিগী অধিবেশনদা ছাত্রশিংগী মক্ত ওইনা খল্লগদবা অমসুং তান্নগদবদি থুনা কলেজ অমা লিংবা অসিনি। কলেজ লিংবা য়াবগী পোৎচঙ ভুরবদা লিংজনিংঙাইসু লৈতে। কলেজ ইনস্পেক্টরনা ফিবম য়েংদুনা অনুমোদন তৌবা মরমনা বিশ্ববিদ্যালয়না affiliation পীবগী অর্থবু কলেজ লৈবা য়ানবা মরমশিং ভুনা লৈরে হায়না খঙলে। অদুগী মতুংদা গভর্নমেন্টকী অনুমোদন চঙদুনা গবর্নমেন্টনা য়াবিদবা ওইরগদি হায়গী এফিলিয়েসন তৌবদা দরকার ওইবা মরমশিং অদু নত্তবা হেন্না কনশিনবা মরম অতে থাজংলকপা তাই। মদু পাঙথোক্লিবনা কলেজ লিংবগী অপনবনি খঙনবা তাই। মসিদা নুমিৎ তাবা লৈতবা বৃটিশ সাম্রাজ্যগী মনুংদা খুজিল মযায়মুক্তা শাকপা মণিপুরদা শিক্ষা থিংদুনা মণিপুরী জাতিবু 'এক্সপ্লোইট' তৌগে নিংঙমগনি থাজদবনা, ঐখোয়গী চাওখত্তবা, হন্থরিবা ফিবম খনবিদুনা condition শিং অদু য়ায়া লায়না অমুক ওহোকশিদুনা ভারতকী জাতি অতৈগা খোঙজেন মায়নবা হেক য়াবা মখে খুদোংচাবা পীনবিদুনা অসাম-বেঙ্গলগী মফম অতে অতৈদা কলেজ হেক হৌবা মতমদা ওইরিবা ফিবম অদুদগী হেন্না লায়বা ফিবমশিং দাবী তৌবিফম থোকই।

ঐখোয়না পাঙথোকদবা হীরম মরিগী মনুংদা অহমদি কলেজ গবর্নিং বোডিনা হোৎনবীবগা শ্রীমুক্তেশ্বরী সনাখ্যা ইবেম্মা মহারানীগী দানগনা পাঙথোকশিরে হায়না তারি। হৌজিক খন্না বানা থোক্লিবা হৌদোকপগী খরচ লুপা ৪০০০/- (লিশিং মরি) ব্রাৎলি হায়রি। ঐখোয়না হৌজিক হায়রিবা শেল অসি যাহা উপায় তৌদুনা ফংনবা হোৎনবা নত্তগা condition শিংসি খন্না কনমল্লি - অসামগী মফম অতৈদা কলেজ হৌবা মতমদা অসুক কনবা দাবী তৌখিবা থেংনখিদে। অদুনা ঐখোয়না থোইদোক্ত। facticord হন্থরিবা জাতি ওইবনা,

ঐখোয়বুনা থোইদোক্না হেন্না শৌগৎশিনবা থোকপনা হীরমশিং অসি খরা য়াংনবা হায়বগী থোকপা য়ীদা য়াবমখে নোঘা অসি নত্তুনা উপায় অতৈ লৈত্রে।

কলেজ ইনসপেক্টরনা য়ারিবা বিশ্ববিদ্যালয়না affiliation পীরবা তুংদা অনৌবা হেনজিনবা মরম হাপকত্তুনা মদু পাঙথোক্লিবা মখে হৌবা য়ারোই হায়বা য়াফমসি অসামগী মফম অতৈদা লিংখিবা কলেজগী ইতিহাসতা থোকখিদবনা ঐখোয়দা অঙকপা অমা অসুম মওইরে। অসি পুম্নমক কোকননবা উপায় ঐখোয় মণিপুরী পুম্নমক্কী অহনবা নাইদবা অপুনবা হোৎনবা হোৎনবদু থোক্লবনা ছাত্রশিং। কলেজগীদমক য়াম্না থবায় য়াওনা হোৎন-হোৎননা কলেজ উবা মফংশ্রবদা কলেজ থোইদোক্না পাম্মিবা কনাগুম্বনা হোৎনরিবা কাঙবুবু নত্তুগা কনাগুম্ববু শাউগে তৌদ্রিঙৈদা থাদেশেংনা মহোৎনদ্রব্রা খম্বা চুম্মি। নত্তুগদি হোৎনরিবা কনাগুম্ববু শাউরুরবদি ইমুং-মনুংগী থবক অতৈ অতৈ নোংঙানবদগী তত্তুনা নোমজবা, ইমুং-মনুংদা, কবিগুম্বা থবক অমা চৎপা নংনবা চাক থোংদে হায়দুনা খীনা চৈ থাংবা তৌবা নিপা তাগনি। অদুগা কলেজ উনিংবনা খৌরাংলবা কাঙবুনা হৌ হৌ চোংবদা ফিভম মুর্তি কায়না চোংই হায়দুনা খৎনবগী মহত্তা, রাষ্ট্রে অধীবা হায়নবগী মহত্তা কলেজ উহনবা ঙমদবগী মবম য়াবা মখে তাকপিদুনা মরম শেংনরবদি, চাক থেঙনা থোংলবসু মখুৎ লেপ্তুবনা মশাগী দোষ লৈতবগী মরম উত্তুনা অশাওবগী অয়ানবা মরম তাকপনা - ইংহনবা হৈবী ইমুং-মনুং ওইগনি।

পৃথিবী অসি নোংম-নোংমগী য়াম্না জটিল ওইবা হেনগৎলকপা মরম্না পৃথিবীগী তৌপদবা মথৌসু হেনগৎলকই। মতম অমদা ছাত্রবু চম্না লৈবা, অয়াংবা য়াথল খনবা'না আদর্শ ওইনা য়াত্রমগী মশক ওইরবা

অশেংবা তম্ফমনঙদগী চিংথোকপবু পাপ ওইনা খল্লম্মী। মতম অমুদগী হৌজিক কাওবা অসিদা - ‘ইন্দ্রাল তুরেলদা ঈশিং য়াম্না চেন্নরে’। কব মুনিগী আশ্রমদা চঙদুনা দুষান্ত মহারাজনা শকুন্তলাবু আশ্রমগী ওয়-তৈনবা শাজং চংহনখ্রে। অদুবু আশ্রম মাংখিদে। কারবার ওইবা ব্রাহ্মণ কনাগী প্রায়শ্চিত্ত চঙখিদে। লম্ফাংলবা মীওইবগী পুন্সিদা থোরক-থোরকপা থৌদোকী মতুংইন্না ৱবরওম থেক-থোয়দুনা চাশিন্নবা চংপা ঙম্নবগী থৌনা, আইন কনবা লৈরবতদা চাওখংপা ঙম্নরি।

‘নঙনা রাজনীতি খন্দ্রবসু রাজনীতিনা নঙবু তত্তনা খল্লি’ হায়বা অসি অচুম্বনি। অদু ওইরবদি রাজনীতি হায়বসি হোন্দোক-হোজিন তৌরিবা নুংশিৎকুম পুন্সিদা চঙলবা পোৎশক্কি। নুংশিৎকী মরমদা তত্তনা খন্দুনা মতম মাঙহল্লবসু, তঙগী মতম কায়হন্দনা হল্লা চবা চংনবঙম্না, তঙগী মপুং-ফানবা রাজনীতিদা হাত্র থুদিংনা passive part লৌগদবনি, তৌইঙমসুং active part লৌগে তান্নবদি পুন্সিদা তমগদবা হিরম য়াম্না চীথহৌবনা রাজনীতি ক্ষেত্রদা নত্তনা পুন্সিগী লম অতৈদসু হৈহৌহ্রবনীনা পাঙথোকপা ঙমদনা মরক্তা মাঙদুনা তোকই।

মীওইবগী পুন্সিসি matter অমসুং spirit অনীগী অপূনবা ওইবনা নাকল অমত্তদা হেন্না ঙাশিনবদা, অমা হোহৌবা (tail) ফেন্দ ওইবা পুন্সি শোয়ন্নবনি। spiritual side তা য়েংশিনবনি হায়দুনা formality তবু কন্না ঙাক্নবা হোৎনবদগী আর্থিক অবস্থারোমদসু ফেন্দ ওইরে, অদুগা spiritualism খুনা formalism ওইনা লৌথোকরে। অদুগী মন্দনা ফেন্দ ওইবা পুন্সি ওইনরিবা মৈতৈ অমাঙগী পুন্সি, রাখল খনবা মীনা খঙনরক্রে। মসি শেংদোক্নবা তান্নবদা

নহারোন-অহরোন খায়নদুনা শরে'-পাম্বোম-ঙানবা হৌরক্লে। মসিদা 'ওভার-এক্সুসিয়েসন' ওইবা মতৌ তৌদনা ঈংনা খাঙবা কৈ। নত্তবদি নিংথৌ আমানুম্না তাগনি। মতম কুইনা থম্মোয়দা পৌদুনা লৈরবা পেন্দবা ওইবনা তান চাবা অমদা, লিংজেল পানবা অমনা মতা চানা মতম য়েংনা কোক লাউরকপদা ইলায়-লায়না 'vote of no-confidence'গী মখোয়া অভিযা শীন্দু না নুংশিংনা পুখিদুনা হায়গী অরানবা শাজং শেংদোকুবা পাউ তাকনি। ছাত্রশিংনা হিংসা অসিদা তাঙা, মিত্তা য়েংনা-য়েংনা অহাঙবা মতমগী নুংঙাইবা অমা ওইনা মরৈকক্বা অদুক য়েৎনবদগী হেন্না পংহেন-হেক্লিনবদি মদুগী প্রতিক্রিয়ানা (reaction) তঙ্গী মতম মাঙহনগনি।

Maxian theory গী অর্থনীতিতনা মীওইবগী হীরম, থৌদোক খুদিংগী ব্বারেপ্পা মপুনি হায়বা মারবসু মাত্রবসু অর্থনীতিনা মীওইবগী পুন্সিদা তৌরক্লিবা অকনবা প্রভাবনা লম খুদিংদা খুৎ থিংজিল্লকইবা অসিদি ফনা spiritualist ওইদুনসু physical body পানবা মীনা লাম্বোকপা ঙমদে। অদুনা দেশগী জাতিগী অর্থনীতি অসি থন্দুনা শেৎপা-চাবদা adjust তৌবদি তঙ্গী অকায়বা অমত্তা থোকহন্দনা ইরায়-লায়না তৌবা য়াই। হীরম অসিদা ঙম্বমখৈ শম্না হায়রবদা ছাত্র খুদিংনা মৈতে লংগী ফি থরা থরা শেৎশিদুনা লায়ররবী মৈতৈ ইমাগী শেঙ্গাওদা পৈশা থরা থরা থাদবিদুনা দান তৌবিবা চুম্মী। মসিদা কল অমসুং খুৎনা নোম্বা অনীগী প্রশ্ন য়েৎশিনরিবদু অত্তোপ্পা মতম অমদা নৈনবা চুম্মী। মরমদি মতম য়াম্না চঙবা তাই।

অরোইবদা, - ছাত্রশিংনা মতুংগী পুন্সিদা self centered ওইবা পুন্সি লেম্দনবা মতম পুম্নমক্তা 'দেশাত্মবোধ' পোক্লনবা অশাংবা ছুটিদা ঙম্বমখৈ লায়রায়-থরাইদা

কোয়দুনা খুল্লাগী পুন্সি মরেন্দা লেনবা ভমদুনা মখোয়গা অমত্তা ওইবা ভাব উত্তুনা লৈরগদি মখোয়গা নুংশিনবা হেনগৎকনি অমসুং মখোয়গী অন্ধবিশ্বাসনা থল্লবা পুন্সি শেংদোকপা ঙমগনি। মতম পুম্নমক্তা মণিপুরী সমাজগী organic conception অমা পুক্লিংদা শেম্লা ঙমগনি অমসুং হীরম, থৌদোক খুদিংদা Leikaism অমসুং Panaism থাদোক্তুনা মণিপুরগী চাওখৎনবা তৌবা ঙমগনি।

থোইনা হায়নিংঙাই লৈজদে - ছাত্র হায়বসি জাতিগী আশা, ভরসানি। ছাত্রনা জাতিগী অথোইবা লল্লি। ব্রাঙাং-শাঙাংদা, ফিজেৎ-চাকচাদা ছাত্রনা জাতিগী ফিদমনফম্লি। দেশ বিদেশতা কোইনা চৎপা মতমদা জাতিগী সন্মান ঙাকশিনি। ইরৈবাক্তা হল্লকপা মতমদা তোঙান-তোঙানবা জাতিগী লৌবা য়াবা, তবা য়াবা ফিদমশিং উৎশিগনি। জাতিগী মী পুম্নমক্না মতম পুম্নমক্তা ছাত্রশিংগী শাজৎ-মীচৎ য়েংদুনা মখোয়তবু আদর্শ ওইনা লৌদুনা য়াম্না আশা চাউনা য়েংদুনা লৈরি হায়বসি ছাত্রশিংনা মতম পুম্নমক্তা কাউবিনু। অসুম্না জাতিগী আশা, জাতিগী ফনবা তৌবা ওইহনবিয়ু হায়না শ্রীগোবিন্দদা প্রার্থনা তৌজরি।

*সুজলাং সুফলাং শস্যশ্যামলাং সুন্দরীং*
*বন্দে মণিপুর মাতরম, বন্দে মণিপুর মাতরম,*
*'বন্দে মাতরম'*

ওজা শিশকনা ছাত্র সম্মেলনীগী মরিশুবা অধিবেসনদা ফোঙদোক্লিবা ব্রাফর্মশিং অসি মতম অদুগী মণিপুর সমাজগী ফিভম অদু নীংথিজনা ফোঙদোক্লবনি। সমাজগী ফিবম ফোঙদোকপগী মথক্তা মতমদুগী ছাত্র সমাজদা লৈবিবা মহৈবোইশিংনা সমাজগী অমদি মীয়ামগীদমক কবি তৌবা তাবগে হায়বা অদুমসু য়াম্না নীংথিজনা ফোঙদোকই। মণিপুরী সমাজ অসি চাওখৎহন্নবগীদমক সমাজগী শেল-থুমগী ফিভম য়াম্না

নীংথিনা ফগৎনবা হোৎনবগী তঙায়ফদবা বাফম লৈ হায়বা অসি ওজা পিশকনা মাগী পূক্লিংদা য়াম্না ওন্নিডে মতমদগী ফাওবক্তে হায়বসি ইং ১৯৪১ দা ফোঙদোক্লম্নিবা বাফমশিংনসু য়াম্না ময়েক শেংনা তাকথোকই। ওজানা সি সি হায় স্কুলগী ওজা ওইজববসু হেড মাষ্টরমক্তি ওইদ্রিবা মতমদুদা মহৈবোইশিংগী বাফম ফোঙদোক্লম্নিবা অদুগা মণিপুরগী ইকোনোমিগী মতাংদা বাফম কয়া ফোঙদোক্লম্না অসিনা ওজানা মণিপুর কলেজগী প্রিন্সিপাল ওইবা হেক তোকপগা মণিপুর ষ্টেট ইকোনোমিক কাউন্সিল লিংখত্তুনা মণিপুরগী লেন থুমগী ফিভম ফগৎহন্নবা হোৎনবগী তঙায়ফদবা বাফম কয়া ইদুনা লমযানবা চেফোঙনচিংবদা ফোঙদোক্লম্না অসি থোইনা মশুকপা ওইদে। লমদমসিগী মীয়ামগী তঙায়ফদবা, তৌদবা য়াদবা কয়া অদু ফোঙদোক্লম্ননি।

ছাত্র সম্মেলনীগী মবিশুবা খীফম অসি শাঙথোকপ্রবা মতুং ইং ১৯৪২ দদি ওজা পিশক সি সি হায় স্কুলগী হেড মাষ্টর ওইনা থবক পুবা হৌবে। সি সি হায়স্কুলগী লিববা ছাত্রশিংগী মরক্তা তোঙান তোঙানবা মগুণ চেনবা কয়াসু লৈবি। মখোয়গী মরক্তা লেংম্নেবুং অয়াংপাম্লদা লৈবা হৌজিক (ইং ২০১২) মশাগী চহী ৮৪ বোম শুববা, ওজাগী শিনাফমদা লৈবম্লদগী থবক্তগী পোথাববা অখোকপম মাইপাক সিংহ হায়বা অসিসু অমনি। সি সি হায়স্কুলনা লিংহৎপা নৌবৈত্ত, নরাবগী ক্লাস ফাওবা লৈবিঙে মতমদা মতাক ক্লাস টুদগী হৌনা মইহ ওয়ুক্ত। স্কুলসিনদগী ইং ১৯৫০ গা মেট্রিক পরিক্ষাদা মণিপুর পুন্নগী নুকোক ওইনা পাস তৌবকখিবা ছাত্র অমনি। ছাত্র ওইরিবঙে মাইপাক সিংহ য়াম্না ভাঙনা হৌবকই, অঙাওবা মচাবু মমা-মপানা হেক্না লুনা চাম্না শনাজবগুম ওজানসু মহাকপু লুনা- চান্না লোয়নবীবকখি হায়। ওজা পিশক্তা মতোন্দা তত্তনা হায়বা বাহৈ অসি, "অঙাওবা ! নতৌ হৈবসু মাল্লি, হৈডবসু মাল্লি, কবম্না মী ওইগদৌবিবনো ?" ওজা মাইপাক অসি বি এ পাস

তৌথ্রিঙেদা উখ্রুল জিলাগী ফদাং খুলদা ইং ১৯৫৩ দগী ওজা ওইবকই। মতুংদা ইং ১৯৫৬-৫৭ তা টিচব কেন্দিদেট ওইনা বি এ পরীক্ষা থাখি। চাংগী তোঙান তোঙানবা মফমদা ওজা ওইকববা তুংদা ইং ১৯৬৬ তগী দি এম কলেজদা ইংলিসকী ওজা ওইবকখি। মহাক এম এ নত্তবনিনা অহানবদদি ছাত্রশিংনা মাগী ক্লাস কয়া য়াওনীংলমদে অদুবু মমৈদদি মহাক্কী হোৎনজমন্না অফবা ওজাগী থাক্তা লাক্কুনা ইংলিসতা মিং লৈবা ওমখি। মতম অদুদা ওজা শিশককী বাহৈ "অঙাওবা ! নঙবু হৈবসু মাল্লি, হৈতবসু মাল্লি" হায়বদু হেক হেক নীংশিংলকই হায়। মহাক্লা ওজাগী শিনফমদা মতম শাংনা লৈবক্লবা তুংদা ইং ১৯৯১ দা থবক্তগী পোত্থাবকই হায়।

ইং ১৯৪৩ দা ক্লাস থ্রিদগী হৌনা সি সি হায় স্কুলদা লাইবিক তম্লক্লগা ইং ১৯৫০ দা ক্লাস টেন তমদুনা ইং ১৯৫১ দা মেট্রিক পরীক্ষা স্কুলসিদগী পাস তৌখিবা, মতুংদা ইং ১৯৫৫ দা এল দি সি ওইনা সরকারগী থবক্তা চঙখিবদগী হৌজিক্লা থবক্তগী পোত্থাববা কৈথু মুসলিম এরিয়াদা লৈবা মুহম্মদ অব্দুর রহমননা হায় : সি সি হায় স্কুলনা কোংবগী মদমমোহন স্কুলদা ক্লাস চথবিঙে মতমদা মহাক স্কুল অদুদা ক্লাস থ্রিদা মিং চন্দুনা মহৈ তম্বা হৌবকখি। ওজা শিশককী মতাংদা মুঃ রহমননা হায়, ওজা অসি ছাত্রদা শুংফু যুদবা ওজা অমদি ওইখিদে। অদুবু য়াম্না শাথিবা ওজা অমনি হাযবা য়াদে। মহাক্তি ছাত্রশিংবু কিহল্লি, অদুগা লুনসু তৌই। মহাক্লা সরকারগী থবক্তা চঙবা ঙমখিবসি ওজাগী মতেংননি। মহাক্লা মণিপুর সরকারগী এগ্রিকলচর দিপার্টমেন্টতা ইং ১৯৫৫ দগী থবক তৌবকপদগী প্রমোসন মথং মথং ফংলক্লুনা একাউন্ট ওফিসার ওইববা মতুংদা ইং ১৯৯৩ গী জানুবারী ৩১গী নুমিৎয়ুংবা মতুংদগী থবক্তগী পোত্থাবকই। থবক্তগী পোত্থাববা মতুং চহী ২০ লোম অসি, ইমুং-মনুংগী অমদি মীয়ামগী থবক তৌদুনা মহাক মতম লেপ্লি। মাগী শাংলবা পুন্সি অসিদা ওজা শিশকনা মচাদা-মচাগুম নুংশিনা, লুনা-চান্না লোয়নবীখিবা অদুবু ঙসিফাওবা তত্তনা নীংশিংই হায়।

ওজা পিশকপু যাম্না লুনা নীংজবা মহৈবোইশিং শীংথাদুনা লোইবা নাইবোই। অদুবু মখোয়গী মবক্তগী খবদং মমিং পঙ্গবশিংগী মনুংদা কোংবদা লৈবা পাঙম্বম ভবত সিংহগী মিংসু য়াওবি। মহাকসু ওজা পিশককী মখাদা ক্লাস সভেন্দগী, ইং ১৯৬১ দগী মহৈ তম্লকপদুনা ইং ১৯৬৬ তা মেত্রিক পাস তৌখি। এম এ পাস তৌববা মতুংদা কলেজ ওজা ওইবম্বা তোক্কুনা মণিপুর সরকারগী থবক্তা চঙখি। আই এ এস ওফিসার ওইদুনা মণিপুর সরকারগী কমিস্যনারগী থাক ফাওবদা লৈবম্লগা থবক্তগী পোথাখ্রবা ভবত সিংহনা ওজাগী মরমদা হায়, "ওজা পিশকনা তত্তনা শেং-চাবা সিক্ষি পুময়াৎ অমসুং হৈজোম অদুনা মহাকপু মশক হেক্তা তাকই। স্কুলগী ক্লাস হৌনবগী পুং চেক ওাবগা ওজা পিশককী অকনবা চোক কয়াদু কিবদগী ২৩ম চান চান ক্লাসতা থুডই, লাইবক কন্না কন্না পাহল্লি। ওজানা তত্তনা হায়খিবা ৱাহৈশিং, 'ফাষ্ট তাগে হল্লেবদি ১০ শুবা পোজিসন ফাওবগী মনুংদদি লাকপনি, লাইবক চুপ্লগানা ৫ শুবা পোজিসন ফাওবগী মনুংদসু লাকপা যাই।" ওজাগী ৱাহৈশিং অসি ২৩ম পুম্নমক্তা কাউবা ঙমদে। মসিনসু মতাংগী পুন্সি শেম্লকপদা মতেং যাম্না পাংলকখি।

মসুম্না ওজাগী পুন্সিদা থেংনখিবশিং অসি তোঙান তোঙানবা মীশক কয়া অমনি। মতম যাম্না শাংনা ওজা ওইবক্রবমীনা তোঙান তোঙানবা ছাত্র কয়ামুক থেংনবকপা হায়বা অসিবুদি হৌনশনি। মদু লৌইনমক শীংথাবা হায়বসি ওইথোক্কে।

ওজা পিশককী এডুকেসনগী মতাং অসিদা অনীশুবা লাঙ্গাওগী মতুংদা ডি এম কলেজ লিংখৎলকপা, সরকারগী কলেজদি ওইরিদ্রবগে মতাংদুগী নীংশিংবা য়াবা ৱাফমশিং লৈবি। মণিপুরদা কলেজ অমা লিংখৎনবগী তঙাইফদবা লৈ হায়বসি মথক্কেসু ওজা পিশক মশামক্না ফোঙদোকপা ৱাফমশিং পঙ্গব্রে। ইং ১৯৪৬ কী আগষ্ট ১৭ তা কলেজ অসিগী ইনোগুরেল ফঙ্কসন পাঙথোকখি। কলেজগী থবক হৌরগনি

হায়বসি মীয়ামদা খঙহনবা ৱাবোলশিং কলেজগী সেক্রেটরী প্রিয়োবর্ত সিংহনা ইং ১৯৪৬ কী আগষ্ট ৯দা ফোঙবা 'ভাগ্যবতী পত্রিকা' হায়বা নুমিৎ খুদিংগী ফোঙবা চেফোঙ অদুদা হাপ্পুনা খঙহল্লকখি। কলেজগী সেক্রেটরীনা মীয়ামদা খঙহল্লকপা ৱাবোল অদুগী শকক থবা লৌখৎচবিঃ

> "We have pleasure in announcing to the public that the Dhanamanjuri College will be started with effect from 17-8-46 The inaugural ceremony of the college will be held in the premises of the Johnstone High School on the same day at 10 A M Admission into college commence from the 13th August 1946 Candidates for admission should appear before offg Principal with Matric Certificate and necessary fees
> The working hours of the college are 6 PM to 9 PM and the college will sit in the premises of the Johnstone High School for the present "

কলেজগী থবক হৌগৎলমদাই মতমদা এম কে প্রিয়োবর্ত সিংহগী মিং লাক্লিবসিগী মতাংদা, কলেজ অসি লিংখৎনবা অকনবা থবক লৌখৎপদা থৌদাং চাউনা লৌখিবা দ্বিজমনি দেব শর্ম্মনা মাগী লাইবিক "My reminiscences" হায়বা অদুদা ইবি মদুদি কলেজ অসি লিংখৎনবগী অহানবা থবক লৌখৎলকপা মতমদা এম কে প্রিয়োবর্ত সিংহগী মিং অসি লৈবমদে। মাদি কাইনথংদা কলেজগী থবক হৌগদৌববা মতম অদুদা চঙশিল্লকপনি। দ্বিজমনি দেব শর্ম্মনা মাগী লাইবিক অদুদা মসুম্না ইবি :

> 'In the list of the names who worked for establishment of the college that of M K Priyabrata Singh should not have a place He was never associated at the earlier stage and joined the movement at the close of it If his name has to be included then many others have been left out '

দ্বিজমনি দেব শর্ম্মা অসি কলেজ লিংখৎনবা হোৎনবদা অচৌবা খৌদাং লৌবকপগা লোয়নন্না কলেজ লিংখৎলবা মতুংদা ভাইস প্রিন্সিপাল ওইবস্মী মতুংদা প্রিন্সিপাল ফাওবা ওইখি। অদুবু কলেজ অসি ইং ১৯৪৮ গী জুলাই ১ দগী সবকাবনা লৌশিনখি। নুমিৎ অদুদগী মহাকসু কলেজ প্রিন্সিপালগী ফম থাদোকখি। কলেজদগীসু ভোকখি। থাফমসি ময়েক শেংনা মাগী লাইবিক অদুদা ইবি।

অমবোমদা কলেজ অসি লিংখৎহিবগা, নুমিদাংগী কলেজ ওইনা থবক চৎথবিঙেই মতমদুদা ওজা শিক্ষকসু কলেজসিগী ওজা ওইনা থবক তৌবস্মী। হীবমসিগী মতাংদা ওজাগী মচাশিংগী এবক্রেগী স্বাউগী অহল ওইবিবী কোংব্রাইলাংপম ওংবী মোনোবম্মা দেবী, লংগামপালন্না হায়, "ঐগী পাবুং অদু স্কুলদগী হল্লকপগা কলেজদা ভেক্ত চৎখি। স্কুল অমদি কলেজ অনীমক্কী মরুপুয়োই পুম্নমক হৈহন্দবা যাদবা ভাক্তান হায়। নুমিদাংগী কলেজ অদুদা চৎখিবগা থেংনা থেংনা হল্লকপা অদুদা লুংনা থীদুনা ঐগী পাবুংহল কুপ্পবিধুনা সাইকল অমা তোংলগা ঐগী পাবুংবু ওকপা হেক্তা চৎখি।"

ওজা শিক্ষককী ময়াম্বা কুলবিধুগা ওজা শিক্ষককা মখোয় অনীসি পীক্লিঙৈদগী হৌনা য়াম্না নুংশিনবকই। ওজানা এম এ ফাওবা লাইবিক তম্বা গুন্নকপসিদা মাগী ময়াম্বগী মতেং নীংথিনা যাওই হায়। ময়াম্বা অদুদি কাববাব তৌদুনা শেল তান্নবা হোৎনৈ হায়। ময়াম্বগী কাববাব অদুদা ওজানসু মতেং পাংশিল্লি। মচীল মনাওগী নুংশিনন্না লৈমিন্নবা ম ওং অদু পীক্লি ঙৈদগী উবা ফংলকই হায়না ওজাগী মচা অহল ওইবিবী মোনোবামানা হায়। অদুনা নুমিদাংগী মতমদা কলেজদা ওজা ওইবা চৎখিবা মনাওনুপানা মতম থবা থেংজিন্নক্লবা ফাওবা হল্লক্লবদা, সাইকল তোংদুনা ময়াম্বনা ওকপা চৎখিবদু হৌজিক ফাওবা নীংশিংলি। নীংশিংলুবগা পুক্লিং অসি ইনৌ-নৌই হায়না মোনোবামানা হৌজিকসু পাউদল্লি। ডি এম কলেজবু সবকাবনা লৌশিনখিবা মতম অদুবাইদা ওজাসু

কলেজ থাদোকখ্রে। মতম অদু ইং ১৯৪৮ গী মণিপুরগী অহানবা বিধান সভা মীখল অদুগী মতম্নি।

ডি এম কলেজ থাদোকখ্রবা মতুংদা ওজাগী মক ওইবা শিনফম অনী মাঙদা তাদুনা লৈখি। অমনা মণিপুরগী অহানবা বিধান সভা অদুগী মেম্বর ওইবা অদুগা অতোপ্পা অমদুনা সি সি হায় স্কুলগী হেড মাষ্টরগী থবক তৌবা অদুনি। অনী অসিগী মনুংদা নুমিৎ খুদিংগী থাদোকপা য়াদনা থবক তৌবা অমদি থবক য়াম্না চিনবা অসিদি হেড মাষ্টরগী থবক অসিনি। অমবোমদা অমুক মতম অদুগী লৈবাক্কী রাখল তৌবা অহল-লমনশিংনা য়াম্না কন্না মায়পুননা থবক তৌবিবদি অঙাংশিংদা শিক্ষা পীবগী থবক তৌবা অসিনি। নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী চীংঙা মীফম অদুগী মতুংদা, সবকাবনা, সবকাবগী থবক তৌবশিং অমদি সবকাবনা মতেং পীবা স্কুলশিংদা ওজা ওইবশিংনা মহাসভা অসিদা য়াওবা য়াদে হায়না লাউথোবকপা মতাংদা, অঙাংশিংবু নীংথিনা শিক্ষা পীনিংবা মীওইশিংনা 'এদেদ স্কুলগী ওজাশিং স্কুল থাদোকপিগনু, মহাসভা থাদোকপিয়ু হায়বা খোল্লাউ লাক্লখিবদুনা শাক্কিনি। মদুগুম্বা মীয়ামগী খোল্লাও অদুবু য়েংদুনা ওজানা স্কুল থাদোকখিদে। অমুক মখা চত্থবকপদা ইং ১৯৪৮ গী মণিপুরগী অহানবা মীখল ওজানা থেংনখিবা অদুসু মীয়ামগী খোল্লাও ইকায়খুম্নবা উৎখিবনি। মীখলদুদা, এডুকেসনগী সিট অমা লাক্লিবদু ওজানা পায়বগা চুশিন্নগনি হায়না মীয়াম্না খনবদগী মীবেপ ওইবনি অমদি মীয়ামগী ভোট অদুনা মায় পাকখিবনি। ওজাদা রাজনীতিগী নুংশিবদি লৈ, অদুমকপু রাজনীতিনা শিনফম্নি হায়বা রাখল অদুদি লৈতে। কবিগুম্বা, রাজনীতি অসি পুন্সিগী থানবা য়াদবা শিনফম্নি হায়না খল্লম্বা তাববদি, মতুংদা লাকপা মীখলশিং থোইদোক্লা, ওজা ওইবগী শিনফমদগী পোথাববা তুংদসু মীখল থেংনবম্বা য়াই। অদুবু মদু তৌখিদে। রাজনীতি হায়বসি পুন্সিগী শকক অমনি, মসিসু থাদোকপা য়াবদি নত্তে হায়না খনবদগী ওজা ওইবগী শিনফম থাদোক্লবা তুংদসু রাজনীতিদা চঙদুনা পার্টি খবগী মথং মথং ওইনা প্রসিদেন্ট ওইখ্রিবনি।

মণিপুরনা ভাবত্তা মর্জ তৌশিনখ্রবগী মতুংদা ওজা পিশক মাগী ওজা ওইবগী শিনফম অদুদা য়াম্না ময়েক শেংনা লৈখ্রে। "সি সি হায় স্কুলগী হেড মাষ্টর ওজা পিশক" হায়দুনা মীয়াম্না য়াম্না ময়েক শেংনা খঙনখ্রে। ওজা পিশকনা ছাত্রশিংগীদমক কয়া য়াম্না থবায় য়াওবগে হায়বদু মণিপুরনা ভাবত্তা তিনখ্রবা হেক মতুং ইং ১৯৫০গী মার্চ ২৭তা 'ভসি' চেফোঙদা ওজা পিশক্না ফোঙদোবকপা রাফম অমনসু য়াম্না ময়েক শেংনা তাকই। পাউ-চে অদুগী অনীশুবা লমাইদা "সি সি হায় স্কুলগী ছাত্রশিংগী অবিভাবক পুন্নমক্তা হায়জবা" হায়বা রাবোল অদুগী নীংথিনা খঙবা ঙম্মী। হায়বিবা রাবোলশিং অদু লৌখৎচবিঃ

> "সি সি হায় স্কুলগী হেড মাষ্টর শ্রীযুক্ত পিশক সিংহ এম এ না অপীল অমা প্রেস্তা থাবিরকইঃ ছাত্রশিংগী লমচৎ ফনবা অহল-লমনগা করম্না হোৎনসিগে হায়না কৌরি। মদুগী মরোলদি অসিনিঃ
>
> 'অবিভাবকশিংগা ওঝাশিংগা পুন্না হোৎনমিন্নদুনা করম তৌরগা ছাত্রশিংগী লমচৎ বাবহার, লাইরিক-লাইশু খরা ফগৎহনবা য়াগদগে হায়দুনা য়াম্না রানা, ওঝাশিংগী হৌখিবা পরীক্ষাদা ফংবা নম্বরনচীংবা তোঙান-তোঙানবা এরিয়াদগী শিনগত্তুনা থমজরে। অবিভাবকশিংনা অমুক অমুক্তংদি লেঙবিরক্নুনা মখোয়গী নম্বর, এটেন্দেন্ট য়েংবিরো অমসুং ওজাশিং ঐখোয়দা হংবিদুনা ছাত্রশিংনা চৎলিবা শাক্তৎনচিংবা ফাওবা থিগৎশিন্নু। অদুগা করিগুম্বা ছিরমদা লৈরম্বা ফত্তবা মওং অদু চুমথোক্নবা হোৎনবদা ময়াম্না ওঝাশিং ঐখোয়গী ইতেং পাংবিয়ু হায়না হায়জরি। মসিদা ঐখোয়দা খুদোং চাগদবদি থাংজ নুমিৎকী ছুটি মতুংদা পুং ২ ফাওবদা নক্তগা ছুটি থাদবা নুমিৎ অতৈদা পুং ১২ মিঃ ৪৫ ফাওবা অসিদা লেঙবিরক্তনি।

ওজা পিশক্না মতম অদুগী নুমিৎ খুদিংগী ফোঙবা চেফোঙদা ফোঙদোবক্লিবা রাফম অসিদগীসু মহাক্না ছাত্রশিংগী এডুকেসনগী

মতাংদা কয়া য়াম্না খনবগে হায়বদু অদুম খঙবা ঙম্লি। মতুংদা মণিপুর কলেজ লিংখৎলকপা মতম অদুদসু কলেজ অদুগী থবক মায় পাক্লবা মায়পুননা থবক লৌখৎত্রে। ইং ১৯৫৮ দগী লিংখৎপা হৌখিবা কলেজ অসিদা চহী খবদি ফুল অমদি কলেজ অনীমক্কী ওজা ওইনা থবক পুরম্মী। অদুবু অনীগী মবক্তা অমা থাদোক্তবা য়াদবগী ফিভম লাক্লবদা, মহাক্না নহা ওইবিঙৈদগী মতম শাংনা ওজা ওইবক্লবা সি সি ফুল অদু থাদোক্লম্লগা মণিপুর কলেজগী প্রিন্সিপাল ওইনা চৎখি। মসি হেন্না চাউবা পাম্বগী রাফম নত্তে। মতম অদুদা কলেজগী ওজা ওইবিনিংঙাই লৈতবা, থোইদোক্লা লমদমসিগী লাইবিক-লাইশু হৈবৱশিংগী মবক্তা প্রিন্সিপাল ওইবিবা য়াবা মীওই ইবৈ-লৈখিদবা অদুদা কলেজগী গভর্নিং বোডিনা ওজাদা প্রেসর লাকখিবনি। মতম অদুদা কলেজগী ওজা ওইবিনবা মীওই ফংদবদগী অসামনচিংবা ভাবতকী মফম কয়াদগী ওজা লৌদুনা মণিপুর কলেজগী ওজা ওইহনখিবগী রেকোর্দ নীংথিনা লৈবিবনি। অদুবু থবক তৌবা হাযবসিমক্তবু চহী মতাং হায়বা অমা লৈবকপনীনা ইং ১৯৬৯ গী জুলাই লোইবদা থবক্তগী পোথাখবে। ওজা ওইবগী শিনফমদগী পোথাব্রবসু ওজাগী থবক্তি লেপ্পা লৈখিদে। ওজানা থবক্তগী হেক পোথাখিবা থা অদুগী হেক মথংদা লাকখিবা আগষ্ট থাদা, মণিপুর সবকাবনা ষ্টেট লেভেল কমিটি ফোব গান্ধী সেন্টিনবী হায়বা অমা শেমদুনা মহাত্মা গান্ধীগী চহী ১০০ শুবগী কুমওন পাঙথোকই। থৌবমদুগা মবী লৈননা ইম্ফালদা সেমিনাব অমা নুমিং হুম্নি চঙনা আগষ্ট ২৯, ৩০, ৩১ দা পাঙথোকই। সেমিনাব অদু নেসনেল কমিটি ফোব গান্ধী সেন্টিনবীনা পীবকপা 'The Relevance of Gandhiji for our Time' হায়বা অসিদা পাঙথোকপনি। মতম অদুদা এম কোইরেং সিংহনা চীফ মিনিষ্টর ওইবি। মহাক্না চীফ গেষ্ট ওইনা সেমিনাব অদু ইম্ফালগী য়ুথ হোষ্টেলদা হাংদোকই। সেমিনাব অসিগী থোইদোকপা শক্তম অমদি, সেমিনাবদুগী সেসন ৬ খায়দোকই। গ্রুপ লিডব অমগী মখাদা সেসন অমমম চৎথৈ।

গ্রুপ লিডরশিং অদুদা গান্ধীজিগা চানবা থিম অমমম পীখি। ওজা শিশককী গ্রুপ অদুদা পীখিবদি 'Gandhiji and Education' হায়বা অসিনি। ওজানা পামজবিবা অমদি তৌজবিবা থবক্তা য়াম্না চান্নবদি সেমিনাব অদু পাওথোক্লবা তুংদা, ওজা শিশককী গ্রুপ ডি গী ফাইন্দিং অদু পুথোকখি। পুথোক্লিবা ফাইন্দিং অদু মখাগী অসিনিঃ

## GROUP 'D'
## GANDHIJI & EDUCATION

Finding

1 The group feels that Gandhiji was quick to perceive the evils of our society which were responsible for our national weakness and poverty present day society instead of inculcating respect for labour and work, places those who work in the field at the lowest range of the social leader To remove the social evils Gandhiji propounded a new philosophy of life and a new system of education having a craft as its centre which upholds the dignity of labour

2 In his system of education knowledge is treated as one unified whole and its division into a number of unrelated and mutually exclusive subjects is not favoured

3 The group feels that Basic education is a sound system of education because it emphasises the process of learning by doing and living through self activity and thereby children are given useful and effective knowledge

4 Gandhi emphasises not only the introduction of purposeful activities but also the productivity aspects of education He considers self sufficiency to be the acid test of education In his opinion

productive work has a social and moral significance It helps in the creation of a co-operative and a non-exploited society He finds that centralised production and a centralised power are the causes of centralisation of wealth among a few and where there is decentralisation of the instruments of production Wealth also will be decentralised In view of the facts mentioned above the group feels that even if the sale proceeds are not going to meet the entire salary of the teachers efforts may be made on experimental basis in that direction

5 In his scheme of education, both the teachers and the pupils have greater freedom to work The child is given the fullest possible chance to work to take pleasure in his work and to acquire useful knowledge through work His individual needs are attended to and he is made to feel that the school exists for him Teachers also enjoy much freedom He does not have to follow a rigid syllabus nor draw up formal lessons nor is he worried about finishing courses and text books intime for the threatening examination He can make experiments think for himself and workout for himself such method of teaching as are best suited to the needs and the conditions of the school and society

6 In his scheme, stress in given upon the community development and social progress Programmes are adopted to the needs of the local community Young people acquire civic and social sense, a democratic spirit and a "live and let live" attitude and a knowledge of the structure and the general friends of the community in which they live

**Basic Education in Practice.**

7 Practice however lagged behind theory and the conversion of existing institution into Basic schools had not taken place as rapidly as desired Co-existence of Basic education and traditional education presents serious problems A nation cannot have two parallel systems of education one for the masses and the other for the priviledge classes without endangering the national solidarity By recognising three types of schools, Basic school Traditional schools and Public schools we have introduced a caste system in education thereby endangering the moulding of a socialistic pattern of society If we allow different systems to continue side by side we shall only aggravate the social stratification

8 The group feels that the Basic education should be handled and administered by persons who are fully conversant with the problem of Basic Education and who can show Basic Education with sympathetic attitude Handling Basic Education by persons who have little knowledge of Basic Education and who have apathetic attitude towards Basic Education has led to the deterioration of the standard of Basic Education

9 The group also feels that Basic Education will not progress satisfactorily untill we can produce properly trained qualified teachers In most of the training schools the training in craft and the technique of correlated teaching are very unsatisfactory Adequate facility should be provided to training institutions for the introduction of various crafts

10 The group also feels that provisions may be made for the teaching of English in the senior grade of Basic schools on a compulsory basis so long as English is required in the High Schools and other institutions

11 Basic education is concerned with the all round development of the individual It seeks to develop all the aspects of individual personality, physical, mental, social, moral and aesthetic – in an integrated way The group feels the necessity of developing suitable techniques of valuation and employing them continuously to find out what development is taking place in a particular aspect

12 At present there seems to exist a sudden break between the Basic and the secondary stage Taking the suggestion put forward by the Secondary Education Commission, emphasis should be laid on craft and productive works at the secondary stage for removing the gap Work experience should find place in the secondary stage

The need, therefore, today is to give Basic education as systematic and scientific trial and to evolve the most efficient way of implementing the scheme

In the light of the above findings it is high time that the traditional system of education be reoriented in the Gandhian way as pointed out above so that our student can face the realities of life in his struggle for existance

Ch Pishak Singh
Group Teacher

ওজানা থবক্তগী পোথাববা ফাওবদা মহাত্মা গান্ধী অমদি মাগী শিক্ষাগা মবী লৈনবা মতাংসিদা সেমিনাব য়াওবা, চুম্না সেমিনাব য়াওবতা নত্তনা গ্রুপ লীদব ফাওবা ওইদুনা মদুগী ফাইন্দিং পুথোক্লম্বা অসিনসু ওজা অসিনা অহলগী মতম ওইবক্লবা ফাওবদা শিক্ষা অসিবু কয়ামুক নুংশিবম্বগে হায়বদু ময়েক শেংনা তাক্লি। মহাক লৈখিদ্রবা মতুং ফাওবসিদা মহাক্লা মণিপুবগী শিক্ষাবু কয়া য়াম্না নুংশিবম্বগে অমদি অনৌবা মীবোলদা শিক্ষা কবম্না শন্দোক্লবা হোৎনবম্বগে হায়বা অদুদি মীপুম খুদিংমক্লা কাউবা লৈতনা নীংশিংনগনি।

ওজানা বাজনীতিদগী পোথাদুনা শিক্ষাগী হীবমদা পৃক্লিং চিংশিন্দুনা লৈম্রবসু মণিপুবগী লৈবাক শাসনগী হীবমদদি পৃক্লিং হম্ববা লৈতনা বাখল তৌদুনা লৈবকই। মণিপুবনা ভাবওা পূনম্রবগী মতুংদা লৈবকখিবা লৈবাক শাসন অদুদা ইপেন পেনবা ঙমখিদে হায়বা অদু ওজানা 'Stock Taking হায়বা ইংলিসতা ইবা বাবেং অমা ইং ১৯৫০ গী ওক্তোবব ২৩দা, মতম অদুদগী 'জন্মভূমি' হাযবা নুমিৎ খুদিংগী ফোঙবা চেফোঙ অমদা ফোঙখি। বাজনীতি থাদোক্লনা ওজা ওইনা লৈববসু মণিপুবগী এডমিনিষ্ট্রেসন্দদি মহাক ভূমিম্না লৈবা ঙমদে হায়বা অদু বাবেং অদুনা উৎলি। হায়বিবা বাবেং অদু লৌখৎচবিঃ

Stock Taking
By Ch Pishak Singh

It is about a year since Manipur became a Chief Commissioner's State Sri Amar Singh as the first Chief Commissioner inaugurated the ceremony on 15 Oct 49 During his very short tenure of office, he brought about new changes in the administrative set-up by the quick strokes of his pen In doing anything he seemed to loath sloth lethergy, the very attitude of mind, the people prized most because of their strong desire to make quick strides on the

path of progress to enable themselves to raise their heads after their long remaining under the heels of a very reactionery Government Sri Amar Singh responded to the yearning spirit of the people He seemed to understand the talent faculties and the special talents of this small community, and the manner how to harness them to the best services of the people People became hilarious and enthusiastic to see the first streaks of the light of independence and thought that they were reaping the real fruits of Swaraj But Amar Singh's career in Manipur was reaping the real fruits of Swaraj But Amar Singh's career is Manipur was soon cut off The dazzling fire when only started to pour out a flashing light was soon removed though not putout from the soil of Manipur without giving proper time to dispel the darkness

With the heralding of the news of the appointment of a new Chief Commissioner in Sri Himmat Singh, all our enthuism all our interest soon turned around him With their bitter experiences of the quick changes of the administrative heads in Manipur during the British regime still fresh in the mind, the people now began to put sundry questions among themselves regarding his past career as an administrator peronal inclinations etc At one time flattery was the only means and the only thing regarded as the best quality or qualification that a man can possess for rising to high positions in this State Now the people put this question, – Shall our State relapse to that ignoble condition again'? Thus being ignorant of the new Chief Commissioner's administrative capacity people became sceptic about their future The enthusiasm,

the hopes and aspirations infused into their henumbed spirit under the capable leadership of Shri Rawal Amar Singh soon turned out into fear, or rather, became mixed up with fear not knowing what the new C C would do or would not do for the people

When we venture to give an assessment of the achievement of Sri Himmat Singh as the Chief Commissioner in Manipur frankly speaking, we are quite at a loss Casting off the last vestiges of all prepossessed ideas with the varacity of an historian and the truthfuless of a philosopher with the courage of a true patriot and with all the precision at our command when we try to give an account of his achievements we seem to be merely groping in the darkness as he has failed to attain as yet any tengible achievement as an administrator To avoid misunderstanding let us examine some items main heads of administration well analysed under some criteria of indocment let us examine some items main means of administration well analysed under some criteria of judgement

As for Manipur, the main items should be

(1) The C C as unifying factor (2) Educational Scheme for liquidating illiteracy (3) Economic Planning (4) Village reconstruction programme (5) Day-to-day affairs

**Taking up the items seriation**

1 As a unifying factor he has miserably failed He has carefully nursed a caucus of interested persons, – " The Praja Santy , as a political body though it has no explicit policy & programme though it does not maintain even the roll of register

of its members Under what credentials he recognises this party as a political body still remains a wonder to us The respective strengths of these two parties on the said council are seven and four Thus he has virtually created a party by making it loom large in the eyes of the ignorant public as a unanimous voice of the people, we want to convey them through the medium of a language most convenient to them without the intermediary of the Publicity Officer, or Govt C I D Dept about whose sincerity and honesty we may not entertain the least doubt, but we are afraid lest, facts might become distorted at their hands or they might mince matters through inadvertance To do our duty ourselves is the motive behind our this attempt We hope, the public will help us in our new adventure

Janmabhumi

Counter party set against the Congress. Why he takes so much interest in this party by creating and nursing it so carefully we are not aware of any palpable reason We surmise that he has been very much ill-advised by his henchmen, or, he is naturally very weak as an administrator easily giving way to the coaxing of the self-seeking He seems to miserably failed in finding out locked talents for his assistance His method of political gerrymandering simply disastrous to the Manipuris Instead of strengthening and consolidating a party devoted to the cause of the people he tries to strengthen reactionary party

2 He has no educational scheme suitable or unsuitable to this locality This country still drudges on its old path with the same old educational

method, syllabus and out-look No one in this locality has seen the new aspects in education in other parts of India As a jest and mockery at this people, he has sent a person not a bonafide Manipuri, for training in Education as if there were no local man suitable for the purpose on the more plea that the gentleman is a B I though M A s B L 's and even B T are not wanting among the local men Any bonafide Manipuri graduate should have been sent out for this training even though it requires two years for him While illiteracy stalks throughout the whole length and breadth of Manipur such negligence of a constructive item does not ogle well for this backward community

3 Manipur is an agricultural area and the Manipuris are born technicians Vast arable lands still lie unexploited The alluvial soils yield enough crops at the least toil Population is rather sparse and the climate is very agreable About five lakhs of willing people are eagerly looking at the signal of the commandent, or waiting for orders of the leader to carry it out to the letter

With the above data in hand an efficient leader can easily solve the economic problems of the small state if he is only eager to do so The Chief Commissioner can easily induce the police the military man, the officers, the college students to help the economic upliftment of the people by asking them to put on khadi he himself doing so as an example set before them Thus he can easily increase the national wealth by leaps and bounds In short sympathy with the mass is the essential quality of every

As for any constructive programme for the rural area, the loss said the better He has no planning for ameliorating the condition of the village people who spend wallowing in the mud for the most part of the year exposing themselves to the various diseases which occasionally break out in epidemic form Now we pose the question, who will save the villagers in the plain and on the hills ? and how?

The Chief commissioner seems to be particular in observing formalism of the day-to-day affairs that occure no material benefit to the people ●

# মরিশুবা শরুক

## চিংঙাখম পিশক অমসুং চিংঙাখম শাগৈ

মণিপুরদা নোংচুপ্লোমগী শিক্ষা শন্দোকপা হৌরকপা মতম অদুদগী হৌনা ওজা চিংঙাখম পিশক সিংহনা মতম অদুগী অনৌবা মীরোলশিংনা শিক্ষা শন্দোক্লবা থরায় চঙনা হোৎনরকপা অদুনা মাগী মমীং অসি মণিপুরগী চীং অমদি তম অনীমক্তা যাম্না পাক শম্না শন্দোকই। মহাক্কী মমীং অসি চুম্না 'চিংঙাখম পিশক' হায়নবতা নত্তনা 'চিংঙাখম পিশক এম এ' হায়না হেন্না হায়নৈ। 'মীয়ামগী মরক্তা যাম্না কন্না হায়নবসি 'সি সি হায় স্কুলগী হেড মাষ্টর চিংঙাখম পিশক এম এ' হায়বা অসিমসু ওওনা হায়নবা তানৈ। ওজানা সি সি হায় স্কুলগী মমীং শন্দোক্লিববা নত্তুগা সি সি হায় স্কুলনা ওজাগী মমীং শন্দোক্লিববা অমদি তৌবে। অনীসিগী মরক্তা ওইনিংবা অমা ওইবা য়াই। অদুবু অনীমক্কী মিং অসিদি হৌজিক ফাওবদি মাঙবা লৈত্রি। মণিপুরগী এসেমব্লী বোডতা লৈবক্না তোঙ্গীসনা হায় স্কুলগী মমীং মাঙখিবা অসিগুম হৌজিক ফাওবদদি সি সি হায় স্কুলগী মিং মাঙখিদ্রি। স্কুল অসি অদুম লেঙদনা লৈখিগদ্রা নত্তুগা তোঙ্গীসনা স্কুলগুম মিং মাঙখিগদ্রা হায়বা অসিমদি হৌজিকমক্কীদি হায়বা ঙমদ্রে।, মদু তুংগী মীরোলগী খুত্তা লৈরে। মণিপুরদা নুপীগী স্কুল য়াম্না থেঙনা লাকখি। থেঙনা লাকখিবা নুপীগী স্কুলগী মরক্তগী খবা থেঙথনা লাকখিবা 'শিংজমৈ গার্লস হায় স্কুল' হৌজিক পুংমুৎ মুৎখ্রে। অদুবু স্কুল অসি হৌজিক্কী মাবীদদি মমীং লৈরি। ইং ১৯৫৮ দা মণিপুর কলেজ লিংখৎলকপা মতমদা কলেজ অসি নুমিদাংগী কলেজ ওইনা শিংজমৈ গার্লস স্কুলদা ক্লাস চথবা হৌবকই। অদুনা ওজা পিশকক্কী নত্তুগা মণিপুর

কলেজগী রাবী লাকপা মতমদা শিংজমৈ গার্লস হায় স্কুলগী মিং অসি হেক্তা য়াওদবা য়াদবা অমগুম চোংথোবকই।

মণিপুরগী ইহান হানবা স্কুল ওইনা লৈবক্রবা জোনষ্টোন স্কুল অসি তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা লৈকবে। অদুবু হৌজিক লৈরিবা মফম অসিদি লেঙলবোইদবা মফম ওইনা লৈবে। নৌনা লিংখৎপা স্কুলশিংসু মসিগুম্বা মওং অদুদা লৈহনবা ফগনি। তোম্বীসনা স্কুল অসি অহানবদা ইয়োব হায় স্কুল হায়দুনা উবিপোক্তা লৈবম্বদগী মহারাজ কুমারী তোম্বীসনা দেবীগী মিং লৌদুনা এসেমব্লী রোডতা স্কুলসি লৈবম্বা মফম অদুদা মহারাজ কুমারী মশামক্তা শেল পুথোক্তুনা স্কুল বিল্ডিং শাগ্রিবনি। মসিনা মণিপুরগী অহমশুবা হায় স্কুলনি। জোনষ্টোন স্কুলগী মথংদা সি সি হায় স্কুল, মথংদা তোম্বীসনা হায় স্কুল লাকখিবনি। এসেমব্লি হোলগা নকুমনবদগী চৎথোক-চৎশিন্দা খুদোং চাদবা প্রোব্রেম কয়ামুক লৈবসিনা স্কুলসি শিথবক্রবগী খ্বাইদগী চাউবা মরম্নি। নত্তুগদি ইং ১৯৩২-৩৩ দা প্রজানা থরায় চঙনা লিংখৎখিবা স্কুল অসি শিথখিনবগী মরম লৈবম্লোই। হৌজিক্তি হায় স্কুল অসিগী মমীং মুৎখিবদা লৈখিদ্রবা নিংথৌ মচানুপী অমগী মিংসু অদুম মুৎস্ত্রে। মসি ইতিহাসকী য়াম্না নিংঙমদ্রবা রাবী ওইনা লৈহৌবগনি। হান্না ইয়োব (your) হায় স্কুল হায়না মমীং থোল্লগা উবিপোক্তা লৈবম্লিবা স্কুল অসি ইং ১৯৩৩-৩৪ দা কলিকাতা য়ুনিভর্সিটিদা রেজিষ্ট্রার তৌখিবনি। ইং ১৯৩৬-৩৭ তা মহারাজ কুমারী তোম্বীসনা দেবীগী মিংদা স্কুল মমীং ওম্থোকখিবনি। স্কুলসিগী মিং ওম্থোকখিবা কুম অদুদা মণিপুর সরকারনা থাদা লুপা ১০০/- গ্রান্ট পীদুনা এদেড স্কুল ওইহনখিবনি। নিখিল মণিপুরী মহাসভাগী চিংঙা মীফমদা লৌখিবা রাবেগুগী ষ্টেট দররাবনা, সরকারগী মতেং ফঙবা স্কুলশিংদসু থবক তৌবা য়ারোই হায়রবকপা অদুদগী, করম্বা বুদ্ধিনা মদুদগী ঙাকথোক-শেন্দোক তৌগদগে হায়না কোক শানবা ওজা ওইবা মীওইশিং লৈস্ত্রিবনি।

ৱাফম অসি মথক্তসু পঙ্গ্রে। হৌজিক ওজা পিশককী শাগেগী ৱাফম লাকপসিদা নীংশিংবা য়াবা ৱাফম খরগসু লৈবি। ওজাগী অপোকপা শীতোল সিংহ কনানো ? ওজাগী অপোকপা শীতোল হায়বসি, মৈতৈনা 'মেবা কাঙজৈ' হায়নসু খঙনবা 'শগোল কাঙজৈ' হায়বসি য়াম্না পাম্না শান্নবা মীশক্রি, চুম্না পামজবতা নত্তে, শগোল কাঙজৈ শান্নবসু ওখাক হৈ। ৱাফমসি ওজানা ইবম্বা, 'মৈতৈগী অচম্বা হবাও-তয়াম মেবা-কাঙজৈ' হায়বা লনাই থৌদোক্কী ৱাবী অদুদগী খঙবা ঙমগ্রে। ওজাগী অপোকপা অসি শগোল কাঙজৈবু পামজবা মশান্না ওইনা লৈবকপগী মথক্তা হি হোনবসু য়াম্না হৈ। হি হোনবসি পুক্নিংগী শিনফম অমা ওইনা লৈবকই হায়। মমাংঙৈগী মতমদা হিদা লল্লোনপোৎ পুবগা লল্লোনবা চৎপা 'হিদিঙ্গা লল্লোনবা' হাযবা থবক অদু নীংথিনা তৌবম্মী। ইম্ফালদগী লল্লোনপোৎ পুদুনা ইম্ফাল তুবেলদা খা মাযকৈদা হোপ্পুখ্রগা চাইবেল ফাওবদি তত্তনা চৎলি। মদুদগী হেন্দোকপসু য়াওই। চাইবেলদদি নীংথিনা খঙনবা ইমুং লৈ। চুম্না খঙনবতা নত্তে, লোন্দিন্নবনি। মফম অদুদ নুমিৎ খবনি লৈথোকপা ফাওবা যাওই। মদুনা ওজা পিশককী লৈক্লৌবিবা ইমুং মনুংগী মীওইশিংগা চাইবেলগী মীওই কযাগা হৌজিক ফাওবদা নকশিন্নহৌবি। ওজাগী অপোকপা শীতোলগা নকশিন্নবা মবী লৈনবম্বা এলাংবম কৌতম সিংহগী মচা নুপা মধুচন্দ্র সিংহ, ওজা পিশককী মযুমদা লৈহল্লগা মেত্রিক থাহনখি। পরীক্ষা অদু পাস তৌববা তুংদা সৰকারগী থবক্তা চঙখি। মহাক হৌজিক থবক্তগী পেন্সল ফংগ্রে। পল্লেল মৈতৈ লৈকায়দা ময়ুম হোংলক্লুনা লৈবে হায়। চাইবেলগা চিংঙাখমগা হৌজিক ফাওবদা লৈনবিবা মবী অসি ওজা পিশককী অপোকপা শীতোলনা লৈহল্লম্বা মবীনি হায়না ওজাগী মচাশিংনা হায়বি। মদুগীদমক মপু শীতোল অমদি চাইবেল অনীমকপু কাউবা ঙমদনা লৈবি।

অমবোমদা, ওজা পিশকনা মণিপুরগীদমক শিক্ষা অমসুং রাজনীতিদা হোৎনবকপা কয়াদু মথক্তা লৈগ্রে। হীবম অনীসিদা নত্তনা

মণিপুৰী সাহিত্যদসু পূক্রিং চঙলম্মী। মণিপুৰী সাহিত্যগী শোখোক কয়া অমা পুথোক্লম্মী। ওজাগী সাহিত্যগী মতাংদদি মণিপুৰী সাহিত্যবু নৈনবা মীওই কয়ানা নৈনবা হৌরে। মতুংদসু কয়া অমা নৈনবকখিগনি। লাইবিক অসিবু ইজবিবনা সাহিত্যগী মতাং নৈনবা হায়বা অদুমদি ওইথোক্লে। অদুনা হীবম অসিগীদমক্তী অতোপ্পগীদমক খাক্নুনা থমজবে। সাহিত্যগী ৱাফমসি নাথেদুনা থমন্ত্রবসু ওজাগী পুন্সিদা তৌবল্লিবা ময়াম অসি নীংশিংলুবগা ওজাগী চিংঙাখম শাগৈ অসিনা, মমাংঙৈ নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা কমদৌবন্নজাৎনো হায়বা অদুমসু খঙনীংবা পোক্লকই। হীবম অদোমদা য়েংশিল্লুবা মতমদা চিংঙাখম শাগৈ অসিদা নিংথৌশিংগী মক ওইবা মীশক কয়া লৈবম্মী হায়বসি লাইবিক কয়াদা থেংনবকই।

চিংঙাখম শাগৈগী মতাংদা, মণিপুৰ ষ্টেট কলা একাদমিনা ফোঙবা "*শাগৈ শলাইবোল, মৈতৈগী য়েক-শলাইগী য়ুমদাবা পুয়া*" হায়বা অদুগী "*খাগেম্বা য়ুম্বী*" হায়বা মতাংদুদা চিংঙাখমগী মতাংদা অসুম্না হাইবি ঃ

**"চীংঙা শঙএ হায়বগী চীংঙাখম কৌএ ॥" (লঃ ৩৫)**

লাইবিক অসিগী ৱাহৌদোক পীবদা একাদমি অসিগী আর্কিভিষ্ট এল অশোক কুমাৰনা অসুম্না ইবিঃ

> **"মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবনা লৈবাক অসিগী নিংথৌ ওইদুনা খুট্টগী অহানবা চহীচাদা পানখিবা মতম অসিদা লৈবাক অসিগী অনৌবা লৈঙাক পথাপ শেমগত্নুনা মপা, মমা, মচীল-মনাও, মচে-মচলশিংগী মফমদা লোয়নবদা চৎকদবা লীচৎ-শাজৎ, ঙাংগদবা ৱাঙাং-শাঙাং, থকশি-খাশি, থৌগল্লোন বাবহারনচিংবা কয়া অসিবু নীংখিনা শেমদোক্নুনা লৈবাক অসিদা চৎনবা থৌখি। অসিদসু নত্তনা তোংঙান তোঙানবা ফুরুপ কাংলুপশিংগী য়েক-শলাই খায়দোক্নুনা চারৌ-মৌরৌনবদা শাগৈ-শলাই মাৱবা মশেন লৌনবা ৱাবা য়াদবা কয়া শেমদোক্নুনা চৎনখি। মৈতৈ কাংলুপকী**

মনুংদা লৈরিবা অঙোম, নিংথৌজা, খুমন, লুৱাং, মোইরাং, অমসুং চেংলৈ হায়না লৈরিবা অসিগী মনুংদা চেংলৈ শলাই অসিবু খাবা, ঙানবা, শরাং, লৈশাং হায়দুনা মরিখোক্তা অমুক খায়দোকখি।"

শাগৈ শলাইবোল লাইবিক্কী মাহৌদোক পীবদা মাফমশিং অসি য়াওরম্লবসু মণিপুরদা এসিস্তেন্ট পোলিটিকেল এজেন্ট ওইনা থবক তৌবম্বা অদুগা বোয়েল এন্থ্রোপোলোজিকেল ইনস্তিট্যুটকী ফেল্লোসু ওইখিবা টি সি হদসননা ইবম্বা "দ মৈতৈজ" লাইবিক অদুদদি মৈতৈগী শলাই অসি ১। নিংথৌজা, ২। অঙোম, ৩। চেংলৈ, ৪। ঙানবা, ৫। লুৱাং, ৬। খুমন অদুগা ৭। মোইরাংনি হায়না ইবি। লাইবিক অদুদা চিংঙাখম অসি চেংলৈ শলাইগী মনুংদা লৈবি।

অমবোমদা অমুক লাইবেনময়ুম ইবুঙোহল সিংহনা ইবম্বা "ইন্ত্রোদক্সন টু মণিপুর" হায়বা লাইবিক অদুদা মৈতৈশিংগী য়েক অসি ১। নিংথৌজা, ২। লুৱাং, ৩। খুমন, ৪। অঙোম, ৫। মোইরাং, ৬। খাবা, ৭। ঙানবা অদুগা ৮। লৈশাংথেম (চেংলৈ) হায়না ইবি। লাইবিক অদুদা চিংঙাখমগী য়েক অসি লৈশাংথেম (চেংলৈ)গী মনুংদা লৈবি। পুম্নমক অসি মণিপুরগী (মৈতৈগী পুয়া) লৈনবশিং, মকওইনা শাগৈ শলাইবোল লৈনবশিংনা কুপ্না খঙগনি। হৌজিক ফোঙলিবা লাইবিক অসিনদি হীবম অসোমদা চঙশিন্দ্রে।

চিংঙাখম শাগৈদা, নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা মক ওইবা মাংলক কয়া লৈবম্বা থেংনবদুদা শাগৈগী মতাংসি হায়ফেৎ পল্লুবগী মার্তনি। মমাংগৈ নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা শাগৈ অসিগী মক ওইবা মীশর্কশিং থেংনবকপা অসি, মণিপুরগী ঙমখৈ অসি য়াম্না পাক-চাউনা শন্দোক্লম্বা মৈদিংঙু গবীবনিৱাজগী মতমদগীনি। মৈদিংঙু অসিগী মমাঙদসু লৈবম্না হায়বা অদুমদি য়েংলুদ্রে। অদুবু গবীবনিৱাজগী মতম অসিদদি চিংঙাখম চনু

অমা মহারাজগী লোয়নবী ওইবে হায়বসি চৈথারোল কুম্বাবদসু ময়েক শেংনা পল্লে। কুম্বাবদা মসুম্না ইবিঃ

"১০নি য়ুমশকৈশদা ইপি চিংঙাখম্বীনা পোকপা মচা কত্তাথন শাই, য়াইখুবী মচা হরিশাইনা হাওবম চনু শগোলসেনবা হল্লবা মচানুপী ২মাকা নুংহোংএ।"

চৈথারোল কুম্বাবা লাঃ ১০৫, ১৯৮৯)

মতাং অসিদা কুম্বাবগী ফুট নোটতা মসুম্না পীবিঃ

"১। ইপি চিংঙাখম্বীনা পোকপা মচা কত্তাথন শাই পরিবনিব্রাজ মহারাজগী মনাও ইবেম্মা চিংঙাখম চনুনা পোকপা মজা ইবুংঙো গদাধর শাই।

২। য়াইখুবী মচা হরি শাই - মৈদিংঙু পরিবনিব্রাজগী মনাও ইবেম্মা য়াইখোম চনুনা পোকপা হরিশাই।"

(চৈঃ কুমঃ লাঃ ১০৫, ১৯৮১)

মতুংদা পানখিবা মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রনসু চিংঙাখম চনু দেবহুতী পান্নদুনা মজা ইবুংঙো অনী হেমচন্দ্র সেনাপতি অমদি চৌবজিৎ পোকই। চৌবজিৎতি মণিপুবগী নিংথৌ ওইখি। মণিপুবগী নিংথৌ ওইখিদ্রবসু মণিপুবদা য়াম্না মিং লৈবিবা নিংথৌ মচা "সনা চহী অহুম" হায়বসি মহারাজ চৌবজিৎকী মচানুপানি। চিংঙাখম চনু দেবহুতীগী মচানুপা চৌবজিৎ সিংহ ইং ১৮৩৩ ফাইবেনগী ৯নি পানবা নোংমাইজিং নুমিত্তা মশাগী চহী ২৭ শুবদা মণিপুবগী নিংথৌ ওইখি। ইং ১৮৩৪ গী ৱাকচীংগী ১২নি পানবা থাংজ নুমিত্তা কংলাগী শঙলেন মমাঙদা ফিজং খন্দুনা মহারাজ চৌবজিৎনা 'ৱাইবং পামহৈবা' হায়বা মিং অসি লৌবগা লাইশ্রম চনু থোংনাং লাম্বুবী মহারানীগা মায়োক্লনা ফম্মিন্নদুনা হৌনবী মতুং ইন্না ফম্বাল তোংখি।

মতুংদা পানখিবা মহারাজ নব সিংহগী লোয়নবীশিংগী মবক্তা চিংঙাখম চনু প্রিয়া কৌবী অমা য়াওখি। মৈদিংঙু নব সিংহগী

মচানুপাশিংগী মবক্তা শ্রীসনা দেবেন্দ্র সিংহ হায়বসি চিংঙাখম চনু প্রিয়াগী মচানুপানি হায়না থেংনৈ। নব সিংহ মহাবাজগী মতুংদা অমুক হন্না নিংথৌ ওইখিবা মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি অসি ইবেন্মা ১০না সেবা তৌই অদুবু চিংঙাখম চনু য়াওবদি থেংনখিদে। অদুমকপু মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা চিংঙাখমগা কোনুংগা লৈনবা মবীগী মতাংদদি নীংশিংনিঙাই ওইবা বাফম খবা থেংনৈ। মহাবাজ অসিগী মচেম শিজ অমা লৈবম্মী। মহাক চিংঙাখমদা ওংই। চিংঙাখমদা ওংলবসু মহাক নিংথৌগী হেক মথংদা যুববাজ ওই। হীবম অসিগী মতাংদা চৈথাবোল কুম্বাবা অনীশুবা খুৎনম (মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ) গী লমাই ৩১৪ দা মসুম্না ইবিঃ

> "মচেমশিজ চিংঙাখম ওংবী – মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা ময়াং লৈবাক্তগী খোরব্লগা অমুক হন্না নিংথৌ ওইরবদা চিংঙাখম নোংথোম্বদা ওংবী মচেম শিজবু যুবরাজ হাপখি। শ্রীবৃন্দাবন চন্দ্র অসি চীংথংখোম্বা মহারাজগী সনা হাক্তগী যুবরাজ ওইবশিংনা মথং-মথং লাৎনরকপনা শকাব্দ ১৭৭২ (ইং ১৯৫০) হিয়াঙ্গৈ থাদগী মচেম শিজ চিংঙাখম ওংবীগীদা শ্রীবৃন্দাবন চন্দ্র চিংঙাখমদা লাৎখি। মচেম শিজনা যুবরাজ ওইনা নোংগারবা মতুংদা শকাব্দ ১৭৭৭ থব্রান ২২নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা (তাং ৪।৯।১৮৫৫ ইংদা) চিংঙাখমদগী শ্রীবৃন্দাবন চন্দ্র পুখৎলকখি।"

যুববাজ ওইবিবী মচেম শিজ লৈখিদবগী মতাংদা চৈথাবোল কুম্বাবনা অসুম্না ইবি, "৭নি ইমশকৈশদা মচেম শিজ তম্ফা চিংঙাখম ওংবীবু যুববাজ ওইনা শিয়ে।" মচেম শিজ তম্ফানা লৈখিদবা অসি ইং ১৮৫২ গী মে ২৬ যুমশকৈশদা ওইবা য়াই। অদুবু চৈথাবোল কুম্বাবদদি তাং ২৫।৫।১৮৫২ ইংদা লৈখিদবনি হায়। মচেম শিজ অসিনা লৈখিদ্রবা মতুং ইং ১৮৫২ গী জুন হৌবকপদা মহাবাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মচানুপা অহল সুবচন্দ্রবু খুদক্তা যুববাজ হাপখি। সুবচন্দ্রনা খবা চাউবক্লবা মতুংদা

শ্রীবৃন্দাবন চন্দ্র অসি মহাক্রা অমুক লাৎখি। চিংঙাখম ওংবী মচেম শিজ অসিগী মতমদা, চৈথারোল কুম্বাবদা "২৪নি থাংজদা চিংঙাখমচা মবাই ইবুংঙো শেল্লুংবা শুগুদা ইবানবা চৎলে"। হায়বা ব্রাফম য়াওবি। মতুংদা অমুক "১২ নি শগোলশেলদা চিংঙাখমচা নোংথোনবনে লৈস্নামচা লুবাং নিংথৌ ২ মানা মখাবমদা হাও তাইকবা থুংলৈএ।" হায়বসু য়াওবি। মতুংদা অমুক চিংঙাখমদা 'পুস্ত্রনবা' হায়বা ফম অসি পায়বা ফম্মাইবা অমুক লৈবে। অচৌবা ফম ওইবিবা 'পুস্ত্রনবা' হায়বসিগী মতাংদা কুম্বাবদা মসুন্না ইবিঃ "১৮ নি ইমশকৈশদা চিংঙাখমচা পুস্ত্রনবা, মৈস্নামচা থুমজাওপুবেন্নচিংবা চন্দ্রখোং তৌবা চৎলে।" (লমাই ৩২৯, ২বা খুৎনম) নিংথৌবোলশিংগা মবী লৈনবা লাইবিক 'চাদ লাইহুই', 'অরা ঙন্বা' ইবদা চিংঙাখমচা চাউবতোন হায়বা অমসু চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা যাওহনবা থেংনৈ। চৈবাপ অমসুং তোপ গাবোতকী থবক্তা চিংঙাখমচা পুস্ত্রনবা হায়বসি য়াওহল্লি। হৌজিক য়াইস্কুলদা লৈবিবা চিংঙাখম ইবোহলগী ব্রাফম মতুং ইন্না, 'চিংঙাখমচা পুস্ত্রনবা হায়বা অসি মাগী মবুথৌগী মবুথৌনি। লোক্লাওবুং মনাক্তা লৈবস্বনি।' মসুন্না নিংথৌ শাগৈগা চিংঙাখমগা তত্তনা মবী লৈনবকই। অদুবু ওজা শিশককী মতমদদি ওজানা সি সি হায় স্কুলগী ওজা ওইবা নত্তনা কোনুং অমদি নিংথৌগা মবী-মতা ওইখিত্রা খঙদ্রে।

ইং ১৮৯১ দা মণিপুরগী শাসনগী থবক্তা বৃটিশনা মকওইবা থৌদাং লৌগুবা অমদি মহাবাজ গম্ভীব সিংহগী মচা-মশুশিংগী মহুত্তা মহাবাজ নব সিংহগী থাবা থিদুনা মৈদিংঙু চূড়াচান্দ সিংহদা নিংথৌফম থিন্দোকপ্রবা মতুং অদুদসু মহবাজগা চিংঙাখমগা নকশিন্নবা মবী লৈনবকপগী ব্রাফম অসিমদি পল্লুদ্রবসু মীযাম্না খঙনববা ব্রাফম্লি। মৈদিংঙু চূড়াচান্দ সিংহগী মথংদা নিংথৌ ওইখিবা মৈদিংঙু বোধচন্দ্র সিংহ অসি চিংঙাখম নিংঙোলগী মচানি হায়বসি পূম্নমক্লা খঙনৈ। মহাবাজ বোধচন্দ্রগী মমা ইবেম্মা শ্যামাশখিগী মিংদা লিংবা মোইবাংখোমদা 'শ্যামাশখি গার্লস হায় স্কুল' হৌজিকসু লৈবি। শ্যামাশখিগী মপামসু মোইবাংখোমনি।

ওজা শিশককী চিংঙাখম শাগেগা মণিপুবগী নিংথৌশিংগা লৈনরকপা মবী অসিগী মথক্তা মণিপুব ইতিহাসকা চিংঙাখমগা লৈনবকপা মবীশিংসু লৈবি। মণিপুবগী সেদ্যুল কাষ্ট খুলশিংগী মবক্তা অন্দ্রো হায়বা অসিসু অমনি। অন্দ্রো খুনগী মনুংদা লৈবিবা য়ুম্নাকশিংগী মনুংদা হৌজিক হৌজিকমক চিংঙাখমনা খ্বাইদগী মশীং য়াম্মী হায়না অন্দ্রোগী কাঙবুশিংনা হায়, মক ওইনা অন্দ্রোদা লৈবিবা চিংঙাখম শাগেগী লূচিংবশিংনা ফোঙদোকপনি।

মণিপুবগী মিং লৈববা নিংথৌ, মহাবাজ গম্ভীব সিংহগী মচানুপা চন্দ্রকীর্ত্তিনা নিংথৌ ওইবিগুে মতম, ইং ১৮৮১ গী চহী তন্খাই চল্লকপা মতমদগী হৌবগা মণিপুব ইতিহাসকী মক ওইববা থৌদোক কখা থোকখি। চহীসিগী জুন ২৩ দা ইবেংবা থুন্দাংবা হায়বা অদুনা মণিপুবগী নিংথৌ ওইগনি হায়দুনা মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তিগী মথক্তা লানথৌ তৌখি। ইবেংবগী লালহৌ অদুনা মায় পাক্তনা মহাক্রা নিংথৌ ওইবা তাববদি, কনা কনাবু ফম্নাইবা ওইগদগে হাযবগী মিংসু লাউথোকই, মদুদা অন্দ্রোদা লৈবা, য়াম্না থৌনা ফবা অমদি হৈ শিংবা চিংঙাখম জেৎতু কৌবা অমবু মন্ত্রী হাপখি। অদুবু ইবেংবগী লান অদু মায় পাকপা ঙমদনা নুমিৎতুগী অহিংদা অদুম লোইশিনখি। লান অদুদা শকক য়াখিবা মহাবাজগী ফম্নাইবশিং খবসু লাম্মীশিংনা ফাখিবদা য়াওখি। অতোপ্পা চিংঙাখমচা অমসু পণ্ডিত অচৌবা হাপখি। মহাকপুসু লান অদুদা মহাবাজগী মীওইশিংনা ফাখি। লানহৌ অসিগী মক ওইবিবা মীশক ইবেংবা থুন্দাংবা হায়বসি য়াইবিপোক্কী নিঙেল থুমখোংদা থবক তৌবনি।

লান অসিগী মতাংদা সবাংথেম ববমনি সিংহগী 'মৈতৈ নিংথৌবোল' দা মসুম্না ইবিঃ

> য়াইরিপোক্তা লৈবা ব্রাহ্মণ অমগী মমঙদা ইরেংবা থুন্দাংবনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরম্মী অদুনা মহাক্রা শোয়দনা নিংথৌ ওইরগনি হায়বা মঙগী পাউদু তাবদা

হরাওমনগ্রদুনা ইরেংবা খুম্নাংবা মশানা মহাক মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরে হায়না লাউথোক্লম্মী। মহাক্কা নিংথৌ ওইরগদবনীনা মণ্ডপাউ পীবা ব্রাহ্মণ অদু মহাক্কী পুজারী মকোক হাপ্লে। মহাক্কা পোকপা মজাইবুংঙোবু যুবরাজ, মনাও নুপাদনা সেনাপতি, ইরেংবা শিংনুবা অহলবু রাংখৈ লাকপা, ইরেংবা মাইচোনবু খুরাইলাকপা, ইরেংবা শিংনুবা নহাদনা খ্বাই লাকপা, ইরেংবা শজাইবুনা য়াইস্কুল লাকপা, অম্রোগী চিংঙাখম জেৎতুবু মন্ত্রী, তোইঙাম্বনা পুত্রনবা, শিখোংগী নোংথোনবা হঞ্জবদনা নোংথোনবা, অম্রোগী লাইশংবনা খাবম লাকপা, চিংঙাখম্বনা পণ্ডিত অচৌবা, কবোদগী শাইদাংলকপা উশম মচাদনা সেনা নায়ক হাপ্লে।"

(অনীশুবা খুৎলম, লাঃ ১১১)

ইবেংবগী লান অসিগী মতমদা মণিপুরদা পোলিটিকেল এজেন্ট ওইনা লৈরিবা লেঃ কর্নেল সাব জেমস জোনষ্টোননা অসামগী চীফ কমিসনরগী সেক্রেটরীদা চিঠি/রিপোর্ট অমা ইদুনা অকুপ্পা পাউ খঙহনখি। কবোদগী শাইদাংলকপা মীশক অমা য়াওবগা মরী লৈনবা রাফম অমা জোনষ্টোনগী রিপোর্ট অদুদা পল্লি। রাফম অদুদিঃ

Among the men executed in the capital was an exile from Burmah said to be a scion of the ancient Pong dynesty and known here by the name of the Pong Raja This person took refuge in Manipur owing to his having committed some political offence in Burmah some ten years ago and has since led a quiet inoffensive life When the news of the emeute reached Manipur, he was told by a friend that he was suspected, and he immediately attempted to fly, but being caught, he was executed It is probable that he owned his fate to

the fact of his having come from Burmah and the insurrection having taken place on the Burmese side of the valley, the two events having some kind of connection in the mind of Tangal Major but the general opinion of the country is that he was innocent The total number of persons executed was 18 "

জোনষ্টোনগী রিপোর্ট অদুদা পল্লিবা রাফমশিংগী মনুংদা, লান অদুগী মতমদু মহাক মণিপুরদা লৈতে। করিগুম্বা লৈরম্বা তাররদি মী অমা ফাওবা হাৎহল্লরোই। Had I been here at the time I should not have allowed a single execution ইরেংবগী লান অসি থোক্লিই্ই, জুন ১দগী জোনষ্টোন সাহেব অসি মাগী মযুম লণ্ডনগীদমক ঙিরিবাম লম্বীদা ইম্ফাল থাদোকখি। লণ্ডনদা জুলাই ২৫গী অযুক্তা থুঙলুবরা তুংদা সেপ্টেম্বর ৬তগী ইংলেণ্ড থাদোবকপনা নবেম্বর ৪দা ইম্ফালদা থুংলখি। অদুনা লান অদুগী রিপোর্ট অদু জোনষ্টোননা ইং ১৮৮২গী জানুৱারী ২৫ দা পীখৎখিবনি। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মখক্তা তৌখিবা লান অসি ইরেংবগী লান্না খ্বাইদগী অকোনবা লান ওইরে। লান অসি লোইশ্লবা মতুং, ইং ১৮৮১গী জুলাই ১৫ দদি চিংঙাখমচা পুত্রনবদু মহারাজনা মন্ত্রী ফম পীখি। পুত্রনবগী হাংহৌবা ফম অদুনা থঙ্গান মেঙ্গোবদা পীখি। চিংঙাখমচা পুত্রনবা অসি মন্ত্রী ওইনা কুইনা লৈখিদে, মন্ত্রী ওইনা থা খরা লৈররা তুংদা ইং ১৮৮১ গী ওক্তোবর তদা লৈখিদ্রে। মন্ত্রীনা লৈখিদবগী মতাংদা চৈথারোল কুম্বাবনা অসুম্না ইরিঃ

"১০নি নিংথৌকাবা চিংখমচা মন্ত্রী শিএ।"

(লাঃ ৪৫১)

চিংঙাখমচা মন্ত্রীনা শিব্রবা মতুং চহী ১০ রোমগী মদুরাইদা ইং ১৮৯১ দা বৃটিশনা মণিপুর লৌশিনহ্রে। অদুদু মথোয়গী শাসনগী থবক্তা খুদোং চাহন্নবগীদমক মহারাজ নর সিংহগী খরা থিগরুনা মীক্লব

চূড়াচান্দ সিংহবু মণিপুরগী নিংথৌ হাপখি। মহারাজ অসিগী মতমদসু চিংঙাখমবু ফম্লাইবা পীবগী রাফম অদুম লৈরম্মী, নোংথোনবা ফম পুবা মীশক লৈরম্মী।

চূড়াচান্দ মহারাজগী মতমদা থোকখিবা, মণিপুর ইতিহাসকী য়াম্না মক ওইববা শকক অমা ওইবিবদি, ইং ১৯১৭ লোইশিল্লকপদা মণিপুরগী খাবোমদা লৈরিবা কুকিশিংনা মতম অদুগী সরকারগী মায়োক্তা লালহৌ অমা তৌখিবা অদুনি। মদুগুম্বা লালহৌ অদু মণিপুরদা 'খোংজাই লান' হায়রগসু খঙনরি। মণিপুর সরকারগী পব্লিসিটি লোয়শঙদা ওফিসার অমা ওইনা থবক তৌবম্বা খাইখোতিনথাং কিপগেন (Khaikhotinthang Kipgen) হায়বা অদুনা ইবম্বা 'The Thadou Kukis' হায়বা লাইরিক অদুগী অনীশুবা চেপ্টরদা 'The Thadou Gaal 1917-1919 (Kuki Rebellion) হায়না য়াওরি। মণিপুর ইতিহাসতা হায়নরিবা 'খোংজাই লান' হায়রদুগী মতাংদা ইরনি। হায়রিবা তাক্কক অদুদা, খোংজাই লান্দা য়াম্না থৌনা ফনা শকক য়ারম্মী হায়রা 'চিংঙাখম সনাজাউবা সিংহ'গী মতাংদা রাফম খবা ইরি। সনাজাউবগী মতাংদা ইরিবা অদুগী শকক খবা লৌখৎচরিঃ

> "Chingakham Sanachaoba Singh, a Manipuri magician who was once annoyed by the Maharaja of Manipur living with his disciples at Kumbi, near Moirang, went to Ukha and formed an alliance with the chiefs of Henglep, Mombi Longya and Ukha, and said that the rule of the British was coming to an end He told the chiefs that he got 3 companies of sepoys and 8 (eight) expert swordsmen It was agreed that the Manipuris under Chingakhamba himself should attack Imphal, the capital of Manipur, while the Thadous engaged themselves in cutting down the Telegraph lines and kill the Chowkidars and sepoys in the hills The Thadous attacked the

forest toll station at Ithai on the 19th December, 1917 The rumour that Chingakhamba planned to attack Imphal caused much anxiety to the people living in the capital " (Page 46)

খোংজাই লান অসি ইং ১৯১৭ গী ডিসেম্বরদগী চথবা হৌবে হায়না লাইবিকসিনা ফোঙদোক্লিবসিগা মরী লৈনবদা, চৈথাবোল কুম্বাবা অনীশুবা খুৎনমগী লমাই ৫৮৪ দা ইবিঃ "পোইনু থাদি থাংজনা হল্লে।..... ৯নি থাংজদা মখাবমগী হাওনা কুমফি থুগাই হায়দুনা সাহেপ ৭ সিফাই ২০০ না লান চৎখিএ। ১৪নি শগোলশেন্দা লমাংদোং লাইমতোন্দা খোংজাই ১ পুলিস সিফাই ৪না ফাদুনা পুবকএ।" খোংজাই ১ ফাদুনা পুবক্লিবসি ইং ১৯১৭ গী ডিসেম্বর ২৭ তনি।

চিংঙাখম সনাজাউবা ফাবকপগী মতাংদসু চৈথাবোল কুম্বনা ইবিঃ

> "৩নি ইরাইদা চিংঙখম সনাজাউবা খোংজাই ঙাওহনবা ফারকএ।"
>
> (লাঃ ৫৮৬)

মথক্তা পঙ্খ্রিবা চৈথাবোল কুম্বাবা অসিনা সনাজাউববু ফাবকখিবগী নুমিৎ পল্লিবা অসি ইং ১৯১৮ গী আগষ্ট ৯নি। বৃটিশকী বিপোর্ট মতুংইন্না মহাক অসি বর্মাদগী ফাবকপনি। অদুগা মহাকপু বিচাব তৌখিবা মফম্না শিল্লোংদনি। মহাকপু শিল্লোংদা বিচাব তৌনবা পুখিবগী মতাংদা চৈথাবোল কুম্বাবনা অসুম্না ইবিঃ

> "ককচিং খত্তোনজাউগী কুম শক ১৮৪১ ১৪নি নিংথৌকাবদা শজিবুগী পালোক ওই।......... কালেন থাদি শগোলশেন্না হল্লে। অদু নুমিত্তা হাওরান তৌহনবা চিংঙাখম চাওবগা খোংজাই নিংথৌ ১৫ গা শিলোংদা বিচার তৌগনি হায়দুনা পুশিনখি।"

সনাজাউবগী মিং অসি শমজিন্না 'চাওবা' হায়দুনা ইবি। বিচাবগীদমক শিল্লোংদা পুশিনখ্রিবা নুমিৎ অসি ইং ১৯১৯ গী মে ১ শগোলশেন ওইগনি।

মণিপুরগী মতাংদা, ইং ১৯১৭-১৯১৮ দা বৃটিশনা পীবা এদমিনিষ্ট্রেসন রিপোর্টতা, ইং ১৯১৭ গী ডিসেম্বর থাদা ইথায়গী ফোরেষ্ট টোল (Forest toll) দা লুট তৌখিবা অদুদা চিংঙাখম সনাজাউবা য়াওই, অদুবু মদু কুকিশিংনা তৌবগী মওংনি, থৌদোক্কুদগী লান দিক্লাব তৌব্রে। ইং ১৯১৭ কী ডিসেম্বর ২২দা কুকিশিংনা ইম্ফাল এটেক তৌনবা হোৎনখিবদু মহাক্না লুচিংবনি।

মতম অদুগী সবকাবনা পীবা Administration Report of the Manipur State for the year 1917-1918 গী শকক খবদা মখাগী অসুম্না পল্লিঃ

A Manipuri named Chingakhamba Senachaouba Singh, who professes to have supernatural powers and who lived with some disciples at Kumbi near Moirang, took a prominent part in instigating the Kukis in the hills near Moirang to break into open rebellion. He is said to have been present in December 1917 at the looting of the Forest toll station at Ithai which was obviously intended by the rebel Kukis as an overt act showing that war was declared and there is evidence to show that he intended to lead the Kukis in an attack on Imphal about 22nd December 1917. Chingakhamba Sanachaouba has been arrested in Burma

চিংঙাখম সনাজাউবগী অশেংবা পোকফম অসি নম্বোল্লোমদা লৈবা কাঙমোং হায়বা খুন অদুদনি। কাংমোংদা লৈবা সিনামচা হেবামনি খুমন হায়বদুনা ইবগা ইং ২০০৩গী মেদা ফোঙখিবা 'মবৈবাক নীংবা অথৌবা অনি' হায়বা য়াম্না শম্না ইবা বাবেং অনীগী বুকলেট অমদা সনাজাউবগী নহা ওইরিবিঙৈগী অশম্বা রাবী মতেক অমা ইবি। রাবী মতেক অদু লৌখৎচবি।ঃ

"চিংঙাখম্বা সনাজাওগী অপোকপা পম্ব্রৈগী মিং তোম্বা কৌই। অপোকপীগী মিংনা রাম্নেনবম নিংজোল চাউবী কৌই। পলেম পম্ব্রৌ অনীনা লৈরম্বা মফমদি লমলেন

কাওমোং তোংত্রমগী চিংঙাখম ইখোল হায়রগা খঙনরিবা ইখোলসিদনি। চিংঙাখবা সনাজাও কাংমোং তোংত্রম লৈকাইদা পোকখিবা মীথোই-মীহেনবা মীশক অমনি।

সনাজাও, মমা লৈপাক পোক্লফম লমদম মণিপুরবু যাম্না নুংশিজবা মীশক অমনি। ইং ১৮৯১ এপ্রিল ২৪দা কংলৈপাক মণিপুরগী সনা তাংখল লৌত্রখদা, বৃটিশশিংবু তাম্ন্থোক্লগা ইমা লৈবাক্কী নীংতম্ববু হক্সিনহনগে হায়না মপুক্কিংদা চপম্নুংনা লেপ্লম্মী। থবক্তু পাঙবা ঙম্মবা থৌনা, লিংজেল অমদি মতীক-মঙাল পীনবিয়ু হায়দুনা হৈরাং-লৈরাং কত্তুনা তুমদ-হীপ্ত, চাদ-থক্তনা নুমিৎ শিংবুম ৭নি চুপ্পা লাইনিংথৌ ব্রারোই নিংথৌগী খুয়াখাদা তুদুনা সনাজাওনা নীংজখি। তরেৎনি ঙবা নুমিৎকী অহিং অথেঙবা মীচিক-মীরাওখোল তাম্রবা মতমদা ভূত প্রেত, নোংশা, কৈনচিংবা মীনা কিগদবা শক্তমশিং অমদি শাহিং চাবা শা কয়া থোক্লত্তুনা মাবু কিহল্লম্মী। সনাজাওনা মদুদা অকিবা লৈতনা অমদি নিংহম্নবা তৌদনা লাইনিংথৌসিবু নীংজদুনা, মমীৎ চেক্তেৎ উইশিন্দুনা লৈরম্মী। মমৈথংদা ব্রারোই নিংথৌনা পেবিদুনা, সনাজাওদা মতীক-ময়াই পীবিবদগী, মীনা তৌঙমত্রবা থবক কয়া সনাজাওনা তৌবা ঙমখি হায়নৈ। মনা অনীদু য়াংকোক মচামুক পাক্লা পাকথোকহল্লগা মনা নাম্মদা হিপ্লগা মনা নাম্মনা ফৈজুপ ঙম্না, মশামক কৈ ওম্মোকপা, খুজাই অমদা অমুক্তং থোংবা চাক্কু খোংজাই খুন অমগী মীয়ামদা ওক্লবা পীজবা, মথন্থ চৎপদা মীয়াম চৎপঙম উহনবা, মশাবু মীনা উহন্দবা অসিনচিংবা মীনা তৌঙমদবা থবক কয়া সনাজাওবনা তৌবা ঙম্মী হায়নৈ। খুক্লম তোংলগা অক্লবা তুরেলগী ঈমায় মথক্তা মখোঙ চোৎহন্দনা লানবা ঙম্মীসু হায়নৈ।

সনাজাও থাঙ-তাগী মহৈ নীংথিনা হৈবা মীশক অমা ওইরম্মী। মুক্লা, কাঙজৈনচিংবা শারবদসু মীথোই মীহেনবা মশকনাইবা মী অমা ওইরম্মী। বৃটিশকী

মায়োক্তা চূড়াচান্দ নিংথৌগী মথক্তা লান্দানবগীদমক চিংঙাখম্না সনাজাওনা লোইহজিং চীংশাংদা লৈবা খোংজাই খুঙংশিংদা চঙদুনা খোংজাই নহারোলশিং খোমদুনা লাম্বী শেমগৎলম্মী। খোংজাই নহারোলশিংদুনা, 'সনাজাও, নঙগী সিক্কাইদি লৈতনা করম্না নিংথৌগী মথক্তা লান্দাগনি ? ঐখোয় থাজদে'' হায়রম্মী। মদুদা সনাজাওনা থাঙ পায়বা, তা পায়বা সনাজাও মশামক্কী শক্তম ময়াম উখোং খুদিংগী লেপ্পুনা লৈবা উহল্লম্মী। মানা হায়রম্মী, 'য়েংঙু ঐগী সিফায়শিংসি মশীং থীবা ঙমপোৎ নত্তে। মখোয়সিগী মতেংনা মীতৈ নিংথৌবু ইরায় লায়না মায়থিবা পীবা ঙমগদৌরিবনি।' খোংজাইশিংনা অমুক হায়রকই, 'লান চৎপদা চাদবা য়ারোই, কনানা কদায়দগী করি পীজগনি ?' সনাজাওনা খুম্লকই, 'ঐগী সিফায় খুদিংমক ঐনা চাক পীজগনি। থাজদ্রগা য়েংঙু' হায়রগা খুজাই অমদা চাক থোংলগা, খোংজাই খুঙং অমগী খুল্লা পুম্নমক মপুক থম্না পীজরম্মী হায়নৈ। অসুম্না খোংজাইশিংদুবু থাজহল্লগা, সনাজাওনা খোংজাই লাম্মী ২০০০ (লিশিং অনী) খোল্লগা, চূড়াচান্দ নিংথৌগী মথক্তা বৃটিশকী মায়োক্তা লান্দারম্মী। লাইবক থিবদগী লান্দুদা সনাজাও মায়থিখি, লানফা ওইরম্মী। ..... ইম্ফাল জেলদা মতম খরা থম্লল্লগা, বৃটিশ ওফিসারশিংগা তানরগা কলা পানিদা (আন্দামা নিকোবর আইলেন্দা) থাদুনা মফমদুগী জেলদা মপুন্সিচুম্না থমখি। মাদা নত্তনা মাগা লোয়ননা খোংজাই খুঙং ১৫গী নিংথৌ ১৫ লালহৌবগী মরাল লৈরে হায়দুনা কলাপানিদা থাদুনা মফমদুগী জেলদা থমখি। ....... চিংঙাখম্বা সনাজাওগী লোয়নবীগী মিংদি ওইনাম চনু সনাজাওবী কৌই। সনাজাওবা অমদি সনাজাওবীগী মপারীগী মিং মধু কৌই। মধুগী মপারী অমথক্তনি, মমীংনা অটৌ কৌই। মধু লৈখিরে অদুগা মপারী অটৌদি লৈকিনথবীগা নক্কুনা লৈবা অয়াং য়াবগাইদা নুংঙাই-য়াইফনা পাল্লি। ... ''

রাবী অসি ইবিবা সিনামচা হেবামনি খুমননা মাগী রাবীসি ইবদা কাংমোং তোংত্রমদা লৈবা চিংঙাখম থোইবা সিংহ, সুবোল মোইবাংচা, নামৈবাকপম থোইবা সিংহ অহমগী মতেং লৌই হায়না বুকলেট অদুদা ইবি।

সনাজাউবগী তৌবা ওন্বগী রাবী খবা ইবিবা অসিদা থাজনিংঙাই ওইদবা রাফমদি য়াওবি। অদুবু মসি রাবী ওইনা লীনবনি হায়না অইবনা হায়। অদুনা রাবীসি থাজবা নত্তগা থাজদবা হায়বা অদুদি রাবী পাবিবিবশিংগী রাখলদা লৈবে। অদুবু সনাজাউবনা মাগী কেসকী বিচার শিল্লোংদা চৎত্রিঙে মতমদা মাগী অমত্তা পোকচবা মচা নুপা মধু অদু অরাং পোৎশঙবমদা লৈবা খুন্দ্রাকপম তোমাল সিংহ কৌবা অমদা সনাজাওবনা শীন্নবম্মী হায়বা অসিদি অচুম্বনি। রাফমসিগী মতাংদা লৈখিদ্রবা লাইখুবাম ইবোবী সিংহনা ইবগা ফোঙলম্বা "মণিপুর প্রজা সম্মেলনী অমসুং অনিশুবা নুপীলান" হায়বা লাইরিক অদুগী লমায ৫দা অইবনা অসুম্না ইবিঃ

> "কুকি রিবেলিয়ন অসিবু থোক্নবা শীনবা মীশক্তি হায়না চার্জ তৌদুনা মতম অদুগী বৃটিশ অমদি মহারাজগী সরকারা অদুনা নম্বোল কাংমোংদা লৈবা চিংঙাখম সনাজাওবা সিংহবু জিলা খারিজ তৌখি। (আন্দমান অমদি নিকোবর) দা থাখি। মপূল্সি চুপ্পা মরৈবাক মণিপুরদা অমুক হন্নক্তনা লৈবা য়াদবগী দণ্ড পীখি।
>
> চিংঙাখম সনাজাওগী মচানীপা মধু সিংহ, অসি অরাং পোৎশঙবমদা লৈবা খুন্দ্রাকপম তোমাল সিংহগী মচানীপানি হায়দুনা খায়না খুন্দ্রাকপম মধু হায়না খঙনৈ। মধু, ইং শোক ১৯৬০ ফাওবা মহাক্তী অশেংবা মশক অদু লোক্তনা খুন্দ্রাকপম ওইদুনা লৈরম্বদগী নোংমা ঐহাক (অইবা, লাইখুরাম ইবোবী সিংহ) ইশামক্তা মাগা

> *উরদুনা, হৌজিক ভারত অমসুং মণিপুর স্বরাজ ফংলে, লোৎপা মতম নত্তে হায়বদগী মাগী অশেংবা মনক অদু ফোঙদোক্নুনা শাগৈদা চিংঙাখমনি হায়না দিল্লায় তৌরে"।*

ইবোবী সিংহনা ইবল্লিবা বাফমশিং অসিগা মবী লৈননা, হৌজিক্কী লাইবিকসিগসু মবী লৈননা কাংমোং অমদি অন্নাং বাবগাই অনীমক্তা চৎলুবে। *সনাজাওবগী মচানুপা মধু সিংহনা পোক্রম্বা অচৌ সিংহ হৌজিক* (২০১২) মশাগী চহী ৭০ শুরে। অচৌগী মচা ১। বাধামনি (নুপী), ২। বালা (নুপী), ৩। হেবোজিৎ (নুপা), ৪। হেমন্ত (নুপা), ৫। বঞ্জনা (নুপী), ৬। সমবেন্দ্র (নুপা), ৭। উষাবানী (নুপী) লৈবি।

'মণিপুব প্রজা সম্মেলনী অমসুং নুপী লান' ইবস্না লৈখিদ্রবা লাইখুবাম ইবোবী সিংহনা সনাজাউবগী মচা মধু অসি খুন্দ্রাকপম মচানি হায়না মীয়াম্না খঙনবম্মী হায়বগী মতাংদা মধুগী মচানিপা অচৌ সিংহগী মচাশিংনা হায়বদদি 'মাইবেঞ্জম' হায়না খঙনবম্মী হায়খি। অদুবু হৌজিক্তী অচৌ সিংহ অমদি মাগী মচা পূম্নমক 'চিংঙাখম' হায়না খঙনবে। চিংঙাখম অমদি অতৈ হীবম কয়াদা য়াম্না খঙ-হৈববা মীশক অমা ওইনা লৈবিবা চিংঙাখম থোইবনসু অচৌগী মচা-মশু পূম্নমক চিংঙাখম শাগৈগী পুয়াদা মিং লৈববনি হায়না খঙহনখি।

চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজগী মথক্তা লান হৌখিবা ইবেংবা থুন্দাংবা হায়বা অসিগী লালহৌ অদু তৌবগী মতমদা সনাজাউবগী অপোকপা তোম্বগা পোকমিন্নবা ময়াম্বা চাউবতোন হায়বা অমা লৈবম্মী। চাউবতোন অসি পাঞ্জিগী থবক তৌবদগী ইবেংবা থুন্দাংবগী লান অদুগী খেন-চাং য়েংবিবম্মী। খেন-চাং য়েংবগী বাফমসি নিংথৌনা খঙলকপদগী চাউবতোনবু শীবগী চৈবাক পীনবা নিংথৌনা হুকুম তৌখি। অদুবু চাউবতোনদি নিংথৌনা মাবু শীবগী চৈবাক পীবে হায়বা খঙলকপদগী

নিংথৌগী চৈথাক ফংগ্রিঙৈ মমাংদা, মশা মতোমতা তাইবঙপান থাদোক্লবা হোৎনদুনা তাইবঙপান থাদোকখি হায়বা ব্রাফম কাংমোংদা ফোঙদোক্লবি। অদুগা সিনামচা হেবামনি খুমননা ইবা বুকলেট অদুদসু ইবি। হেবামনিনা অবোইবদা ইবিঃ

"চিংঙাখম্বা সনাজাওগী পুন্সীদি ইঙেন্নৈগী পুন্সীগা পাঙখক ওইরে। ইঙেল্লেনা কনানসু খঙবী উবীদনা, কনানসু চিনবীদনা মপুন্সি লোমখিবগুম, সনাজাওগী পুন্সীসু মীনা খঙবী উবীদবা পুন্সি ওইরে। ইনাক-কৈরাক খুনবা, নিংথৌগী মচা-মশু ওইনা অচৌবা সহরদা লৈরম্বা ওইরম্লবদি, মাগীসু মীপুম খুদীংনা শক-শোম্লবীবা পুন্সি অমা ওইরমগদবনি। লমদম তান্নবা লোয়ারমগী চীংখোঙ চীংয়াদা লৈরম্বনা মরৈবাক মরমদম্ব নুংশিজরম্বা, মমা লৈবাক্কী নীংতম্ববু হক্সিনহল্লবা হোৎনবদা মপুন্সি কৎখ্রবা অথৌবা চিংঙাখম সনাজাওগী পুন্সি কাঙথা-থাঙগী পুন্সি ওইরে। কনানসু মাবু নীংশিংবীদ্রে।"

কাংমোংদগী সিনামচা হেবামনি খুমননা চিংঙাখম্বা সনাজাউবু কনানসু নীংশিংবীদ্রে হায়না তেংথাবি। অদুবু খোংজাই লানগী মবমদা ইবশিংনা সনাজাউবগী মিং শক-শোম্লি হায়বা অসিদি হেবামনিনা থেংনদবগুম তৌই।

অদুবু অমবোমদা কুকি অইবা মখিনা পুন্সিল্লগা ইবা, 'Untold History of Manipur' দদি চিংঙাখম সনাজাউবা সিংহগী মতাংদা অসুম্ল ইবিঃ

'The Government of India finalized the case in October 1919 wherein it was decided that 'a policy of clemency was both called for and justified', and accordingly none of the Kuki Chiefs was jailed except three persons who were found guilty of not

being 'War Criminals' but as of criminals of heinous degree of common citizens, said Reid (1942 32) they were

1 Chingakham Sanajaoba Singh
2 Enjakhup of Thenjol Village, Naga Hill
3 Ngulkhokhai Chassad "

মথক্কী অসিদা কূপথনা য়েংশিনবা য়াবিবদি, ইং ১৯১৯গী ভাবত সবকাব (Government of India) হায়বিবসি মতম অদূগী ভাবতকী শাসন পুবিবা বৃটিশ সবকাব অদুবুনি। মদুগুম্না সবকাব অদুনা পীবিবা বাই অদু, আইনগী ওইবা বাফম য়েংদুনা কদায় ফাওবা অচুম্বা বিচাব তৌববগে হায়বা অদুমদি য়েংশিনবা তঙাইফদে। আন্দমান নিকোববগী সেল্লুলব জেলদা লৈখিবা মীওইশিংগী মনুংদা মণিপুবদগী মীওই কনা কনা লৈখিবগে হায়বা অদুমসু য়েংশিনবা/থিজিনবা দবকাব লৈবি। মতম অদুদা কুকিশিং অমদি সনাজাউবগা লৈনবা মবী অদু হেন্না শেংলকপগা লোয়ননা কাংমোংগী প্রজাশিংনা চমম্লবা ফাওনবিবা অদুসু কোক্লক্কনি। মণিপুব ইতিহাসতা কাংমোংগী পুম্ব্রম্না কাজাউ অমসুং চিংঙাখম সনাজাউবা অনীনা পীবম্লিবা দান অদুসু মীয়াম্না হেন্না মশক খঙলক্কনি। ●

# মঙাশুবা পন্দুপ

## লোইশিল্লকপসিদা

ওজা চিংঙাখম শিশক ইং ১৯০৫ দা পোক্লগা ইং ১৯৭৯ দা লৈখিদবনি। অদুনা ওজানা লৈখিদবা অসি মশাগী চহী ৭৩ বোম শুবকপা মতমদনি। চহী অসিনা তাক্লিবসি মীওই অমগী লৌশিং মপুং ফানা লৈবে হায়ববা মতম অদুনি। ওজানা অহলগী মতম ওইবক্লবা তাঙাদুদা অহলশিংগী মবমদা মাগী পুক্নিংদা ফাওবকপা বাখল খবা ইদুনা থম্লম্মী। ওজানা মসুম্না ইবম্মী :

> "চহী মশীংনা পাদম-চে ওইনা লৌরগা মী কাঙলুপ অনীগী মনুংদা নহারোল অমসুং অহল্লোন হায়না খায়দোকপা অদুগী অহল্লোন অদু নত্তে ঐনা অহল্লোন হায়রিবা অসি। চহী য়াম্খে নক্লগা হন্দু অমসুং মদুগী মথক্কী পুন্সিগী অভিজ্ঞান (experience) না থল্লা লৈরবা, অরিবা কোক্তা অমুনবা বাখলনা পৈদুনা লৈরবা, পুন্সিদা খুদি কয়া থিরক্লবা, মরম চাদনা চোঙ্গা ইকায়বা কয়া নংলক্লবা, মীওইবগী মায়থোংতা উবদা, খোম্হোক্তা তাবদা হায়দোক্লবা, ফোংদোক্লবা থনুংগী বারী পাবা ঙম্বা মীওইশিং অদুবুনি ঐনা অহল্লোন কৌরিবা অসি"

ওজা শিশকনা, মণিপুর কলেজগী প্রিন্সিপাল ওইরিঙৈ মতমদা ফোঙখিবা কলেজ মেগাজিন্দা 'নহারোল' হায়বা বাবেং ইখ্রে। অদুগা মদুগী মতুংদা অমুক ফোঙলকপা ইসুদা 'অহল্লোন' হায়বা বাবেং অমুক ইখ্রে। নহারোল অমদি অহল্লোন অনীগী খেন্নবা বাখলগী মশক অদু

ফোঙদোকখ্রবা মতুং, কলেজগী প্রিন্সিপাল ওইবসু তোক্লবা, থবক্তগীসু পোত্থাববা মতুংদা ওজাগী 'অহল্লোন' গী বাফোংদোক অসি পীবল্লিবনি। পীবল্লিবা বাবোল অসি কবিগুম্না বাবেং অমদা ইবম্না নত্তে। শুপ্নতগী বাহৈ পবেং অনীসিখক্তমক 'অহল্লোন" হায়বা বাহৈ অসিমখক থাবগা মাগী ডাইরী অমদা ইরম্বনি। ডাইরী অদু ইং ১৯৭২গী ওইবা মবম্না কুম অদুদা মাগী বাখল্লোন অদু ইবা নত্তুগা মতুংদা ইবা ওইবম্বসু য়াই।

প্রিন্সিপাল ওইবম্বদগী পোত্থাববা মতুং অদুদা ওজানা মণিপুরগীদমক বাখল য়াম্না তৌবম্মী হায়বা অসিদি ওজানা লমজিংদুনা লিংখৎলম্না ইকোনোমিক কাউন্সিলগী থবকশিং, লমদমসিদা ফংজবা পোৎলমশিং শীজিন্নদুনা শেল-থুমগী ফিভম ফগৎহন্নবা হোৎনবা নত্তুবদি মণিপুরগী ফিভম ফগৎহনবা বাগনি হায়বগা মবী লৈননা ফোংদোক্ল ম্বা বাবোলশিংদগীসু নীংথিনা খঙবা ঙম্মি। মণিপুরগী শেল থুমগী ফিভম ফগৎহন্নবা হোৎনবা অসি নত্তনা লমদম অসি চাউখৎহনবা ঙম্লোই হায়বসিদা নীংথিনা বাখল তৌবা মবম্না 'লময়ানবা' চেফোঙদা মণিপুরগী ইকোনোমিগা মবী লৈনবা বাবেং কয়া ইদুনা ফোঙলম্লিবনি। মদুতা নত্তনা থবক ওইনা পাঙথোকপদা, ওজাগী লোয়নবী ইবেতোম্বীনা লৈখিদবগী শ্রাদ্ধদা শীজিন্নবা পোৎলমশিং লমদমসিদা ফংজবা, লমদমসিগী পোত্থোকশিং শীজিন্নখিবনি। বাফমসি মতম অদুগী মীয়াম্না থোইনা হেন্না খঙনবিবনি।

লমদমসিদা লৈমিন্নবিবা চীংমী-তম্মী পূম্নমক অচেৎপা লীপূন অমনা পূনশিন্নদুনা লৈমিন্নগদবনি হায়বা অসিদি ওজানা য়াম্না নহা ওইরিঙৈদগী খল্লক্লবা বাখল অমনি। বাখল অদুনা মাঙওইননা থবক লৌখৎলকপা মবম্না, ইং ১৯৪৮ দা পাঙথোকখিবা মণিপুরগী অহানবা লেজিসলেটিভ এসেমব্লিগী মীখলদা মায়পাকপা ঙমখিবা অদু চীংগী ভোটবশিংনা ওজাবু য়াম্না নীংথিজনা শৌগৎখিবা অদুগী মহয়নি। চীংগী মীওইশিংনা ওজাবু কয়া য়াম্না নুংশিবগে হায়বগী খুদমদি, মণিপুর সবকাবগী হোটিকলচব

ডিপার্টমেন্টকী মখাদা ঐচ ও ওইনা থবক তৌবিবা (ইং ২০১২ দা) রাংবৈদা লৈবা রাংখৈময়ুম বাজেন্দ্র কৌবা অমনা লীবা রাবীদগী নীংথিনা খঙবা ঙম্লি। ওফিসাব অসিনা তদুবীদা পোষ্টিং লৈবিঙে মতমদা, ইং ১৯৮২ দা নাগালেন্দগী পোবোমনিদগী খোঙনা চত্নুনা, মণিপুরগী য়াংখুলেন নাগা খুল ফাওবা চৎখি। পুং ৩/৪ খোম চঙবা খোঙচৎ অমনি। হায়বিবা খুল অদু য়ৌবক্লবা মতুংদা, খুলদুগী হায় ঙ্ফুল অমা লৈবম্মী। হায় ঙ্ফুল অদুগী ওজাশিংগী কাদা চঙলুবা মতমদা মী খবগী ফোটো থেংলম্মী। খুল অদুবু অমদি ঙ্ফুলবু নুংশিবা মীওইশিংগী ফোটোনি। মদুদা ওজা শিশককী ফোটোসু য়াওবম্বা থেংনখি হায়না বাজেন্দ্রনা রাবী লীখি।মসিনসু মণিপুবগী চীংগী মীওইশিংনা ওজাবু কয়া য়াম্না নুংশিবগে হায়বা অদু উৎলি। চীংগী মীওইশিংগা ওজাগা নুংশিনবগী অতোপ্পা রাবীসু লৈ। চীংগী খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎপা মীওইশিংনা খৃষ্টমাসকী অহৌবা নুমিত্তা ওজাগী য়ুমদা লাক্লুনা, খৃষ্টমাসকী নুংঙাইবা থৌবম ওইনা ডিসেম্বব ২৪গী নুমিদাং অঙনবদা নুপা নুপীশিংনা ধর্ম্মগা মবী লৈনবা ঈশৈ শকই। ওজাসু মদুদা য়াওশিল্লি। চীংমী-তম্মীগী নুংশিনবা অদু উৎমিন্নে। মদুগুম্বা কোবেল শকপা অদু ওজানা থুগত্নবা মতুংদগীদি লাকখিদ্রে। অদুবু ওজাগী লৈহৌবিবা মচা-মমৌশিংনদি থৌবমদুবু নীংশিংবগা লোয়ননা হৌজিকসু ওজাগী য়ুমদুদা লাকপিববদি য়াম্না নুংঙাইগনি হায়না তত্তনা শোনবা লেপত্রি। লাকপিগনি হায়বগী আশাসু তৌবি। কবিগুম্বা লাক্লবদি, লৈখিদ্রবা ওজাগী পুন্সি অদু নৌহৌননা নীংশিংগদৌবিবর্বান।

অমবোমদা ওজানা ইবম্বা 'মৈতৈগী অচম্বা হবাও-তয়াম মেবা-কাঙজৈ' হায়বা, হৌখিবা থৌদোকপু নীংশিংবা রাবী অদুদা ওজানা হায়বম্লিবা "রারী-মচা নত্তে। ইতিহাস নত্তে, ইতিহাসকী মচাক অমদি ওইবা য়াই।" হায়বসিগী মতেংনা মতমদুগী মণিপুব ইতিহাসকী মশক অমদি পোলো (শগোল কাংজৈ) মশান্নগী রাফমশিং নীংথিনা খঙলগা ইবম্বনি হায়বদা চেন্ননিংঙাই ওইবা মবম লৈগনি নীংদে। পৃথিবীদা শগোল

কাঙজৈ কদায়দগী হৌদোকখি হায়বসিদা য়েৎনবা ৱাফম থবা লৈজরবসু হৌজিক মালেমদা চৎনরিবা শগোল কাঙজৈগী মশান্না অসি মণিপুরদগী হৌদোকপনি হায়বা অসিমদি য়েৎনিনিংঙাই ওইদ্রে। গম্ভিব সিংহ মহারাজগী মতমদা মণিপুবদা লাকখিবা বৃটিশ ওফিসাব অমনা অহানবা ওইনা শগোল কাঙজৈ শান্নবা য়েংখি। মদু ইং ১৮২৫-২৬ কী মে থাদা ওইগনি। মতুংদা মালেমগী ওইনা ইহান হানবা য়ুবোপিয়ান ক্লব ফোব পোলো লিংখৎখিবদি ইং ১৮৫৯ দা শিলচবগী লালোং ভেল্লি হায়বদুদা ডিপুটি কমিসনব বোবর্ট স্তেবার্ট অমসুং লেঃ জোসেফ শেবর অনীনা লিংখৎখিবদুনি। পোলোগী চৎনবিবা কল অসিসু ক্লব অসিনা শেমখিবনি। কলিকাতা পোলো ক্লব অসিসু ইং ১৮৬০-৬১ দা লিংখৎখি। ইং ১৮৬৯ য়ৌবকপদদি পোলো অসি লণ্ডনদা শান্নবা হৌব্রে। (Origin of Polo Game - L. Joychandra Singh, 1977) শগোল কাঙজৈগী মতাংদা বৃটিশ মচা জর্জ জোন য়ংহজবেন্দ (George John Younghusband) না ইবম্বা 'Polo in India' হায়বা অদুদা অসুম্না পল্লিঃ

> "The game of Polo was originally adopted, we believe, from the Manipuries, and though in its present phase it is as unlike the original Manipuri game as anything well can be yet the main features still remain - a man on a pony hits a ball with a stick, and striving to attain a certain object

জর্জ জোননা ইবন্নিবা অদুদা ভাবতকী অহানবা পোলো ক্লব অসি কছাবদা Colonel R Stewart না লিংখৎখিবনি, ক্লবসিনা শীন্দুনা মণিপুবীশিংগা চা বাগান্দা থবক তৌবশিংগা পোলো শান্নে হায়বা ৱাফম পল্লি।

মণিপুবগী শগোল কাঙজৈবোইশিংগা বৃটিশকী কাঙজৈবোইশিংগা কছাবদা শগোল কাঙজৈ শান্নখিবগী ৱাফম অসিমদি মণিপুবদা অনৌবা ৱাফম ওইনা থোক্লে। মণিপুবগী শগোল কাঙজৈবোই পুম্নমক্না

তাদুনা/ খণ্ডদুনা লাক্লবা বাফম্নি। শগোল কাঙজৈবু য়োকখৎলিবশিংনা অমুক্কা হেন্না অকৃপ্পা মবোলশিং খঙনৈ। মতম অদুদা বৃটিশকী শগোল কাঙজৈবোইশিং অদু শগোল কাঙজৈ শান্নবা খবা মৌবিবনিনা মণিপুরনা লাকচনা তৌই হায়বগী বাবী ফাওবা হৌজিক্কী অহল-লমনশিংনা অদুম লীনবি। বাবীসিগা লোয়ননা মণিপুরনা পৃথিবীদা 'শগোল কাঙজৈ (Polo) ' মশান্না অসি খুদোল তন্নিবনি হায়না হায়নবা লেপত্রিবনি। শগোল কাঙজৈগী মশান্নদা পানা কাঙজৈ হায়বা অমা চৎনবি। মসি খাগেম্মা মহাবাজগী মতমদগী চৎনবা হৌবা ওইগনি হায়না থাঙনৈ। শগোল কাঙজৈগী মতাংদা কাঙজৈবোল পুয়াগী বাফম খবা পল্লদুনা চৈথাবোল কুম্বাবা (অনীশুবা খুৎনম)গী লাঃ ৩৩ দা' মস্মু্মা ইবিঃ

> ''শগোল কাঙজৈ শান্নবগী নিয়ম খরা লাইমিংথৌ খাগেম্বগী মতমদা হৌদোকখিবনি (মসি পানা কাঙজৈ ওইরমগনি)। শগোল কাঙজৈ অহানবা হৌখিবদি নোংদা লাইরেন পাখঙবগী আ মমাঙদগীনি। কাঙজৈরোল কৌবা পুয়াদগী খঙবদি শগোল কাঙজৈ শান্নবসি নিংথৌ কাংবগী হাক্তক্কী হৌখি। 'নিংথৌ কাংবনা হয়েং ইনুং শোয়রবগা ইদাইরেম পাথৌ পুয়মা য়াঙোই শায়াঙথক্তা ফম্না লীচৈ তোরান হাইনা মুন্না থেঙ্গু মতুম তানা নাইনু পাঙ্গন তানসে হায়রবদা ..... নিংথৌ কাংবা কোন্নোয় মমীংথোনগী মৈনা বায়না চৈবু কাঙজৈ-ও থোয়ৈএ। হন্ন মতুম্বু কাঙক্রম ও কৌনা থোয়রে। কাঙজৈরোল''

হায়বিবা মতম অসিদগী য়াম্না থেঙথববা, ওজা শিশকনা অঙাং ওইবিঙে মতমদা মাগী অপোকপনা, সৌগাইজম লৈকায়গা চিংঙাখম লৈকায়গা শগোল কাঙজৈ শান্নখিবা, মেবা মতমদা শান্নৈ হায়দুনা 'মেবা কাঙজৈ' কৌনবম্বগী বাবী অমা ইবন্নিবা অসিবু 'ইতিহাসকী মচাক অমদি ওইবা য়াই' হায়না ওজা শিশকনা হায়বন্নিবা অসি তশেংনা চুন্নবনি। ইতিহাসকী মচাক ওইববনি। হৌজিকসু শগোল কাঙজৈ শান্নবা হায়বা

অসি চৎনরি। অদুবু মমাংঙৈগী মতৌগুম হৃবাও তয়াম্বগী মওংদা শগোল কাঙজৈ শান্নবা অদুমদি চৎনদ্রে হায়বা য়াই। অদুনা ওজানা ইবল্লিবা, " কাউগুমদ্রবা লন্নাইগী পুন্সি থৌদোক মচা অমগী বানি। লন্নাইগী রাফমগী মশক অসিদা মৈতৈ অপুম্বগী শাংত্রবা পুন্সিগী মচেৎ অমা উনগনি।" হায়বল্লিবা রাফম অসি য়াম্না চুম্বা রাফম্নি। মসুম্না ফোঙদোকপীবম্বা ময়াম অসিনা ঐখোয়গী সমাজগী পুন্সি অদু মশক তাক্লিবনি। অদুনা ওজাগী শগোল কাঙজৈ শান্নবগী রাবীসিগী অহানবা হেক হৌগৎলকপা মতমদা ইবল্লিবা ঃ

> ""ইশাগী পুন্সিগা য়েৎশিন-য়েৎশিন্ননা থোকখিবা অথাম্বা হৌত্রবা পুন্সিগী রাফম কয়াবু কোক্তা নৌনা পুশিল্লকুনা রাখলগী শগুপ শায়বা অসি, করিসু কান্নদবা ভাব শক্তিনা তুং-হন্না চেন্না ওইরবসু, অতনবা পুন্সি মরেম্নি হায়না লৌনবা য়াওরবসু, অতনবা কান্নদবা, অতোং-অমাগুগী হিসাবতদা নম্থুনা পুন্সি লৌন্নদবনা, য়াম্না নুংঙাই, দোষ লৈতে। চহী য়াম্থে, হক্ষুগী মমাঙদা মীতৈগী শাংলবা পুন্সি-মরেন অমগী শরুক অমা ওইবনা কান্নবসু য়াই।""

ইবল্লিবা রাফমসি অনৌবা মীবোলগী পুক্রিং লৌশিংনি। অদুবু ওজাগী অপোকপা শীতোলনা হিদিঙ্গা ললোনবা চৎলিঙৈগী রাবী, রাবীদুগা ওজাগী পুন্সি অমদি সমাজগা লৈনবা মবীগী মতাংদা ইবম্বা থেংনখিদবা অসিমদি নুংঙাইতে। মণিপুরদা লম্বী-থোং য়াম্না ফত্রিঙৈ মতমদা চখোক-চৎশিনগী থবক অসি ঈশিং লম্বীনি। অদুনা পুন্সি হিংনবগী লল্লোনবগী থবক চখোক-চৎশিন তৌবা পূম্নমক হিগী মতেংনি। মণিপুরদা চেল্লিবা ভুবেলশিং অসিনা লমদমসিগী মীয়ামদা কয়ামুক য়াম্না কান্নবা পীরম্বগে হায়বা অসি হৌজিক অহল ওইশিল্লকবা অদুবু মীয়ামগী রাখলদি তৌবা, থোকখিবা থৌদোকশিংবু কাউদবা মীওই পূম্নমক্না খঙলমগনি।

ওজা শিশকনা মাগী ছাত্রশিংবু লাইরিক য়াম্না হৈহন্নীদুনা মাগী য়ুমদা থন্নগা হোৎন-খোৎনবা তৌহনখিবা মহৈবোই মশীং য়াম্মী। অদুবু ওজা লৈখিদ্রবা মতুংদা, ওজাগী লৈহৌবিবা ইমুং-মনুংগী মীওইশিংগা য়াম্না লোন্দিন্নদুনা ইমুং-মনুং অমত্তা ওইবা, লৈবিবা পুন্নমক্তা মচীল-মনাও ওইবগী মওংদা লৈনবা মীওইশিংগী মবক্তা, হৌজিক হৈবাঙোইথোং কৈবুং মনাক্তা লৈবিবা শবাংথেম বীবচন্দ্র সিংহ, বামোন লৈকাইদা লৈবিবা বি জয়ন্তকুমাব শর্ম্মা, পদ্মশ্রী আব কে অচৌবীসনানচিংবশিং পনবা য়াবি। পণ্ডবিবশিং অসি নত্তবা কয়া অমসু লৈবমখিগনি।

অতোপ্পা অমনা মণিপুবগী অচৌবা সেদ্যাল কাষ্ট খুলশিংগী মনুংদা অন্দ্রোসু অমনি। মসিগুম্বা খুলশিং অসিগী লৈবিবা খুল্লাকপশিং অসিসু খুল অমগী য়াম্না মক ওইবা থৌ পুবিবা মীওইশিংনি। অন্দ্রোগী হৌজিক হৌজিক (২০১২) দা খুল্লাকপা ওইনা থবক পুবিবা চিংঙাখম গম্ভীব সিংহ, চিংঙাখম ওজা শিশকপু য়াম্না নীংজবা মীশক অমনি। মহাক্রা খুলগী খুল্লাকপা অমা ওইনা লৌখৎপা থবক কয়া অমসু শীংথানিংঙাই ওইবি হায়বসিমত্তংদি লোইশিল্লকপসিদা ফোঙদোক্লীংই।

ওজা শিশক অসি মণিপুবী সাহিত্যাবু য়াম্না নুংশিজবা মীশক অমা ওইবশ্মী হায়বা অসি মীপুম খুদিংমক্লা হায়নবা বাফম্মি। মহাক্কী সাহিত্য অসি অয়াদ্বনা অতোপ্পা লোন্দগী মীতৈবোলদা হন্দোকপনি। বাঙলা লোন্দগী হন্দোক্লুনা ইং ১৯৬৮ দা মহাক্লা ফোঙলম্বা 'ভাবতকী সাধকশিং' হায়বদুগী অহৌবদা 'ব্রাহ্ম খবদং' হায়দুনা মহাক্লা ইবম্বা বাফম অদুদগী মতেক খবদং মতম চুপ্পদা নীংশিংবা য়াই। মহাক্লা ইবিঃ

> "লাইনা মীরক্তা লাইগী শক্তি কোন্ননা পোকপা কাঙবু অমা, অদুগা, মীনা হোৎনদুনা হিংলিঙৈদা লাই ওইরকপা কাঙবু অমা। মসিনা ক্তাইবংমীবু খরক্তা ওইরবসু, অপীকপা, অতোনবা, ইন্দ্রিগী মখা পোনবা মচৎ থাদোকহন্দুনা লাই মচা অমমমতা ওইরবসু, নক্তগা

> শক্তি য়াম্না পুবা লাই অমমম ওইরকবা হোৎননবা থৌনা, লখী তাকনি খনবদা ইপুত্তা হরাওবা পোকচে।"

গ্রীককী কবি হোমরগী ইলিয়াড অমসু ওডেসী মীতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা ফোঙবা মতমদা ওজা শিশকনা পীখিবা 'বাহৌদোক' অদুগীসু শকক অমা লৌখৎচবি :

> "ঐখোয়গী ভারত্তা বাল্মীকিগী রামায়ণ অমসুং বেদব্যাসকী মহাভারতনা অরাংবা থাক্কী কাবা ওইদুনা কৃষ্টি অমসুং সংস্কৃতি শেমগৎপদা অকনবা প্রভাব লৈবগুম্না গ্রীককী অখোইবা কবি হোমরগী ইলিয়াড অমসুং ওডেসীনা ইউরোপ অপুনবী 'অখোয়বা ক্লাসিক্স' ওইদুনা লৈরি। *থৌজিক কাওবদা ইউরোপ্তা লাইরিক অসিবু মহৎ* শিনবিনবা, মসিগা লন্না ওইবা য়াবা অতোপ্পা লাইরিক অমা খোরক্তি। পৃথিবীগী মরু ওইবা লোন পুম্নমক্তা লাইরিক অনী অসি হন্দোক্লম্রে। অগাংগী রামায়ণ অমসুং মহাভারত ইনবগুম্না লাইরিক অনী অসি মণিপুরীদা ঙমখৈ শমজিন্না বারী অদুত্তা ইজবনি। মসিদা হোমরগী অরাংবা সাহিত্যগী মচাকশিং অদু য়াওদে, চুম্নগী বারী অদুতনি, মদুসু য়াম্না শমজিন্না।"

লাইবিক অসি ওজানা মণিপুবীদা হন্দোক্লগা তুংদা ইং ১৯৭৩দা অহানবা খুৎনম ফোঙখিবনি। ওজা শিশকনা ইবগা ফোঙলম্বা অতোপ্পা লাইবিকশিংসু লৈবি।

**খরদং পল্লবদা**

১। ইন্দিয়ান নৈটশিংগী মরমদা খজিকং (১৯৪৬)
২। ভারতকী নিংথৌ পানবা লৈবাকশিং (১৯৪৬)
৩। তরুণ সাহিত্য অহানবা (১৯৫৫)
৪। অনৌবা যুগকী অনৌবা লময়ানবশিং (১৯৫৫)
৫। School essay (1956)

৬। A Manual of Anglo Manipuri Dictionary of Idiom (1963)

৭। Standard English Grammar by Ch Pishak & I Parijat

৮। A Manual of Higher English Translation by Ch Pishak & I Parijat

৯। A first book of Essays and Letter's by Ch Pishak Singh

১০। College and School Final Exams English Paper II-Part (I) by Ch Pishak Singh & H Gokul Sharma

১১। College and School Final Exams English Paper II-Part(II) by Ch Pishak Singh

১২। Don Quisot (Translation) by Ch Pishak Singh

১৩। ভারতকী সাধকশিং (১৯৬০) Adapt and translation

১৪। মন্টে ক্রাইষ্টোগী কাউন্ট (১৯৬৬) (Alexander Deema's Adapt and translation)

১৫। ডি ইলিয়াড (১৯৬৯) (Homers Adapt and translation)

১৬। ডি ওডিসি (১৯৭০) (Homers Adapt and translation)

১৭। রামকৃষ্ণগী বাণী (১৯৭৪)

১৮। সতী তুলসী (১৯৩৮) (Drama) Translation

১৯। কারাগার (১৯৫৭) (Drama) Translation

সাহিত্যগা মরী লৈনবা লাইরিককশিংগী মনুংদা লাইরিককী কপী ফংবা ঙমদবশিংসু য়াওরি।

য়াম্না মতম শাংনা চহী ৭৫ বোম পুন্সিবম্বা ওজা অসিনা পোক্লকপদগী তাইবঙপান থাদোক্লমদাই ফাওবদা তৌবম্লিবা থবক অসি য়াম্না য়াম্মী। মদুগুম্বা য়ামন্থবা থবকশিং অদুদগী খবদং খঙংলগা ইথোক্লবা য়াম্না বানা হোৎনজবনি। মতুংদসু কনাগুম্বনা কয়া অমসু হোৎনবকখিবা য়াই। পুম্নমক অদু মখোয়গী মখুত্তা থমজববনি। ●

লোইরবা

